# পি খমহনখ্রবা মীং অমা





চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

# পি খমহনখ্রবা মীং অমা

**Pi Khamhankhraba Meet Ama**
*A collection of Manipuri short stories*
by **Chongtham Narendra Singh**
Published by **Smt. Kshetrimayum Subadani,** on behalf of Linthoingambi Publications
Kwakeithel Moirangpurel Leikai, Imphal



*অহানবা ফোঙবা ঃ* ওক্তোবর, ২০১২

*অফোঙবা ঃ* **শ্রীমতী ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী দেবী**
ক্বাকৈথেল মোইবাংপুরেল লৈকাই, ইম্ফালনা লিন্থোইঙম্বী পব্লিকেসন্সকীদমক্তা ফোঙজবা।

*মখুম ঃ* **বুদ্ধি আর্তস**
খুবাই লম্লোং কৈথেল, ইম্ফাল ইষ্ট।

*মমল ঃ* **লুপা ১৫০/-**



*নম্ফম ঃ* **পদ্মা প্রিন্টর্স,**
পাওনা বাজাব, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১।



**Late CH. SAMARENDRA SINGH**

Dedicated to the memory of Late Chongtham Samarendra Singh who was my eldest brother who has been snatched away from us, by the cruel stroke of destiny.

***Author***

# ৱামাঙ য়াঙ্ববা

খঙহৌদে, চহী ৬ হৌখিরল্লে ঐগী ৱারীমচাগী লাইরিক "লৈহাও লৈরেন থিবদা" ফোঙখিবা। মদুনা অরোইবা ওইরগে হায়নবু খল্লুই মদু ফোঙবা মতমদুদি। অদুবু, হৌখিবা চহী খরসিদা ৱাবীমচা খরসু ত্তাইবঙদদা নঙ্গনা মঙদা-হাদা ঐবু থাদোকপা লৈতনা ইন্নদুনা লৈবকই। পূক্লীং পোত্থানবা মদু ইথোকপা তাই। অসুম্না হৌখিবা চহী খবসিদা ৱারীমচা ফনা য়াম্না ইবা ঙম্লকখি। মথংদি ৱাহং অদু লাকই, ইববনিনা ফোঙনবা হোৎনবা চুমদ্রা ? চুমই, ইশাগী থবক্তি ইশানা তৌজগদর্বনি ঙমদ্রগতা মীগী মতেং লৌগদবনি। ইশানা হোৎনজবদা ঙমদদুনা চহী খবা হৌখ্রবনি। কনাগুম্বা খবনা মতেং পাংবিবা নৎত্রবদি ওইগদবা মান্দ্রে। নীংবু নীংলবদি লাইনা তম্বা অমসু লাকই। শ্রীমতী ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী দেবীনা ঐগী মতৌদু যেংবা ঙমদ্রমালে ফোঙবিবগে হায়রে। মাগী শীংবা ঙম্লরোইদবা লমন ঐনা তোনশিল্লবনি।

ঐগী ৱাবী খবা লৈজরুবদুদগী শ্রীমতী সুবদনী দেবীনা ৱারী ৩০ খক খনগৎপিবে। মদুগী ৱাবী ৩০ অদুনা শাবা ৱাবীমচাগী লাইবিক অসি "পি খমতনখ্রবা মীৎ অমা" হায়না মিং থোঞ্জদুনা পুথোকপা ঙমজরে। ৱাবীমচাশিংসি খৃৎত্ত ওইনা লৌবঙৈদা পাবিদুনা অফ-ফত্তা লমজিংবিবকখিবী শ্রীমতী কেশাম ওংবী গুনালেমা দেবীবুসু পূক্লীংদা থাগৎপা ফোঙদোকচৈ। লাইরিকসি নম্বগী থৌদাং লৌবিখবা পদ্মা প্রিন্টর্সগী ইচিন ইনাওশিংবু তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

অইবা

# অফোঙবগী ৱারোল

লমদমসিদা পল্লিসব খবা চোংথোবক্তুনা অইববু শৌগৎপ। ওইনা লাইবিক ফোঙবিবগী থবক খবা তৌনবা হৌবক্লে। লিস্থোইঙম্বী পল্লিকেসন্সসু ৱাফম অদোমদা থবক খবা পাযখৎনীংলকই মবমদি কনাগুম্বা অইবা খবনা লাইবিক খবা ইজববসু মদু মশানা ফোঙবা ঙমজদবদগী মতম কুইনা নমশিন্দুনা লৈখিদুনা ফোঙবা ঙমদদুনা অদুম লৈখিবা যাওবি। লমদমসিদা অইবী অইবা খবা থোকপিবক্তুনা লাইবিক খবা ফোঙনবকপা উবা ফংলিবসি লমদমসিগী মায ওইনবিবনি মবমদি কলম্না থাঙদগী হেন্না কল্লি। কলমগী পাঙ্গন হাপ্পা তাই থাঙগী পাঙ্গল হন্থহন্নবা। অসুম্না অমনা অমবু শৌগৎনবগী পান্দমদা কোযনা যেংলকপদা ডাঃ চোংথাম নবেন্দ্র সিংহগা থেংনখি। মহাক সাহিত্যগী সেবা তৌজবা চমজবা মীওই অমনি। মশানা ইবা ৱাবী লাইবিক খবা ফোঙদুনা মণিপুবী সাহিত্যদা খুদোল খবা তমথ্রবা মীওইনি। অদুবু, মতম ফনা কুইবে মাগী লাইবিক ফোঙখিদবা। হংলুবদা মানা খুল্লকখি, "ৱাবীমচা মশিং নিযু যাখ্রে ইদুনা লৈববনি ফোঙবা ঙমদবদা ঙাযবে"। মাগী বাফমদুদা নীংশিংলকখি, মহাক বাবীমচাগী লাইবিক মঙাখক হায়া ফোঙখ্রে, মখা ফোঙতনবা হাযবসি সাহিত্যগী লনগৈ মবাং কাযহন্নবা পার্ম্নোন। ৱাখল অসিন' লমজিংদুনা লিস্থোইঙম্বী পল্লিকেসন্সনা ডাঃ নবেন্দ্রগী বাবী মচা মযামদুদগী কুন্থ্রাখক খনগৎত্না অইবা মশানা "পি খমহনথ্রবা মাৎ অমা" হাযনা থোঙ্গদুনা ৱাবীমচাগী লাইবিক অমা পুথোকচদুনা হাপার্শিংগী খুৎতা শিন্নর্জবি।

লিস্থোইঙম্বী পল্লিকেসন্সনা ফোঙখ্রবা লাইবিকশিংদিঃ (১) পৃথিবীগী ফুঙ্গাৱারী খবা (২) ভাবতকী ফুঙ্গাবাবী খবা (৩) শক্লাইরবা অইবশিংগী পৃন্সি বাবী (৪) ইল্লুষ্ট্রেটেদ ফোকটেলস ওফ মণিপুর (৫) খুনগৎলবা লিক্লু পবেং (ৱারী মচা) (৬) চেস্থরক্লিবা ঈচেলশিংগী ইভিন্নফম (ৱাবী মচা) (৭) মৈশা অমসুং মৈচাক (ৱারী মচা) অসিনচিংবা।

লাইবিক অসিবু ইবিবকপা ডাঃ নবেন্দ্র অমদি লাইবিক অসিগী নম্নগা থৌদাং লৌবিখিবা পদ্মা প্রিন্টসকী ইচিল ইনাও পুম্নবু লাইবিক অসিবু ওইনানবা হোৎনবিখবদুগীদমক্তা লিস্থোইঙম্বী পল্লিকেসন্সনা তৌবিমল থঙবা উৎচনি।

*ক্বাকৈখেল মোইবাংপুখেল*

লৈকাই, ইম্ফাল

**ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী**

লিস্থোইঙম্বী পল্লিকেসন্সকী

# য়াওরিবশিং

---

# থব্রায় লাকপী

নুমিদাংব্রাইবমগী মতম য়ৌরক্লে!

থাংজহনবা কিবা, লাংতক্লবা, ফুম্বাংনবা, জ্ঞান মাঙবা, শ্বায় শ্বায় পাখৎপা, মীহুল তিং তিং চোংবা পূম্নমক্কা মপাং ওইদুনা নোংঙানবা ঙাইরি।

য়েনীংথানা লাকপা মতম্নি। নুংশিৎফাওবা হৈনম লৈনম চেল্লি। নোবাপ মপানগী নুংশিরবা মনম অমনা মপূং ওই। উচেক ফাওবা হুই খোংই। অইংবা নুংশিৎ হুম্লকইবদুনা য়াহৌঙনবা কনা অমগীদি পূক্লীং হকচাং ইতেক তেকখৎহনবা নোংঙাল্লমদাই মতম্নি। লাইনীংবা কাঙবুশিংগী ব্রহ্মমুহূর্ত্তনি। অরাপ্পদা লৈবা লাইশঙদা মঙ্গল আরতিগী কাংশী মখোল তারকই। মায়গৈ অমরোমদা গীর্জাশিংদগী অজান লাওরি মপুগী মিংলেন শোল্লদুনা। মেঙলবা মেরীবেল খীংলি খৃষ্টগী লাইশঙ মতোনগী কাংশীনা। নুংঙাইরবা, মথুম-মরাং হৌহনবা, পূক্লীং য়াকায়বা শক্তম্নি। চীংখৈসু ফীদুপ হুম্লকই নোংমাইচীংগী মরুমদা তুংইন্নরকই লৈহাও লৈরেনগী কুচুনা পাক্তক্লনা শন্দোক্লদুনা। নোংপোক আতিয়াদগী ঙাক্রোন্নবা নুমিৎ কেকু ফোঙলকই।

থাংজহনবদি তূম্বা ইয়া যাদে নুংঙাইরবা মতম অসিদসু। খোইমু-খোইনীংনা ইবাঙ-লাঙবা, বসন্ত মপাওনা নিল্লবা মতমসিদা মাগী তাইবেন পাম্বীর্দদি উচেক্লা হুই খোংলমদে। কাক্লা লাক্লা লাক্লা খোংই। নোংয়ায়গী মতমদনা মকুদুম খোংই। ঙসি মকু লৈত্রবা মতমসিদা থাংজহনবগী তাইরেন পাম্বী মতোন্দদি মকু অমনা খোংলি কূ কূ হায়না। খুনুখরঙনা উচেক ফারগা শেৎতুনা চাফম ওই মাগী মনীং ইংখোলগী উনুংদুদি। হেন্না অমুক্কা শাথীরিবনা নোংঙাল্লমদাই মঙ্গল আরতি মতমদা থব্রায় লাকপীনা চেৎ চেৎ খোংই য়ুম য়াঙলেন্দা তোংদুনা। থাজনহনবগী মিহুলনা তিং তিং চোংই, মক্কোক্কী শমকা চপ য়ুংই। থব্রায় লাকপীনা য়ুম য়াঙলেন্দা তোংদুনা খোংলবদি য়ুমগী মী অমদি চৎলি হায়নৈ। মদুগী ব্রাখন্দা মানা তূম্লক্ত্রিবসে অহিং মঙা তরুক শুবক্লে। নোংঙাল্লমদাইদা ঙাইহাক উরোন উরোন তূম্লুরে। থব্রায় লাকপীনা চেৎ চেৎ খোংলকপদা শ্বায় পাখৎতুনা লব্রাই লেস্ফুদা ঈশিং হৈদুনা লাক্লে। থব্রায় লাকপীদো কুইনদি লৈরমদে, খোংনা খোংনা মমাঙ পাংনা অদুম পাইখি। অকিবা

হায়বদুনা খুদুম চনখিদুনা শোর ফাওবা হোনগনি কাওবদগী খংফুন খংফুন ফুল্লি। মমায় মমীৎকা ইশা শাগৎলি। ডাক্তরনা পীবা ডাইজেপাম গুলিনকা তূমহনবা যাবা নৎত্রে। মাগী নুপীনা লংচাক অমা থোঙনাওদা লংথোকখ্রগা মচীন্দা লাওজে, "থব্রায় নঙবু লাকখ্রবসু লংচাকসিদা চঙদুনা খাঙজুকো"।

থাংজহনবনা মরুপ গম্ভী হৌদুনা চৎলিবসি য়ৌদবা লম লৈত্রবনি। অখং অহৈ তানদুনা করি করম্বা প্রতিকার অমা লৈবগে থিরবনি। মংহিদেনগী পাঞ্জি থব্রায়জাওনা থৌ তৌবদা, চবান থাবদা পৈশাসু ফনা য়াম্না তুম্লবনি। মা শিনীংদ্রি, মচা য়াম্না পীক্লি মখোয় মী ওইহৌদ্রি। শোম্ব্রোকসু ওম্ব্রোক্না লীকখ্রবা সরকারগী গ্রেড ফোর থবক অমা অদুক তৌজবনি। মাগী সঙ্গ পঙ্গ কনাসু লৈজদে মাগী ইমুংগী নুপী অঙাংশিং নত্তনা। পীক্লিবা অঙাংশিংদুদি অৱা অনা খঙদে হরাও তয়াম্না অদুম লৈ। থাংজহনবনা মাগী অৱাবা ৱারী শাদোকফমসু লৈতা অৱাবনা ফুম্বংনদুনা লৈরকই। চাবদা মহাও খঙলকখিদ্রে, শম-কোই কক্লীংখিদ্রে। হান্নদি উবু উরুদে, ঙরাংতা উরকপনি, মাগী ময়ূমগী মৈরম ওইরপ্পা মখাথংবগী শাইজিন্দদা খোইমহুম অমসু ফনা চাওনা শারম্লে, খোইরেন্নি হায়রি। অমা লোইদ্রিদৈ অতোপ্পা দষা অমসু চোংশিল্লকই। থাজহনবা মকোক্তা মখূৎ হাপ্লে।

মংহিদেনগী পাঞ্জি থব্রায়জাও হায়বসিনি হৌজিক কালগী খ্বাযদগী ফবা মাইবা ওইরিবসে, কৌরুবদকা পাক্লা লাকপিয়ুকা য়াপোৎ নত্তে। মানা য়েংবদা হাপ্তা অমদি মপান থোক্তনা য়ূমদা লৈতবা যাদে হায়বি। অশি-অনা লৈ হায়বরে। থাংজহনবা ওফিসতগী আর্ন লিভ লৌখ্রে। মা ইমুংদগী মপান থোকখিদবে। খদাংকোইকাদু ইশোঙ শোঙলদুনা অঙাওবা ওল্লে। খোইদুদি আজা পূজা তৌদুনা তানবদা চৎত্রবদা মৈহুম্না চূদুনা মৈ থারগা তানপ্লে। মাইবা পাঞ্জিনা ফাওরিবা লাংফম লৈরিবা হাপ্তা অমগী মতম অদু য়াম্না ৱানা লেন্দুনা নুমিৎ অদুগী অরোইবা নুমিৎ ফাওবদি খূৎলৌ-পল্লৌদনা য়ৌশিল্লক্লে। মসিগী নুমিৎ অসিগী মনুংদা শিহৌদ্রবদি দষাদু লেনবা য়ানি হায়রি। নোংঙাল্লমদাই অমত্তবু কাংদে থব্রায়লাকপীদুনা খোংবদি।

নুমিদাংৱাইরমগী মতমসিনা মরোইরে থাংজহনবা হৈনদবসে। ইমুংগী মল্লবা কাচিন্দা অমম্বনা পাকথদুনা লৈবগুমই। থাওমৈগী মঙান্না ফংদবা মরুমদুদা, হেক

মমখিবগা চোংশিন্দুনা মাগী মখৌরী মেৎকদৌরিব্রা খঙদ্রে। সনামহী কাচিন্দা থাংমৈ মস্থা য়াদে ঙসিদি। নুপী অঙাংশিং লোইনা মাগী মাগী শূনরুরগা ব্বারমাল্লে, তূম্বথ্রে। তূম্বা য়াদ্রবা অহিংদুদা থাংজহনবগী মপাং অমত্তা লৈত্রে। য়াম্না অকিবা উৎলুবসু ইকাই। মরক-মরক্তা ইঞ্জিন পানবা গাড়ী অমা অনী লমজাওদা চেনখিবগী মখোল তায়। অরাপ্পদা য়োৎতা নুঙথংনা য়ৈবা শ্রেং-শ্রেং লাওবা মখোল অমসু তারকই। য়ূমগী কাচিন্দা উতিল্লা করিনো অমনা চৃক চৃক খোংবসু তারকই, কদোমথংবা কাচিন্দনো হাযবদি খঙদ্রে। অচীকপা অহিংদু থুগাইদুনা উদা শূম্না চাবা ওইরমালে বৃক বৃক চীকপা মখোল অমসু হৌনা তারকই। মদু মঙায়রে থাংজহনবগী মপাং। নোংগুম্বা অমত্তং ব্বা-ব্বা জিঙঘদা চুরক্তুনা ইনিন নিল্লবদি চীকপসি খরদি ফগদবা মাল্লি। অদুবু, নোংদি তারক্কদবা মান্দে। মমাঙগী কাদা ফক্লাংগী ঘড়ি অমা পূংখায় খূদিংগী দেং দেং খীঙইবসি মসিনা মরোইরে মাগী প্রান চাক্লিবসে। পূংখায খূদিংগী মাগী লাংতক্লবা হেনগৎহল্লি। মাগী তূম্বা য়াখিদবা মতমশিংদু খীঙ খীঙদুনা মশীং থীরকই। অদুঙৈদা লাই হরাওবা মতমদা নৎত্রেগা য়াওশঙগী চরাংননা থাবল চোংবা মতমদা মাইক্কী মখোলনা মাগী পোত্থাবা লৈখিদবা মতমশিংদো মদুদা মানা শাওনীংখিবদো, ঙসিদি মা চবাংনবা পামজবকই। ব্বারৌরকই ঙসিদি, কবিগীনো মীশিংসে সুক য়াম্না অতোপ্পগী খন্দবসে। মাগী নুপী অঙাংশিংসু অদুমঙায, মীনা ঙমদ্রে নাবে হাযরবদি খীৎতসু মীশেন খাঙমিন্নবা য়াইনা। মাগী নিপাগী মপাং অমা ওইবা ঙমদ্রবা নুপীসিবু কবিবু কান্নদগে। মবুক্লীংদা ব্বারৌখিবনা শোর হেক ফুনগৎলি, নুপী হাযবীশিংসে মমানি হায়নবদায, কদায়দগী মমানো ওইজবা থিবী ঙাক্তনি।

পংলাপ লাপ্তনা শাহাৎ পূং অমদা তূম্বদগী চিংথোকাপদুনা লাইব ওা পার্চসের নূঙথংগী শাফুনা লান্দারকপদা মায়থীরবা ওক অমনা থব্বায়না পোন্থা ওই ়দাইগী অব্বা মৈচাক খাঙবগী চৈনাখোলনা কন্না কন্না লাওরকপদু খঙতা তাবকপদা থাংজহনবা হুমাং স্নাই পাখৎলি। অমুক!... অনীরক!... অহুম্লক!... লাওরম্বদু লেপখি। মদুনা তাক্লিবদি নোংঙানগদৌবে। শা লৈবা কাঙবু লাক্লরগনি হায়দুনা শেম শাবা মতমদু য়ৌনরক্লে। থাংজহনবা শোর কন্না ফুনগৎলকই। থবাক্কী মিহুন্দি কন্না চোংমনখিবনা মপান থোকখিদৌরে। থাংজহনবা য়াম্না হেক কিনীঙাই ওইবিবসু ঙসিগী নোংঙাল্লমদাইসিনি। মাইবা থব্বায়জাওনা কন্না চেকশিন্নবা

হায়রমখ্রপোৎনি। ঙসিগী নোংসিবু ঙানখ্রবদি মাগী দষা লেনখ্রগদবনি। তূম্বদনা মশাগী খ্বায়দগী পামজবী ওইরবী মাগী নীংঙাইদবী নুপীদুদি করিমত্তা মঙোন্দা চঙপোৎ নত্তে। মা তূম্লি, মরক-মরক্তসু নাখোকই। য়াম্না চীকপবু পামজবা থাংজহনবা, মাগী নুপীনা নাখোকপদু হৌদোকপিরুদ্রে মা নুংঙাইনা তূমজরসনু খল্লমাল্লে। অদুবু, মপূক্লীংদদি ব্রারৌরকই, হকচাং তঙ্খায় শক্লবা আত্মা আত্মা শকখঙনবা, নুপী মাসু খঙমন লাকমন্দে কৈকান্ননি। নত্তে, সিবু মী খ্বায়সু তৌনরিদ্রা? ব্রারী লাইরিক্তনা নুপীবু নিপানা ওৎপিবগী ব্রারী ঙাক্তা নুংশিৎমুক হেক কুঙনা ইনরিবা। অশৈবা, অশৈবী, অইবা, অইবী কয়াসিবু নুপীনা নিপা ওৎপগী ব্রারী ইথেং-থেংনরক্তবজাৎলা। থাংজহনবা মাগী নুপীদা য়াম্না ব্রারৌরে ঙসিদি।

চেৎ !... চেৎ !... চেৎ !...

থাংজহনবা স্বায় লাওই।

থব্রায় লাকপী ঙসিসু খোংলক্লে। তশেংনা মাইবনা হায়বা থব্রায় লৌবা লাকপনি হায়বদুনি। নহানমখৈ খোংবদুদগী ঙসিগীসিনা খরসু হেন্না মখোন্দু য়াকপগুম তৌই। অদু ওইরবদি লংচাক্লা য়াখিগদ্রা?

থব্রায়জাও মাইবনা তাক্লম্বা পারা কাওরা, পারা কাওরা তৌরবা মন্ত্রদু শোনবা হৌরকই।

হে থব্রায় মঙামক, মিগা থানা তরুকমক
হকচাং ঐদি থানীংদ্রি, মতম খরা হিংনীংলি
ইচা পীশক, য়োকখিগে, লংচাক মরিল অহোবসিদা
চঙদুনা ঙাইহাক ঙাইরমউ, ইনুং শোরা তৈরক্লে
ক্বাক্লা লানবাও শীল্লনি, তাইবঙ ইনুং ঙাল্লনি
উম..., উম... মখাদু করি?

নহান ফনা কন্না ঔরাইদুনা ফারুরবনি। অদুবু, শিবা-হিংবগী লোইরানসিদা লোইনা কাওখ্রে। অদু ওইরবদি করি তৌবা তাই? থাংজহনবা পীং লাওরকই। "নঙনা হৌবদা কনা খোঙবু ওইসি য়ারক্লবদি নদোম চৎলু"। থাংজহনবা থোঙজিন ময়াদা লৈবা লোঙশা মাপন পানবা লোঙদু তাপ পায়রে নাতোন অনী শোর ফূ ফূ কামদুনা যাত্রা তৌরকই। "নহাদে থব্রায়লাকপীদে, থাংজহনবদে, লৈরমউদো খঙগনিদো"। নুংশিৎকী মমাঙ থানা চেম্খোকখ্রে।

নোং মপূংফানা ঙানবা মতম নৎত্রি।

*থব্রায়লাকপীদু খোংলি মৈরম পাংবদা হৌরিবা য়েংথৌগী হাবূং অদোমদা,* মচীন্দা শোল্লি "সাল্লা"! নাওরীদু কদায়দা চৎখ্রে। মচানিপা য়াইমদুনা মরোন অমা ঙাওত্রবা। উরেংকোম্থৌ তানবদা হলেংবা লৈতবনি। মাগী নাওরীদু ইমুংদা তনচঙ চঙদুনা লৌথোকউরে। তপ্না তপ্না খূনীং কাঙনা কাঙনা থোরক্লে কোম্থোংতম্না। মংহিদেনগী য়াইবীরোক্তগী লমতা থাংজদা পেকপা লৈতান্না তাবা সাইরোংমরূদু হাল্লে।

থব্রায়লাকপীদু অদোমদা খোং খোংদুনা লাকই। থাংজহনবা মখোল লাকপা মায়গৈদুদা কাপশিল্লসিরা খল্লি। অদুবু মমিওই শামিওই মী খরা লাকপা উরকপদগী মিহুন পীং পীং চোংলম্বদু খরা খরা হন্থরকই। হাইফেৎ নকশিল্লকপদা খঙলকই, মনীং লৈকায়গী চিংথাম ইবোবী মাগী মচানিপাগা লোয়নদুনা অয়ুক্কী ব্রাকিং থোরক্লিমাল্লে। ইবোবী মপান্দা সিফায় খন্দুনা লৈরুবনি। হাপ্তামুক্কী মমাঙদা ছুটি থোরকই হায়বনি। মাগী অমত্তা পোকচবা মচানিপাদো মচীন্দা করিনো অমা কাম কামদুনা চৎলি।

থাজহনবনা হায়রুই, "নপা নচা ব্রাকিং চৎলিবরা"?

"হোয় তাদা", ইবোবীনা খুম্লকই।

মানা অমুক মখা তারকই, "নহান ঐনা থোরকপদগী মাদি অয়ুক ব্রাকিং চৎসি হায়দুনা ঙন্তা হেক্তা হৌগৎলকই"।

থাংজহনবা অঙাংদুদা হংই, "ইবুঙো নঙনা খোংলিবদুদি করিনো"?

ইবোবীনা ওইনা খুম্লকই, "তাদা ঐনা লৈবীরকপা অখোংবী অমনি। নীতিগী নোংঙাল্লমদাইদা মানা মসি খোং খোংদুনা ঐবু হৌদোকই। মী তূম্নরি তৌনু হায়বসু য়াদে। অদুদদি লমজাওদা ওইনা নীতিগী পুথোকইবনি মী তূম্বা কায়দনবা"।

অঙাংদুনদি শীংলি পাবন পুথোকপমথৈ খোংলি থব্রায়লাকপীগী মখোল চেৎ... চেৎ... চেৎ...।

থাংজহনবা মপূক্লীংদা শোঞ্জরকই, "ইস! নাওরী কাপ্লন্নম্বদি ব্রারুনুংজু থোক্লরমগনিদা।

# শূম চারবা যূম্বী অমা

নোং হেক ঙানবগা নোংমগী ইমুং অমদা হিংবদা তৌদবা য়াদ্রবা মথৌ ময়াম অমা অমুক হৌগৎপা তাই। চিল্লবা অয়ুক্কী মতমসিদা মরুপ-মপাংনা কোয়বা লাক্লগা ফমজিন্দুনা লৈবা হায়বসে থবক য়াম্না শীৎপা মতৌ অমনি। অতিথীনি হায়দুনা লাক্লবনিনা খরা পেন্ননবসু তৌবা তাই। য়ূম অমদা ফাংনরিবা থবকসিদি শীংথাবগী লোইবা নাইবা নত্তে। মধুচন্দ্রদি, "মশাগী থবক্তি মশানা তৌজগদবনি ঙমদ্রগতা মীগী মতেং লৌগদবনি" হায়র্বসিদা থাজবা মীনি। য়ূম অমদা লেংবা ঙমদমখৈ লৈরিবা কুপ্লোম পূম্বা নুপীদনা তৌবখক্তনা মপুংফাবা ঙম্লোই, নিপাসু য়াওশিনবা তাই হায়বসি কন্না থাজবা মীনি। মধুচন্দ্র অয়ুক্তা মথৌ যাম্না চিল্লি। মহাক ওঝা অমগী শিনফম পাযবিবা তাকপি তন্বীবা তৌবা মীওই অমনি। মানা থবক হেক তৌবা হৌবকপদগী ছাত্র মরোল মবোল কযা হৌখ্রে। অনৌবা মবোল অমনা অমুক শিন শিন্দুনা ঙসি ফাওবা মশাগী পূক্লীংদা অদুঙৈ থবক চঙলকপদা লৈখিবা চহী অদুদা হোংবা লৈতনা ছাত্র কযা কয়াগা লেংমান্নবা মরুপকুম ঙসিসু হিংলি। মাগী চহীসি মঙোন্দা ইহাপ হাপকৎপা লৈতবগুমই। হোৎনবা কনবা ছাত্র কযা হৌখি। লাইরিক ফৎতবা কয়াসু য়াওখি। চৈবর্কসিদা নোংমা নোংমগী ওল্লকইবা সমাজসিগী শক্তর্মসি হন্না যেংলুবদা ঙক্তবা ঙমদে। কনাগুম্বনা শূ নোমদুনা লীন্দা চুম্না শেল তান্নরকই। কনানা খূৎ-শা হৈববোমদা, কনানা ডাক্তব, উকিল, ইঞ্জিনিয়র, কনানা সিভিল সার্ভেন্ট, পুলিস, আর্মি, কনানা হোংবা নাইদ্রবা ওঝাগী পুন্সিনি। অদুবু, মতম্না পুরকপা নীংবা কায়বা রাফম অমদি কতন কয়া অমনা অচুম্বা লম্বীদা চৎনীংদদুনা মীঙোন্দগী নমদুনা, লাক্তুনা মুন্দুনা হিংবা শূদনা হিংবা য়াবগী চৎনবী অমসু কয়া হৌদোক্লরকই। মদুনা পুন্সিগী খোঙথাং খূদিংদা শেঞ্জা-থুমজা, নমজা নমখেল্লিবা, থকশি-খাশি নাইদবা, রাফম কয়ামুকসিনা ঈশিং ঈচাওগুম তপ্না তপ্না শন্দোরকপদা ঐদি পামজদে ঐগী শূমাঙদদি খাকপিরমউ যাদদুনা অমোৎপা ঈশিংদুনা থূমজিল্লক্লিবা। উনা উনা থিংবা ঙমদনা অদুম্মক য়েংদুনা লৈবা তাবকপা যুগসিদা শারেপ ফারক্লিবা মহৈরোয

কয়ানা ওঝাবু ইকায়খুম্নরক্তবা। পরীক্ষা হোলদা শিনবগী চৎনবী পাকথোক চাওথোরক্লিবা। ওঝানা উখিনি হায়দুনা ইকায়বা অকিবা লৈরক্তবা। পূম্নমকসিগী মরক্তা মধূচন্দ্র ওঝা ওইরি, প্রাইভেট কলেজ অমগী ওঝা। অদুনা চাকঙন চাদুনা ঙন্না কলেজ কাবা তারি।

চাক হূক্কৎলকপদা ঙায়রি মপান্দা কনানো অমনা কৌবা তারকই। ইবুঙো মধু লৈব্রো? হো কনা কনা লৈবগে ঐনে ওঝা বাবুলাল লাকচরিয়ে।

ওঝা বাবুলাল লমদমসিদা লাইরিক হৈবা মশীং য়ামদ্রিঙৈদা কলেজ লিংখৎতুনা ওঝা ওইরক্তুনা লমদমসিগী মী কয়া মখূৎ পায়দুনা তাকপিরকপা মীয়াম্না মীশক মীমায় খঙবা ওঝা অমনি। মধুচন্দ্রনসু ওস্থোক্লা ইকায়খুম্নজবা লমদমসিগী অশেংবা ওঝা অমনি। ওঝা বাবুলাল লাক্লে তাবদা চাক হূক্লুবা তোক্তুনা মধুচন্দ্র মপান্দা চেস্থোরকই।

বাবুলালনা হায়রকই, "চাক চারিবরা? চাবা লোইথোকওনে ঐ চাক চাবা লোইবা ফাওবা শূমাঙগী উখাসিদা ফমদুনা ঙাইগেনে চৎলো, চৎলো।

মাঙ্গোন্দা লৈরম্বা মোরাদু মশানা লৌজবদুনা বাবুলাল ফূরিৎখাওদগী পুথোবকপা খবরদু পারদুনা মশাদু লীচৈদুদা শৌরদুনা শূমাঙদা ফমথহৌরি। মধুচন্দ্রসু ইমুংদা চঙলক্তুনা চাক চাবা থুনা লোইননবা অশাবা চাক অদু ফুফা ফুফা কামদুনা মনিন চৎহল্লগা চাবি। চখোম মরক্তুদা অঙাংশিংদা চা অমত্তং ওঝাদা লান্নবা মধুচন্দ্রনা লাওরমই।

ওঝা বাবুলাল পূক্লীং চঙনা হৈহন্নিংনা তাকখি ক্লাসতা। মাগী সবজেক্ট জীওগ্রাফীসিদা মঙোন্দগী হেন্না হৈবা মীসি লৈতমালে হায়না হেক খলহল্লি। মাগী সবজেক্টসিদা লাইনি। জীওগ্রাফীগী সর্ভেইং হায়বসি ওস্থোক্লা হৈখ্রবা ওঝানি। থিওদোলাইট সর্ভে, প্লেন টেবল সর্ভে, চেন সর্ভেনচিংবা কয়া অমনি। লমহাঙদা পুথোক্তুনা পোৎ-চৈ ময়ামদো মশক তাক্তুনা ময়ামবু তাকপী তম্বীবদা অব্রাবা লৈতবা ওঝানি। ওঝা বাবুলালগী শাথীবসি পরীক্ষা মতমদা উৎথোরকই। পবীক্ষা হোলদদি লেঙবা ওৎপা ফাওবা য়াদে। ক্লাসতা, মপান্দা, চান্নরবা মরুপ ওইবা ওঝা বাবুলাল পরীক্ষা হোলদদি মহা হিংচাবনি। চাক হূক্লা হূক্লা মধুচন্দ্রনা নুমিৎতু নীংশিংলকই।

নোংমগী পরীক্ষা নুমিৎ অমনি বি এ পরীক্ষানি। পূক্লীংকাসি লাংহ্নকমুক্তং চাওই। অসিগুম্বা মতমসিদা কনাগুম্বা অমনা পূক্লীং থৌগৎপিবা ব্রাফম অমত্তংকা হায়বিবদা কয়াদা পূক্লীং লুমগদবা। ওপরেসন টেবল মথক্তা হীপহল্লবা অনাবা অমনা মাগী অকোয়বদা কনা উরক্রুবদা মায়খুম উপ্পা ডাক্তরদুগা ব্রারী শাবা হৌজিন্দুনা মরুপ ওইবগী মতৌ অমা উৎলুবগুম মধুচন্দ্রসু কনা উদ্রবা পরীক্ষা হোলদুদা ব্রাহংদুগী আর্থদু মপূংফানা খঙনীংবদু খঙবা ঙমদদুনা চমম্নবা মতাং অমদা ওঝা বাবুলালবু উরকই। ক্লাসতা মাবু লুনা তৌবতা নত্তনা লাইব্রিক্কী ব্রাফমবু ওইরবদি অৱা অনা থিদনা তাক্কুনতা লৈবদা হলেঙবা লৈতবা ওঝা বাবুলালদু উবদা মধুচন্দ্র মতেং মচা অমা লৌনীংলমই। খঙনীংলিবা আর্থদি ব্রাহে অমখক্তংগীনি। মদু খঙলবদি ব্রাহংদু নাখে অমা শেংগদৌরিবনি। মাগী মনাক্তা নকশিল্লকপা মতাংদা মধুচন্দ্রনা ওঝা বাবুলালদা হংলুই, ওঝা হোর্স লৌটিচুড হায়বসি টুয়েন্টি ডিগ্রী নোর্থ এণ্ড সাউথ লেটিচুড নৎত্রা ?

ওঝা বাবুলালনা মধুচন্দ্রদা অমুক্তা খঙনদ্রিবা মীদৌনা য়েংলকই। অদুগা করিমত্তা খুমদনা হেন্দোক্কুনা চৎকে তৌই। মতৌদুদা মধুচন্দ্রনা অমুক্তা কৌরমই, "ওঝা"।

ওঝা বাবুলাল তাদ্রমালে হায়না খল্লুবনি অদুবু, মা অদুম তারম্বা জাৎনি। ওম্হোক্লা নুংশি হৈতবা খোঞ্জেল অমদা ওঝা বাবুলালনা খুল্লকই, "ঐ খঙদেনে, নঙসু খঙদ্রদি চেদু থমজিল্লল্লগা মপান থোকখ্রো। পরীক্ষা হাযবসে ছাত্রদু কয়াম খঙলবগে হাযবদু যেংনবগী চাংয়েংনি। ঐঙোন্দা করিমত্তা হংলক্কনু"।

পরীক্ষা হোল মনুংদা নংহৌববোইদ্রা হায়বগী লাংতক্লুবগা, ইরিবদু চুল্লমদ্রদি হোৎনবগী অরেম্বা তাগদবদুগী পূক্লীং তয়াং তশোইবদুনা, অৱাবা, থুক্কৎপা, লাংতক্লুবদুদা ওঝা গুরু অমগী পূক্লীং থৌগৎপিবা ব্রাহে অমনা থৌনা হাপ্পীরক্কদ্রা খন্দুনা থাংজিল্লুবা খোঙথাংনি। অদুবু, পূক্লীং থৌগৎপিরকপদি লায়রদুনা অচেংবা য়েংদুনা য়াম্ববকই। মধুচন্দ্র পুনত্রে তুদুনা হৌগৎপা ফাওবা ঙমদবগী ফীভমদা তাখি। অকোয়বদা পরীক্ষা থারিবা মমান-কৈমান্নবা ময়াম মমাঙদুদা ইকায়বনা শিরমই। মধুচন্দ্রনা ব্রাহংদু খঙদি খঙলবনি অদুবু, ওঝাদুনা চুমই হায়বদং হায়বিবদা মাগী লৈজরম্বা লৌশিং জ্ঞান পূম্বা মীৎশিং নাশিংলমগনি। ওপবেসন টেবলদা

হীপ্লবা অনাবা অমনা মায়খুম উপ্পা ডাক্তরদুদা মরম ইরৈ-লৈতনা, ডাক্তর ঙসি করি ইঙ্খাং চাবিরকপগে হংলুবগুম্বা জাৎনি। চহী কুইনা অনাবা কয়া থেংনরক্লবা ডাক্তরদুদি অনাবদুনা হংলকইবদু হিংচাবা মানবা মাবু মরুপ শান্নবা হৌজিল্লকপনি হায়বদু ইরায় লায়না খঙই। মোমোন নোক্তুনা খুম্মে, "নঙগী ওপরেসন নুমিৎনি হায়দুনা ঙা থোংবা চাদুনা লাকইবনিনে। অনাবদুনা অমুক্কসু হংলকই, ডাক্তর ঙরাংদগী ওপরেসনগীনি হায়দুনা ঐদি চরা হেল্লকইবনি, কবম্বা কান্দা অমুক চাবা য়ানি ? ডাক্তরনা খুমই, ওপরেসন লোইরগদি অহাও-অহাওবা ময়াম অমা চাবা যারনি।

ওপরেসন হৌরমদাইগী তূমথরকপদু অনাবদুগা ডাক্তরদুগা চাক্কী ইঙ্খাংগী ৱারী শারগা পূক্লীং লৈতানা তূমখিবদো, ৱারীশিংদু ইশা শারমদবসু য়াবজাৎনি। তৌবতবু মঙোন্দা থাঙনা লেনগদৌরিবা মীদু মায়খুম উপ্পা হিংচাবা ওইনা উবদু মরুপ শান্নথোকপগী বানি। মরুপ ওইববদি মরুপ অমগী য়াইফনবা তৌরক্কনি হাযবগী থাজবদু লৈ। মসি পূক্লীংনা হাযজরকপা ৱাফম্নি। কনাগুম্বা ফাঁসিগী শগাইদা লেপ্পবা তোল্লবা মীওই অমনা মাগী ঙকশমদা থৌরী কোঙ্গোই হূক্লিবা কুচু মুবা, মপাম্বোমকা মরৈ মবৈ তাববা, মশমকা অমত্তা য়াওদবা লুকোকপা শঙলিংবদুগা মরুপ শান্নকুবগী কান্নবা করিনো। মানা কনবিবসু ঙম্লোইদবদা। অদুবু, হিংচাবা মাগী মখুৎতা চৎকদবগী শরুক মরুপ অমগী মখূৎতা পুনবা মতাংদা মাগা খঙনরবা বদি অদুবু থৌরীনা পুনবদা নুংশিবা অমা য়াওনা পুল্লিগদ্রা ? মসি খনফম খঙদে। মরুপ শান্নবা হৌবকপদা মরুপ ওইবিবা ঙমদ্রবা মাযখুম উপ্পা ডাক্তরদুনা শর্কলিখৎপা নৎত্রগা ফাঁসিগী শগাইদা লেপহল্লবা বদি অমনা মরুপ শান্নবা হৌরুবদা লূকোকপা শঙলিংবদুনা মরুপ ওইবিবক্তুবদা উপাই লৈতনা যেংখিবা মীৎযেংদু রঙ্গমঞ্চদা হৈশিংদা শক্তম্লাংলক্লবা নায়ক অমনা তম্বদা ৱানা থোক্কনি। নুমিৎতু মবক মরক্তা নীংশিংদুনতা লৈ মধুচন্দ্র।

ঙসি অদুক শাথীথ্রবা ওঝা বাবুলালদো থবক পোত্থাবদুনা লীচৈ অকোনবী অমা পাযদুনা লমজাও সোরোক্তা চৎলি। ঙসিনা অয়ূক অসিদা কবি কবম্না মতাংগীনো মধুচন্দ্রগী যূমদা লাকপিবিবসে। মধুচন্দ্র পরীক্ষাসু চৎকদবনি মতমসু য়াম্না লৈত্রে অদুবু, ওঝাদু উনদুনা ৱারী ঙাইহাক শারগা থাদোকখিদবদি যারোইদৌবি।

মধুচন্দ্র হেক থোক্লকপা উবদা ওঝা বাবুলাললনা হায়বরকই, "ইবুঙো পরীক্ষাদা নঙনা ষ্ট্রিক্ত ওইবদু ময়াম্না ওম্থোক্লা কিনা শোম্নখ্রে। ওঝা মধুচন্দ্রগা ওনশিন্নগদৈ শরুক কৈ মমায় নানগে" হায়নবে।

মধুচন্দ্রনা হাইফেৎ নোক্লগা খুমজরকই, "ওঝাসি ঐগীদি শকয়েং মিংশেলনি। ঙসি ফাওবা ঐ ওঝাগী ছাত্রনি হায়বদু কাওজদে। ঙসি খঙহৌদন। ওঝাবু উজবদা থায়নগী ওঝানা পরীক্ষাদা লেঙ ওৎপা ফাওবা য়াহন্দবমখৈ পরীক্ষা থাহন্দুনা ষ্ট্রিক্ত ওইবদু হেক নীংশিংলকই। ঙসি ঐখোযনা সেবা ঙমজবিবসি ওঝাখোয়না তম্বীরকপা পারা ময়াম অদুর্নানি।

বাবুলাললনা মথ্বায তানা অমুক্তুং নোক্লগা হায়বকই, ইবুঙোসু পরীক্ষা নংনবা কাগদবা ওইরিনি। ইপা চৎলগে। নঙনা ইপাগী মতেং অমা পাংদবা যাদ্রেনহৈ। ৱাহংকা ঙাইদে, "ইপানা নঙোন্দা হাযজগে হায়না লাকচবিবসি য়াবিবগা অদুম লোইরে"।

মধুচন্দ্র ইঙক ঙকই, বাবুলালদা চঙক্লনা যেংদুনা অদুম লৈ।

বাবুলাললনা ফুরিৎখাওদগী চে মচেৎ অমা পুথোবক্লগা মধুচন্দ্রদা পীবগা হাযবকই, "মসিগী বোল নম্বরসি রুম নম্বব ৱান্দা তাই হায়বনি। ইচানুপীনা পোকপা ইশূনুপীনি। মমাদু লৈখিদদুনা ঐনা য়োক্লবনি। মসিদং নঙোন্দা খঙহনগে লাকপনি। নঙ চৎপা থেংঙনি চঙঙো চঙঙো।

মসিদং হায়বল্লগা ওঝা বাবুলাল কোম্থোং লোমদা অদুম থোকখ্রে।

# সনাহনবী নঙবু তারিবরা

"থোৎনা মেঙবা মিংথোন কয়া রজনী, যামিনী, বিভাবরী নুপী ওইনা শায়োনবী, পাঙ্গল্লবী অহিংগী শক্তম লৌবিবী, মহৌশা কৌবী লাইলৈমা, কনানা খুদুম চনঙমদ্রবী, হে দিগ্বীজয়ী ইমা নঙতবু পুনেমজরি হন্না হন্না"

তোম্পোক্না যাচঙবা মতমদা হন্না হন্না শোঞ্জবা লাইশোন্নি। মপুক্লীংদা নীংজে, মুনা বাশী লৈবী সন্ধ্যা কৌবী য়াচঙবী মাদি ঙাইক্তংদনি ফোঙ ফাওরম্বা নুমিদাংৱাইবমগী কান্দুদা। অদুবু, পাঙ্গল্লবী বিভাবরী মাদি মতীক মগুন শন্দোকই রাত্রিগী প্রগবচপ্পদুমা অহিংগী ইচীক হুন নিদ্রাদেবীনা মপাং ওইরদুনা।

তোম্পোক থবক্তগী পোত্থাববা লাম্মীনি। মমা লৈবাক কন্নবা লানফমদা, লাম্মীগী খোঙচৎতা, অমুক হল্লক্কদবা মান্দ্রবা খোঙথাংদা, তুংদা হন্না যেংলক্তনা মাঙলোমদা হুপচিল্লুই লৈবাক্কী ঙমখৈ কন্নবা লমখোৎপাচিল্লকপশিংগী তেঙ্গোল মথক্তে। মাগুম্না লাম্মী লীশীং কয়ানা খুজিং ওইনা হোৎচিন্নখিবা মাঙতম্না অদুগা হল্লকপনা চা খন্তমক ময়ুম মাযগৈ তম্না হল্লকখিবনি মতম্না কুইনবগী তুংদা। পীক্না লৈহৌবা মচা বেমবেম অমদি চাওবা মপুং মবৈ ফারম্লে। মাগী নুপী সনাহনবীসু লাইবক্কী ময়ি মশীং ফনা হেনগৎলম্লে।

মাবু থাজববা মনাই ওইনা লুনা চান্না তৌবিবকখিবা পরম বীব চক্র ফংখ্রবা মেজব শৈতান সিংহনা মঙোন্দা হন্না হন্না তাকপিখি, "অহিং হাযবসে খুদম চনবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি"। মানা মসিমসু হাযখি, মীয়াম্না মমীৎ উইশিন্দুনা তৃম্বনা খুদুম চনখ্রবা মতমদুদা "সাধু বৈষ্ণবশিংনা অহিংগী মতম্বু তৃমদনা মমীৎ পাঙথোক্তুনা লৈ" মদুগী আর্থ খঙগদবনি। তশেংবসু হুরান চীন্থি, ডাকু ডাকাতি, মীহাৎ মীপুন সংসারগী অঙকপা অকিবা পৃম্বা মীনা তৃম্নবা অহিংগী মতমদতা থোকই। তোম্পোক মাগী গুরুনা তাকপিবা অদু লৌশিনবা ঙম্না মদুতা খন্দুনা লৈ। অহিংনি! অঙাং অতোম্বা চাওবদি খরা পীজরগা তৃমহনখ্রে, বেমবেমদি মমাগী চাকথোংবা য়াওরি। মতম কুইনগী তুংদা তোম্পোক মাগী লায়র খাঙপোক্তা অমুক থুংলববনি। লাম্মীগী লঙ্গর চাকখুম অচৌবদুদা থোংবা চাক ইঙ্খাংতা চাদুনা

লাক্লবা মহাক ঙসিদি মাগী নুপীগী চাকশঙদা থোংবা চাক ইঞ্জাং চাবা ফংলে। সনাহনবীনা ফীশেং শেৎতুনা চাক থোংলি, মানা মনাক্তা ফমদুনা ব্বারী লীরি, লানবুংগী ব্বারী।

লাম্মীগী ট্রেনিংদা লাঞ্জঙ মখল কয়াগী মনুংদা অহিংদা চঙবা লাঞ্জঙগী মতাংদু মঙোন্দা নীংশিংদুনতা লৈ। গ্রীক ফিলোজোফার প্লেটোনা মাগী শিষ্য সম্রাট আলেকজেন্দরবু মীয়াম্না তূমখ্রবা অহিংগী মতমসি খুদুম চনবা ঙম্নবা শিক্ষা পীখি। মাগী গুরুদুগী শিক্ষাদুনা মানা নোং তাখ্রবা অহিং অমদা ঝিলম তুরেন লানশিল্লক্তুনা অশিবগী লমদমগুম তূমখুন তান্নখ্রবা পুরুগী লাম্মী পূম্বা ইরায় লায়না খুদুম চন্দুনা পুরুবু বন্দি ওইহনখিবনি।

তোম্পোক্লা হংলকই, "সনাহনবী, নঙবু তারিবরা" ?

সনাহনবীনা খুম্লকই, "অদুম লীবিরকও তারিয়ে"।

পাওখুমদু তোম্পোক পেন্দে। মানা অসুক লূরবা ব্বাফম কয়া লীরগা নুপীসিনা কয়া থৌওই ব্বাওইদবগুম তৌরিবা মসিবু নুপীগী হৌনশারা ? অদুবু তোম্পোক ব্বারীদি লীথরকই মখা তানা। সনাহনবীসু মরক থৎনা ব্বাহং অমদি হংলকই চাক থোংনা থোংনা, "অহিংগী মতমদা তূমদ্রবদি করম্বা কান্দা তূমদোইবা, ঐদি তূমদবা ঙম্মোইবো, ডাক্তরনা তূম্বা ব্বাৎলি মপুংফানা তূম্মুদুম হায়রিবনি, নখোয় সিফায়গা ঐখোয়গা মান্নবা য়াব্রানে ?"

তোম্পোক্লা খুম্লকই, "তূমগনু হায়বা নত্তেনহৈ, অহিংগী মতম হায়রিবা মীপুম খূদিংনা তূমদুনা মাঙহনখ্রিবা অশিবদৌনা লেল্লিবসে মীওইবনা অহিংসিবু খুদুম চনবা ঙম্লবদি, অথোইবা পুন্সি অমা ফংজবা য়াগনি হায়বা ব্বাখল্লোন অসিবুনিনে, ভাব তারিবরা নঙবো ?

সনাহনবী ভাব তাদে। মাদি সহরগা খুঙ্গংগা তাইনবা লমদম অমদগী ইঙাও ঙাওনা লৈজরম্বদগী অহন লমনশিংনা মরম ওকপা নিপানি হায়দুনা তোম্পোক্তা থাজরকপনি। তোম্পোক্লা ঙাঙলিবা লোন অহিংবু খুদুম চনবা কা হায়বা ব্বাফমদুদি মঙোন্দদি ফোঙবা ব্বারবা পাওখোঙ অমগুম থোকই। মচানুপী অহন্দুনা য়াওশিল্লকই, "বাবা স্কুলদসু ওঝানা ক্লাসতা উইবদা হেক্তা ফুই, তূমগনু হায়"।

তোম্পোক্লা নুংশিনা মচানুপীদা হায়রকই, "বেমবেম, তৃমগনবা কত্তনশিংসিনা উইরিঙেদা মমীৎ মনাশিংবা হোৎনবা লেপ্তুবা কাওবুনা মাঙজিন থাখিগদৌরিবনিনে খংঙব্রা" ?

মপা মচা ঙাঙনরিবদো সনাহনবী ভাব ইতা তারমগদবা মান্দে অদুদদি তোম্পোক্লা হংলকই, "সনাহনবী, নঙবু বেমবেম্না হায়রিবসি তারিবরো" ?

মমায়দি ইয়েং য়েংথোরক্তে অদুগা সনাহনবীনা খুম্লকই, তারিয়ে, তারিয়ে।

মপানা থব্রায় য়াওশিল্লকপদুদা মচানুপী বেমবেম্না লীথরকই থেব-থেঙ্গুগী লমজেন তান্নবগী ৱারীদো, "য়েংও বাবা, থেবনা লমজেন য়াঙদৌ য়াঙইনি অদুগা থেঙ্গুগা লমজেন তান্নবদা পোরিবা"।

তোম্পোক পেঞ্জরমই মচানুপীগী নাৎ-পু তাবদুদা হংলকই, "বেমবেম থেবনা পোরিবদু করিগীনো হায়যুনে" ? – য়েংও, মানা উখাদা ফমদুনা মানা শোয়দনা ঙম্মপোৎনি হায়দুনা উশীৎতনা উইদুনা লৈথোকউবদগী তৃমথোকখিবনি। থেঙ্গুদি লেপ্তুনা চেনশিল্লকপনি, অদুদগী থেবদু অদুম পোহৌরে"।

মাগী ৱাখল্দু মচানুপীদা খজিক্তং চঙবদু উবদা তোম্পোক্লা মচানুপীগী নাক্তা খরগা নর্কাশিন্না ফান অমা চিংশিন্দুনা ফম্লগা মখা তারকই, "বেমবেম লঙ্কাগী কুম্ভকর্ণগী ৱারীদু তারেদনা, অদুক কনখ্রবা পাঙ্গনখ্রবা মাবু করি কান্নখিবগে ? থা তরুক তুমদুনা লৈথোকই, নোংমখক য়াহৌই অদুগা মবুক পোখায়মখৈ চাশিল্লগা অমুক তৃমখি থা তরুক অমগা। মানা তৃম্লমদ্রবদি লঙ্কাবু কনানা জয় তৌবা ঙমদোইনো, নৎত্রানে ?

চাক্তি লোইশিল্লক্লবনি। তোম্পোক্কী ৱাখলদা লৈরিবা, মীওইববু তৃম্বনা খুদুম চনখিবা অমদি মদুদগী নাম্থোক্লবা মীওইবগী পাঙ্গল অদোমদা খনবা হৌরকই। মাগী মমাংদা ৱায়ী কয়া চোংথোরকই মদুদা মীওইবগী খ্বায়দগী অশোনবা ওইরিবা তৃম্লীংবনা খুদম চর্নাখবদা উপাই লৈজদ্রবা অমগুম লেনখিবা ৱারী কয়া নীংশিংলকই ঃ

নিমাই সন্যাসকি মতাংনি !

মমানা মচানিমাইসি সন্যাস লৌখিদৌরে হায়না চিংনবদগী মমৌনুপী প্রীয়াদা অহিং তৃমদনা মীশেন খাওদুনা মবুঙোবু শঙউ হায়না পাওমেনখি। প্রীয়ানা তৃমদনা

মবুঙোগী খূয়াদা ফমদুনা শঙজরকই। অদুবু কুইদে, অহিংগী লাই লৈমা নিদ্রাদেবী লাক্তুনা প্রীয়াবু শুমখি হূম-হূম থেল্লদুনা প্রীয়াবু তূম্বনা খুদুম চনশিনখি, ইশি শিনা তূমথোকখি। মথ্বায়গী মনিদু কায়নখি।

অতোপ্পা ৱারীসু লৈ!

মহাদেবনা পার্ব্বতীদা অমবকথা লীবিগে কনাসু তাহনবা য়াদেকো হায়দুনা হিমালয়গী অমরনাথ শুরুঙদা পুশিল্লগা মদুতং তারুবদা অমব খুভম ফংবা য়ারবা ৱারী অদু লীবা লোইরকপদা "ইবেমা নঙ ভাব তারবরা" হংলুবদদি পার্ব্বতীদি তারমদ্রে ইশি-শিনা তূম্লম্লে। তাকউবা জ্ঞান অমদি লীরুবা তত্ব পূম্বা অরেম্বা তারে। লীবনা অমদা লী অদুগা তাবনা মচা ওনবতা ঙায়রিবা তেনৱা অমনা তাথোকখি।

অমূকসু ৱারী অমা!

মহাভারততা য়াওবা মতাংনি। অভিমন্যুগী মমা শুভদ্রানা মচা অভিমুন্য নাওপুরিঙৈদা অহিং অমা মপুরোইবা অর্জ্জুনা লান্দা চক্রব্যুহ হায়বসি করম হাযনা চঙগনি হায়বা ৱারী লীবিরমই। ৱারী অদু মমাগী মবুক্লুংদা লৈরিবা অভিমন্যুসু তাখি। অদুবু চক্রব্যুহদগী করম্না থোরক্কদগে হায়বা মতাংদু য়ৌরবদা শুভদ্রানা তূম্নীংবনা খুদুম চনখিদুনা তূমথোক্লুবদগী মতাংদু তাহৌদ্রে। মদুগী মৰৈ ওইনা মমানা তূমখিবদগী চক্রব্যুহ মনুংদগী করম্না মপান থোরক্কদগে হায়বা ৱারীদু তাহৌদ্রবা অভিমন্যু থোরকক্লবগী পোরমদু খঙহৌদবনা চক্রব্যুহ মনুংদা মথ্বায় মাঙখি।

তোম্পোক্কী ৱাখল কাযরমই। চাকখুমদগী চাক তাক্লরে। চাক চানা-চানা মতৈ- মনাও ৱারী শারমই। অৱা-নুংঙাই বারী কয়ানি, লৈবাক্কী ৱাফমসু য়াওই। লৈবাক মনুংসিমক্তা হিসা নাইসাবা কাঙবু খরনা অমত্তা ওইবা শক্তম থুগাযরগা অনৌবা লমদম শেম্নীংবগী ঈহৌসু কন্না হৌবকই। য়ূমগী নুপী অঙাংফাওবা খাক্তনা লমজাওদা থোক্তুনা লাওরি, "লৈনীংদবা কাঙবু চৎচখো লৈপাক্তি পুখিবা য়ারোই, ঙমখৈদি শোকপা য়ারোই"।

মতাং চানা চানা সনাহনবীসু মপুরোইবদা হায়রকই, "হয়েংদি ঐসু লমজাওদা চৎতুনা সি এমগী বংলো মমাঙদা পেন্দবা ফোঙদোকপা য়াওরুদৌরিবনি"।

তোম্পোক্লা সনহনবীদা য়েংতমক য়েংই। ব্রাফমদু কযা কন্না য়ানীংদ্রবসু পংয়েৎ য়েৎলমদে। মাদা নত্তে, অতোপ্পা নুপী কয়া অমসু য়াওরিবনি খল্লি লৈবাক্কী থবক্কি চৎকে হায়রগা চৎলসনু।

মাগী নিপানা তুমিন্না লৈদুনা কবিমত্তা খুল্লক্ত্রবদা সনাহনবীনা অমুক ঙাঙবা হৌরকই, "কৈনো চৎহন্নীংদবগী বারো"?

তোম্পোক্লা খুল্লকই, "চৎকে হাযরগা হেক চৎলু কৈনোনে"।

চাক চাবা লোইনরে। মচানুপী অহন্দু তৃম্বা চঙখ্রে। মতৈ-মনাও ফক তিংথোক্তুনা ঙাইহাক্তং শাংদোক্তুনা পোথানরি। সনাহনবীদি ফক্লাংদা ঙাথদুনা ফল্লি অদুগা বাহং অমা হংলকই, "সভাযাত্রা চৎপা কাঙবুশিংদা টিয়াব গ্যাস য়াম্না কাপ্পী নহানসু, অদুনা হয়েংনা ঐখোয়না চৎপদা টিয়ার গ্যাস কাপ্লক্লবদি কবি কবম হাযনা তৌদোইনো হাযবদু খরা তাকপিয়ুদনা"?

তোম্পোক সিফায় খনবনি, টিযার গ্যাস মুন্না খঙই। মপূক্লীংদসু খল্লকই মদু সনাহনবীদা তাকখিবা য়াম্না চুমই নৎত্রবদি, হান্ননা খঙদবনা টিযার গ্যাস কাপশিল্লকপদা মখোয় মশেন নেৎখায়নদুনা তোক্লবনি। তোম্পোক্কী মমীৎনা উবকই অদুগুঁ লাডাক্তা লানগী ট্রেনিং তৌবা মতমদা টিযার গ্যাসতগী নাম্বোক্লবা গ্যাস মাস্ক উপ্পদো, অদুবু প্রজাগীদি কদায়দগী গ্যাস মাস্ক লৈগদগে। খন্না-খন্না তোম্পোক্লা টিযাব গ্যাসতগী নাম্বোক্লা পাম্বে ময়াম অমা লীবা হৌবক্লমই। ফনা শাংনা র্বারীদু লীবক্লে। ব্রাহৈপরেং খৃদিংগী খম্বগুম তৌই উং উং উং হায়দুনা। ব্রাবী লোইশিল্লক্কদৌবে।

তোম্পোক্লা হায়রকই, "য়েংও সনাহনবী, টিয়ার গ্যাস হেক কাপশিল্লকপদা মীৎ অঙকপা ফংনা থুপকনি, নাতোন চিংলাওনা কানি, মৈখুদু হোঞ্জিল্লুবদা শোর ফুনগনি অদুনা কঙাওনবা মযামদু অমগা অমগা নেৎশিন্নগনি গ্যাস মাস্ক উপ্লবদি কৈসু তৌবোইদনি অদুবু, লৈতবনিনা তিলহৌ মরু অমা অনী ফীবৈদা যেপ্তুনা পুবো। মৈখুদু হেক মায়োক্লবদা মৈখু হুর্মজিল্লক্তবা মায়গৈদা চেম্বোক্লগা তিলহৌ মরুদু থুগাইবগা মদুগী মনমদু নাতোন্দা চিংশিল্লু, গ্যাস অদুগী ময়াইদু খরা চমহনবা য়াগনি। অদুনা মফমদু মৈখু পূম্বা হুমদোকখিদ্রি ফাওবা লৈবা য়াররোইদবনিনা থুনা চেম্বোবক্লবা তৌগদবনি মখা অমুক কাপশিল্লক্ত্রিঙৈদা, তারিবরা নঙবু সনাহনবী?

পাওখুম অমত্তা খুন্নক্তে, সনাহনবী তূম্বনা খুদুম চনখিরেন্নে ঙসাইদগী থবক্তা শৃদুনা লৈবদুনা ব্বারমাল্লে। তোম্পোক নোক্লীংবা অমা ফাওরক্লমই ওঃ মানা খঙনীংনা হংজরম্বা ব্বাহংদুগী পাওখুমদু মা তাখিদ্রে, তূম্বনা খুদুম চনখিবনা হানখ্রে। অদুবু, য়াম্না ঙকখিবদি মরক মরক্তা উং উং হায়না খুন্নম্বদুনা কনানো ? ফমুংদা চঙখ্রবা মচা অনীদু তোম্পোক্লা কৌরমই, চাওবা! বেমবেম! কনাসু খুন্নক্তে লোইনা তূমখ্রে। শগাই মথক্তা উচি লুন্নিবা হৌদোংদুদংদি তূমদ্রিমাল্লে, খুন্নকখি ঙ্যাও হায়দুনা।

# প্রলয়

যুগেগী মরুপ-মপাং ইমুং মনুংসি য়ামখ্রে। সহরগী চিল্লবা যুম্লক্তা লৈবা মাগী কোম্বোংদুদা হেক কানশিনবগা অনৌবা সংসাব অমদা লাকপগুম ফাওই। মাগী যুমদু ইনা কুপ্পা যুম্নি, হৌজিক্কি মতমসিদা পঙনা উবা ফংবা নৎত্রে। অদুগা শঙতপ অমা শাংনা তপথবদুদা মাগী মরুপ ময়ামদু লৈরি। য়েম্বী অমুবী মরুম কোল্লি। মাগী মচা ওনগদবা পংকুই কুইদ্রে। য়েম্বীদুদি চাগনি থক্কনি কাওবমখৈ মরুম কোল্লি। নোংমা নীনি লৈরগদি মচা ময়াম চীক-চীক খোংলক্কনি। শাইজিন্দনা শেন্দ্রাং ময়ামগী কোল্লুপ অমনি। নুমিৎ চুপ্পগী কোল্লুপ অদুদি খৎনদুনতা লাওনদুনতা লৈবগুম তৌই। মখোঙ য়াঙবা নিপাশিংদুনা চীংয়াদা পাৎয়াদা চৎতুনা চাবা যাবা কযা থি-থিদুনা চারগা মবুক থল্লগা থেংঙেমখৈ যুমদা হঞ্জিল্লকপদা যুমদা লৈবম্বা খবা অমনা চঙহন্দদুনা কোয়থৎ থৎলি। মাগী মাগী নুপীনা খাম্বদি লাযরদুনা কল্লক্তুম পেল্লি হায়দুনা তাশিন্নদনা লৈথোকই। যুমদা চঙহন্দ্রবা শেন্দ্রাং লাবা শরদি যুগেগী কাঙখল চৈখোক্তা তোংদুনা অহিং লেনখিবনা কোঙ্গায়নি।

নোংঙানবা ঙাইবা ঙমদে লমখুনু জুবা-জুরা চেঙ পীরো চেঙ পীরো হায়দুনা খৌরবিবা যুগেবু হৌদোক্কদুনা মাগী তুর্লসিবোঙদা লেপ্পদুনা। যুগেনা মখোয়গী চাননবা চেঙ হব্রাই থাদুনা থমই। নহান নোংমদি যুগেনা মখোয়গী চেঙ থাবা কাওকুরে। অদুর্দদি লমখুনু মতৈ-মনাওদুনা হূই রামুগী চাক্লুক্তা থাদুনা থল্লম্বা চাক্ত চাকবমালে, অদুদদি অমুক্তং খৎনরকপবু রামুদি থেম্বা য়াখিদ্রে। মতৌদুর্দদি হৌদোঙ মিনুনা উচি অমা ফাবক্তুনা হূইদুদা পীবগা থেল্লবতদা শাওনবদু নেমথখ্রিবনি।

বামুগা মিনুগা লুনা তিন্নখ্রবজাৎর্নি। মখোয় অনী পুখম অমত্তদা থাবা চাক অদুম খৎনদনা চামিন্নে। ঙা থোংবা নুমিৎতদি করামচাওবা রামুনা মিনুবু পীজদনবা মায়গৈ পূম্বা থৎতুনা চঙহন্দ্রবদা বামু মিনুগী খুবাক কয়ারকসু চাখ্রপোৎনি। অদুবু, অদুক শাথীখ্রবা হূই অসে মাগী মচে মিনুনা খুবাক্লা থারকপদা মখূৎকা হনবিপোৎনত্তে।

য়েঙ্গাইথক্কী শেম্বাং মতৌ-মনাও অমসু লৈরি। মখোয় মচাদগী হেন্দোক্নুনা মশূ ফাওবা ফংলবনি। লৈবা চন্নদদুনা মখোয় শন্দংখারোমদা মরোল অমা হোংদোকপ্লবনি।

ফৌ-কৈগী য়াঙলেন্দনা খুনু য়াঙ্গোন অমনি, লাঙখ্রপোৎনি, অহিং-নুংথিল অচীক-অশা অমত্তা হেক খায়দে। পূন্নমক্কী মথক্তা হৃমেং মমা মচা অমসু য়াওরি য়ুগেগী সংসারসিদা।

ছুটি থারকপা অঙাং কয়া অমনা চঙলক্নুনা য়েংলরি য়ুগেগী পুন্সি। মখোয়না য়াম্না হেক হরাওজরিবদি হূই রামুগা হৃমেংমচা মোনাগা শান্নবসিনি। মোনাদি মানা হেক ঙমইবমখৈ কৈসু হায়দে অদুবু, রামুনা হেক হেঞ্জিল্লক্লবদি মমা কৌদুনা হেক ৱাকৎলি। ইমা ইমা হায়না হৌনা হৌনা কৌপ্লপোৎনি। অদুদগীদি মচা শোক্লে হায়দুনা মমাদু ফন হেক্তা চোংথোরকই মকোক্কী য়োৎশিঙ্গোৎ মানবা মচিদু উৎলদুনা। রামুগা চীন্দা পাওদানদুনা খৎনৈ মোনাগী মমাগা। অমসিসু মহাগী লাইঙম্বীনি। ইচা শোকপা য়াব্রা হাযনা ফন্দুনা হেক্তা লেপ্লে। রামু মপূক্লীং নুংশিরকই, ঐগীসু ইমা লৈরম্লবদি খঙগদবনি। সোমদা রামুদি নুপীগা মান্নবা তল্লি হায়দুনা চপ লেপ্তুনা তিঙক তিঙক য়েংদুনা লৈবে। মৈনা ফবী মোনাগী মমাদুনা চোংশিন-চোংশিন্দুনা বামুগী মমীৎতু কোৎকদৌরে। তাঞ্জাদুনা রামুগী মচেম শক্তুনা লৈরিবা মিনুনা মোনাগী মমাদুদা য়াম্না ৱারৌনা হায়রকই, "কৈনো অঙাং মশেন খৎনরবদি খামদোক্লরগা লোইরে, অহল য়াওশিল্লকপা চুপ্বরা।" ?

শূমাঙ মতোন্দা জবাকুসুম পাম্বীদা তোংদুনা নুংশা য়াইরিবা মোইনানা লাওরকই। মাদি মীরোলসু ঙাঙবা ঙমই। মানা চৈরকই, "তানীংদেহৈ, খরা খৎনরে ওক এ তোক ও"। নীতিগী খৎনখ্রবা ময়ামসিগী মনুংদা নুমিৎনা তরং তরং থোরকপা মতমদা মোইনানা শকই নুংশিনা নাম শোল্লদুনা "ব্রজ কৃষ্ণ কৃষ্ণ চৈতন্য, প্রভু নিত্যাইনন্দ আদ্বৈত শ্যাম...। রামুনা মচীন্দা খুম্বদৌনা হৌ হৌ খোংই মোইনাগী মতুং ইন্দুনা।

অসুম্না য়ুগেগী য়ুমসি মাগী মরুপ-মপাং মচা-মশূশিংসিগা লোয়ননা খরা খৎনা খরা লাওনা অদুম পাল্লি।

ঙসি মেট্রিক পরীক্ষা হায়দোকপা নুমিৎনি। হরাও নুংঙাইবসু কয়ানি কপ্পবসু কোঙ্গায়নি। মীনা হরাও নুংঙাইরক্লবদি শা-ঙাগীদি প্রলয়নি। ক্ষেমাদয়া য়েংনদে। হরাওবা কাঙবু ঙসিদি খরা পায়নদৌরি। মদুগী পাননবা অঙৌবা, অতাওবা, কলেজা, মবিন অঙৌবা, কুপশু, শিংজু কয়ানি। অৱাবা কাঙবুদুসু খরা অদুম পায়ননি অৱাবা খাঙননবা। মদু কংনা চিংবা য়াবা নত্তে প্রলয়নি! প্রলয়!

সড়ক মচীনগী "ডক এণ্ড চিকন সেন্তর"দুদি মীনা কৃক কৃক ইন্নখ্রে। কয়া অমনা ড্রেস ওইনা, খরনা অহিংবা ওইনা, কনা অমনা অহিংবা ওইনদি লৈরগা শেন্বদি য়ুমদা শেমজরুগে হাৎপিরকও হায়না লাওনরি। উচেক-ৱায়াগী হেদো-নাহে চনবদু অচৎ-অওক ফাওবা পূক্লীং শোক্লবা মতৌ অমনি। কয়া অমনা চৎন-চৎনা শোন্নে, "খরা মচি মরুমদা তৌনরবদি ফগদবনিকো, চাবদি ইচা চানরবসু মায়োক থাফম্মক্তা হেক্তা ককথরকপসিদি খীৎতং হকমল্লিকো"।

লৈকায়-লৈকায়দা য়ুম-য়ুমদা লোইনবা য়েন, ঙানু, কনাগী হূই হৌদোঙ ফাওবা ময়াম অমা লাক্তুনা চোইখোম খোম্নখ্রবনি। জীব লোইবা মপু কয়া অমদি শেল ফন্না য়াম্না শানখ্রে। যুগেখোইগী লৈকায়সু প্রলয়দু য়ৌরকই। লোইনা ইতা-তার্নবিবা ঙাক্তনি। যুগেগী ইমুংসু অকিবদুনা লাকশিনখ্রে। চরাংনবা খুনু খোংখিদ্রে। শেন্বাং ঙন্না মকোন্দা হঞ্জিন্নখ্রে। রামুদি থোঙ শঙবনি। মা কোম্থোঙ ময়াদা কুন্দুনা মমীৎ মনা শিংনা অদুম লৈ। শূমাঙদা তাবা লমখুনু নাসিক পান্বী মতোন্দা লোৎখ্রে। মোনা মমা মচাদি কদাযদবু লোৎলিবনো মশকপু উখিদ্রে। খুনু মকোনসু লাঙবা তাখিদ্রে। শেন্দ্রাংশিংসু ঙম্না চরা হেন্নখ্রে। মখোয লোইনা খঙই প্রলয লাক্লে। ফৈরা থক্তা হঞ্জিল্লক্লবা মোইনানা চেকশিন্নবা লাওবকই, "শবোয় ঙারোয়শিংসে মথি ফোঙলকইহৈ, মচি মরুমদা লৈশিন্দুনা লৈয়ুকো"।

য়ুম্লক্তা লোইবা ঙানু খুনু কয়া খোমদুনা পুনখ্রে। কনানবু শা-ঙাগী অবাববু খঙবিগদগে? মনীং মমাঙ ওম্থোক্তুনা মখোঙদা পায়দুনা পুরিবা শঙলিংবগী মখুৎতা তারবা ঙানু অমদি নিপা অনীনা পুদুনা চৎলি যুগেগী খোঙ্গাল মপা লাম্থোক্তুনা। ঙনু অদু যুগেগী অৱাংথংবদা লৈরিবা ইমুংসিনা লোইবদুনি। মখোঙ অনীদুদা সুপপায় পায়শিল্লগা মনীং মমাঙ ওম্থোক্তুনা য়ান্দুনা পুবীবদুদা ৱারমাল্লে

নাহেরমই মরক-মরক্তা। মখোলদুনা রামুগী মফমদদি কনবিয়ু হায়না কণ্ডুনা হায়জরকপা ওইনা লৌরুরে।

রামু নীংশিংলি, ঙানু অদু মখোয়গীদা পোকখিবনি। মখোয়গী য়েম্বী অমুবীদু মখোয়গী বাবু যুগেনা লৈরকপদু মরুমকোকপা লোইখিবতা ঙায়রি হায়বনি। মরুম কোকপা লোইখ্রবদুদদি য়েনবীদু মরুম কোন্নীংবনা কঙাওনদুনা নূঙ অমা হেক উবদা হেক্তা কোনবদু উবদা যুগেনা যূম্লোন্নবা ইমুংদুদগী ঙানু মরুম খরা লৌরগা কোলহল্লি য়েম্বী অমুবীদুদা। মচানা ওল্লক্লবদুদদি ঙানু মচাশিংনা মমা য়েনবীগী মতুং ইল্লম্বদগী পুম্ব্রী উবদা চোংথখিবদুদা য়েম্বী অমুবীনা পুম্ব্রীগী অকোয়বদা খোংদুনা কোয়চেন-কোয়চেন চেনখিবদো নুংশা থীজদুনা, মচাশিংদু ঈরাক্লদুনা শিবা তারে হায়দুনা। মচা চাওরক্লবা মতমদদি যূম্লোন্নবা ইমুংদুনা মচাশিংদু লৌখ্রে। য়েম্বী অমুবীসু মথং মথং অমুক মরুম কয়ারক কোনখ্রে। ঙসি মনীং মমাঙ ওম্মোক্তুনা পুখ্রিবা ঙানুদু খ্বায়দগী মমা নীংবনি। নীতিগী মমাগী মনাক্তা লাক্তুনা কুল্লে। অতৈ ময়ামদুদি মপুদুনা কনা কনাদনো লোইনা য়োম্মোকখ্রবনি। ঙানু অসিদি কোল্লুপ অসিগী মকপ্নি। ঙসি মেট্রিক পরীক্ষা হায়দোকপা নুমিৎসিদা পাস তৌরবা ইমুং অমগী পেন্ননবা ঙানুদু শহিদ ওইখিবা তারি। কোম্মোং অদুগী মপা য়ৌরকপদা ঙানুদু মাবু মরুমদগী য়োকপিরকখিবী মমাদু য়াম্না নীংশিংলক্লমই। মমাদুনা মাবু কনবিগনি খল্লমাল্লে, মনীং মমাঙ ওম্মোকপিবদগী শোবসু ফুল্লবা মানা লাওরকই, "ইমা! ইমা! ইমা! ঐবু ফারে, ঐবু য়োম্মোকপিরে ঐগী মপু অসিনা, ঐবু অমুক্তা মুনবিরুলাও ইমা!"

মরুম কোন্দুনা কোংখাদা লৈরিবা মমা য়েনবী অমুবীদো মচাদুনা কৌবা তায়, অদুবু ফুক হৌগৎতুনা চেনবদি ওইথোক্ত্রে। মচাশিংদু ওনগদবা কুইদ্রে, হৌগৎপা য়ারোইদৌরে। য়েম্বী অমুবীনা কপ্না কপ্না খুন্নকই, "ইমাগী ইবুঙো! ইমাদি ননাও ময়াম অমা কোন্দুনা লৈরুবনা ইমা হৌগৎলকপা য়াদ্রেনহে, ইমাবু ওম্মোক্লা নীংঙমদনা লৈহৌদৌরেদা। কপ্লতনা ইশরুক ওইদুনা লাক্লবনি। ঐগী অরাবা খঙবিনবা কনা লৈত্রেনহে সনা"।

মমা মচাগী কায়না রারোলদু তাবদা রামুগী পূক্লীং শোকখ্রে, খম্বা ঙমহৌদে। কোম্মোঙ মপাদা লাম্মোকখিবতা ঙায়রিবা ঙানুদু য়ান্দুনা চৎলিবা অনীদু তম্না শৎ

হোৎচিনখি চৌরবা ময়াদু খীগৎলদুনা। ঙানু পায়রিবা নিপাদু খংদুনা ঙানুদু খঙথা থাদোক্লমই। রামুনা চপ যুংনা লেপ্লমই, "অনী অসি য়াথোঙ লোল্লগেদো"। চোংশিনখ্রে! অনীদুনা পাখৎতুনা কন্না চেল্লমই। রামুনা চপ লেপ্তুনা লৈরিবা ঙানুদুদা লাওরকই, "হৈ বুদু, ঐখোয়দা চেনশিনখ্রোনহে, ঐ অনীসি লাক্লগে"।

লৈকায় ময়াম চেস্থোক্লরক্লে, যুগে থোরক্তুনা রামুবু খামখ্রে। সোমদা ঙানুদুদি যুগেগী ময়ূমদা চেনশিনখিদুনা মনাওশিং কোন্দুনা কোৎখাদা কুল্লিবা মমাগী মনাক য়ৌখ্রে। মমানা চরূ মরক্তা লোৎহনখ্রে। নিপা অনীদুনা যুগেগী ময়ূমদা চেনশিনখিবা ঙানুদু থিননবা চঙলক্লে। ঙানুদু কদায়দা লৈরমগনি হায়বদি যুগে খঙই। অদুবু, মানা মদু তাকথোক্তনা অনীদু থিবা য়াবা থিহল্লে, ফংদ্রে। যুগেনা শেল ওইনা পীরগে হায়না হায়নদুনা শেল খরা হজ্জিনবিরগা অনীদু থাদোকখ্রে, ইরাংসু নেমখ্রে। যুগেগী ইমুংদা লৈরিবশিংদু নত্তনা লৈকায়দুগী শা-ঙা পাক্তক্লনা হাৎপিখ্রে। রামুনা মথন্তা মপূক্লীংদা মশাসি মপু নীংবা মনাইনিকো হায়না খঞ্জদুনা পোঙজরমই। রামুগী মতৌদুদা যুগেনা পেঞ্জরুরমালে মনমগন্দা মখুৎনা পোপ পোপ ফূবিরমই।

য়েন্বী অমুবীনা শোল্লকই, "থায়নদি হরাওবা মতমদা য়েলহিং থানরমই, লাইগী য়েন্নি চাফদে হায়না শক্লরমই, ঙসিদি ঐখোয় লাইগী য়েন্নি নাস্থোকহনগনু হায়দুনা য়েলহিং থাদ্রিঙৈদা হান্ননা ময়াম চেক্তুম নূঙদুম পায়দুনা থৎতুনা লৈনৈ। লাইশিংসু ঐখোয়গী খজিক্তা য়েংবিদে।"

ঙানুদু মমা য়েনবী অমুবীগা অমুক লৈমিন্নবা ফংজরে। ময়াম শোর খরা হোন্দোক্লে। বোম তাবা মতমদা কোম মনুংদা লোৎলুবা শিহৌদবা কাঙবুদো বোম তাবা লোইখ্রগা মহৈ মহৈ থোক্লরকপগুম যুগেগী ইমুংগী কাঙবুশিংদো ঙসাইমখৈ লোৎনরুবদগী লোইনমক থোক্লরক্লে। হব্রাইথরাক ফোয়খিবগী মরী অকংবা মপৈ পৈবদুগী মরক্তা পাকথদুনা লোৎলুবা হমেং মমা মচাদুসু থোরক্লে।

মোনানা মমাদা হায়রকই, "ইমা মেট্রিক পরীক্ষাসু হায়দোকখ্রে, দুর্গা পূজাসু লোইখ্রে, ঐখোয় নুংঙাইরেকো"।

মিপাইরবী মমাদুনা হায়রকই, তুমিল্লৈয়ু! তুমিল্লৈয়ু! কালেম্ছা কুইদ্রে, লাই হরাওরক্লনি। মদুসু অরায়বা নত্তে।

মচা কোল্লিবী য়েম্বী অমুবীনা কোংখাদগী ফম্ন-ফম্না হায়ল্লকই, "হন্দক্তি থিঙেনমরু হরাওবসু তৌররোই হায়গুম তৌবনি। অতৈ অরাপ্পদা হরাওবদি ঐখোয়গীদা য়ৌরকওইদা।

ফৈরাদা তোংলিবা মোইনা, নুমিদাংৱাইরম খূদিংগী শোনবা মাগী লাইশোন্দু শোল্লকই মচীন্দু নোংথক্তা ওনখৎতুনা, ব্রজ কৃষ্ণ কৃষ্ণ চৈতন্য, প্রভু নিত্যাই নন্দ আন্দত্য শ্যাম...।

রামুনা শৈখুল্লকই, গৌ গৌ গৌ...।

# প্রজাগা শম্নদ্রবা নিংথৌ

নোংমাইথেলদা ইকোলোজিকেল পার্ক অমা শাগদৌরে হায়না লাওথোকখিবদু ঙসি গোভর্নর লাক্কুনা যাত্রা হুল্লগনি হায়রি। সরকারগী অঙন্বা কয়া ওফিসতা, ময়ূমদা, লমজাও শোরোক্তা নোংমত্তা ফাওবা থোকপা ঙমজদবা ময়ামদো ঙসিদি তঙাইফদনা তান্নবা চীংয়া অচীকপসিদা লাক্কুনা খোইবেন মশা পাইররে। সিফায়-পুলিস পূম্নমক, লম্বীচিংবা ট্রাফিক পুলিসশিংসু কৈথেল ময়াযদা গাড়ী থাফম চাদনা থাবম্বা থিরগা কোনখুম ফক্কুনা, নুংশিং থাদোক্কুনা মথৌ চিঙ্গরম্বা পূম্নমক ঙসিদি লম্বীসিদা নুংশাসিদা ভন লেংদুনা লৈনখ্রে। লৈবাক্কী অঙন্বা লম্বীসিদা লাক্কদৌরি। মৈ চাকপা কন্নবা লৈবা ফায়ার ব্রিগেডকি মীওইশিংসু ঙসিদি উফুলগা মুক্রা শান্নহন্দুনা লৈরে। লম্বী ঈশিং চাইথোক্লি, উফুল হৌদনবনি। ঙসি লৈবাক্কী মকোক গোভর্নর লাক্কদৌরি।

কাঙবু অমনা চোংথোরকই, লাওরকই, শেনচাবা ওফিসার ময়াম, মন্ত্রী ময়াম্না মীয়ামদা উৎ চাইরিবনি; তৌশিন্নরিবনি; গোভর্নরনা যাত্রা হুলহল্লগা থাগৎ থাগৎতুনা মৈতান পীজগদৌবিবনি। ব্রাগদৌরিবদি প্রজা ঐখোয়নি।

লৌবোক পাম্বাসু লোইখিবা, ইংখোল শম্বনসু কয়া কন্না শূনদবা মতমসিদা লৈপুং ফমদুনা ঙাঙনরকই মহৈ মহৈ। অমনা অমদা হায়নরকই, "মখোযগী গোভর্নর হায়বসিবু নহানব্রাইদি মীরক্তকা লাকপিয়ু য়াদবদাইনে? হন্দক্লিসিদি উফুল থাংবা চীংয়াসিদা করম হায়না লাক্লিংইবজাৎনো?"। অমনা অমুক খুন্নকই, হেবা অতৈগী নত্তে; থায়নদি রিপব্লিক ডেদা থোক্কুনা, সলাম ওক্কুনা, মীরক্তা হেক হেক তিল্লম্বদো হৌজিক কানসিদদি বোইকোট তৌই হেক্তা হায়রকপদগী প্রজাশিংসু ইয়াও য়াওদ্রেদনা। প্রজা অয়াম্বসু য়েংবা থোক্লরক্তে। অদুদদি যাত্রা হুনবগুম্বা মতাং খরদা থোরক্লবদি মা অমা লৈ হায়বদু কনানা খঙবিদৌরি"।

লৈকায়গী ক্লবকি নাহরোলশিংনা মরোল অমা হন্দক্কি যাত্রা হুনবসিফাওবা বোইকোট তৌই, থোকপিগনু হায়রি। অদুনদি গোভর্নর ফনা লাক্কুনসু প্রজাদি কয়া কন্না তিনগদবা মান্দে। চীংখোঙদবুদি প্রজাশিং লাকপিদ্রবসু অঙম অথৌতনা

লাকপদা মীনা ফিঙৌ ফৌখ্রে। কনাগী কেমেরামেন ভিডিও নম্বা কাঙবু, পাওচেশিংগী পাওমী, শুরে লাক্লরিবা। ঙসিগী থৌরমসি প্রজাশিংদি কয়া কন্না মরু ওইনা লৌনবসু উদে। অদুবু, লৌবুক্তা তাইনবা ইংখোল অমদা ইংখোল শম্বন শূদুনা লৈজবা অহল গুনোদি ব্রাফম অদু তাবদা নুংঙাইবা ফাওখি। মাদি খল্লি, মফমদুদা ইকোলোজিকেল পার্ক অমা লৈহল্লকপা হায়বসি লৈকায়দুগী লেমজনফম ওইগদৌরিবনি। মীরমগী মীওই কয়ানা কোয়রক্কনি, য়ূম ফজ ফজবা কয়া শারক্কনি, মীয়াম পুনফম শঙ শারক্কনি, শান্নখোৎনবা কাঙবুশিংগী লম্পাক শান্নবুঙ, ইরোইনবা পূখ্রী তৌদুনা শেল্লক্কনি, মশক্লাইবা মহৈতম্বফম শঙ লাক্কনি, কৈথেল, হোটেল ফল্লক্কনি, পোৎ চৈ মখল মথেল কয়া ফংলক্কনি বস মশীং য়ামখৎলক্কনি। মীয়ামসু থবক খরা তৌজনবা খুদোংচাবা ফংজরনি। অদুবু ওইরবদি শীজিন্নফম খঙদবা চীং ওইনা তাদুনা লোক্লুং অশূকপা ওইনা লৈগদবগী শরুক চাউখৎপা সমাজ অমা ওইহন্নবা হোৎনবীরকপদা কায়রিবসিবু কনা-কনাদনো ? মীবমদা লৈখ্রবা শক্তম কয়া, থেঙলবসু থেঙনা ঐখোয়গীসু লৈহনবা চুমদ্রা ? গুনো পূক্লীংদা নুংঙাইবা অমা ফাওরকই। মানা লৈকায়গী মরুপ-মপাং ফনা য়াম্না হৌরুই অমত্তা মপাং ওইসি য়ারক্তে। মাদি য়াম্না চৎনীংই। নীংশিংলকই থাযনগী মতম।

লৈচিল কুঙনা থাববা অয়ুক ব্রাকচীং থাদো। রিপব্লিক ডে নুমিৎনি। খুঙ্গংগী স্কুলদা তন্নিলৈঙেদা ওঝা হেরানা চিংদুনা মখোয় লম্বেলদা চৎতুনা মার্চ্চ পাষ্ট য়াওবা লাকখি। খোঙনা লাকখিবনি। গুনোনা ফিরাল পায়দুনা চিংই। চীফ কমিস্নারনা সলাম ওকই। মোমোন তৌদুনা মখোয়না ফিরালদু হাইথবকপদা চীফ কমিস্নারদুমক্লা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা সলাম ওকই। পূক্লীংদা নুংঙাইবা ফাওখি লৈবাক্কী অঙম্বা মকোক্তুগা সলাম তৌনরুবগা লাকপদা। নোংঙাল্লগা ওঝা হেবানা চেল্লক্তুনা পাও পীরৈ — ঐখোয়গী স্কুলনা মার্চ্চ পাষ্ট ফার্ষ্ট তারে। নুংথিল প্রাইজ লৌবা চৎকদবনি। কয়াদা নুংঙাইখিবা মাগী মপূক্লীংদা। অঙম-অথৌতনা তিল্লবা লমহাঙদুদা চীফ কমিস্নারনা গুনোগী মখুৎ শোক্তুনা প্রাইজ অদু পীরকপদা গুনোগী হকচাংদা পাঙ্গল অমা হাপ্লক্লবোই খল্লি। নুমিৎ অদুদা চীফ কমিস্নারনা প্রাইজ পীরকপদা নমখিবা ফোটোদু মানা ঙসি ফাওবা চেৎনা থমজিল্লি। প্রাইজ পীবকপদা চীফ কমিস্নারনা মচীন্দা শোনখি "ব্রুইশ য়ু ওল ডি বেষ্ট মাই বোয়"। গুনোনা

চৎ-চৎতুনা মরুপ-মপাং, অহল-লমন কয়াদা মীনা তানীংই-তানীংদে খন্দমখৈ লী-লীদুনা নৌদুনতা লৈরবা ৱারী ওইখি। ফনা কুইরে নীংশিংলুদবা। ঙসিদি গুনো লোইনা নীংশিংলকই। নুমিৎ অদুগী নুমিদাংৱাইরম অদু চীফ কমিস্নারগী বাংলোদা শীনবা ডিন্নরদুদা ফার্ষ্ট তাম্নবা কাঙবুশিংসু য়াওহনখি। গুনোগা ওঝা হেরাগসু চৎখি। চীফ কমিস্নারনা চঙ-চঙদুনা চাক ইঞ্জাং কমদৌবগে হং-হংদুনা লাকখি। গুনো মপূক্লীং চাওখৎলমই, থৌনা লৌজরমই, চীফ কমিস্নারনা মাবু য়াম্না লুনা তৌবিখি, নঙ্গন্দা পোপ-পোপ ফূরদুনা।

চহী কয়াগী মতুংদসু লেপ্তুনা চত্থরকখি থৌরম অদু। অদুবু গুনো উবা ফংখিদ্রে রিপব্লিক ডেগী নুংঙাইরবা থৌরমশিংদো। অথিংবা কয়া লাকই, বস গাড়ী চেন্নদে, মীসু ইথোক-থোক্লদে, তপ্না-তপ্না কাওনরকই। লৈবাক্কী হরাও-কুম্মৈ মপূঙ ওইবা অমা কনাসু নীংশিংনখিদ্রে। চীফ কমিস্নার চৎখরে। লেফ্টন্টে গোভর্নরসু হনখরে। লৈবাক ষ্টেটহূড ফংলে। গোভর্নর লাক্লে। অদুবু, মহাক মীরক্তদি থোরক্ক্রে। কনানসু হরাওনা ওকপিদ্রে। অঙাং অমত্তনসু শক্লদ্রে সারে জহা সে অচ্ছা হিন্দুষ্টান হামারা। য়ূম, শঙ্গোয় কয়াদা পাইখিদ্রে মচু অহুমগী ফিরাল। অদুবু লাক্লি, চৎখ্রি, মথং মথং শিন্নরদুনা লৈবাক্কী গোভর্নর গনতন্ত্র চৎপা লৈবাকসিদা। প্রজাদগী য়াম্না তাম্না, অঙম-অথৌখক্তনা মাগী প্রজা ওইরদুনা ৱায়েন থৌদা তৌরি। থাজদবগী লায়নানা নারবা, লায়েংবিদ্রবা মীয়ামগী লমদমসিদা যাত্রা হুনগদৌরি ঙসি ইকোলোজিকেল পার্ক অমা প্রজাগীদমক্তনি হায়রদুনা অদুবু প্রজাশিংদি থোরক্তে অমত্তা। চীক্লবা চীংয়া-তময়াদুদা অঙাং অমত্তনসু লেপ্লদে লম্বীগী চীদায়দা ঙাইদুনা মখূৎতা ফিরাল পায়রদুনা। ঙাইরিবদি লোয়শঙগী অঙম্বা ফম্নাইবা, মীফা-মীপুন ঙম্বা-অঙম্বশিংনি।

গুনো ইমুংদা চঙলকই উপু অমনবদু তনহাং হাংই। লুবাক অমগী মনুংদা য়াওখিবা ফোটো পরেং নপ্লিবা মল্লবা অলবম অদো লৌথোরকই। ঈশিং চাওবদা য়াওরুবদগী কোকফাই শুজা কারদুনা লৈরমই। ইনপ-নপশিনবা আলবম অদু ফাক্ল-ফাক্লদুনা থিরকই। লৈরম্লে চীফ কমিস্নারনা প্রাইজ পীবদা নমখিবা ফোটো অদু। ফোটো অদু ফুরিৎখাওদা হাপ্লদুনা পাংলকই নোংমাইথেলগী চীঙ্গোন তম্না পাংলাপ লাপ্তুনা উরে। লম্বেল মচি-মচিদা হৈনীংদনা, কতন চুরদুনা, মথৌ

পাঙনবা লেপ্পি নোংমৈ পাযবা সিফায়শিং। মীনায়না মরন্নাই তৌবগুমই। লম্বেল অদু ইচীক চীকই, মী কনাসু চৎতে।

চৎন-চৎনা গুনোগী ব্রাখল ওল্লকই, ফোটোদু পুবগী কান্নরোই, মা গোভর্নরগী মনাক নক্কুবা য়ারোই। মতাক অচৌবনি, ফম্নাইবনি, অঙম্বা মকোক্নি। মাগী থৌগল লাঙ্গলশিংদু লাম্থোক্কুনা মাগী মনাক য়ৌবা ওইথোক্তবা ব্রানি। ফি অনানবা শেৎপা অচৌ অশাং ময়ামদু উরকপদা গুনো পূক্নীং হঞ্জানরমই। প্রজাগী মকোক্তি ওইরগা প্রজাগা শম্নদ্রবা নিংথৌদুগী ব্রাফম খল্লকই। থায়নগী মতমদদি নিংথৌদা চঙদুনা নোল্লুক্লা ব্রাকৎপা য়ানরমই হায়। তূপ্লিবা মতম ওইরফাওবা ব্রাকৎ কাংশী খীঙদুনা ব্রাকৎপা য়ানরমই। ঙসিদি মদু কনাদা ব্রাকৎকনি ? লৈবাক্কী গোভর্নরদি মনাক্তা নক্কুবা ফাওবা য়াদে। কৌরুবদবু খুম্বীনক্কদ্রা ? গুনোগী ব্রাখল ওল্লমই।

লম্বেল মনাক্কী সিফাযনা লাওনরকই: গোভর্নব লাক্লে, গোভর্নর লাক্লে। মখোয ফল্লম্বদগী লেপখৎনখ্রে। চৎলম্বা গুনোসু লেপ্লমই। মোটোব সাইকল থৌবা পুলিস অনীনা মাঙ থারদুনা কাব অঙৌবা ফিরাল হাইবা অমদা তোংলদুনা, মনাক্তা থৌগল ওইনা সিফাযগী ফিজোল শেৎপা অমা ফল্লদুনা, গাডী কয়া অমা তুং ইল্লদুনা, লাক্লি লৈবাক্কী গোভর্নর। অদুবু মাবু ওকপা কনাসু খোরক্তে। কোম্থোং হোজঙ অমত্তদসু মঙ্গল ঘোট লিংবিদে। গুনো নুংশিবা অমা ফাওরকই। কাব অদু নকশিল্লকপদা গোভর্নর অদুনা পীক্লবা লম্বী চিদাইদা গুনোনা লেপ্লিবদু যেংলক্লমই। পূক্নীংগী ইথিল অমনা ইনশিল্লক্তুনা গুনোনা খুৎ থাঙ্গৎতুনা সলাম তৌরমই। গোভর্নর অদুসু মখুৎ থাঙ্গৎতুনা মাগী প্রজা অমা ওইবিবা গুনোগী সলাম ওকই। গুনোগী পূক্নীংদা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা অমা ফাওরকই। কার অদু হেন্দোক্তুনা চীংয়া তম্না চঙখ্রি। যাত্রা হুন্ননবনি নোংমাইথেলগী “ইকোলোজিকেল পার্ক”। সোরোক ময়াদা চিদাইদা লম্বেল শঙননবা সিফায়শিংদু গাড়ী ময়ামদুনা হেন্দোক্তুনা চৎখিবদুদা খরা শোর হোন্দোক্লমই। লম্বী অদু হান্নগুম্না চীক্লে। গুনোনা হৌজিক্তা গোভর্নরগা সলাম তৌনবদু উবদা সিফায় অমনা কবেম্নরকই, “পাবুং গোভর্নরগা খঙনবিব্রা কবিনো সলামকা যাম্না তৌনখ্রেদা”

গুনোনা পূক্নীং ইতিং-তিংনা খুম্লকই, “ঐখোয়গী গোভর্নরনি কৈনো”।

# পি খমহনখ্রবা মীৎ অমা

থম্বালঙৌ মমায় হাইগৎতমখৈ হাপলালটেন য়াদবা অমা ঙরাংদগী শেম্লকপনি যাবা কৌবা লৈতে। থম্বালঙৌসু হনবা কৌবা লৈতে। জর্ম্মন্না শাবা থাংমৈনি। কম্পনীদুদি শাববু লেপখ্রজাৎনি। ঙসি ইমার্জেন্সি লেম্পনা মখল মখা কয়াগী পুথোক্লিবা গ্যাসনা থানবা থাগৎপা নুংঙাইখ্রবা থাংমৈ কয়া মরুম থোবল্লবা, চার্জ তৌবা য়ারবা বেটবি থাংমৈ মখল মখা কয়া অমসু লৈরবা মতমসিদসু কেরোসিন হাপ্লগা থানবা মাবু ঙালহন্নবা তোৎনবদা থবক অমা হেক ওইবা হাপলালটেন শীজিন্নবা মীসু পংৱাৎ ৱাৎতে।

নোংঙানবদগী নুমিৎতাবা ফাওবা থম্বালঙৌ ইৎপা, ককপা, শৌবা লৈশিনবা, নুংথং থাবা, শ্রেনীনা ককপা, যোৎ রেপিড যৈবা, অমুক্তোইবা ঙাইহাক্তুং ফাওবা লেপ্পা নত্তে। অঙকপনি মাগী শিনফম। নোংঙানবগা সাইকল অমদা পোৎচাও অমা যেপ্লদুনা চৎখি লৈবাক্কী কৈথেল অচৌবগী দুকানগা শঙ পরেংগা তাইনবা মবক অদুগী মচীনমঙা পোৎ চৈদু মফমদুদা থারদুনা ছাটিন অদু যুংখৎলদুনা মাগী মথৌ শূবা হৌখি। থবক্তি শুবে; কোনফোৎপা, ছাটিন শেম্না, টোর্চলাইট শেম্বা, হাপলালটেন শেম্না, স্তোভ শেম্বা, কনাগী থাঙখোক পানবা, থাঙ কাটি ময়া থাংবা, জ্যাৎকি শুবে। মসিদসু নত্তে মৌ নহা কনাগী মখুৎতা শীজিন্নখ্রবা খূজি মশা নোয়খৎলকপদগী ক্রক ক্রক লাকশিন্না চিনখৎলক্লবা খূজি ককপগী থবকসু থম্বালঙৌ অদুম মতৌই। মশেম্মনসু থাম্না তানা খিৎ-খিত্তুং লৌই। অদুবু নুমিদাংৱাইরমদা মাগী পৈশাদু খীবদা লুপা চাম্মা চনিমুক্তি অদুম মতাল্লি' মশাগী মহৈতনা তাল্লিবা শেলনি। মাগী মথৌ পীনবা মী ৱাৎতে, পংলাক্তা লাকই। য়াদবা পোৎপু য়াহন্নবগী থবক তৌবা মাবু মীযাম্না পংপেন্দা পেল্লি। পোৎ অমা হোৎনবদা মানা য়াওখ্রিবা থৱায়সু অঙকপনি। মাগী তপচ-ইংজবা মতৌদুনগা অমুক্কা হেন্না মাবু মীনা নুংশিবা মীওইনি থম্বালঙৌ।

তা থম্বালঙৌ ! নুপী অমনা কৌরকই। থম্বালঙৌ মমায় হাইগৎতুনা আনোক্তু লৌথোক্তুনা য়েংখৎলকই, অদুদগী হায়রকই, "হৈমা চম্প্রাতোম্বীনিনহে"।

ফনেক ফিরোল তনান তনানবা চাউখৎপা ইমুংগী নুপী মাল্লবা মখোঙদা খূনীংৱাংতক তৌবী খোংউপ, নাইলোন ইনফি ইনবতা নত্তনা আনোক ফজথ্রবা অমসু উপই। চম্প্রাতোম্বী মপোক অমা ওল্লে।

লৈবাক্কী কৈথেল অচৌবসিদা মী কয়া অমা চৎখি, লাকখি। ময়ামদুগী মনুংদা নীংশিংদুনতা লৈগদবা মাওই অমদি চম্প্রাতোম্বীনি। মাসু নোং হেক ঙানবগা মাগী মথৌ হৌই। মাগী মথৌদি মপান লমদগী পোৎ-চৈ হোজ্জিল্লকপা ট্রকশিংনা মখোয়না পুবকপা ইঞ্চাং নাপী কয়া পুমদুনা পুল্লপ-পুল্লপ হৈদোকফম ওইরিবা কৈথেলগী কোম অচৌবদুদগী আলু, তিলহৌ, খামেন অশীনবা মঙ্গল মপুম্নচিংবা ময়ামদু ওৎখায়রগা অপৎ-অতা মরক্তুদগী চামথোক্লগা চাবা য়াখিগদবা ময়ামদু খুনগৎপনি। চুম্না খুনগৎলগা তোকপা নৎতে, খরা ফবা, খরা হেন্না ফবা, য়েং য়েংদুনা মপৈ-মপৈ পৈরগা আলুনা আলু, খামেন অশীনবনা খামেন অশীনবা, তিলহৌনা তিলহৌ, মঙ্গল মপুম্না মঙ্গল খন্দোক্তুনা নুমিৎচুপ্পা অমা মল্লুবগা নুংথিল য়ৌরকপদা মীয়াম্না ঈশিং থক্লবা খিল্লিবা তোতিদুদগী ঈশিং লৌদুনা শেংনা চামথোক্লগা মথা-মথা থা-থাদুনা থস্বদুদদি তগৎ-তগৎ তেকপা মহৈ মবোং ওইনা উবে। কনানসু খোংবান্দগী অপুম্বা মরক্তগী লৌখৎলকপনি হায়ববোই। নুমিদাংৱাইরম য়ৌরক্লগা মাগী মখূৎ-মশা হৈবা ইংখোলদগী মহৈ-মবোংদু মমল য়াম্না হোঙনা য়োম্বোক্তুনা নোংমদা লুপা নিফু য়াঙ্খ্রেদি তানবা ঙমখি। মানা তৌরিবদু তুকচচদ্রা হায়নকা হায়রুরবদি মানা নোক্তুনা খুম্লকই, কৈদৌনা তুক্কচচদোইবা? লুখাককোমদা তারবসু সনামতুমবু মগুন মাঙবরো? সনাদি সনানে-সনা!

পোৎ-চৈ ময়ামদু থুমোক অমদা হাপ্তুনা পুরগা মানায়োল্লিবনা বোরোয় মখোঙগী তাতোনগী হোটেল হায়বদুদনি। আলুগা তিলহৌগদুনা অঙৌবগী মথেল, ঈশিংনা চামথোক্লবা মঙ্গল মপুমদুনা তীঙলগা মথংগী নুমিৎতা নহাশিংনা পাম্নরবা উতী কাংঙৌনি। তাঙলবা কান্দসু তাতোনগী হোটেলদদি তিলহৌ অহিংবা মরাং কায়না চাইবা ঙমইবসি চম্প্রতোম্বীগী মতেংদগীনি।

মরক অমদি মানা কৈথেল পোৎলক্তা চৎ চৎতুনা ৱাকৎলি, মৈতৈলৈবাকসে পোৎ অমা হেক হৌদোকউবগা মতৌ তম্বসিনা! ঐনা খরা খরা জিবিকা ওইজরম্বা

ইঙ্খাং-নাপী মনবসি খরা কান্নরে উবদগী নুপী মঙা তরুক থোরক্কুনা য়াওশিল্লরে মীশিংসে ওম্ব্লোক্লা ঙকখ্রে। মাগী থুমোক্তু হোরে ফোৎপিয়ু হায়দুনা থম্বালঙৌগী মনাক্তসু করিগুম্বা কান্দা হেক চঙলকই। পৈশাদি পীনিঙাই ইরৈ লৈতবনিনা হায়জবা শাই, তাদা ঙসিদি আলু ফজবা য়াম্না লৈ, চরা অমা হাপকেদো।

থম্বালঙৌনা খুমখি, "হুম! হুম! য়ারে ওকএ, হাপকনু, নঙগী য়োন্নবা থমজৌ"।

চম্প্রাতোম্বীসু পাক্লকাদি তোক্তে মখা তারকখি, "কৈনো, তুকচৈচকা হায়দৌরিরো?, এ হে লৈখোমদগী হৌরকই হায়দুনা থম্বালবু লৈকাদা লৈখোম পকপরো"? থম্বালঙৌনা খুমখি, "প্রমান পাষ্টেনকা হৈরিবা সিনেমাদুম য়াওরুচোনে হেরোইনকা শাবা য়ানিনে। শেলসু অদুম ফংনি।

ফোৎলবা থুমোক অদু পুরদুনা মচীন্দা মোমোন নোক্লদুনা চম্প্রাতোম্বীনা চৎখিবদু থম্বালঙৌনা য়েংহৌই। মখোঙ অদু মোৎপা হৌনবমখৈ মোৎলি। মখুনীংসু ওম্ব্লোক্লা কায়খ্রে, লৈক্রেক চৎপদু ঙায়খ্রে। মফিসু পংঙৌ ঙৌদে অদুবু, হেরোইন শাবা য়ারনি হায়রুবদুদদি কয়াদা হরাওনা চৎখি।

খরা লৈরগা তাখি, মা খোংবান্দগী আলু তিলহৌ খুনবগী থবক তোক্কুনা ইঙ্খাং নাপী তীক্কুনা লৈকায়দা য়োনবা চৎলে। ইঙ্খাং য়োনবা চঙলুবা ডাক্তর অমনা ফাজিনবীদুনা মচানুপীশক্লা য়োক্কুনা লৈখ্রে হায়গুমসু তৌই। মা কৈথেলদি থোরকখিদ্রে ফন্না কুইরে।

ঙসিদি চম্প্রাতোম্বী থম্বালঙৌগী মমাঙদা লেপ্পরদুনা হায়রকই, "তাদা ঐনে খঙদ্রবরো অদুক মুন্না য়েংইদুবো"?

থম্বালঙৌনা থবক থাদোক্কুনা হায়রমই, "চম্প্রাতোম্বী, নঙবু ফিল্ম ষ্টার মান্দা মাল্লেনে নঙদি"।

চম্প্রাতোম্বীনা হায়রকই, কদায়দগী সিনেমানোদা। মীগী থবক মতেং পাংইনি হায়দুনা তৌরি। পোত্থাবা লৈপোৎ নত্তেদা অয়ুক, নুংথিল, নুংদাংব্রাইরম আ নোংয়ায় ফাওবা ফেঙবগা চাম্বগা শীৎপগা নানবগা অয়ুকসু নোংঙান্দ্রিঙৈদা হৌদুনা শূরিবনি। ঙসি নুংদাংব্রাইরম মী তরামরি মঙা চাক চাদৌরি কৈথেল কাকচো হায়না শিন্নরকপদগী কৈথেল য়ৌরকপা ঙমইবনি। ঙাঙনা ঙাঙনা মানা উপ্লকপা অনোক্তু

লৌথোক্তুনা থম্বালঙৌদা পীরগা হায়রকই, "তাদা আনোক মখোকসি মরৈ নাম্থোক্তুনা পংতাদা তাই, খরা অমুক্তা য়ৈশিনবিয়ুবা"।

থম্বালঙৌনা অনোক্তু তাপ লৌদুনা য়েংলমই। চম্প্রাতোম্বীনা, ঐ পোৎলক্তগী বোরা লৈরুখিগে চাশি হায়রম্লগা চৎখিরমই। আনোক্তুগী নাম্থোকপা মখোক্তু থম্বালঙৌনা থব্রায় য়াওনা শেমদুনা য়ৈশিন খোৎচিন তৌরিঙৈদুদা চম্প্রাতৌম্বীনা বোরা ময়োম অচৌবা অমা পুরক্তুনা থম্বালঙৌদা শিন্নররে। মাগী মমাঙদা থারিবা ফান্দুদা ঙেক হেক্তা ফমথরগা হারকই, "ঙাইহাক্তবু ফমগেদা শিদৌরে"।

চে মচেৎ অমদা বোরাদু মাগী শরুক খরা খাইদোক্লগা চারী চম্প্রাতোম্বী কুইনা চারক থক্লক্ত্রবী অঙাওবী অমগী চাকচাদা চাবা লোইরবদা আনোক অদু মমীৎতা উপশিন্দুনা য়েংহল্লি।

আনোক মখোক অদু হীকপরা য়েংগে হায়দুনা থম্বালঙৌনা চম্প্রাতোম্বীগী মমায়দা মুন্না য়েংলুবদা য়েৎথংবা মাগী মীৎনহাদুদা মীৎফম তারুই। মমীৎনহা অদু লেঙসু লেঙদে কুপসু কুপ্তে, ওইথংবদুদা কুপই। কনাগুম্বা অমনা য়েংবদদি উদবসু য়াই। অদুবু, য়াদবা পোৎ শেম্বনা শিনফম ওইরুবা থম্বালঙৌদি মদু য়াম্না লায়না উরমই। ঙক্তুনা মানা হায়দোক্লুই, "ইবেমা কৈনো নঙগী য়েৎথংবা মীৎনহাসে লেঙসু লেঙদে, কুপসু কুপ্তে, কৈনোসিদি! হান্নসু তৌবরা?

চম্প্রাতোম্বী মমায় ঙাংশঙ ঙাওই। ইকায়বা নংলবী তুহৎপিরবী অমগী শক্তম চেল্লকই ব্রাহংদু তারুবদা।

থম্বালঙৌনা হায়রমই "ডাক্তর য়েংথোকউনহে। নঙ খঙদ্রো থা খূদিংগী লেম্না মীৎ লায়েংবা অমা ডাক্তরখানাদা পাঙথোকই। হীদাকসু লেম্না পী নঙবু খঙদ্রো ? মীৎ হায়বসিদি মমল নাইদ্রবনি। মসিনবু শোয়রবদি ঐখোয় করম হায়না ইশানা ইশাবু থাকচনবা থবক শূবা ঙমগনি। পরপ পরপ য়েংথোকউ পাম্মুই পাম্মুই।

চম্প্রাতোম্বীনা ইখুম খুম্লক্তবদুদা থম্বালঙৌনা অমুক হায়রকই, "নঙগী বাবুদুবু ডাক্তরনি হায়বদাইনে, মাদি খঙদ্রা" ? চম্প্রাতোম্বীনা শোল্থাংননা খুম্লকই, "তাদা থা খূদিংগী লেম্না মীৎ লায়েংলিবা ডাক্তরদুনি ঐখোয়গী বাবুদো, ঐবু মচা শক্তুনা য়োকপিবদো। চম্প্রাতোম্বী কৈনো অমা হায়গে তৌই, তাঞ্জাদুদা মী অমা

চঙলকই চম্প্রাতোম্বী ব্রা মখা তাখিদরে। নিপা অদুদি অতে কনাসু নত্তে হাপলালটেন শেন্নবা নিপা অদুনি, লোইরব্রা হংবা লাকইবনি।

চম্প্রাতোম্বী থুনা আনোক উপখৎখ্রে। আনোক্তু উপশিন্দ্রিবঁৈদা মাগী ওয় থংবা মমীৎতু খুনমনা মপি তৈথোকখিবা উই। য়েৎ থংবা মমীৎতুদি মপি তাখিদে। মা চৎপা হৌখ্রে। মানা কৈনো অমা হায়নীংবদু হায়রমদনা অদুম চৎখ্রে। হাপলালটেন লৌবা লাকপা নিপাদুনা ইথৌ থৌওইদনা মচান্দা শোল্লকই, "চম্প্রাতোম্বীনিনা সিদি"।

থম্বালঙৌনা হংই, "খঙব্রানে"?

"খঙই", নিপাদুনা খুল্লকই।

নিপাদুনা হায়রকই, "ঐখোয়গী লৈকায়দা হোঙ্গৎলকপা কুইদ্রিবা ডাক্তর অমা লৈ, মাগীদা থবক তৌদুনা লৈবীনি।

নিপাদুনা মখা অমুক তারকই, "ডাক্তরদুনা মাগী মমীৎ উদবা মরীমতা অমগী মমীৎ হাপ্লবা নুপী অসিগী য়েৎথংবা মমীৎসি কোৎথোক্তুনা অমদুদা হাপখ্রবনি। মাগী য়েৎথংবা মমীৎতুগী মফমদা প্লাষ্টিক্না শাবা মমীৎ অমা হাপ্পীরবনি। মচা শক্তুনা য়োকপিবগী মনুংগী ফজখ্রবা আর্থ অমা লৈরিবনি। কনানা খঙবনো, হয়েংনা কির্দনিদু মরাইনা ককথৎচখ্রনি অমদা য়োন্ননবা।

হাপলালটেন্দু লোইরমদ্রবদুদদি নিপা অদো নুংথিল ওইনা লাক্লগে হায়রল্লগা চৎখ্রে। থম্বালঙৌ ফুম্বংনরকই, থবক শৃবকা চপ লেপই। হৈবোই হৈতবোই মখোঙ ফেৎ ফেৎ লৈথেক্তুনা খুনীংৱাংবী তোংদুনা মীরক খায়দুনা চৎখ্রিবী চম্প্রাতোম্বীদু মানা হেক ঊবা ফংলিবা মখে য়েংদুনা লৈহৌই। মথক্তা অমোৎপা মখুৎ অদুনা মশাগী মমীৎতু য়াওরিবরা হায়দুনা মাদুনা য়েংই। জ্ঞান হৌইফেৎ মাঙলুরমালে, তাঞ্জাদুদা ডাক্তরগী গাড়ী অমা লাওদুনা লাক্লি, "মথংগী নোংমাইজিং নুমিৎতা ডিষ্ট্রিক্ট হোসপিতালদা লেম্না মীৎ লায়েংবগী থৌরম অমা পাঙথোকচগনি। মীৎকি মখল মখা কয়াগী নুংঙাইতবা লৈরবা কয়া লাক্তুনা লায়েংবগী খুদোংচাবা লৌবিবা য়াগনি"।

# নুঙগী মূর্ত্তিনা ৱা ঙাঙলকপা

বস চেল্লি লাইরৌগী লম্বী তম্না। কুমারগা বাবুগা বস মনুংগী মীনিন মরক ওইরবসু মমায় হাইগৎতমখৈ মরৈ য়েৎনরি। নূঙগী মূর্ত্তিনবু ৱা ঙাঙবা য়াবা হৌনব্রা ? অদুবু, নূঙগী মূর্ত্তিনা ৱা ঙাঙই হায়বগী ৱাদি ময়াম পুংঙাঙতা ঙাঙনৈ। খবরদা মরক মরক্তা য়াওখি, সাউথ ইণ্ডিয়াগী মফম খরদা বিশ্বনাথ মন্দিরদা মূর্ত্তিনা ৱা ঙাঙলকপগী ৱারী লাইগী পূজারিদুনা তায় হায়দুনা অদুম লাওথোরকই, নঙ নঙনা নুংশিজবা খঙনবা মী ২০/২০ দা চিঠি ইদুনা লাইদুগী মশক মমিং শন্দোক্লবদি অৱা অনা কোক্কনি শন্দোক্লগনা অৱা অনা নংগনি। অদুঙৈদসু তাখি, লাইশঙগী নূঙগী মূর্ত্তিনা শঙ্গোম থকই হায়দুনা। নূঙগী মূর্ত্তিনা ৱা ঙাঙই হায়না থাজবা লাইরিক হৈবা মী কয়া অমসু লৈ, মখোয় হায়নবা য়াদে। বিজ্ঞানগী ওইবা ৱাখল পরিং মখোয়দা চঙদে। মসিনি কুমারগী মকোক্তা ঙংদুনা লৈরিবা ৱাখল ইপোম। মী ফাওবা হকচাংগী মরী মরাং খরা শোয়না পোক্লকপদা মনা তাদবা মরোন থোক্তবা য়াওদুনা মী ওইনা পোক্লবফাওবদা ৱা ঙাঙবা ঙমদবা য়াম্না য়াওরিবনি। অদু ওইরবদি ৱা অমা ঙাঙলক্লবদা চঙইবা হকচাংনুংগী কায়াৎ অমত্তা য়াওদবা নূঙগী মূর্ত্তিনা ৱা ঙাঙলকপগী ৱাদি ইওই ওইথোক্তবা ৱানি। মবুক্তুদা হূৎলগা টেপরেকোর্ডর অমা ফুম্লগা থোকহনগদবতা মঙায়রে। কুমারগা বাবুগা মমায় হাইগৎতবমখৈ মরৈ য়েৎনরিবসি বস অমগী মনুংনি। বস চেল্লি লাইরৌগী লম্বী তম্না। মরমদি, লাইরৌগী হঙ্গেল তুখাই খোং অকাইবী মনাক্তা থাশি খূদিংগী থোঙ হাংবা লাইশঙ অমগী মনুংদা লৈবা নূঙগী মূর্ত্তি অমনা ভক্তশিংবু কুবিবা ওইনা মরক মরক্তা মীরোন ঙাঙই হায়রি। মফম অদু য়ৌনবা লাকপনি মখোয় অনী। বস থাফম য়ৌদুনা মদুদগী খোঙনা হং হংদুনা লাকপনা নূঙলক্তা চেনবা হঙ্গেল তুখাই খোংদুনা য়ৌরক্লে। উশা ৱাশানা শাবা উরোকথোং অমদা ময়ামসু লান্নে, মখোয়সু লাল্লক্লে। লৈকায়দা কন্না ঙাঙনহৌবা নূঙগী মূর্ত্তিনা ৱা ঙাঙই হায়বদু অদুৱাইদু য়ৌরবা মতমদদি ইঙাঙবু ঙাঙনরমদ্রে। অদুবু হংনবদদি খঙই, নুপী অমা মাগী ফানেক্তা পাখংবা ময়েক পকপনি অদুদগীদি লাইতোংদুনা তুংদা

থোক্লগদবা অৱা নুংঙাই থৌদোক কয়া লাইগা মীগগী মরক্তা পাও ফাওদোক্লবগী থবক তৌবা হৌরক্লবী ওইরক্তুনা মহামায়াগী শক্তমনি হায়রি অদুগা মূর্ত্তিনা ৱা ঙাঙবগী ৱাদি নৎত্রে।

মূর্ত্তিনা ৱা ঙাঙবগী ৱাফম নৎলমদ্রবদা মখোয় হল্লশি খন্নকরবনি অদুবু, ফনেক্তা পাখংবা ময়েক পক্লবী নুপীদুগী মরমদসু খঙনীংলকই। অদুনা হনবগী মহুত্তা মখোয় মাঙলোমদা চঙশিল্লমই।

শনম মিনম তাদ্রবা মফম ওইনা মী লন্না তাবা খাংপোক পাকখন খন খন্দুনা পংলৈ লৈনবগুম তৌই। শকচুদা ফীজেৎ চাকচাদগী য়েংউ য়েংউবদা নুপীসু নিপাসু চয়াম চতৎনবগী মমি অমা ইতা তাই। অদুগুম্বা খুল্লক অদুদা মখোয় নত্তনা মী খরা অমসু চৎনরি। ফানেক্তা পাখংবা ময়েক পক্লবী নুপী অদুবু দর্শন তৌবা। চৎনা চৎনা মফমদু, য়ৌশিল্লক্লে।

ইতাম তাল্লবা মফম্মি য়েংথৌ পাম্বীতনা শম্বল ওইনা খাবা ইংখোলনি মনুংদু ইশোঙ শোঙই অদুগা মৈরম পাংবা ইনা তেপ চপ্পগা পাকখন খন্থদুনা ৱাচেৎকি ফক্লাং ৱাই তৈবা কুইদ্রিবা শঙ অমা লৈ। মদুগী শঙদুগী মনুংদা থাকখন খল্লদুনা পাখংবা ময়েক পকপা ফনেক্তু লাৎলি হায়। শঙ অদুগী মাঙ্গোন মচেৎ অদুদা শেগাইরবা ফক খরা থাদুনা লৈবদুদা কুইনা খোঙনা লাকপগী খ্বাঙ নাবা খরা কোক্লবা অয়ো অয়ো লাওবমখৈ মচীন্দা অস হায়না শোল্লদুনা অনীদু ফক্তুদা ঙেক লাওনা ফমথদুনা ঙাইরমই শঙ অদুগী থোঙদু হাংলকপা। অতৈসু ঙাইনবা ময়ামদু পংঙাঙ ঙাঙনবকই, ফানেক্তু শেৎলম্বী নুপীদুদি লাইরৌ হঙ্গাম থাবীগী থাও শুংফম কোলুদা থবকশ্বী লাইববী অমাঁনৈ। নংবনা ফনেক অমত্তসু হোংজবা ঙমজদবীনি। ইবুধৌ পাখংবা অমদি হঙ্গেল খোংগী ঈরৈমা নীংজবনা থৌজাল পীবিরকপদগী মাগী ফনেক্তুদা ইবুঙোনা শাফোঙবিরকপনি। নুপীদু থংনবা ইমুং অমদা লৈ ঙাইহাক লৈরগা মীয়ামদা শক উৎকনি হায়রি। ফনেক অদু লাৎলি হায়রিবা শঙদুদি ৱাফক অমনা ঙাশিন্দুনা লৈ। অথেনপোৎ পুনরকপা মী ফনা য়ামখৎনরকপদুদদি মী অমা থোবক্তুনা ৱাফক্কি থোঙ অদু লৌথোক্লে। ময়াম চঙবা য়ারনি হায়রকই। ময়াম লেংগা লেংগা ইন্ননা মনুংদা হূপচিনরকই। ফনেক অদুদা

ঈশিং হৈথরগা মদুদগী তারকপা মচুমদু ময়াম য়াদুনা থৱক্লে অদুগা লৱাই লেম্ফ্রূদসু খরা খরা তৈনৈ।

মমৈ ওইনা খরা কোল্লবা মতমদুদা কুমাবগা বাবুগসু মনুংদা চঙলকই। বাবুদি লুপা তরা চংপী অমা কংলগা দণ্ডবৎ তৌদুনা থরুমই। মাদি মশানা য়াজত্রবনি ঈশ্বরনি হায়না। মঙোন্দা মদু থাজবা থাজদবগী ৱাফম লৈতে। করিগুম্বা সমস্যা অমা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা প্রমান ফংলগা প্রমান অদু য়ানীংলগা লৌবা কা হায়বা ৱাফম মঙোন্দা চঙদে। ঈশ্বরদি মফম পুম্নমক্তা মতম পুম্নমক্তা লেঙলি পাল্লিবা পোৎ পুম্বদা লৈ হায়বা থাজবনা মাগী ৱাখল পরিংদা ফৈগাক ফৈনা থৎতুনা লৈখ্রবনি।

কুমারনা হাইফেৎ নকশিন্দুনা য়েংলুবদা কাদু মোমবতি অনীখক থাল্লিবদু নত্তনা অতৈ মোমবতি পুম্নমক লাইপুদুনা মুখৎলি, থোঙনাওসু পান্দে। থোঙজাওদগী চঙলকইবা মঙান্দুনা মনুংদা মপুংফানা ঙানবা ঙমদে। ফনেক অদুদি শোকউ লাকউবা য়াবা নত্তে। লাইপান্নবদুনা শক তাখৎলপ তৌনা ময়ামদা তৌবা য়াইগা য়াদেগা পংঙাঙদা ঙাঙই। মাগী শক চু শেৎলি চারিবদু উরুবগদি হেক পকচগদবদি য়াহৌ থেঙনা হৌরগা নামৈ হাপ্তবা খুদৈ অমা শেৎলগা বেরী অমা থক্লগা শঙ্গোন্দগী হোইদোকখ্রবা শনগী মনিন কারবা শম্বী ময়ামদু ঙেক ঙেক শংবমখৈ শূক্তোক্কুনা শেংবদা পকচগদবা শক্তানি। মানা ঙাইহাক মপান্দা থোকখিবা তাঞ্জাদুদা কুমারনা পাখংবা ময়েক্লি হায়না হায়রিবা মযেক্কুদা খূৎনা নান্দুনা য়েংলমই। মা ভাব তাবে, মদু করিসু নত্তে। মদু ওইবা য়াবসি থাও শুংবদা শেৎনবগী থাওরেক ঙাক্তা ফনেক্কুদা মতম কুইনা পক্লকপনি মদুদা উফুন ৱাইফুন নপুনা ফনেক মথক্কুদা থাগৎলকপনি। নংবদগী সাপোন শুধানা তোয়না শূবা ঙমদবনা থাওরেক্কু কোকপা ঙমদবনি। অদুনা খরা থানা চুখিবা মফম মফমদু ইরং লংনা পরেংশানা লৈরগা শাংদ্রোং শাংবা ময়েক অমা উরু উরু লৈশিনবা মানবা অমা থোকপনি। শম্না হায়রবদা অনংবী নুপী অমগী শূদবা ফনেক্তা চুবা থাওরেক অমদি অমোৎ অকায়না খে কাবনি মদুদা হেক্তা লিনগী মওং মাল্লি অদুনা পাখংবনি হায়দুনা হেক্তা শন্দোরকপনি।

খুন্দুদি লাইশঙদুমা লৈবদুনা মীয়াম্না লাক্লবদা কৈথেল মচা অমা থোকখ্রে, পোৎশীৎসু য়াম্না ফজে অহায় অহায়বা মমন্দা অদুম লৈনৈ পাখংবগী মশাইগোনগী

মতীক মঙান্না শন্দোকপা লম্লি। লৈকায়দু অৱা অনা খরা কোক্লরে। য়ূম য়ূম খূদিংমক মীথুংফম শঙ ওইনা ওম্থোক্লরে, লেক চাদুনা লৈবগী খুদোংচাবা লৈরে, চাক চাফম, চা থকফম অচোই অপা চাফম লৈবদগী পোৎফম্না মরাং কায়না ফম্নরে। মহৈ মহৈ পংলৈদা লৈনৈ কোমলা অমদা লুপা ১৫ য়োল্লি মদু ফাওবা মন্তিক্লদে অদুম লৈনৈ।

ময়াম কন্না শোন্নরকই, লাইওইরবী নুপীদু ঙসিদি মী অমত্তা উন্নরোই হায়রি। ঙাইনরিবা ময়ামদু ফনা নীংবা কায়না শোন্নরকই, ইসঃ ওম্থোকপনিদকো! তৌরিবা মতৌ অদু অরাপ্পা লমদম অমদগী এরোপ্লেন তাফম অমদা ময়ূমদা থোক্কদগী ঙাইরিবা মীয়াম অমদা ফ্লাইট কেন্সেল তৌরে হায়না লাওথোরকপদা পাখৎনবা, শোর চনীং চমাঙ শম্নদবা, কঙাওনবা মতৌদু য়াম্না মাল্লি। ফনা য়াম্বা মী মপৈ অমদি খুঙ্গংদুদা অহিং লেক্কুনা লৈরগা লাইওইরবী নুপীদু মথংগী নুমিৎতা দর্শন তৌখিনি হায়দুনা য়ূম য়ূমদা চঙদুনা লেকফম চাফম থিবা চৎনখ্রে। বাবুদি লৈথনীংবা জাৎনি কুমারদি য়ানীংদে অদুদদি য়ূমদা হনবা হায়না লেপ্পরে। মখোয় অনী বস থাফম তম্না চৎপা হৌরমই।

ঙসাই অয়ুক্তগী পুক্তা করিমত্তা তাদনা মখোয় অনী খাঙলকপনি, হৌজিক্তি করিনো অফংবা খরা চাশিন্দবা য়াদ্রে। মখোয় পাকখন ওইনা খনবা চায়োনফম পোৎফম অমদা চঙদুনা চাগা অরৈবা কাংঙৌ বোরানচিংবা খবা পীরক্লবা হায়রগা থারিবা মোরা মচা অনীদা অমমম লৌদুনা ফমথনরমই।

ইপন পন্থদনা নুপী অমনা চা পুথোরকই, "তামো! চা লৈবে, চানবদি করি তৌজরকউগে, শিংজু, পাক্লম, থরোই থোংবা, অঙৌবা লৈ, পাক্লমদি ফোং ফোং শারিয়ে"।

ৱাহৈ ৱাতা ঙাঙবদা য়াম্না হৈ শিংবী চা পুথোরকইবীদুদা ওনখৎতুনা যেংলুবদা কুমারগা নুপীদুগা মীৎ চানরমই। কুমার ঙাইহাক চমম্লে নুপীদু উবদা জ্ঞান মাঙই। নুপীদুসু কৈনো অমা শোয়খিবদৌনা হৈনদবা ফাওই তৌফম খঙদনা লেপ্পী কুমারনা খঙহৌদনা হায়খি, "নঙবু ঐ খঙদ্রো, নঙ নৎত্রনে ঐখোয়দা য়াম্না তোয়না অঙাং অম। পোরদুনা হেক হেক লাক্লম্বদো ঙসিদি নঙ ৱা ঙাঙঙেনা ঐনা উরিবসিদি করিনো"?

নুপীদু মমায় ঙাঙই। করিমত্তা খুমদনা চাদু লৈমায়দা থল্লল্লগা মনুংদা চঙখিবদগী থোরক্লে। কুমারনা নুপীদু ওন্ননা খঙবা য়ারোই। মাগী ময়ূমদা তোয়না লাক্লুনা ভিক্ষা নিবী লোম্বোক্তবী মনা তাদবী অমনি। শূমাঙদা লেপ্লগা মখূৎও মশাও তৌদুনা ব্রা ঙাঙবা ঙমদবী অমগী শক্তমদা চহী মতম কুইনা মাগীদা চেঙ, হব্রাই, পৈশা ফিনচিংবা নিবা লাকখিবী নুপী অমনি। মা লাকখিদবা কুইরে। অদুগা লোন থোক্তে হাযরিবী মানা মখোলকা ইহৌ হৌবমখৈ তামো কা হায়না কৌরদুনা চা পুথোরকই।

চা থকপা লোইরফাওবদা থোরক্লবদুদদি পোৎফমদুদা ফল্লিবী অতোপ্পা নুপী অমদুদা নুপীদু কদায়দা চঙখ্রে হংবদা নখোয় থেংনবদুদা ইকায়রমালে ইমুংদা চঙখ্রে হায়।

কুমারনা হংই, “মাবু মরোন থোকউদবরানে” ?

নুপীদুদা খুল্লকই, “কনানা হাযরিনোনে, খুবাক ঈশৈকা শকপা মখোল নুংশিব্রবজাৎনি, ঐনা লৈত লায়রা হোৎনবদা মাবু মীরক তিলহনবা ঙমদ্রবনি, ঐগী ইচানিপানা লৌবা ইমৌনিনে। মচানা য়াম্বনে হিংবা ঙম্ববা অচোপ অরেম থিদ্রবনি।

নুপীদুনা শিংজু শোইনা শোইনা মখা তারকই, “চহী অনীগী মমাঙদা স্রা ইম্ফালদা খরা তাংজ ফগদ্রা হাযদুনা শূ নোম্লবা লৈহল্লুরবনি মদুদা কয়া কান্নদবদুদা ইনি ইমৌ তানদুনা হোটেলদুম তৌরসি হায়দুনা তৌরবনি। ইবুধৌ পাখংবগী লাইশঙ কাবা লাকপা ময়াম্না লৈবদা হোটেল তৌবসি খরা কান্নে”।

কুমাব ভাব তারে। অদুঙৈদদি লোম্বোক্তবী শারিঙৈদা চেকশিঞ্জরম্বদু ঙাসিদি লোম্বোকপী ওইনা অরাপ্পা মফমসিদা লৈরকপনা কুমাবগী মফমদা লোম্বোক্তবী শাদুনা উৎলশ্বনা চুম্বনি হায়বদু খম্বুবা নংহৌদ্রবনি। ঈশ্বরনা পীবা ব্রা ঙাঙবা ঙম্বগী শক্তিসি শীজিন্নদুনা হিংবগী মহুত্তা লোম্বোক্তবী শাদুনা যূম যূমদা চঙদুনা ভিক্ষা নি নিদুনা মীমান্নদ্রবী শাবনা য়াবক্লুদুনা লোন ঙাঙবগী থবক অমুক হৌবকপজাৎনি। ফনা কুইনা লোম্বোক্তবী শাদুনা মী নমথাক তৌরম্বদুদি নুংশিদে।

কুইনা ব্রা ঙাঙদনা লৈরকপা বাবু ব্রা ঙাঙলকই হৌগৎলসি হৌরকই, পৈশা পীথোক্লল্লে। চৎনা চৎনা বাবুদা হায়রমই, “ভাই নুঙগী মূর্ত্তিসি ব্রা ঙাঙবা য়াই হায়বসি সুম খল্লুরগা চুম্বা তা মাল্লে হায়নীংঙে”।

বাবুনা মাগী ৱাখলদুদা য়াওশিল্লকপদুদা হৱাওনা খুল্লকই, "মানে ৱানি, নওনা হেক্তা শীখাঙ খাঙই, হৌজিক্লা কবম হায়না য়ানীংইবা" ?

কুমারনা খুল্লকই, "হৌজিক্কি চা পুথোক্লবী নুপীদু ঐখোয় অদুৱাইদা মনা পঙবী মরোল থোক্তবী অমা ওইনা কুইনা ভিক্ষা নিদুনা চৎলম্বনি মা তশেংনা নৃঙগী মূর্ত্তিনি। অদুবু, ঙসি থেংনবদা মা ৱা ঙাঙঙে। অদুননি নৃঙগী মূর্ত্তিনা ৱা ঙাঙবা মতাং লৈমাল্লে খল্লকইবসে"।

বাবুনা খুল্লকই, "খুলসিদা পাখংবা ময়েক থোক্লিবসে অরায়বা নত্তেনে, মা হান্না মরোল থোক্লমদবদু পাখংবগী থৌজান্দগী থোক্লকপা ওইরম্বা য়াইনে"।

# ঙমু থাবা

খোংবান্দা খোই চোপ চোপ্তুনা মদুদা থুরকপা ঙা ফারদুনা চরা তাল্লকইবা অমুবা হিংবদা থোইনা ব্লারুদে। মাগী কনাসু লৈতে অদুনা কনাগীদমক্তা ব্লারুবা লৈতে। ফংলগা চায় ফংদ্রগা তোকই। লৈকায়গী শোরাৎ, লুহোংবা চাকচা হৈজানবা কয়াদা শীৎপা শেংবগী থবক খরা খরসু ফংই চাবা থকপসু অদুম মফংই। ব্লাঙাং শাঙাং লমচৎ শাজৎতা মীগদি ইমান মান্নদবা অমুবা মিপান্তাংদনা কনাদসু য়েৎপা তৌদনা হিংলি মীওই মখল মখলগী পুন্সি মরেনলক্তা পূমতোপ তোপ্লা পুন্সি অমা ওইনা।

ইঙা ইঙেনগী নোং মরক্তা মকোক্তা বোরা অমা তূপ্লদুনা খোংবান লুক্লাংদা লোংখোন্দুনা খোই চোপ্তুনতা লৈ। ফাইরেন লমদা মতমদনা খোংবান ঈশিংতুনা ঙা ফায়। মাগীদি ঙা মচা খরা ফারগা হেক্তা চরা নোংখন্নে। ময়ামগী লক্লফমতা ওইরবা অমুববু লুনা তৌবিবা মী অমত্তংদি লৈকায়সিদা লৈ মদু অতৈ কনা নত্তে তেকপীনি।

"তামুবা চাক চারবরা" ? তেকপীনা হেক হেক হংই।

— করি ইঙ্খাংনো ?

— শৌগ্রীগা ঙাকচ্রৌ অয়াইবগা থোংই।

— ইঃ ওন্থোক্লা হাওরমগদবা মাল্লিদা। অসুক তাঙখ্রবসিদা ঙাকচ্রৌদি কদায়দগী ফংউরিবা ?

অমুবনা খুন্নকই, — নহান কাংজেবুঙগী খোংবান্দা লূ থুমউবদা থুরমইবনি য়াইথোক্লগা থমই।

অমুবা তশেংনা মীমান্নদ্রবসু ঙা ফাবদি য়াম্না পামজবা মীনি। মাগী নিপা ঈন, টাইজেপ, লূ, লাং, লোঙ লোইনা থমই পূম্নমক্লুগী মথক্তা খোইচোপ্লদা য়াম্না হৈবা মীনি। ঙা অমত্তা শোয়দুনা ফাওবা মঙোন্দা নাম্থোকপা লৈত্রি। ঙাকুপ য়াইঙং লানা য়োমদুনা ঙানম তৌবা মাগী হৈনরবা মথেলনি। কনাগুম্বনা থৌ তৌনবা ঙাক্রা অমদি মৈতৈ ঙমু ঙাখা মৈঙাংবীনচিংবা তাঙলবা ঙা থিনরকপদা অমুবদা

শীংলবদি ফংই হায়নে। মদুমক্কি ঙসি অমুবা তুরেন্দা নিপা ঈন লংদুনা খোই চোপ্পুনা ঙা ফারুবদগী হঞ্জিল্লকপা কুইদ্রি। মদু য়োল্লবদি চেঙ ৱান্নবা শেল খরা থোক্লনি।

ঙসি তেকপীগী লুহোংবা নুমিৎনি। নিপা ময়ূমদু খরা লাপই অদুবু মীনা মীশক মীমায় খঙবা মীনি হায়নে। অমুবা পূক্লীংদা নুংঙাইতবা অমা ফাওরকই, নিঙঙোলগী পুন্সি হায়বসি মসিনিদো নোংমা লৈকায়সিদা পোক্কুনা চাওরক্লগা মীগী ময়ূমদা চৎখিগদৌরিবনি অদুদগীদি মীগী মচা ওইখ্রনি লোইনা কাওখ্রনি। নহান মাগী হৈজিংপোৎকিনি হায়দুনা হৈ-রা অচাপোৎ কয়া অমুবগী শরুক থুংলকখি। নুপী ময়ূমসু অচম্বা নত্তে খুলসিদা মীনা ইকায়খুম্নরিবা ইমুং অমনি। মীনা হিয়াংথাং বরদু ঙায়। গাড়ী কার ময়াম অমা কাংজৈবুংদা থারিবদু কুন কুম্ফামুকপু শুরমগনি বস অনী অমসু য়াওরি। ধোন য়ৈবা বেন্দ পার্টি তোংবা গাড়ীদুদি আ তানা থৌজিল্লকই। মতুংদা গাড়ী অমা ইন্নরকই।

লুহোংবগী বর লাকখ্রে। অমুবনা শম্বন মরুমদগী য়েংলুই। তেকপীগী মমানা থোরক্কুনা ময়া ওক্কুনা ফমহনখি। অদুদগীদি কন্যা পুথোরক্লনি লুহোংবা লোইদুনা থিনখিনি। মঙানি চাকৌবা লাক্কনি ঙা মতুম থোংবা, ঙা অতোইবা থোংবা, মকোক মরু ঙৌবা, খামেন অশিনবগা মথাগা থোংবা মথেল ময়াম অমা। অমুবা ঙাগী মথেন্দু নীংশিংলুবদা চাক্কুম লাম্লকই। ঙসি অহিংসিদি ঙাকুপকা সেবোৎকা থাও মচুম খরা ঙৌবগা থোংলগে হায়না অমুবা ইঙ্খাং শেম্বা হৌরগে খল্লদুনা হৌগৎলকপদা ঙাযরি।

তাঞ্জাসিদা লুহোংবা চৎপগী ফীজোন্দা নুপী অহুমখক অমুবগী ৱাগী কোম্থোংদু কাম্থোক্কুনা চঙলকই। নুপী অহুমদুগী মনুংদা অমদি তেকপীগী মনে তোম্বেম্মা ওইরম্লে। তোম্বেম্মা অমুবগী হৌমিন কামিন্নরকপনি ময়ূম পানখিবদগী উনদববু কুইরবনি ঙসি লুহোংবা লাক্লিবনি। অদুবু, করি মরমগীনো মখোয়না নানখ্রবা ফীজোন্দা অমুবগী খাংপোকশঙসিদা চঙলকইবসে খনফম খঙদে। মখুৎতা মৈ ঙাল্লিবা লালটেন অমসু পায়রকই তোম্বেম্মনা কৌরকই, "অমুবা কোন অমা পুথোরকউসে ঙা হাপ্পিরমগে নঙগী"।

অমুবনা হংলকই, "করিগী ঙানোনে ঐঙোন্দা পীগদৌরিবসে" ? তোম্বেম্মনা লাওহৎলকই, "হৈ ঙাঙদুনা লৈনু, ঙা পাম্বা নঙোন্দা ঙা পীরমগে

হায়বনি অমুক হংবগী করি কান্নে ইবুঙো লেম্না পীবিরমগে চাজহৌ হায়বনি শাওবু শাওব্রা করিনো" ? তোম্বেম্মনা ঙাঙল ঙাঙলদুনা জুরি তাফমদা শাইজিন মচুম য়াদুনা নোংয়াইী থন্না য়াওরিবা খরুং অচৌবা অদুগী মনুংদা মখুৎনা য়োমশিন্দুনা পুরক্লিবা ঙমু অনীখক থাদখিরমই। নিপা ময়ূমগী নুপী ওইরম্বা তারে অতোপ্পা নুপী অনীদুগী মনুংদা লালটেন পায়বীদুনা হাযবকই, "হেরা ইবুঙো অতে নত্তেদা লুহোংবদা থাদোকউচো হায়দুনা ঙমু অনীখক পুরকইবসে লৈকায়সিদা পুখ্রিসু অমত্তা লৈনদ্রে অদুদদি ইবেমা তোম্বেম্মনা নঙোন্দাদুম পীথোক্লুরসি অরেম্বদা থাদোকখিদৌ শকুক ইরোম্বদা ওইবসু থাক্লরবদি নৎত্রগা উ মোরোক্কা মেৎলদদি চাক চঙঙোইদ্রো চুমদ্রানে ? মখোয় অহুম্না হেননকাসু নোকশিল্লকই অদুগা কোম্থোং লোমদা থোকপা হৌখিবমই। তোম্বেম্মনা চৎনা চৎনা হায়রকই, "হোরেন কৈন্ন্যা থিল্লুবা হল্লকপদা চাক তৌদৌবি নঙসু লাকউকো নুংদাংব্রাইরমগী চাক্কা থোংলুবনু ঙা তৌদৌবিকো"।

কন্যা থিন্ননবা গাডী থৌদোরকই। লাইমচা মাল্লদুনা তেকপীনা ফজবসে ববদুদগীদি তশেংনা হেল্লি। নিপাদু মরাইবক ফৈ ওন্থোক্লা ফখ্রবা নুপী অমা ফংলিবসে লক্ষ্মী অমা ফংজববনি। নুংঙাই যাইফনা পাল্লসনুকো হায়না মপূক্লীংদা নীংজৈ। কোম্থোং মপাদা লেপ্পুনা কন্যানা চৎখিবা যেংলকই। কযাদা ঙাওখ্রবনো মী খ্বাযগীদি কন্যা যাম্না কপ্পে হায অদুবু তেকপীদি কপ্পীপোৎ নত্তে মমীৎতু নাকযেৎতা কোযনা যেংলকপদা অমুববু উবকই। খীৎতং নোক্লুনা লুপা তরা চৎপী অমা লাম্থোক্লুনা তামুবা হাযনা কৌবকই। অমুবনা মফিনগা মোৎপনে চঙদুনা পৈশাদু লৌগদববু ইকাযজৈ। অতৈন' লাওশিল্লকই হৈ কন্যানা পৈশা পীবিবসে লৌনহৈ। অমুবনা মখূৎ তিংথোক্লুনা পৈশাদু লৌবে অদুগা নুংঙাইয়ু হাযনা হাযগে খননদু হাইফেৎ লৈযেং ফাইবগুম তৌরকই। খল্লকই তেকপী লৈকায়সি থাদোক্লুনা চৎখিদৌবেকো। খরনা লাওশিল্লকই, হৈ অঙাওবা, কন্যাদু বর পীযুনহৈ নুংঙাই যাইফনা পাল্লুনবা। গাডীদু হেন্দোক্লুনা চৎখ্রে। অমুবা ইমুংদা চঙলক্লে। মৈ অমা চুখৎলে অদুগা খনবা হৌবকই ঙমু অনীসি তেকপীগা মাগী নিপাগগী পুক্সি নুংশাংনবা থাগদবনিকো। বর কন্যা অনীগী পুক্সি নুংশাংনা পাঞ্জকনবা ঙমু অনীদু নীংতমহনখ্রগা বব নিহৌগদবনি। অদুবু ঙমু থাবা হায়বা

চৎনবীসিবু অসুক খোঙ্গাওনবা নুপীশিংসিসু খীৎ হকমল্লি। ঙমু থারুবগী নমদা ফি অমমম নিপা ময়ূম্না কুপ্লক্কদৌরিবদু অদুখক খল্লি বর কন্যাদুগী পুন্সি নুংশাবদি ইখনবু খনবিদে ঈথক ঈরাংদা তাওবা শারদুনা। অমুবা য়াম্না নুংশিবা অমা ফাওরক্লমই কয়াদা তোনখ্রবনো নিঙঙোলগী মপোকসে মরাইবক্লা তম্বা নিপা অমগা য়ূম পানখিগদৌরিবনিকো। নিপাদুবু কমদৌরমগবা লুনা তৌবিগদৌরিব্রা নৎত্রগা মমীৎতগী মপি তাহনগদৌরিব্রা। মপূক্লীং ফাথরকই, ফরমগনিদা মমা মপাদু য়াম্না ধর্ম্ম লৈ হায়বনি মপূক্লীংদা খল্লকই হে ঈশ্বর মাবু নুংঙাইহনবিয়ু।

জুরি তাফমগী ঈশিং য়ারিবা খরূং অদু হৈদোক্লুনা ঙমু অনীদু ফারে অদুগা অমুবা থোরক্লমই সোরোক তানা খোঙথাং অথুবীদা তুরেন য়ৌরমই। হিদেন তাফমদা গুলাপিগা লড়ুগা ঈশিং শোক্লুনা লৈরমই। অমুবনা মখুৎতা করিনো অমা পায়বদু উবদা লড়ুনা হায়রকই, হৈ অমুবা করি ঙানো। অমুবনা খুমই তেন্না, ঙমুনি। গুলাপিনা হায়রকই, হৈ ঐ লৌগে নিপা ২৫ পীগে ইরোম্বদা থাক্লেনে। অমুবনা করিমত্তা খুমদনা হিদেন তাফমদা কুমদুনা ঙমু অনীদু তুরেন্দা থাদোকখিরমই। নীংতম্না তুরেন্দা ঙমু অনী অদু হৌনদুনা অমুক্তং ফ্রীং চোংলম্লগা লুপথখিরমই ঈরোন্নুংদা। মদুদা ঙাইহাক য়েংলুরগা অদুদগী তোর্ব্বান্দা কখৎখিদুনা চৎপা হৌখিরমই ব্লাই শংনা। গুলাপিনা চৈহৌই, "হৈ অঙাওবা, পুরা বেরানিকো, ঙাবু ঈশিংদা অমুক থাদোকইনহৈ!

# মীরম্লেনগী শক্তম অমা

অয়ুক্কী ৱারীনি।

বীরমনী অয়ুক্কী ৱাকিং চৎলি। অয়ুক অঙনবা মতমনি। টেলিভিজনগী পাওদা অইং অশাগী চাংদা লমদমসিনা খ্বায়দগী ইংই। উন তাবা ৱাকচীং পাম্থানি। থায়নগী মতমদদি উন্না খ্রঙ খ্রঙ তারম্বনি, অদুবু হৌজিক কান্দি অদুক হাক্লা উন তাবদি নত্তে। অদুমক্তদা অইংবগী চাংদি চপ চানা ইংই। অতোপ্পা লমদম খরদদি ঈংবদগী চিংশিন্দুনা ফুট পাথতা লেকপা মী কযা হৌগৎলক্তবগী ৱারীদি চাং ফনা ৱাংনা লৈবে। ঐখোযগী ইবমদমসিদদি ঈংবদা ফনা কন্না লৈববসু মীশি মীনাদি পংতা তাদে।

অদুক ঈংলবা মতমদুদা মোৎতাই চুদাইনববা মী অমদি সহবগী অমোৎ অকায পৈফমদগী কর্রি করিনো লৌখৎতুনা চাবি মচীন্দা পুমতৈ তৈবদুনা। খোঙ্গ্রাও অমদি শেৎলি। মদুসু অমুক্তোইবা নুবা শাববনি। ঈংখ্রবা উন মবক্তুদা মনমদা ফি মচেৎ অমত্তা পক্তনা লৈ, মশাদু নীক্লি। বীবমনী মতৌদু যেংদবা ঙমদদুনা হাইফেৎ তং যেংলুবে। নিপা অদুনা লৈদুনা য়েংলকপদা মমীৎ চানখি। কৌবকই, ‘বী’বমনী’।

বীবমনীনা মচীন্দা ‘হাও’ হায়না খুমই। বীবমনী মীনা যাম্না কৌগনবা মীনি। হেক কৌবগা হ্বাও হরাও হেক্তা ‘হাও’ খুমই। মকুওইনা অঙাওবশিংনা য়াম্না লুনা তৌই। মবক মবক্তা মাগী যূমদা চাক চাবা চঙলকপা অঙাওবা যাম্না লৈ। মানা যাম্না লুন্না তৌর্বনি। ঙসিগী সহবগী অমোৎ অকায পৈফম মনাঙ্তা মাগী মমিং কৌবক্লিবা অঙাওবসি মানা মশক লাকশিনবদা পংৱা ৱাদে।

মহাক কুঞ্জেনি। ফুরিৎ তূবা যাম্না হৈবা, হৈবী মখোঙগী কুঞ্জেনি। ফুবিৎ, খোঙ্গ্রাও, কোট মখল ইশু শুনা তূবা হৈবা মখুৎ নানখ্রবা টেলব মাষ্টব অর্মনি। অদুঙৈ লমতকথোক্তুনা সোরোক পাকথোকহন্নবা থবক পায়খৎলকপদা মাগী ফুরিৎতূফমদু তকথোকপদা য়াওখি। অদুগী মতুংদগী মা বিক্সা খবা থৌবম্বসু উই। অদুদগীদি উখিদ্রে। ঙসিনা সহরগী অমোৎ অকায পৈফমদা ফিথোংদ্রবা অঙাওবা অমগী শক্তমদা উরিবসিনি।

মসিগী মমাঙদা বীরমনীনা মাবু উবা ফংখিবা মতাং অমগা লৈখ্রে। বীরমনী উকিললনি। কোর্টতা নোংমা কুঞ্জে মখুৎ পুল্লদুনা পুথোরকখি। বীরমনীবু উবদা হায়রকখি, "ঐবু অমুক্তা লৌথোকপিনবা তৌবিরকউনে, ঐ মরান অমত্তা লৈতবনিনে"।

বীরমনীনা কৌর্টকি চে চাং পাদুনা য়েংবদা পোৎ হুরাল্লুবগী ফাবনি হায়না ইদুনা লৈবা উখি। কুঞ্জেনা করিগী মীগী পান দুকান থুগাইদুনা পোৎ হুরানগদৌরিবনো। মাদি শূরগা চাজবা পুকচেল শেংবা শিনমীনি। অদুবু মথং মথং হংনবদা খঙবা ঙমখি মানা তাঞ্জবা শেল খরদু লৌবা য়ানবা মরি মতা অমনা পুলিসতা তাকশিল্লগা জেলদা থম্বা য়ানবা হোৎনদুনা মা অৱাবা তারিবা জাৎনি। বীরমনীনা হোৎনদুনা বেল থাদোক্লবা হোৎনখি। মানা নোংমা ঙমজবা শেল খরতা ওইরবদু থিল্লকখিনি হায়রম্বনি। অদুগদি ঙসি সহরগী অমোৎ অকায় পৈফমদা ময়ূম ওইবা মী অমা ওইনা উরিবসিনি। মসি ঙসি ঙরাংতগীৱানি।

ঙসি অয়ুকতি বীরমনী খরসু ঙন্না ৱাক্লিং থোরকই। প্লাষ্টিক খাও অমদা জর্সি অমগা মোজাফুরিৎ অমগা হাপচিল্লগা সহরগী গলি-গলি, মচিন্দা অমোৎ অকায় পৈরিবা হাপু হানাই মনাক্তা য়েং য়েংদুনা চৎলমই। কুঞ্জে লৈৱা য়েংলিবনি। ফুরিৎ জর্সি অদুমত্তং মাগী ফি পক্লবা মনমগন্দুনা লীৎশিনবিরবদি মাগী মপূক্লীংদা লৈরিবা নীংঙমদবদু ফনা কোক্কনি।

অখঙবা কাঙবু কনানা য়াল্লিবা খাওদু উরুরগা হায়রম্বদু য়াওই, "সন্দে মার্কেট চঙবিরুরব্রা ঙন্তানা ?" কনানা খাওদু বোল ওইনা উদুনা হায়রম্বসু য়াওই, "বাস্কেট বোল অমুক শান্নবিরব্রো সহেবপো ?"

বীরমনীনা মনা মশিং য়োনবা বীহারিদুদা চঙলকই। মরক মরক্তা মঙোন্দগী পোৎসু লৈবনি। মঙোন্দা হংলুই, "ভাই গার্বেজ পীট মনাক্তা হেক হেক লৈবা ফি অমত্তা লীৎতবা অঙাওবদু উব্রা" ?

অহানবর্দদি বীহারিদুনা আশা তৌরম্বদি খামেন অশিনবা, হৱাইথরাক, কোবী, কিলোদা কয়া পীরিবগে হংলক্কদ্রা খল্লম্বনি। কারবারগী ৱাখলদা অঙাওবগী লৈফমগী ৱারী মঙোন্দা কয়া কন্না মরু ওইনা লৌদে। অতোপ্পা পোৎ লৈবা লাকপা কাঙবুশিং

লোমদা থবায় য়াওশিন্দুনা লৈরগা মীৎতং নোক্লগা মঙক্তু নোমই। মরোল থোক্তবা মাগী খোঙ্ছোক্তুনা হায়রকপগুম তৌই "ঙাওদবা মীগী ব্রাখল ফাওবা খন্নবা তাঙ্গা লৈনরক্তুবমতমসিদা অঙাওবগী লৈফম থিরকইবা নঙদুম অঙাওবনি"।

অঙাওবা হায়না ময়াম্না পাওথোকপিরবা মঙোন্দা অমুক হংলুরবদি মাগী মমীৎতা অঙাওবা ওইনা অতৈ লোইনমক উরমগনি। অদুবু ব্রাফম অমদি নাখৈ অমা ইশেং শেংই। মখোয় তৌশিন্নদে, মীনম্বা ঙাওদে, মখোয়গী চোয়রোন্দা অচুম্বা য়াম্না য়াওই। চানীংলগা চানীংই হায়, চানিঙদ্রগা তোকই। মখোয়দা কনানসু ইনশিল্লুবা য়াদে। বীরমনী অমুক লমজাওদা থোরকই। ব্রা কয়া অমা নীংশিংলকই। অঙাওবশিংনা করিগী মাবু অসুক কাওদবনো! মানসু মখোয়বু করিগী অসুক নুংশিবিবা!

ইমো অঙাওবদু নীংশিংলকই। নাকন্দা বোরা অমা যাল্লদুনা মপোৎ পীক থন্না হাপ্লদুনা চংলি। কনাদসু হন্না য়েংদে। মানা তৌগদবা অমা তৌদুনা লৈ। লৈকাযগী চাকচানবা, উসোব তৌবা মফমদদি চঙউ য়াদে, অদুগা বীবমনীখোযগী ময়ূমদা চাক চাগে হায়না হেক্তা চঙলকই। উরিপোক্কী ইতৈমা নুংশি অঙাওবীদো খোংবান ময়াদা ঈন অমা খোন্দুনতা লৈ। বীরমনীবু উরবদি "ইবুঙো" হায়না কৌরদুনা নুংশিনা তৌই। পৈশা পীকববসু লুপা অমদগী হেন্না লৌদে। লমশাংগী অঙৌবী অঙাওবী হাযবীদো অঙাংশিংনা লৈতুম্না, তেম্পাক্লা থাবী। বীরমনীনা অঙাংশিংদু তান্নদুনা ফৃ-চৈবমই। অঙৌবীনা ব্রাকংলি বীরমনীদা। মাগী ব্রাকং অদু পাক চাওখ্রে। মাগী মপোৎ মরন পূন্বা মুনবিখ্রে হায়রি, লীক কোলসু য়াওখি হায়।

বীবমনীখোয়গী লৈকায়গী অঙাওবী অমসু লৈ। মচা ফাওবা অমত্তা নীংশিংদ্রে। সংসারসিদা মাগা শম্নবা পোৎ অমত্তা লৈত্রে। ডাক্তরনা হায হায়রি মদু ডেমেন্সিয়া কৌবা ব্রাখল চোইবা লায়না অমনি। অদুবু, মরক মরক্তা বীরমনীদদি হেক হেক কৌরকই। চঙউবদা হরাও হরাও ঙাইহাক্তি তৌই। অদুদগীদি ব্রাখলদা উংদুনা লৈখি। মুন্না তাশিল্লুরবদি মখোয় অয়াম্বা মবমদমসিদা ব্রাবৌবা অমমম লৈবগুম তৌই।

বীরমনী অয়ুক খরা অসুম্না মখুৎতা প্লাষ্টিক খাও অমদা জর্সি অমগা মোজাফুরিৎ অমগা পায়রদুনা লমজাও শোরোক্তা পংচংতা চংলমই। কুঞ্জে কদায়দা

লৈবগে থিবনি। মাগী মনম ফি থোংদবদুদা অহিং চুপ্পা উন তাশিল্লমগদবদু খল্লুবদা মা পোত্থাফম খণ্ডদ্রে। ফি সিমত্তং লীৎপিবা ঙম্লবদি মাগী লাংতক্লবদু খরদি কোক্কদবনি, অদুবু কদায়দা থিরুনি। মাদি নীংতম্বা জীবনি। অফা অপুন অমত্তা লৈতবনি। ব্রাকচীংগী উল্লেন, কালেনগী নুংশা, ইঙাগী নোংনা অপনবা শীবা ঙমদবনি। মীওইবগী চাউখৎপা ব্রাখল্লোন্না পুথোকচবা হকচাংদা ফি থোংবা মদুগী মথৌ তাদে মাদি। মাদি চৎলমগনি চৎনীংবা মায়কৈদা। চৎনবীনা পুল্লবা মীয়াম্না চৎনবা পথাপ্তুদা মাবু ওনবা য়ারোই। মাগী খোঙচৎ অমদি পুক্নি তোঙাল্লি। যূমগী চাকখুমদা থোংবা মথেল লুক্কোই চাবগী পোঙজবা, চাবা ঙম্বগী চাওথোকচবা নাপল, অরূ-অহেন, অকে অমৌ তান্নবা কনানা য়েংনবনো হকচাং হায়সিদি আত্মা অমনা মিহুল হুল্লিবা পোলাং অমনি।

বীরমনী ফুনগৎলম্বা ব্রাখন্দু খবদি শাফরে। অয়ুক্কী ব্রাকিং চৎপা খূদিংগী প্লাষ্টিক্কি খাও অমদা পুদুনা চৎলি ফি খবা, অঙাওবা অমদা শীনবা। মাগা পুংখেন খেন্নবা খোঙচৎ অমদা চৎলিবা অমদা। থম্মোইদগী ফাওবকপা ইথিল অদুনা লমজিংদুনা অরাবা নুংঙাইবা, কপ্পা-নোকপা, হাওবা-হাওতবা, নুংশি-নুংশিদবা হায়বা থম্মোইগী খল অসিদগী য়াম্না লাপ্পা লৈখ্রবা আত্মা অমা থিননবা। মরুপ মপাং খরনা হায়বদগী তাবকই মাবরাবী ধর্ম্মশালাদা কুম্মৈ অমা তৌরি। অশোল -অনা লাইরা অনং কয়া পীজ পীথক তৌনবা থৌরাং তৌরি। মদুদা অঙাওবা ময়াম অমসু লাকহৌই।

বীরমনী পঙ্খদ্রে। কুঞ্জে য়াওরম্বা য়াই। মানা থিরকইবসি কুইবে। লৈরম্লবদি য়াম্না নুংঙাইনি, মাগী ঙমজবা সেবানি।

মফমদু মীনা চীক্লা চায়না ঙম্লদে। মথক অদুদা ফি নানবা মযামগী কুম্মৈনি। ধর্ম্মশালাগী চঙফমদা তশেংনা অঙাওবা, মীওই লাল্লুপ চাদবা, ব্রাখল চোইরবা, অনা লোয়রবা মী ফনা য়াম্না য়াওরি। অদুবু কুঞ্জেদি উদে। বীবমনীনা মখোয়গী মরক্তা চঙদুনা থিবকই। ফি থোংদবদগীনা ফি ফনা নানবা মীসু য়াওরি। লোইনা ঙাইরি তন য়েল্লকপা। অসোমদনা অশীন অরাঙ তৌবদুনা অওৎ অপা শারিবা মখুৎতা ব্রাচেৎ তঙ্খায় অমা পায়রদুনা ময়ামদু হোইজিল্লি তল য়েনফমদা য়াদবা

অমনিদা শেৎ শেৎকনবসু য়াওই। মখুৎতা প্লাস্টিক্কি খাওদা ফিরোল খবা হাপ্পা পোৎ ময়োম অদু নাকন্দা চপ্পদুনা ব্রাকিং চৎপগী ইব্রাও ব্রাওবা ফিজোন্দা ময়ামদুগী মরক্তা লেপ্পুবা বীরমনীবুসু ময়ামদুগী মরক্তা অমা ওইরবোই নীংদুনা ব্রাচেৎ তঙ্খায় পায়বদুনা লাওরকই, "হৈ নঙদি কৈদৌরি ? অদুদা ময়াম তল চারিবসি উদ্রা ? চঙউ চৈসিনা ননঙ্গন্দুদা কপ্থরকরুউরা"।

# নোংলৈনা পুরুবা ব্রাখল

লৈবাক্কী চৈরাওবা নুমিৎনি!

মীপুম খূদিংমক্কী থমোই চরাংনবা নুমিৎনি। ঙমজা ঙমজবা মথেলগী লুকোয় হৌরদুনা হৈ-লৈ কয়া কৎলদুনা লাইওইখ্রবা অহল লমনশিংবু নীংশিংনদুনা থোঙ্গাক দা থাদোক্লে। চাক চারবা মতুংদনা নুংথিল চীং কারদুনা হরাও নুংঙাইনা চহী অদু হরাও-তয়াম্বা য়ৈখায় থিনগায় য়াওদনা হৌখিনবা থৌনিবা চৎনৈ। অদুবু, চৈরাওবা নুমিৎসিদা নুমিৎয়ুংবা হেক্ মতুংদা সাইকল অমা পায়রদুনা মনিথোই য়ূমদগী থোরক্লে। মানা চৎনীংইবসি খরা লাপ্পা, খঙনবা মী কনামত্তা চৎনরম্মোইদবা চীং অমদা চৎতুনা ফমদুনা মতম লেল্লুবনি। অদুনা লম্বীগী মখা পাংনা চুমদ্রিং থৌথরকই।

চৎনা চৎনা ঙসিগী চৈরাওবগী ব্রাখল খল্লকই। মা মাগী নুপীগা খৎনরগা থোরকপনি। করিগী খৎনবনো খনবদবু ঙকই। ময়ূম পান্দ্রিঙৈদদি মানা খল্লমই নুপী-নিপা মতৈ মনাও খৎনরিবসে নিপানা ফত্তবদগীনি। নিপানা শূনীংদবা, পৈশা পুশিল্লক্তবা, য়ু থক্লগা নুপী ওৎপিবা, য়ু থকফম ওইশিল্লগা ইমুং মনুংগী কুপ্নে ামদা চোকথরদুনা তুমখিবদা ঙায়রিবী নুপী হৌদোক্তুনা ওৎপিবা ময়ামগী থোং থাকহনবা। অসিগুম্বা মখল মখা কয়াগী মীওৎ মীনৈনা য়ূমশিংসি শান্তী লৈনদবনি। অদুনদি করিগুম্বা নিপাশিংনা নুপীগী অৱাবসি মশক খঙবিদুনা য়ূমগী থবকশিংসি খবা খরা পাংশিনবিরবদি খৎননবা মরম অমত্তা লৈবরোই। ব্রাখল্লোন অসিদা চেৎনা থাজজবা, নোংমতসু নুপী অঙাং ওৎচদবা নিপাসিগী ইমুংসিনা খীৎ মহেল্লে মতৈ মনাও খৎনরিবসে। মনিথোই মশানা ইরুজনবগী ঈশিং হোঙ্গে, অয়াম্বা মতমদা চাকসু থোংই, ইমুং পুম্বগী কোল লীকসু মী-পোং কয়া হৌনদ্রিঙৈদা মানা ঙস্তা হৌদুনা ফেঙদোকই, মফি-মরোলসু মশানা অদুম শুজৈ, মশাগী ফমুং মশানা থাজৈ, থবক চৎপগী ফিবোল শেৎপা মতমদা নুপী অঙাংগী মতেং লৌদে, করিগুম্বা অহিং কয়াদা অরুম-লাইহৌকা তৌরকপা ফাওবদা মাগী নুপীনা খঙবা ঙমখিদে মখস্তা নীক্তুনা খাঙই। মচা য়োকপদসু মচাগী স্কুল থিনবদগীনা ফিরোল

হোংবা কুদাম অতৎপা পানবা, ইউনিফোর্ম স্ত্রি তকপা নুংদাংব্রাইরম ওইরক্লগা মচাশিংবু ফমুংদা তুমহনবা ফাওবা মানা তৌজবনি। অদুমক্তদা মাগী ইমুং মহী লাওই। মতম চুপ্পদা মাগী নুপীদু ইশৌ লাংদুনতা লৈ কৈসু নৎতবা ব্রাফম অমগীসু। ব্রা মচেৎ অমত্তুং ঙাঙনবদা হেক্তো লাওনরকই মচাগা মমান্নবদৌনা খৎনরকই। মমাগা মচাগা খৎনবা খাম্বদনা অচৌবা থবক অমা ওই, তপথৌ হায়বা য়ানরক্তে। ব্রায়েনশঙদা ব্রাকৎলবদু ঙায় শং শংদুনা ঙাঙলিবা। মদুদা তানীংদে হায়দুনা হায়রুরবদি অশাওবা থোক হেক্তো ওনখি, ইমুং হেক্তা মহী লাওই। শাওগৎখ্রবদি পাক হেক্তা হম্বুরক্তে অঙাওবীদৌনা শৌ শৌ লাওদুনা মথন্তনা ইমুংদু শান্তী লৈতবা ইমুং ওলহল্লি। অসুম হায়না খৎনদুনতা লৈবা ইমুং অমা অদুম ওইখ্রে। লৈকায় পুম্বনা খুদম পীনবদা য়াওরম্লনি অদুবু খম্থবা কৌবা লৈতে। ঙাঙউরবসু খৎনৈ ঙাঙউদ্রবসু অদুম ইশৌ লাংদুনা লৈ। অদুনা য়ূম অদুদা লৈরিবা মী পুম্বা কঙাওনহল্লি। লক্ষ্মীকা পুমঙাও ঙাওদুনা চেনবা জাৎনি। য়ূমসিদা মথক থোংবা মনেম মা করি অমা লৈত্রবনিনা ঙাঙবিনবা কনাসু লৈতে। মনিথোইনা ঙাঙবদি তশেংনা অমত্তা লৌদ্রে। য়ূমদুদা মানা তৌরিবা থবক খরা হায়ববু চাক চাবা লোইরকপগী পুখম তেংকোৎ খরা ফেঙবা, মশাগী ফি অমোৎপা খরা অদুক শূবা চাম্বা অদুদনি। মদুদসু অমুক মচাগা লৌতান্নদুনা খৎনরকই। মসিনি মনিথোইগী য়ুম্বান পুন্সি। ঙসি চৈরাওবা নুমিৎসিদসু কদায়দনো পুখম খরা ফেঙবগী মতাংদা মচাগা খৎনরকই। অদুদগী নুংঙাইখ্রবা চহী হৌবগী নুমিৎসি ইশৌ লাংবা নুমিৎ অমা ওলহল্লি। মাগীদি ইশৌ লাংবসি নুংঙাইবা অমা ওইবা তাই। অদুগা মা নৎতবা অতৈদি লোইনা ব্রাখল লৈতাহন্দ্রে। ঙন্তানা হৌদুনা অমগা অমগা তেংবাংনদুনা চাক থোংবা থাকপা লোইথোক্লবনি। মী অতৈনা থাদোক্ত্রিঙৈদা থোঙান্দা থাদোকখ্রবনি। চাবা থকপসু ঙন্তানা লোইনরবনি। করম্বা তাঞ্জাদা করি থোকখিবনো অমত্তা হেক খঙহৌদনা মাগী নুপীগা তপ্তাবমখৈ খৎনখৈ খৎনরগা মনিথোই ময়ূমদগী থোরক্লবনি।

মতমসি ঙল্লি। চীং কানবা কাঙবু কয়া থোক্লরক্ত্রি। খরা চাক থেঙবা কাঙবুদি হৌজিক্তদা চাবদা ঙায়নরমখিনি। অদুবু, মনিথোইদি থোরক্লে। মখা পাংনা থৌথরকপনা তাম্না খিন্দুনা লৈরিবা মচীন মনাও চীং নকশিল্লকই। নুপী মচীন

মনাওনা চীংদু ওনখিবনি হায় খৎনবনা মিংচৎ থীবসে ঙসিদি মমা ওইবীগী শক্তম লৌরদুনা চীংদোন অমদা "অয়াঙ লৈমা পান্থোইবী" অতোপ্পা অমদুদনা "চীংথাঙ লাইলৈমা" হায়না খঙনরদুনা লেপ্পি খুদম ওইনা। মনিথোই চীংদুগী ৱাফমদু ঙাইহাক খম্থরুরগা হৌজিক্তদা মচীন্দা মোমোন নোক্লিংবা ফাওরকই। ৱাখলদুম খল্লকই, মাগা নুমিৎ চুপ্পগী খৎনদুনতা লৈরিবী ইশৌ লাংবী নুপীসি তুংগী মীরোল কয়াদদি লাইগী শক্তম লৌদুনকা খুরুম্নরকপসু কনানা খঙবনো। লাইসু ফত্তবা য়াম্না লৈ। লম্লোঙ অহুম ফাংবগী লাইমু, ফৌশু পাৎকি শম্বুবী, বোরোয় মখোঙ য়াখিবী, মখোয়না শোক্লক্তনবা চবান থাদোক্লে লম্লোঙ অহুম ফাংবদা।

ৱাখল খন্না খন্না মনিথোই চীংখোঙদি য়ৌশিল্লক্লে। খরা ৱাংবা চীংদুনা মনাও চীংনি হায়। মনিথোই মদুদুম কাদুনা ঙাইহাক অৱাবা পোত্থাবা য়াত্রা য়েংনীংঙকই। মখোঙদদি পোৎয়োনবী খরা ফম্বা হৌরকপদা ঙায়রি। গাড়ী অমা অনীসু অঙনবা ওইনা থুংলরে। মচি মচিদা পুঙৌ ফনেক শেৎপী নুপী কয়া অমা চীংদু তম্না লৌবুক ফাওদুনা লাক্লরি। নোং হাইফেৎ থাংবা অতিয়াদা থোকপা নুমিৎতুসু নোংমপৈ অমনা ঙাইহাক ঙাইহাক খঞ্জিন্দুনা অয়াকপা নুংশাগী মৈশাদু খরদি হকচীৎ লাংহল্লি। নুংশিৎসু লিরি লিরি হুন্লকই, চীংথ্রাও মপান অমদি নোবাপ মপানগী মনম লোয়নরদুনা। মনিথোই ৱারম্বকা ইকাও কাওখি। চীংদুসু লৈকায়গী উয়োক ওইনা তৌদুনা ইয়ান য়াম্থৎপিদবদগী চীংদুম অদু উজাওনা উমং ওইনসু হৌই। মদুগী মরক্তু ফাওদুনা লাকপদা ঙল্লপ তৌনা কারকপদা শোর মপী অমা হোল্লকই। অদুবু, নুংশাগী মৈশাদি উমংদুনা ঙাক্তুনা উরুল্লাংই। মাইক খোঙ্গৎলকই। থাবল চোংনি হায়দুনা লাওরকই।

চীংমতোন য়ৌরগদি উরে লাইশেন্নবা মী খরগা খোন বেন খোংবা খরগা নত্তনা মী পংয়াম য়াম্না পুনখৎনরক্লি। অৱাংবদগী য়েংথরকপদা অকোইবদু পূক্লীং হূনা ফজবা মফম অমা ওইনা উরি। মহৌশা মাসি তশেংনা ফজে। ৱাকচীংদা উন তাহল্লি, কালেন্দা নুংশা শাহল্লি, য়েনীংথাদা উ য়েনীং হুলহল্লি, নোংজু থাদনা ঈমায় চোলহল্লি, নাকেন থাদনা উনা ৱানা খীকথৈ। ঙসি শজিবুগী নুমিৎসিদদি লাইবুঙদুগী অকোয়বদা শৈ উয়ুং পাম্বীদা খোঙ্গুম্মেলৈ, ক্লাকলৈ য়াম্থ য়াম্থদুনা শাৎলি। অতোপ্পা মায়গৈ অমদনা উ খরদা য়েৎলদুনা উরিরৈ অমদি লৈরীসু শাৎলি। নারক্তুদা ফিঙৌ শেৎপি কয়া অমনা মরী মরী কানরকপদুদি শিংথানবা ৱাহৈ লৈদৌ যান্দে।

উরুম ওইরপ তৌবা মপা অমদা ফমথরদুনা মনিথোই অৱা অনা কাওথোকখ্রে। চৈরাওবগী চীং কানরকপা মীসু মশীং ফনা য়াপ্লে। মাইক্তা কন্না লাওরি "থাবল চোংবা হৌগদৌরে ময়াম কাবিরক্লো"। অরাপ্পদা তিংগোং কাংগোং অমসু খোংলি মহৌশাগী শক্তম মরক্তুদা তাঞ্জাদুদা নাকন্দগী চঙশিল্লক্লুনা কনানো অমনা খংকৌ কৌবকই, -"ভাই লাইগী থৌগল তৌবা লাকপিরিবনিনে"।

মনিথোইনা য়েংথোরকপদা উরমই, ফিরোল মোৎতাই চুদাইননা শেৎলবা, মকোইচোম্বা, মমায মমীৎকা ফুৱাওনবা, মশমকাসু ফারপ তৌবা নিপা অমা নাকন্দা ফমথরকই। হান্না খঙনখিবদৌনা ইকোই কোইদনা তৌই মাদি। অদুবু মনিথোই মাবু অমুক্তা উখিদ্রি। নিপাদুগী শক্তমদুনা পকচগদবসি, সিনেমাগী গেটকিপব ওইদুনা বেট্রি অমা পায়রগা সিনেমা য়েংবা কাঙবু চিংদুনা ফমফমদা ফমহনবা, নত্রগা ঈশৈগী থৌরম অমদা মাইক খোংবা ওইনা ফমদুনা লৈবা, নত্রগা গাড়ী শেম্ফম ৱাকিসোপ অমদা নুঙথং পায়দুনা গাড়ী শেমদুনা লৈরম্বা অমা নত্রগা খরা হম্বুবদা বব লাই খুকম্বা নুমিৎতা চীংখোঙদা মখুৎতা থোপ অমদি মক পায়দুনা লাইয়ূম অপীকপা অমা থারগা "ময়ায়লম্বী, মপুনীংবী, মুণ্ডা কাটো" হায়দুনা লাওদুনা দেৱালি খাওরম্বা অমা নত্তনা ফিভমদু অতৈ করম্বা অমদা চানগদগে মনিথোই পংখন খম্বুবা ঙল্লমদে।

নিপাদুনা খুৎ শোক্লশি হাযদুনা মখুৎতু তিংথোরকই। খুৎ পাযদুনা মায় মায় ওনশিন্নরুবগা খঙই মা য়ু থক্লুদুনা মীমান্নদবা অমা ওইরি মতমদুদি।

নিপাদুনা হান্না মরাল য়াজরকই, "ভাই ঐ খরা পায়শিল্লুবে ৱাবৌবা যাদেকো"।

মনীথোইসু মফমদু থাদোক্তুনা হেক চেনবা য়াদবনা মাগা ৱারী খরদি শাবা তারমই। চরাংনরবা চীংথক্কি লাইবুংদু মীসু ফনা য়াম্না কাখৎনরকই। মাইক্তা খোন বেন্না মরোল অমা খোংজিল্লকপনে, অনৌবা মরুপ্তুগী মরোলনা মবোল অমা লৈয়েং ফাইবনে মবোলকা অমত্তা লৌফম খঙদে। মানা মনিথোইগী মখুৎ পায়দুনা পংচিংদা চিংই। মখোয় অনী ঙাইহাক চিংনৈ। মতৌদুদা লাইশেন্নবা য়াওবা মী অনীমক চেনশিল্লকই। মখোয়না নিপাদু চিংথোক্লবা হোৎনৈ। নিপাদুনা মখোয়দা

চৈদুম চৈশিল্লি, "হে নখোয় খঙদ্রা অসুক লাপ্না মরুপ অমা লাই থৌগন তৌবা লাক্লিবসে, হৈরুক্কা পুরকউন হে"।

করিগীনো খঙদে মানা হায়বদু অতৈদুনা অদুম ইল্লি। নিপা অমনা থবী অনী অহুম পুরক্তুনা মনিথোইদা পীররি। মদু লৌরবা মতুংদা মনিথোই নিপাদুগা খঙনরে। মাগী মমিং নিংথেম কৌই হায়। চীংখোঙ অদুৱাইদগীনি হায়। মনিথোই অহানবদা হৈনরমদে অদুবু ঙাইহাক লৈমিন্নরবা মতুংদগীদি মরুপ অমা চান্ননা ফাংবদা নুংঙাইবা অমদুম ফাওরকই। অদুবু, কুইনদি ৱারী শাবা য়াবা নৎত্রে। নমদুনা কায়ননবা মঙোন্দগী নাম্থোক্লবা হোৎনরমই। লাইবুংদুদগী নিপামচা অমগা মীয়ায়চল্লবা অমগনা মনিথোইবু য়ুঙাওবদুদগী উচিন নাচিন্না নাম্থোকহন্দুনা মতেক অমা থিন্দোরকই। মনিথোই নিংথেমগী মরমদা য়াম্না খঙনীংলমই।

অঙাংদুনা হায়রকই ইশম শম্না, "মাম্মা নিংথেমসে লাইরিক্কা হৈবা, মরম ওকপা লৈবাকমচা তাবা মী অমা ওইনা লৈকায়না লৌনরম্বনি। মাগী নুপীদু অঙাং উনবদা শিখিবনি। অদুদগী মতুং তারকপদদি মা নুপীসু থিদে অঙাওবদৌনা লৈরিবসিনি। মাগী নুপীদু লৈরম্লবদি মসি থোক্লোইদবনি"। মীয়ায় চনবদুনা অমুক হায়রকই, "নুপীদি লুখ্রাবী ওইরবসু অদুম হিংবা ঙমই, অদুবু নিপাদি মপাং হেক কায়নরগা মথন্দা হিংবা ঙমদেনে। ঐখোয় খুনসিদা মাগুম্বা অহুম মরি লৈরি নুপী কায়নবদগী অঙাওবা ওল্লবা"।

মখোয়গা কায়নরে। লাপ্তক্লা লেপ্তুনা লৈহৌরিবা নিংথেমদু য়াম্না নুংশিরকই। মথৌ হেক ওইবমখৈ মনিথোইনা চঙশিন্দুনা অমুক্কা ওইনা মাগা খুৎ শোক্লরুই। মা ফনা লাপ্লবা ফাওবা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা লৈহৌই।

চীং কুমথ কুমথনা মনিথোইনা মথন্দা খল্লকই, করিগীনো চৈরাওবা নুমিৎসিদা মানা নুপীগা খৎনরুরিবা। মাগী নুপীদু নীংশিংলকই। মামক্তি ঙসাই তৌনরিবা মতৌদুদদি ঙসিসি য়ূমদা হঞ্জিল্লরোই হায়বা ফাওবা খল্লুরবনি। চীংখোঙদা থল্লম্বা সাইকলদু শো তনহাং হাংলগা সাইকল থৌবা হৌরমই। লম্বীদি চীংকাবা কাঙবুনা কন্না চিনখৎনরকই।

চৎলম্বা কনামত্তবু য়েংলমদনা মনিথোই মাগী লৈজবী থাদুনা মপাঙ্গল পুথোক্তুনা সাইকল খুনেৎ ওৎলি ময়ূম মায়গৈ পাংনা।

# মপাং শেংনরবা

চনুহনবীগী দষা হায়বদু তাখ্রে।

ঙরাংতগী ৱানি। শান্নবা চৎখিবা চনুহনবী কপ্তুনা লাওরকপা অমা তারকই "বাবা! বাবা! ঐখোয়গী মিনু শিরে!

ময়াম চেঙ্খোক্তুনা যেংনৈ কোম্খোং ময়াদা চহীনা অহল ওইশিল্লক্তুনা মঙম শান্দ্রবা শোল্লবী মিনুদো হূই অনী চঙদুনা চীকখায়বিবদগীনি হায, য়াম্ফক তাদুনা লৈবম্লে। য়ুম্লোন্নবা অমনবু ঙাঙ ঙাঙদুনা লৈরমই, "হূইবুদুবু ঙাওব্রা মানা খাম্বা য়াদ্রা মীগী হৌদোঙদুবু অনী চঙদুনা চীকহল্লিনে"।

অঙাং অদুনা ওস্থোক্লা মথমোই শোক্লা কপখি। মা মক্কি মীৎমাঙদা মানা নীতিগী চাক চামিন্নদুনা মাগা হৌমিন কামিন্নরকপা চহী তবা শুববা মাগী মিনুদো পাঙ্গল ফববা হূইজাও অনীনা চোংশিন্দুনা শরাক তমদুনা হাৎতোকপিবদু মা উহৌরবনি। মানা ফনা লাওদুনসু হূই অনী অদো খাম্বা ঙমদে, মপুদু ফাওবনা খামজিন্দ্রবনি। মাগী নৌবিবা মপূক্লীং অদু হাযনীংঙাই লৈতনা শোকখ্রবনি মদু অঙাংদুতনা খঙই। মা হীক হীক চিংদুনা থেম্নবা য়াদনা কপখি। মানা বোবাদা অমোনবা ফি থাদুনা হিপহনবা মিনুদো উফুল ৱাইফুল অমদি ঈ তৈবদুনা লৈমাযদা শিদুনা তাদুনা লৈরি। মদু উরিমখৈদি অঙাংদু থেম্নবা য়াবরোই হায়দুনা তুরেল খোংবান্দা পুথোক্তুনা ফুমজিনখ্রবনি।

চনুহনবী য়াম্না ৱারৌপ্রে। হূইবুদুগী ইমুংদু মানা খ্বায়দগী ৱাবৌই। ইমুংদুদা লৈবা মাগী মমীন্নবীশিংদু মানা অমুক হন্না কৌনররোই মখোয়দা চঙলবোই হায়না মপূক্লীংদা চপ লেপখি। য়ূম্বদু লাকখি, চনুহনবীবু থেম্বা লাকখি। মখোয়গী হূইদুনা তৌরিবদু লাল্লে হায়না মাগী অৱাবদা শরুক য়াবা লাকখি। ময়ামদুনা মাগী অৱাবদুদা শরুক য়াবিবদুদা মাগী অৱাবা খরা কোকখিবগুম তৌই। অদুবু, মাগী শোকখিবা থমোইদু মপুং ফানা কোকহনবদি ঙমদ্রি। মানা স্কুল হল্লকপদা চাক চাবা মতমদা মিনু লৈরমদবগী অৱাবদুদি কোক্লবা নৎত্রগা কাওননবা মতম খবদি চঙখিনি। নিতিদি স্কুল কারুরগা হল্লক্লগা মাগী তেনৱা পি পি জুরা অদো মচিঞ্জাক থারদুনা

পেলহল্লবা মতুংদা চরা ৱাল্লি। চরাৱানবা মতমদা চেনশিল্লক্কদৌরিদো অতৈ নত্তে মাগী মিনুনি। মিনু হৌদোংনি মাগা হৌমিন কামিন্নরকপনি অদুবু হনুরে মথৌ মঙম শাল্লক্লে ঙা ফাওবা মরু য়াওরবদি পন্দুনা য়োংপা ঙন্নক্লে উচি ফাবা ঙমদ্রে অদুবু চনুহনবীগী মপাংদি অদুম ওই। মানা থাদ্রবদি চাক চাদে মতুং কোয়ইন ইন্নদুনা লৈ।

তেনৱা জুরা অদো চনুহনবীগী পি পি নি। মানা পি পি হায়না কৌবদা তে তে খোংদুনা ফ্রং ফ্রং চোংই। মানা পোন অদুগী থোঙদু হাংদোক্লগা মপান্দা কৌথোক্লুনা অচাপোৎ থাই চু, মঙ্গ্রা, গাজর, ফৌ, মুগ হৱাই অদুগা ঈশিংগনি। মদু পেন্না চারগা মখোয় অনী চনুহনবীগী লেংজুমদা পাম্বোমদা পাইখৎতুনা তোংদুনা লৈ। অসুম্না শূমাঙ মাঙ্গোন্দা কোয়চৎ চৎতুনা শান্নবদা পি পি চনুহনবীগী মপাং ওইদুনা অদুম লৈ। লৈকায়গী হূই অমদি হৌদোং লাকপদা পি পি চীক পিগদ্রবা হাযদুনা য়াম্না মিপাইজৈ। পি পি গী মমাঙদা তেনৱা জুবা অমসু লৈরম্বনি। মাগী মপাগা তিন্নবা মরুপ অমনা কোয়রকপদা ফজে হায়দুনা পোনগী থোঙ হাংলুবদা অমা পাইথোকখি অমোমদু লৈহৌই। ফনা কুইনা লৈরমই অদুবু লাবদু পাইখিবদুদা চাউ থকউ য়ারক্তে নোংমা নারগা শিখি অদুদগী চনুহনবীগী মপানা মচাগী নুংঙাইতবদু কোক্লবা হাযদুনা মোরেদা চৎতুনা বর্ম্মাগী কৈথেলদগী লৈদুনা পুরকপনি পি পি। পি পি ঙসিদি চনুহনবীগী ইমুংগী লৈরিবা ময়ামগী মনুংদা অমা ওইৱরে। ৱাবু খরা খরা ঙাঙবা ঙল্লে চনুহনবী চনুহনবী হায়বা মানবা খোঙ্গোক খরা খরসু থোক্লে। মিনুগা পি পিগা মাগী মপাং ওইরম্বদু মিনু চৎখ্রে পি পিদা ঙায়হৌবে। চনুহনবীগী শোকখিবা মপূক্লীংদু ফাথবা য়ানবা মাগী মপাবুংনা নুংদাংৱাইরমগী টি ভি চেনেলদা থারকপা এনিমেল প্লানেটতা লাকপা শা ঙাগী ৱারী ময়ামদু য়েংহন্দুনা চনুহনবীগী অৱাবদু কোক্লবা হোৎনৈ। মপাবুংনা হায়রকই, "ইবেমা য়েংও জীব হায়বসিদি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শিরগদবনি, নঙগী মিনুসু অদুনিনে"।

চনুহনবীনা কপ্পা কপ্পা খুমই, "অদো মা হনুদুনা শিবসু নত্তনা মখোয়গী হূই রম্বোনা চীকই নৎত্রা? রম্বোনা চিক্লমদ্রবদি মা শিগদ্রা? মখোয় রম্বোদু য়াম্না ফত্তে।

অঙাংদুগী মতৌদুদা মাগী মবুংদু নুংঙাইত্রমালে, য়াম্না শাওনা শীঙদুনা হায়রকই, "খঙনি হয়েং নোংঙানবদা ঐখোয়গী কোম্বোংদা লাক্তা লাকখিসনু মবুক্তা তানা লেংগে খঙনি"।

চনুহনবী হূই হাৎপা পামদে য়ানীংদে। মাগী হৌদোঙবু চীকপিবগী ব্বারৌবতনি। মানা নুংশা থীনা মবুংদা হায়রকই, "হুম হাৎতি হাৎকনু মা শিরবদি মখোয়গী ইমুং য়াম্না কপকনি"।

টি ভি চেনেলদুদা উৎলকই হনুরবা কৈ অমা কৈশাল মরি মঙানা তান্নদুনা নমশিল্লগা হিংনা মচেৎ মচেৎ শেৎতুনা চারি। হনুরবা ময়া তারবা কৈদুনা লাও খোঙলদুনা খাঙলি শিবা ঙাইরি। মসিনি জঙ্গলগী চৎনলোনচৎ শোনবা য়াদে, কনবা তাই, পাঙ্গল লৈবা তাই নৎত্রগা অকনবা কাঙবুনা খুদুম চনখিগনি অকনবনা অচুম্বনি অশোনবদি পাপনি। শা কনাসু হনুরগা শিনদে অমনা নৎত্রগা অমনা পাঙ্গল হেনবদগী শেৎতুনা চাখিগদবনি। চাউখৎলবা মীওইবগী মরক্তসু অদুনি মিনুদু হনুরে হায়দুনা মঙোন্দা মনাক নক্লুবফাওবদা খুবাক্লা শেৎ শেৎ থাবিদুনা চৈদা চাদুনতা লৈরম্বা রম্বোদু ঙসিদি মিনুনা হনুরকপা ঙাইদুনা লৈরম্বরা জঙ্গলগী চৎনলোনচৎতো শোল্লবা মিনুবু চীকখায়দুনা শরাক তমথোকই মিনুমক্তি মপুদুগী মমাঙমক্তদা অঙাংদুগী থমোই কয়াদা শোকহল্লবা।

চনুহনবীগী দষা লোইদ্রি। মিনুগীদমক্তা ব্বারম্বা ব্বাখলদুদা অহোয়ননা অব্বাবা অমা ওইহল্লিবদুসু মঙোন্দদি খাঙঙমদবনি।

মাঙ্গোন্দা য়াল্লিবা পোন অদু লৈমায়দা লৈ পি পি জুরা অদো অমত্তা ঙায়রম্লে। মপা মমা অনীমক্লা করিবু থোক্লগবা ব্বাখলদা লাঙতক্লজরি। ঙরাংতা মিনু শিখিবগী শোকখ্রিবা মপূক্লীংবু ঙসি মাগী পি পি অনী শুরম্বদু অমত্তা ঙায়রম্বসিদা করি থোক্লবা য়াই। ওম্বোকপা হায়বদুনি। মপাবুংনা তপ্না হায়রমই, "ইবেমা য়েংও নঙ কাকামচানা ইচাগী পি পিদু পোন মখুম হাংদোক্তুনা য়েংউবদা অমা পাইথোকখ্রে, হয়েং অমা অমুক লৈবিরগে ইচাগী নঙ শাওরনুকো, নঙ কাকা মচাসু ইকায়বনা লোইরবনি মানা শোয়হনবদুদা"।

চনুহনবী লাওথোংদুনা মখোঙ থীন্দুনা কপকদবোই খল্লি অদুবু মাদি কপসু কপতে শাওসু শাওদে ইমুংদা লাইরিক থম্বা চঙলকই অদুগা ফমুংদা ফমথরমই।

মপাং অমা শেৎনবা কয়াগী মতীক ৱাবগে মা খঙবা হৌরকই। হান্না লোইরম্বা তেনৱা লাবদু পাইখিবদা তেনৱা অমোমদু নারগা শিখি। ঙরাং মিনু শিখিবদা মঙোন্দা পোত্থাফম খঙদনা নাইতোম তাই। নাইতোম তাবা য়াম্না ৱায় মা খঙবা ঙন্নকই। পিপি অমা পাইশ্রে অদু ওইরবদি পিপি অমসি শোয়দনা নারক্লোইদ্রা ? চনুহনবীনা মাগী পোন মনাক্তুদা চঙলমই। পি পি অমখক্তুনা মঙোন্দা কৌরকপদৌনা খোংলকই। পোনগী থোঙদুদা মখোঙ অনীদুদা খ্রো খ্রো খোৎলি। মা পোনগী মপান্দা থোকপা পাম্বা মাল্লি। মাগী ইংলিসকি লেসন্দা য়াওবা দেনিয়েল দেফোগী রোবিন্সন ক্রুসোগী ৱারীদো ঙসি পীক্লিবা চনুহনবীনা ভাব তাবা হৌরকই সমুদ্রনা কোয়শিল্লবা ইথৎতুদা মানা অহিং নুংথিল লেনখিবদো কয়াদা নাইতোম তাখিবনি। পোন মনুংদা নাইতোম লৈরিবা পি পিদো কয়াদা নাইতোম তারবনো। অয়ুক থল্লম্বা মাগী চানবা ফৌ, হৱাই, গাজর, চু অমত্তসু চারমদে মপাং অমদু পাইখিবদা। মপাং অমত্তা লৈতবসি য়াম্না ৱায় চনুহনবী য়াম্না নাইতোম তারে। মানা নকশিল্লুবদা পি পি অমদুনা তে তে খোংই। পোনগী থোঙ অদু হাংদোক্লে চনুহনবীনা। পি পি অমদু পাইথোরকই পোনগী মপান্দা। নহান মখৈদি মখোয় অনী শুরিঙৈদদি মাগী লেংজুমদা তোংবদো ঙসিদি চনুহনবীগী লেংজুদা তোংগনি হায়বদু কাওশ্রে মপাং অমদু লৈতবগী কঙাওনবদা পাইথোকশ্রে অহাঙবা আতিয়াদা মপাং অমদু থিবা। তৌফম খঙদবা মমাগা মপাগদু য়েংদুনা লৈ মচানা তৌরিবা মতৌদুদা অঙাংদু ঙাওবরা মপৃক্লীংদু লাংতক্করকই। মাগী পি পিদো পাইথোকখিবদু মানা উবা ফংলিবমখৈ য়েংলুরগা হন্না য়েংলকপদা মমাগা মপাগনা তৌফম খঙদনা লেপ্তুনা মাগী মতৌ য়েংদুনা লৈরম্বদু উরকই। ঙসাইমখৈ ৱা অমত্তা ঙাঙলমদবদগী চনুহনবীনা কৌরকই, ইমা ! অদুদগী ফুনগৎলক্লবা খৌনাওদুদগী মরোল অমত্তা থোক্লক্তে মখাদি। মমানা মচাবু চেৎনা কোল্লি। নাইতোম তারুবদগী মপাং অমা ফংবনরা চনুহনবী হীক হীক চিংদুনা কপ্লকই হন্দক্তি থেম্নবা য়াদবা কপই মমাবু কোল্লদুনা।

# মহাক্কী মপুগী খোঞ্জেল

চান্দনী কোক্কা মোনগা তাইনখ্রে, অনা লোয়রে, য়াম্ফক তাখ্রে। মাগী নিপা বাবুতোন্না মাবু হোৎনবদা মশম ফাওবা হাৎপা শংদ্রে। ডাক্তর কৌদুনা য়েংহল্লি, করিসু থোইদোকপদি তৌরোই মপূক্কীং শোকপা অমা লৈরমগনি ব্রাখল লায়নানি, খরা নুংঙাইনা লৈহল্লগা ফরক্কনি হায়নদি হায়। নিংথমথানি! মহৌশা লাইরেম্মগী পথাপ্নি কুম্বাল মথং মথং হোংলকইবসে। চীংখৈ ফীদুপ হুল্লকপা, ঈনুং-শোরা তৈবা শক্তমদুদি নত্তে। লৈচিন কুণ্ডনা থাবা মহৌশাগী শক্লোন অমনি। অসুক মেঙনা ফজবা ইনুং ঙাল্লকপা মতম উদবা মী ফনা য়াম্না য়াওরি। মখোয়দু য়াহৌ থেঙবা কাঙবুশিংনি। চান্দনীদি অয়ূক্কী মতমবু খোয়দাজবী নুপীনি। অদুবু, অনা লোয়রবী অমা ওইদুনা তৌরিবনি য়াহৌদ্রিবসে। বাবুতোন ঙস্তা য়াহৌরে। অঙাং নুবিশিংদি তূম্লি। চান্দনীনা বাবুতোন হৌগৎলে হেক খঙবদা হংলকই, "বুল্লু কদায়দা লৈ" ?

বাবুতোন্না খুমই, মপান্দা কুল্লিনে।

— ঙরাং চাক থাখিব্রা ?

— করিগী থাদদগেনে, ঙাকা তোৎতুনা থাইনে।

চান্দনী মখা থোইনা হংলকখিদ্রে।

বুল্লু হূই অমনি। চান্দনীনা থোনজবা মমিংনি।

মাবু কনানা লোইবনো কনানসু খঙদে, মপু লৈতবা হূইনি। হৌজিক্কি মতমদা মপু নাইবা হূই ফাওবা মীৎ ঙকপা য়ানদ্রবা মতমসিদদি মপুনা ঙাকপি শেনবিদ্রবা বুল্লু মী উদনবা চেনবদা লোৎতুনতা লৈজবনি। নোংমা চান্দনীগা বুতোনগগী য়ূমসিদা চেনশিল্লকখিবনি। অদুদগী চান্দনীনা নোংমগী অয়ুক নুংদাংব্রাইরম চাক থাদুনা নুংশিনা তৌবিবদগী ঙাইহাক কদায় কদায়দা চৎলুরবসু চান্দনীগী য়ূমদা হল্লক্তুনা চরু পৈফমদা চঙলগা কুন্দুনা লৈ, মতম ফনা কুইরবনি।

হূইদুগী হাক্তক্তা লৈকায় খুন্দিন্নখ্রবনি। লৈকায়না হায়রিবদি হূই অঙাওবা অমা লৈকায়সিদা চৎতুনা লৈরে, অঙাংনুবি শোক্লরক্কনি হায়বসিনি। য়ূম কয়াদা

চঙলক্কুনা অঙাং চীক্কে তৌরম্মে হায়নবসু য়াওরি। কনাগী ইমুংদা লোইজবা ঙানু খুনু য়েন ফাদুনা চেন্দুনা পুখ্রেসু হায়। কনা অমনা অমুক হায়নরকই, রেবিজ মহীক হায়বসি হূই অঙাওবদা নম্না লৈ। মপু লৈত্রবা হিদাক কাপথোক্তবা হূইদনা খীৎ নম্না লৈ হায়নসু হায়নৈ। অদুদগীদি লৈকায় ব্রাথোক ওইদুনা ব্রারেপ লৌরুবনি। ব্রারেপ অদুদি "হূই অদু করিগুম্বা উপাই অমা তৌদুনা হাৎপা"। লৈকায়গী মীহূৎ ফনা য়াম্না লোয়নরদুনা শঙলিংবগী শক্তম ওইরবা শকখঙদবা কয়া অমা য়াওনা চান্দনীগা বাবুতোনগগী য়ুমদা কুন্দুনা লৈরিবা বুল্লুদু পীয়ু হায়দুনা লাকখিবদগী চান্দনীনা হূইদু হাৎপা য়ারোই হায়না খুৎ থোক্লা থিংই। মানা ঙমদুনা মীয়ামদু চৎহনখ্রবা মতুংদদি চান্দনী অনা লোয়রকই। মা তশেংনা অনাবী অমা ওইখ্রে।

বাবুতোনগী ব্রাখল পরিংদু কায়রমই। মাগী নুপী অনাবীদো লেপখৎলক্লে। ইঙ্গাং নাপীদগীনা কোল লীক, কনাগী ঙারুবাকও করিও ইশু শুনা নমশিন্দুনা থমইবা উপু শারংদু হাংদুনা থাঙজৌ অমা লৌথোক্লবা হোৎনরকই।

বাবুতোন্না খামই, কৈনো, কৈদৌগে হায়বনো ?

চান্দনীনা খুল্লকই, "মরোয় মখোঙ শোমশিরা হায়দুনা তৌবনি"।

বাবুতোন্না মখুৎতু পায়দুনা খামই, ঙরাংনা ঐনা মখোঙ শোম্বতা ঙায়রিবনি, নঙ নশা শোল্লি পোখাউ।

মবান্নি পোৎতু চিংনবদুদা উপুদগী পোৎচৈ খরা নীংখায়রকই। মদু লৌখৎনবা য়েংলুবদা মদু অতৈ নত্তে অদুঙৈদা খোংনরম্বা গ্রামোফোন রেকোর্ড খরনি। মদুগী মমায়দা হীজ মাষ্টর্স ভোইস হায়না থাই। মপুগী খোঞ্জেল থোক্লকইবা শগোল হিদাক মপান মাল্লবা মাইক অদুদা ওনশিল্লদুনা মপুদু মনুংদা য়াওরমালে হায়না থোরকপা ঙাইদুনা কুন্দুনা লৈরিবা হূই অদুগী শক্তমদু চান্দনীগী মীৎফমদা তারুই। শংত্রিক য়েংলম্লগা মা ফমুংদা চঙদুনা অমুক হীপথখ্রে। বাবুতোনসু চান্দনীগী ফমুংদুদা তপ্না ফমথরদুনা মাগী মথ্বায় নুংঙাইনবা ব্রারী খরা লীশিল্লি। মহাভারতকি লান লোইরবা মতুংদা পাণ্ডব মচীন মনাও মঙানে, কুন্তীনে, দ্রৌপদিনে স্বর্গগী লম্বীদা লাকই। যুধিষ্টিরদি হূই অমা লোয়নদুনা চৎলি। স্বর্গগী থোঙ্গান্দা চঙগে

হায়বদা হূই পুবা য়ারোই হায়রবদা যুধিষ্টিবনা হূই যাওদনা চৎলোই হায়রপদুদদি মমৈদা হূই অদু ধর্ম্ম হায়বা ঈশ্বরবদু ওইরমই।

চান্দনী মদু তানীংবা ব্রা নত্তে। মরক থৎতুনা খুন্নকই মদু থায়নগী ব্বারীনি। ঐখোয়গী বুল্লুসি ময়াম্না হাৎকে তৌরিবসিদি লাই ওইরম্নবদি নহান্না উৎথোরক্লনি। চান্দনী মমীৎ উইথদুনা লৈ। রসিয়া লৈবাক্কী শুন্দরংদা অহানবা ওইনা রোকেটতা তোংদুনা কারুবা হূই “লাইকাদু” মানা পূক্লীংদা শাজিল্লি। বোকেট তোংদুনা লাইকাবু নুংঙাইহন্নবা চৎহনবা নত্তে। জীব পানবা হিংনা কাবা যাব্রা য়েংননবা চাংয়েংদু হূই “লাইকাদা” ওইহল্লুবনি। মা হিংনা লৈমাযদবুদি কুন্নকখি।

বাবুতোনসু নীংশিংলকই, চান্দনীবু লুহোংদুনা মানা খুঙ্গং অরাপ্পদগী মাগী ময়ূমদা পুরকখিবনি মানা লুনা তৌজৈ। মতমগী অওনবনা চৎনবীদা কন্না চৈথেং পীদুনা থায়নগী ওইবা শক্তম, লমচৎ শাজৎ, চৎনবী কয়া মাঙথ্রবা যুগসিদা চান্দনী তশেংনা মাগী শক্তম ঙাকচনা, চৎনবী কায়জদনা য়ূমগী মৌ অমা ওইবীনি। মাগী মপামদা হূই গৌরোদু কাযনবদা মা য়াম্না ব্রাখি। লুহোংবা থিল্লকপা নুমিৎতা বস মনাক ফাওবা থোরক্তুনা খোংদুনা লৈহৌই। থা ফাবকপগী মপাম চৎপা নুমিৎতসু হূইদুগা মাগা কাযনবা অদু ওম্থোক্লা অব্রাবা অমা ওইখি।

বাবুতোন্না য়াম্না মকোক শাবিবদি অতৈ নত্তে, সহবগী মিউনিসিপালিটিনা পৈদুনা লৈরিবা অমোৎ অকায, ফুনজিল্লক্লবা ঈরম নালানচিংবা কযাদদি মীৎযেং চঙলক্লগা ঙবাংতা ব্রারেপ খবা লৌখ্রে হায়বি। ব্রাবেপ খরা অদুদি রিক্সাশিং ফাদুনা লাইসেন্স চেক তৌবা অমা। অমনা রেবিজ লায়না হূইদগী শন্দোরকই হাযদুনা মপুনা লোইদ্রবা হূইশিং থি থিদুনা কাপ্তুনা হাৎপা। থৌদাংশিংদু পায়খৎনবা বিক্সা খূদিংমক ফাদুনা লাইসেন্স চেক তৌনবা কাঙবু খরগা, অযুক্কী মতমদা নোংমৈ পায়বা কাঙবু খবনা লম্বীদা চৎলম্বা হূই কাপ্পগী খোঙজংগনি। নহান থবক হৌবদগী হূই কুনমুক কাপ্তুনা হাৎখ্রে হায়রি। শায়োনফম খরদা হূইশা ফংবিগনি হায়না থেৎপসু উরে। বাবুতোন্না খ্বায়দগী নুংশা থীরিবনা হয়েংদি মিউনিসিপাল ব্রার্ড নম্বর ১১ দা অযুক্তা হূই কাপ্পগী খোঙজঙদু চঙশিল্লক্কনি হায়রি। মাগী নুপী চান্দনীনা নিত্তিগী চাক থারিবা মপু অমত্তনা লোইদ্রবা লমগী হূই ওল্লবা হূই অদুদি ব্রার্ড ১১ দা মীয়াম্না খঙনদুনা লৈরবনি। অদুনা অহানবা খুৎমাবদা থুগদৌরিবদুদি মাগী

বুল্লুদুনি। বাবুতোন্না পাস্নে অমত্তা খনফম খঙদে। হূই অদু কাপ্লবদা মাগী নুপীনা শোক্কদৌরিবা মপূক্লীংদু কনবা ঙমগদবা মান্দে। হূইদুদি কনাদা করিসুবু তৌদে। চরু মকুম মরক্তা কুন্দুনা মরন্নাই অদুম লৈজবনি। লৈকায়নগা হাৎনীংবগা, মিউনিসিপালিটিনা থবক ফরকপগা, হন্দক্কি মতাংসি য়াম্না লুগদৌরি। হূই পূন্বা, ভেটরিনরি ওফিসতা রেজিষ্টার তৌগদবনি, রেবিজ কাপথোক্কদবনি। কনাগুম্বা হূইবু অমত্তনা চে চাং পুথোকপা ঙমদবদা হূই অদু নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎকদৌরিবনি। বাবুতোন খনবদা উপাই অমত্তা লৈরক্ত্রদুনা লাইদা ইঙ্গোকখ্রবনি। নোংসু পুমঙান ঙাল্লে! ঙসিনি নুমিৎ অদো!

অদুবু কনাসু লাকপগী মখোন তাদে। নোংমৈগী মখোলসু তাদে। অদুগা হূই বুল্লদি চরু মকুম মরক্তা নীংঙাইদনা তূমদুনা লৈ। ঙরাং নহান্দগী কোক্কা মোনগা তাইনদুনা লৈরবী চান্দনীদি ঙসিগী থোক্লগদৌরিবা মতৌসি ইখঙ খঙদনা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈ। মা মমিৎ উইশিন্দুনা লৈ। অদুবু মা তূম্বা নত্তে। মা মঙ অমা মঙই মপুক চাওবা, মী মানবা মীদি নত্তবা কাঙবুশিংগী শদুম লৌনবগী ব্রাখন্দা হাৎননবা মরম থিদুনা হূই অঙাওবনি হায়জিনবগী মহূৎতা রসিয়াদা পোক্লম্লবদি বুল্লসি মীওইবগী মহূৎ শিন্দুনা রোকেট তোংদুনা থা কারম্বা য়াবনি। মালেমসিনা শান্তী পাম্লবা যুগসিদা মীওই খুজোক খরনা হিংসা করিগী অসুক পাম্বনো! নৎত্রগা শা ঙা পূম্নমক অসিনা মীওইবগা করিগী অসুক নক্লনা হিংলম্লিবনো? কবি, মহাপুরুষ, সাধু বৈষ্ণব কয়ানা করিগী শা ঙাবু অসুক লুনা তৌরম্বনো? প্রভু যিশুনা য়াও মচা করিগী পোরদুনা পুবনো? ভক্তকবী জয়দেবনা ঙা, থেঙ্গু অমদি ওকপু শ্রীহরীগী অবতারনি করিগী হায়রম্বনো? যুধিষ্ঠিরনা স্বর্গ কাবদা করিগী হূই লোয়ননীংইবনো? সম্রাটআকবরনা সিংহাসন ফম্বদা করিগী মখুৎতা উমাইবী অমা তোংহনবনো? লৈবাকপূম্বনা করিগী লাওবনো "শা ঙাবু নুংশিনা লুনা চান্না তৌবিনু"। ভগবান বুদ্ধদেবনা করিগী হায়রমইবনো "যজ্ঞ তৌবদা শা হাৎকনু মখোয়বুসু হিংহল্লু"।

খবর য়োনবা লাক্লরে। বাবুতোনখোয়গীসু খবর শরুক থুংলম্লে। খবরগী লামায় মকোক্তা ইদুনা য়াওবা থেংনরে। মদু পারুরগা বাবুতোন ফমুংদা মম্লিৎ

উইশিন্দুনা চিন্তা তৌদুনা হিপ্লিবী চান্দনীগী মশম ইফা ফাবদু শেমজিনবিদুনা মনাক্তা ফমথরকই, অদুগা তপ্পা হায়রকই, — নমীৎ পাঙথোকউসে, ঐ ব্রা অমা তমগেসে।

য়েংও খবরদা য়াওরে মিউনিসিপালিটি কায়রে, সরকারনা পায়শিনখ্রে। শেল লান্না শিজিন্নরম্বদগী কাউন্সিল্লর কয়া পুলিসনা করপসনগীদমক্তা ফাখ্রে। মিউনিসিপালিটিগী কাওবু হূই কাপ্পা লাক্লরোই। নঙসু খরা ওন্নবদি হৌগৎলোনে, কৈনো অমতং চাসিসে।

চান্দনী ইনা হেক নাদবদৌনা ফুক হৌগৎখি। ঙারুবাক্তগী ঙা অকংবা খরা, ওরাং লেম্লম্বা চজীক্তুগা তোৎলে, অদুগা লা মচেৎ অমদা হাপ্লদুনা তুবোয় ঙারোয মনীংথোঙদা থোকখি চান্দনীনা নুংশিনা কৌরকই, বুল্লু, লা-লা-লা-লা।

# চিঞ্জাক্লা লান্দারকপৈ লানপাও

নোংসু ঙান্দ্রি, অদুবু টেলিফোন্দি খীঙলকই মতম চাখিদ্রবা মতমসিদা। কনাবু ওইরিগবা সুকুমার খনফম খঙদে। করিগুম্বা কান্দা তুম্বা হেক কায়বমখৈ শাওনীং শাওনীংনা পায়খৎলুরগা কনাসু খুন্নক্তবা য়াম্না য়াওগ্রে মাগী কম্পুটর হায়বদুদা বেরা তৌবনিসু হায়। মদু ওইরমগদবসু য়াম্না মাল্লি মরমদি মতমসি কনাগুম্বনা টেলিফোন তৌরক্কদবা মতম নত্তে। মীনা তুম্না হিপ্নবা মতমনি। সোমদদি ওম্বোক্লা কন্না কন্না চাংনাইনা খীঙলকই। ইমুংসিদা লৈরিবা অহলসু নহাসু অমনা অমদা কন্না ইনশিন্নে লাওনরকই ফমুং ফমুংদগী! হে কনানো অমত্তা হৌগৎতুনা টেলিফোন্দু থাঙ্গৎলুচোনে হৈ সুকুমার নঙবু তাদ্রানহে।

তাবগীবু হায়রুরবদি সুকুমারনা ইহান হান্না তারবনি তাশিন্নদদুনা লৈরকপনি অদুবু, মপানা কৌরকপদুদদি অমুক অনীরক খুন্নুদ্রবসু অহুন্নকশুবদুদদি খুমদবা য়ারক্তে। তঙাইফদনা হৌগৎতুনা টেলিফোন্দু থাঙ্গৎলমই।

হলো! "হায়বীয়ু করি ওইরম্লো" ?

নুপীগী লোথরবা শিথরবা খোম্বোক অমদা কৌরকই, "হৈ ইবুঙো নঙ ঐখোয়দা থুনা অমুক্তা লাওহৈ, ইমুংসি তোরা তুরবজাৎনি নঙ লাক্লগা খঙগনি মহা দষা অমা তারেহৈ ঐখোয" !

টেলিফোন থমখ্রে। সুকুমার মীৎ ফাক্লি ফাক্লি হৌগৎলকপদু মমীৎ মনাকা ইশিং শিংই মরোন্দু তারুবদা। অদুবু, কনানোনে নুপীদুবো অঙাওবীসু মাল্লি য়ু থকপীসু মাল্লি করিনো কনানোসু খঙদে হংহৌবসু নঙহৌদে ইমুং দষা তারে থুনা অমুক্তা লাও হায়রিসিবু মী ওন্নরম্বসু য়াই রোং নম্বরসু মাল্লি।

তুম্নিংবনা ফুক হৌগৎপদি ঙমদ্রবা মপাদুনা হংলকই, "কনানোনে হৌজিকপু ফোন তৌরকইসে" ?

সুকুমারনা শুগৎলদুনা খুন্নকই, "খঙদেদা নুপীনি, ইবুঙো থুনা অমুক্তা লাও হায়য়ে কনানো হায়বসু হায়রক্তে খঙসু খঙদে ক্রোক লাওনা অদুম থমখ্রে মহ্ম

সোনোগী নুপীনি, রোং নম্বরসু মাল্লি মানা লাও হায়বিবা ঐসিবু চুম্নরবরা অমত্তা ভাব তাপোৎনস্তে"।

হংলম্বা মপাদু থোইদোকপা মখা হংলকপা তৌরক্রে। সুকুমারসু ফমুংদা চঙদুনা অমুক হীপথরে। মা ব্রারী খরা নীংশিংলকই মাগী মরুপ খরনা লীরকপনি। অহিং অথেঙবদা টেলিফোন খীঙলক্তুনা পায়রুবদা অমুক্তা থোরকউ হায়না য়াম্না খঙনবা শারগা কৌথোক্লগা থোকখিবদগী শিনা ফংখিবা ব্রারী লৈখ্রে। অতোপ্পা অমদনা শিদুনা শোরাৎ শোনখ্রবা মী অমনা অহিং অথেঙবদা মানি হায়দুনা ফোন হেক হেক তৌরকপগী ব্রারী অমা ইমুংদু লাই তীন খুরুমদুনা লাইরিক তাদুনা অব্রা অনাদু কোক্লবা ব্রানা হোৎনখি হায়। ইমুংদু অহিং অথেঙবদা খীঙলকপা টেলিফোন সুকপায় পায়নখিদবা কুইরবনি। ব্রারী অদু থাজদে হায়না নোক্লরুবা সুকুমারদা ঙসি থোক্লিবা থৌদোকসি লায়না লৌবা য়াদবা অমা ওইনা ইকাও কাওথোকপা ঙমদনা খন্দুনা অদুম লৈরে। খনববু হৌরকই ঙসিগী টেলিফোন সিবু শকখঙদবা খোঞ্জেল অমনা কৌথোকই কা হাযবদুরা। সুকুমার থোইনদি কিরুদে অহোয়নদুম থোক্তুনা য়েংনীংই অদুক ফজনা অমুক্তা থুনা লাও অব্রা অনা তারে হায়রকইবনি কনাগী লাইনা অদুক মযেক শেংনা টেলিফোন্দা ব্রাবী শারক্কবনো।

ঙাইহাক উরোন উরোন তৌরুবে। টেলিফোন অমুক খীঙলক্লে! হন্দক্তি মপাদু হৌগৎলক্লে। মমাদুনা নুংশা থীনা হৌদোবকই, নোং ঙালগদবসু পংব্রাৎ ব্রাৎত্রে ঙাল্লগা ব্রাখল খবা থোক্কনি ফোনদুদা খীৎ পায়রুনুনে।- মপানা চঙদুনা টেলিফোন্দু হাংদোক্তুনা থমখ্রে। টেলিফোনন্দু হন্দক্তি খীঙলকখিদ্রে।

ইকুই কুইদনা নোংঙাল্লে। থোঙ্গাল মন্নংদা খবর য়োনবনা খবর লংশিল্লল্লে। মম্বনা মরম ওইদুনা ময়েক্কু পাবা থোক্তে হায়দুনা সুকুমারনা মদু থুপচিল্লগা ফুরিৎখাওদা হাপচিল্লগা ঙাইহাক ব্রাকিং চৎনবা সোরোক লমজাওরোমদা থারকই। ব্রাকিং চৎনবা মশেন অমগা অমগা থেংনবদা খুৎথাঙ্গৎনদুনা গুড মৌনিং তৌনদুনা লৈবাক্কী ব্রারী কয়া পুথোক্লদুনা মতমগী ব্রারী হায়নরকই খবর লমায়গী পাও হান্না থেংনবা কাঙবুনা হান্না লীননবা হোৎনরকই অশি অনাগী পাও, লৈবাক্কী রাজনীতিগী পাও, শেংদোকচবা, খঙহঞ্জবা, শোরাৎ ফিরোয় অরৈ অয়োন,

শান্ন-খোংনবা মখল মথেল কয়ানি। নীতিগী অয়ুক্তা সুকুমারনা মতুং ইনবা মঙোন্দগীদি চহী হনবা ইবোতোম্বীগা বীরসু লমজাওদা থেংনরে। সুকুমারগী ফুরিৎখাওদা হাপ্লিবা খবরদু য়েংগে হায়দুনা ইবোতোম্বীনা পাথবকই। সুকুমারদি ঙসাইমখৈ খবর পায়জে হায়বগী ৱাতনি পারুদ্রি। ইবোতোম্বীনা অহাম্বা মক্তদা পাথরকই! ঙরাং য়াচঙবা মতম অদুৱাইদা হৱাইচার চাবদা ফুড পোইজনিঙ তৌবদগী লালাম্বুং মখোঙদগী ইমুং অমা হুপ্না ডাক্তরদা পুখৎতুনা লায়কন্নখ্রে ফিভম শোকপা কয়া অমসু য়াওরে হায়রি।

সুকুমার কয়া কন্না খঞ্জিল্লুদে অদুবু বীরনা হায়রকই, মসি অতৈনা নত্তেনে লৌমীশিংদা মরু ওইননবা লেম্না য়েন্ননবা তিন হিদাক চাইরবা নুঙ হৱাইশিংদু জ্ঞান লৈবা অঙম্বশিংদুনা অহোঙবা মমলদা কৈথেলদা থাদোরকপনি মদুনা লোনবা হৱাইচারদুদি করি ওইবা হৌনরগেদো মীশী মীনা য়াওনরক্কদোইনি। ৱাকিং চৎপা ময়াম খবর লামায় মমাঙদা ইরিবদুনা পূক্লীং থিংজিন্নরুরমালে মদুদা পংহায়দা হায়নখ্রে। ফনা শাংনা চৎনরে কংলা মমাঙ য়ৌনরকপদদি শাংনা চৎনরুবা কয়া অমা পোত্থান্দুনা লৈনরম্বগী মনুংদা লালাম্বুং মখোঙগী থোইবসু য়াওরি। মানা সুকুমাব উবদা হায়রকই, “হৈ নখোয় ইচেখোয়গী ঙরাং ডাক্তরদা পুখৎনবদু কমদৌনখ্রে ঙসি খবরদা য়াওরিবসি উদ্রা”?

সুকুমার ভাব অমা ইতা তাদে। মতৌদুদা থোইবনা অমুক হায়রকই হৱাইচার চাবদগী ডাক্তর য়ৌনরিবসি ঐখোয় লৈকায়দা লৈবা নখোয় ইচেখোয়গীনিনে অমুক্তোইবা নখোয় ইবাই পুকচাওবদুগা মপা পোংলীকপদুগদী ফিভম শোক্লবনি লোইনা কেজুয়েলটি য়ৌনববনিনে নঙনা করম হায়না খঙদ্রিবা?

সুকুমার ভাব খংতা তাবকই নোংঙাল্লমদাইদা নুপী অমনা টেলিফোন তৌরক্তুনা ইমুং তোরা তুরে হায়বদুদি মখোয়গী মচে ওইরমতারে সুকুমার ওন্থোক্লা নুংঙাইতবা অমা ফাওরকই। খোঙনা চৎপদি য়াররোই ওটোরিক্সো অমা ফাদুনা ডাক্তর তম্না কন্না থৌহল্লমই।

কেজুয়েলটিগী কা অমদা ড্রিপ য়াল্লদুনা হৱাইচার চারুবগী দষা তারবা ইমুংদু মহৈ মহৈ নাহেদুনা লাওদুনা শৃক্তোক্তুনা, চোংবা ফানদুনা পুল্লাঙ লাঙই। ডাক্তর নর্সশিংসু মথৌ কন্না চিল্লি। সুকুমারগী মচেদু ফমুংদা য়াম্ফক্ক তাদুনা লৈ। মা য়াম্না

ব্রারৌবা মাল্লি। সুকুমার য়াম্না নুংঙাইরক্লে। ফমুংদা য়ীম্ফক তাদুনা লৈরিবী মচেদু উরুবদা অঙাং ওইরিঙৈগী মখোয় অনী শান্নমিন্নবদু নীংশিংলকই। অশীৎ অব্রান থাগী মতমদা থেঙ্গু লম্পাক্তা থোক্তুনা তেলঙ্গা পাইবী শান্নবদা মচেনা তেলঙ্গা থাগৎলি মচীন্দা লাওরদুনা নুংশীৎপুদি পাঙথোক্লানা ঙম্মে ঙম্মে হায়রদুনা নুংশিৎ খংহুম হুল্লকই অদুদগী তেলঙ্গাদু থাগৎলকই। মখোয় অনী শান্নরিঙৈদা মমানা কৌরকই মখোয় নি হনমিন্নরকই। ঙসি ফমুংদা মশমকা ইফা ফারদুনা য়াম্ফক তাদুনা লৈ। সুকুমার য়াম্না নুংঙাইরক্লে। মাসু মোবাইলদা তৌরকপাজাৎনি ঙসাইগী টেলিফোন্দো নারবনিনা মরোনসু শেংলক্তে অদুনা সুকুমারসু ভাব তাহৌদবনি। অতৈ অনাবা ময়ামদুদি কয়াবু খল্লুদে ঐগী ঐগীনা চাওই হায়বগুম সুকুমারনা অইংবা মখুৎনা মচেগী মমায়দা পায়রুই মমীৎ পাঙথোরকই। মা ব্রাবৌবা লোইদ্রি কৌখিবা অদুক কুইরগা থেঙনা লাকই হায়দুনা টেলিফোন হন্না হন্না তৌববু পায়রক্তে হায়দুনা।

সুকুমারনা হায়রুই, "হব্রাইচার য়োনবীদু হান্না ফাগদবনিনে মানা মীঙোন্দা হূ পীজবা য়াব্রাও"?

মচেনা খুল্লকই শোর চনীং চমাঙ শম্নদনা, তুমিল্লৈয়ু ঐখোয় ইতৈহলগী নুপী ইচেনা লোনবনি অতৈনা নত্তে।

সুকুমারনা নোক্লিংলকই, অদুদি অদুম খাঙঙো শিগদবসু নত্তে নশানা নমং থিজরে নখোয় লোইনমক। থংনবা ফমুংদা হীপ্লিবা মচেগী মকুবোক্তুনা কৌরকই। সুকুমাবনা মতৌদু উবদা লক্লনীংবা ফাওরকই। মরমদি মা অয়াম্বা মতমদা মশা ফবা নাদ য়েক্তবা অকনবা য়াম্না শাবনি নহাশিংবু নোক্লদুনা শীংনদুনতা লৈবনি মানা মফরে খঞ্জবনি। সুকুমারনদি মবুক চাওবা উতীচাবা অপঙবনি হাযদুনা কয়া ব্রা ওইনা লৌবিদবনি। সুকুমারদা মাগী মাম্মাদুনা নাহে নাহেনা হাযরকই, "ইবুঙো লেংবনা শিগদৌরে মহা দষানি তৌবিসে ইমুং পুম্বা অমত্তা চীংথদনা পুখৎলবনি ব্রা অমত্তা হায়নবা জীব মত্তা লৈতে, নঙ লাকপা য়াম্না ফরে। শেলসু কোকথোং অমা চঙলবনি। মাম্মাদি জ্ঞান মাঙলে"।

সুকুমারনা খুল্লকই করেম্নরদুনা, "হেরা মাম্মা হৌজিক কানসিদি মাম্মা গুম্বা ষ্ট্রোংমেন অমা ডাক্তরদাকা পুখৎলে হায়রবদি নোংমৈনা পানবগীনি কা হায়রগা

পকচগদবনি, অদুদা কদায়দগী হৱাইচার চাবগী পুখৎপনি কা হায়বসিদি মাম্মাগী পুঙ্গিদা য়াম্না রেকোর্ড থীবা ৱানিদা”।

ডাক্তরগী কাদু অতৈ কনাসু য়াওদ্রে লোইনা ইমুং মনুং মরি মতা মক্তা ঙায়রে মখোয় লোইনা ফনা চান্না চিন্নবা লৈমিন্নরি হেদো নাহে চনমিন্নদুনা নহান মখৈদি অমুক্তা পুন্না নুংশি চান্নবা উনবা চামিন থকমিন্নবা ফংনদ্রবামক্তনি ঙসিদি অমতা চীৎথদনা পুল্লে, কেজুয়েলটিগী যম লৈবাক অদুদা চিঙ্গাক্কি লান্দা অশোক অপন নংলদুনা।

# অচীকপা থিব্বা

অঙনবা অয়ুকসিদা মখুৎতা পোৎয়োম অমা পুরদুনা চৎলি ধনচন্দ্র চেংজেংলাকপগী লাইবুঙ তম্না অচীকপা থিবগী খোঙচৎতা। অচীক অশা খায়দবা অকোয়বগী নিন খোংবা ময়ামসিনা মাবু বিভুলা চুহল্লি ঙাইরকই নোংমগী নুমিৎ অমা মদুদা চরাংনবা ময়ামসি অমুক্তং কোক্তুনা ঈংনা চীক্না নোংমত্তং ওইরবসু লেনবা ফংবা। মাগীসি লায়না অমা ওইরবনি, লাঙবা তানীংদবা। মী কয়া অমনা হরাও তয়াম্বা নুংঙাইবনি হায়দুনা ঙাইনরিবা হরাও কুম্মে ফিয়োঙঅমত্তা মঙোন্দা চঙদে কোক মনুংদা চঙদুনা চক চক থিল্লি হকচাং মনুংদা থুক থুক লাওই মশাগা কুইনা লোয়নরক্কবা লমহুন নুংশিৎ মানা থেম থেমদুনা থমজরকইবদু কাইহৌবিরুই মদুনা কাঙলকপনা লৱাইলেম্ফুদা খামেন অশিনবা থোম থোমদুনা লেল্লকপসিনা চহী মশীং ফনা য়াম্নদি হৌখ্রপোৎনি। চহীনা কুইশিল্লকপসিনা খামেন অশিনবনদি য়ারক্তে। অদুদি করি তৌবা তাই। নাকোঙসিনা মখোলশিংসি তাগনু হায়বসু য়াবা নত্তে। ধনচন্দ্রনা খম্থরকই, মনা পঙবা কাঙবুশিংসি ওম্থোক্না শান্তী ফংলমগনি। মখোয়দি অৱা মৈশা অমত্তা তাদ্রে।

কালেনগী থা শাখ্রবসিদা লাই হরাওনরকই। হৌজিকসু থারকই মাইক্তা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা য়াকায়রোল পেনাগী শৈশক্তো শুরদি ইচা চাজদনা। অহিং চুপ্পা লাইহরাওই অদুবু করিগীনো, মানা ৱারৌরকই, লাইহরাওবগী লাইবৌ চোংবা খংচিংবা পূম্নমকসি মাইক পান্দ্রবদি য়াদবজাৎলা।

ঙরাং অহিংনি!

ময়াম্না তুম্নখ্রবদা মাদি মীশেন খাঙই। খাঙনীংদুনা খাঙবা নত্তে য়াদদুনা তৌবনি। লাইবকসিগা নাহুমসিগা শাগৎলকই নাতোন্দগী হোন্দোরকপা শোরসু মৈমুক শাই। কদায়দনো অমা ইঞ্জিন অমা ঙংই। ইলেক্ট্রিক লাক্ত্রবনিনা য়ূম অমা ইঞ্জিন অমা ঙংলিবা পুম্বা ধনচন্দ্রগীদি মাগী থোপ মনুংদা চঙদুনা ঙংলি। জিঙ্খ্রদসু কনানো অমা কাদুনা চৎপদৌনা তৌই তম্নলাই ওইরমদুনা চঙলক্লগা খৌরী মেৎতুনা হাৎপিররবদি ৱাইবু শংলনি খল্লি অদুবু, কদায়দগী তম্নলাই, তম্নলাইকা

অমত্তা লাক্তে সোরাইসমগী হৌদোং মমায়কা ফৌরামুক পাকপা অমা লৈবদুনি। ময়ূমদদি নীংথি নুংঙাইনা চাক থাবিদ্রবনিনা উচি থিবা লাকইবা মওইরিনি। কুইনা তাখ্রিদ্রবা অদুঙৈ চৎনরম্বা ফৌশু লঙনবা মখোল অমা তারকপগুম তৌই, ভাবনরা করিনো। ধনচন্দ্র ঙাইহাক ৱাখলগী ঈপাক্তা তাওরকই। য়ুম্লোন মবি মঙা কাল্লগা লৈবা নান্দৈবমগী লম্ফোনী খোয়গীদা হেক হেক চৎলম্বনি। মেরাগী মেঙনা থোকপা থাশিরমদাই থানা শূমাঙ মতোন্দা থোকপা নোংঙাল্লমদাইদা মখোয়গী ফৌশুখোঙদা ফৌশুবা হেক হেক তারকই। ধনচন্দ্রগী তুম্বা কায়হনখি ফুক হৌগৎতুনা থোবকই য়ূমদগী অয়ুক হৱাচাবা চৎপা ওইনা অদুগা চঙলকখি লম্ফোনীখোয়দা কয়ারক হন্না। মাদি মমাগা ফৌশু লঙনবমই। মমাদুনা মচীন্দা ফৌশু ঈশৈ ঙংই, হাদ ইমা ইমাও, ঐসু লাক্তে ইমাও, নোংচুই লাক্তনু, ছাটিন তুপ্তুনা মরাক্তে, লম্বেল নাল্লি লাক্তনু, চৈশু শুদুনা মরাক্তে। ধনচন্দ্রনা ইকায় ইকায় চঙশিল্লক্লগা য়াওশিল্লুই, "ইন্দোন লম্ফোনীগা ঐগা অমুক্তা ফৌশু লঙনগেসে"।

ফনা কন্না ফৌশু লঙনখি। তপ্না তপ্না চহী কয়া হৌখি। অদুক নক্লা তিন্নরম্বদু চহীনা যার্মশিন্নবকপনা চঙথোক চঙশিন তৌবা লৎপা হৌরকই। ঙসিদি ফৌশু লঙনবগী মখোলসি মাগা মরুপ ওইদ্রবা মখোলনি, তৌবতবু মদুনা লম্ফোনীবু নীংশিংহনবগী ৱাতনি।

অতৈ মখোল অমসু তারকই নোংমৈ কাপ্পগী মখোল ইথুক থুক্কৎলি। হয়েং অয়ুক্কী খববদা মরাইনা য়াওজরক্কনি কনাগা কনাগা কাপ্পবনো মরাল লৈজদবা মীচম্না কয়া শিহল্লবনো। হূইসু খোংই অনকপা অরাপ্পা মফমদা পুং-ঝাল মখোলসু তারকই কনাগুম্বা লৈতবা যাওমালে। অথেংবা অহিংসিদা কযাদা তানীংদবা মখোল মযাম্লো। মীৎকি কক্লা অমত্তা উইশিল্লু য়াদে মমীৎ কাবা খন্দুনা লৈরিবা ধনচন্দ্র তুমথবা সুকযা য়াদে। কাচিন্দা উতিন্না খোংবদুসু মাবু ওৎপা নত্তনা করিসু নত্তে। শাইজিনলোমদা উচিনা কৃক কৃক চীকপা মখোলসু ইতোক তোক্তে। মখোয় লোইনা চপ মান্ননা ধনচন্দ্রগী মকোক মনুংদা চঙদুনা চক্রি তকপগুম তকথরকই। মঙোন্দা খীৎ ওৎলিবসিদি অতৈ নত্তে থায়নগী ঘড়ি অহলশিংনা বিলাইটি ঘড়ি হায়বা ঘড়ি অমা মপানা শিজিন্নরম্বনি ঙসিসু ফক্লাংদগী পুংখায় খূদিংগী দেং দেং লাওরদুনা খীঙথবকই ধনচন্দ্রগী থজিন্দা য়োৎতুম্না য়ৈথরকপদু ঙায় লাঙতক্লবা

হেলহল্লি খীঙলকপা খূদিংগী। মানা তাক্লি, পুশীং কয়া শুরে নঙনা তূম্বা য়াদ্রিবসে। মাগী খ্বায়দগী চাওবা য়েক্লবা ওইরে। কদায়দগী ঙরাং নহান লৈনরুবা ঘড়ি কয়া বেরা তৌরে হায়দুনা হায়নরকই অদুগা কদায়দগী ব্বার মমাঙগী ঘড়ি অমনা বেবা ইতৌ তৌবিদনা লেপ্পা লৈতনা চৎলি। ধনচন্দ্রনা খল্লকই, কয়াবু কুইনা চৎকবনো লেপ্তবা য়ারোই নোংমা। লমজেন য়াঙবা কনানা কয়া কন্নবু চেন্দুনা পৃথিবীগী ব্রাংমদা চেম্ভোকখিবা ঙমগদ্রা ?

ধনচন্দ্র চৎনা চৎনা তারকই নিতিগী তারদুনা পেল্লবা মখোন্দো, সিফায়গী কোল্লুপ্তগী বেঙ্গুন খোংলকই লোয়ননা মাইক্তা থাদোরকই পেনা, য়াকৈরোল অমদি ভজন ওঁ জয়জগদিশ হরে, স্বামি জয়জগদিশ হবে, ভক্ত জনোংকি সঙ্কৎ পলমে দুর করে, ওঁ জয়জগদিশ হরে। হে হরি ভক্তশিংগী অব্বাবা পম্থদনা কোকপিহৈবা নঙবু পুনেমজরি হে হরি। অদুবু, কনাবু অব্বাবা কোকপ্রবগে।

অচীকপা কদাযদা লৈ, ধনচন্দ্র অচীকপা পামই। খাঙলকপা কুইরবা ধনচন্দ্র ঙসিদি লাকপনি চেং জেং লাকপগী লাইবুংদা অহল ওইরবা লাইপু মানা মথন্তা সেবা চৎচবা সহরগী নিনখোংবদগী তাম্না লৈবা পংলাপসু লাপ্তবা লৈমরোক্কী চীংয়াদা চৎনা চৎনা য়ৌশিল্লক্লে, নোংসু ঙাল্লক্লে। খরা লাপইঙৈদগী উবা ফংই, লাইবুঙদু উমং মচা অমা মাল্লদুনা লৌবুক ময়াদুদা মংদুনা লৈবি। খরগা নকশিল্লগদি উরকই মী খরা লাইবুংদুদা লৈরি। ঈশৈ খোংবগী মখোল অমসু তাবকই ধনচন্দ্রগীদি অশাওবীনি অদুবু চঙশিল্লকই লাইবুঙদু তম্না।

শঙমচা অমা লৈরিবদুদা হীপ্না চানবা ফিরোল খরা ইচাই চাইনা তাদুনা লৈরি। মানা চঙশিল্লকপদা ময়াম য়েংলকই কৌদি কৌবক্তে। মানা হান্না কৌরুই চহী খবা অঙাং ওইবা অমদা, "ইবুঙো ময়াম লৈরমইবসি ঙবাং করম্বা থৌরম পাঙথোকখিবগে" ?

অঙাংদুনা খুন্নকই, "ইয়াম্বা ঐখোয় য়ূমদা পোত্থাফম খঙদদুনা লাঙবা তানীংদুনা সিদা অচীকপা থিবা লাকপনি"।

ধনচন্দ্রনা হংলমই, "অচীকপদি ফংবিরব্রা" ?

অঙাংদুনা খুন্নকই, "কদাইদগীনোদা, অচীকপা থিবা লাকপা মযাম্না লাঙবদা ঙরাং অহিং ঙাইহাক্তং ফাওবা তূম্বা য়াদে, ঙসি অয়ুক মী ফনা য়াম্না হন্নখ্রে ঙসি অমুক কয়াম লাকখিদগে খঙদ্রে।

অঙাংদুনা অমুক হংলকই, “ইয়াম্বসু অচীকপা থিবা লাকপিবরা” ?

ধনচন্দ্র অদুম হায়না নোক্রেম হাগ্রেম্নবা তৌগে হায়না লাকপা নত্তে অদুনা খুম্মিংদবা ফাওই অদুনা খুম্বগী মহূত্তা হংজিল্লমই, “ইবুঙো বাজাররোমদা হাইগৎপা গাড়ীদি কদায়দা ফংই” ?

অঙাংদুনা খুন্নকই, ‘এ অদুগী ওইরদি য়াম লাকখিনি জিপ সার্ভিস লৈ, ভারা লুপা মরীতনি”।

ধনচন্দ্র ঙরাং অহিং তূমখিদবগা খোঙনা শাংনা চৎলকপগা ব্রারদুনা জিপ লাক্লিফাওবা ঙাইনবা লাইবুংদুগী মচি অমদা ফমথরমই। মা হল্লগে হায়না লেপ্লে। মানা থিরক্লিবা মফমদু মদু নৎত্রে।

অহল খরা ওইরপ তৌবা অমসু ময়ামদুগী মরক্তা য়াওরি। মানা ধনচন্দ্রদা মখোল হৌনা হায়ররকই, “ইবুঙো ইয়াম্বদি অচীকপা থিবা লাকপা নত্তে। অচীকপা কোক্লবা ইথৌ চেংজেংলাকপদা নিজগে লাকপনি”।

ধনচন্দ্র চমম্নবা অমা ফাওই। মাদি অচীকপা থিবা লাকপনি অদুগা অদুগুম্বা মফমদা অচীকপা কোক্লবা লাকপা অহল অমসু য়াওরম্লে।

অহন্দুনা হায়রকই, “ইয়াম্বদি আর্থ্রাইটিশনা নাদুনা তাং তাং চীকপদা ঙাইহাক্তং পোত্থাদ্রবনি অদুনা অচীকপা থিবা তারবদি ইয়াম্বমুক চীকপদি লৈরম্মরোই অদুনা ইয়াম্বদি অচীকপা কোকপা পামই, ইবুঙো অচীকপা পাম্মুনুকো।

# দেবী ইমাগী সিন্দুর

হান্না লাইনুং চঙনরুরবা কাঙবুনা লাইবক্তা সিন্দুর নম্লদুনা খুৎতা নির্মল্য পায়বদুনা মপৈ মপৈ থোক্লরক্লিবা অমরোমদা লাইশঙ মনুং য়ৌননবা চঙ্গদবগী কৃক কৃক ইন্নদুনা নুপী ময়াম অমসু চীক্লা চায়না ঙম্নদবমখৈ ঙাইনরি মাঙদা থৎলিবা পৌ অদুদা ঙারদুনা। সিফায়, পুলিস, স্কাউট নুপী নিপা ময়াম অমনা ঙাক্লি লাওর খোংলদুনা চঙবা য়াইগা যাদেগা হায়রদুনা। ময়াম অদুগী মরক্তা তোম্বীসনাসু অমনি। নুপীনা নম্লা খুরুম্নবা দেবী ইমাগী শঙলেন অদু তম্লা চঙনরিবদুগী মরক্তা নিপা খবা য়াওরিবদুদি কনানসু হন্না যেংবিবা নত্তে। অমরোমদা নুপী ময়াম অমনা চৈশিল্লকই, করম্বা নিপাশিংনো নুপী মবক্তা ফৌমান য়াল্লরিবসে হায়বদুনা। খবনা অমুক হায়নরকই, নুপীগী ঈ নুংশিৎকা মরী লৈনবা নুপীনা খুকম্নবা দেবীবু কবিগী নিপানা খুকম্লিংইবনো অদুবু, অমা খঙদে অমা খঙদে নিপাসু ফনা যাম্না য়াওবি লাইনুং চঙননবা লেংইবা পবেং অদুদা দেবী ইমাগী লাইবুংসিদা। কনা অমনা লাঙতক্লনা শোন্নবকই, বরগী পুংফমসে নোংয়ায় মতুং পুং ২ গা মিনিট ১৮ চৎপা মতমদা থোক্লি হায়রিয়ে। ঘড়িদা য়েংই, তোম্বীসনানা উরে, নোংয়ায় মতুং পুং ১ দি তারে, মতম যৌরক্কদবা পংকুই কুইদ্রে মাদি ঙসাই বারো তাবা মতমদগী লেপ্পলকইবনি অহিং মীশেন খাঙলদুনা। ববগী মতম চপ চানা পৌ নল্লিবদু হাংগনি হায়বি। ময়ামসু লাংতক্লনা ঙাইনরি।

তোম্বীসনার্দদি লাংতক্লবদা হেল্লকই। মানা লাক্লিবসে দেবী ইমাগী ববগী মতম চাবদা চবন্দগী লৌবা সিন্দুব অদু খজিঙুং ফংগদ্রা হায়বগী আশানি। মদু পুবক্তুনা মাগী মচেনা পোকপী মমৌনুপী অনাবী অমগী মরাইবক্তা অয়ুক্লী নুমিৎ থোক্লিঙৈগী মমাঙদা নম্বীবা ঙম্লবদি শিবা চঙবা মফম খঙদনা কন্না নাদুনা লৈবিবী মাগী মমৌ নুপীদুগী পুক্সি অমুক ফংবা য়াগনি হায়দুনা নোংঙদাগী মাইবা গোবোবনা তাক্লকপা অথুপ্পা ব্রাফম্নি, মদু নত্তনদি অতৈ উপায লৈরোইসু হাযরি। অঙাং অদুনা হিংনীংইবদু উরুবদা তোম্বীসনা লাতক্লবদা হেল্লকই। কমদৌরবগে হংলুবদা নাবা খরা ফবে হায়না হেক্তা খুমই অদুগা নাবদি নোংমা নোংমগী হেঞ্জিল্লকইবনি।

মাদ্রাজদসু পুরুরবনি। মফমদুগী ডাক্তরনা য়ূমদা পুরগা পোখাহল্লো হায়রকখ্রবনি। নারবনিনা ফর্গনি হায়বা মখৈ লোইনা তৌদুনতা লাক্লবসিদা অনাবদি ইফ ফগৎপা লৈতে। অনাবা মশানা মাম্ম তোম্বীসনা থারগা দেবী ইমাগী সিন্দুর লৌহনবীয়ু হায়জরকপনি অদুননি, তোম্বীসনানা ঙসি লাক্লিবসে। য়ামদ্রবদা শিরগদবা অঙাংসিগী মরায়বক্তা মানা হিংলিঙৈসিদা সিন্দুরসি অমুক্তং নম্বীবা ঙমদুনা মপূক্লীংদা শিবদগী হল্লকপা য়াগনি খঞ্জরিবা লাইব্রা সিমত্তং মনীং থুংহনখ্রবদি শিরবসু পেল্লনিকো খঞ্জদুনা লাংতক্লনা ঙাইহিরি বরগী পুংফম য়ৌরকপা মীনিনতনা নিল্লবা উফুল ব্রাইফুল থাংলবা লাইমাঙ অদুদা হকাম ব্রা ব্রা চল্লদুনা।

চরাংনবা মরক্তুদা নুপী মরক্তা লেপ্লুবা তোম্বীসনাবু স্কাউটকি অঙাং অমনা কৌথোরকই, "পবুং নিপাগীসু লাইন অমা থোকসি হায়দুনা খন্নবে অদুনা য়েৎলোম থংবা সোমদা লাইন অমা শেম্বীরো, নিপা মখৈ মথং মথং লেপ্লনবা"।

লাইন অমা নিপামখৈগী থোক্লে, মদুসু পংয়াম য়ামদবা নত্তে। ঙসাইমখৈ নূপীমরক্তা লৈদুনা য়াম্না ব্রাই চিনবদো হন্দিক্তি খরা শাফরে নুপীশিংনা নোক্লরকপসু তৌদ্রে। স্কাউটকি অঙাংদুদি ওম্থোক্লা লৈবাকমচা তাখ্রে মোমোন মোমোন নোকই কয়া কন্নসু ঙাঙদে, মব্রাহে মখোনসু নুংশি। মতৌদুদদি তোম্বীসনানা খঙনবা হৌজিল্লি, "ইবুঙো, ঐবু ব্রা অমত্তা হায়নীংই, নঙবু ঐগী মতেং অমত্তা পাংবিগেবা"।

অঙাংদুনা হবাও হবাও কবিনো হায়না হংলকই। তোম্বীসনানা, বরগী পুংফমদা দেবীগী চবন্দগী লৌবা সিন্দুরদু খজিক্তং ফংহনবা ঙমগদ্রা হংলুবদা অঙাংদুনা খুন্নকই, "পাবুং ঐন। ঙম্বা হায়বনু লাই কমিটিগী সেক্রেটবিগা উন্নহনবা ঙমই। পাবুংনা ঙাঙনজগে হায়বদি যানি। তোম্বীসনা আশা অমা উরক্লে। মীযাম মরক্তুদগী থোরক্তুনা স্কাউটকি অঙাংদুনা মাবু লাইশঙগী মনীংদা লৈবা লোয়শঙ শঙলেন্দুদা পুশিন্দুনা ফমহল্লমই অদুগা সেক্রেটরি থিরুগে হায়না থোকখি। তোম্বীসনানা ফমদুনা ঙাইরমই। লাইন্দা লেপ্তুনা ঙাইবসু তৌহৌদা, সেক্রেটবিদুসু থেংনদ্রবদি কমদৌবা, সোমদা মমৌনুপীদুনা তৌহৌরিবদো খল্লুবদা চময়ে লাইদা খুরুমই, "হে ঈশ্বর! দেবী ইমাগী চরন সিন্দুর পুরক্তুনা অঙাংদুগী মরায়বক্তা নম্বা ফাওবতদি শিহনবিরমগনুকো"।

নহান নুংদাংৱাইরমগী থৌদোক অমসু নীংশিংলকই। নুংদাংৱাইরমগী চাক চাদুনা তুমথরুরবনি কনানো নুপী অমনা কৌই হায়দুনা থোক্লুবদদি অঙাং অনাবীসিগী মমা মাগী মচেদু ওইরমই নিপামচা অমসু লোয়নরকই। চাদা থক্তবনা অনা অয়েকসু য়াওবনা মশক্তু য়েংবা য়াদ্রে। মানা কপ্লি কপ্লি তৌরদুনা হায়রকখি, "ইবেম্মগী নারিবসে মাগী মাম্মদা য়োল্লবদি কোক্কনি হায়, ঐগী ইচানুপীসে নঙোন্দা য়োল্লগে নঙ লৈজরো হায়দুনা য়োনবা লাক্লিবনি, নঙনা পীনিঙবা মমল অমা হেক্তা পীয়ু ঐ ফীগাও শানা য়াজগে"।

কয়াদা নুংশিখ্রবা মমা অমগী থম্মোয়দগী থোক্লকপা ৱাহৈনো। মদুবু তাবদা কনাগী থমোই পেৎলোইদগে তোম্বীসনাগীদি মাগী মচেসু ওইরিবনি তাবদা তু চুংই। অদুবু, মসিগী মতাংসিদা ওনশিন্দুনা কপমিন্নগদবা নত্তে, ইরায় লায়থোকহনগদবনি হায়না খন্দুনা পূক্নীংদদি ফুনগৎলবসু ফাগি তাথোক্লগা নোক্লগা খুমই, "নঙগী নচানি হায়দুনা তৌরিবা শূনীংদবীদুবু কয়াবু শীৎকবনো"। ইমুংদা চঙদুনা ফুরিৎ খাওদগী লুপা তরাচৎপী অমা শৎলগা থুনা থোরক্তুনা ফীগাওশানা য়ারিবী অঙাওবী মাল্লবী মচেদুগী ফীগাওদুদা থাদরমই অদুগা হায়খি, "চৎলো চৎলো নাবা থুনা ফহল্লু ঐগী চাক থোংহন্নবা, খঙদে মদুবু চাক্কসু থোংবা হৈরিদ্রানে য়েংবা তারেদনা"। মমাদুগী অৱাবা মপূক্নীংদু খরা লায়থোক্লবা পংঙাঙ ঙাঙবা হায়বদুনি। থিনবিগে হায়বসু য়াখিদে অমস্বদুদা লোয়নরক্লিবা নিপা মচাদুগা থুনা চৎখি।

তোম্বীসনাগী ৱাখন্দু কায়বমই। স্কাউটকি অঙাংদুগা নিপা অমা চঙলকই লাই কমিগী সেক্রেটরি হায়বদুনি হায়। মাদি মথৌ চিনবা ওফিসার অমগুমই। ৱাফমদু কাঙথোকউবদা থুনা ভাব তাখি। মানা হায়রকই, "সিন্দুরদু ঙসিদি ফংহনবা ঙম্মোই উপাই লৈরোই, মদু চহী অমগী মমাঙদগী শেল কৎতুনা প্রনালিকা থাগ্রবা কাঙবুশিংগী ওইখ্রবনি, ইবুঙোনা পাম্বীবগদি ঙসি শেল থাবিরম্মো মথংগী চহীদা বর নুমিৎতা ফংবা য়াগনি হন্দক্লিদি পুরা ফুল ওইখ্রে"। ৱাদু হায়বা লোইরম লোইফাৎত্রিঙৈদা অদুম থোকখ্রে। তোম্বীসনাদি পাখৎপা অমসু য়াওরে। স্কাউটকি অঙাংদুনা হায়রকই, "পাবুংনা পৈশা খরা নম্বা ঙল্লবদি অদুগা লাই শেলুংবদা নামৈ শেল খরা য়েপশিল্লবদি লাইবক য়েংবা য়াই"।

তোম্বীসনানা হায়রুই, "ইবুঙো বরগী পুংফমদু চপ চানা লাইনুংদবু চঙবা ঙম্লবদি লাই ইমাগী চরন্দগী সিন্দুরদু লা মচেৎ অমদা খজিক্তং ফংবদি য়ারোইদ্রানে" ?

নিপামচাদুনা খুম্লকই, "পাবুং, বরগী পুংফমদদি সার্কল এম এল এনা হান্না চঙদুনা পূজা কৎকদবনি, কনাসু পুংফমদুদা চঙহন্দে। মানা লোইরগা ময়াম চঙবা য়ানি। সিন্দুরদি মপান্দা সিন্দুর নম্বা কাঙবুনা নমগনি। লাইগী চরন সিন্দুরদুদি কনাক্সু শোকউবা য়াবা নত্তে।

পুংজাদুদি নকশিল্লকই দেবী ইমাগী চরন সিন্দুর ফংবদি ওইথোক্কদবা মান্দ্রে। তোম্বীসনাগী মপূক্লীংদা শীংনবা অমা ফাওরক্লমই, "হেরা, লাই নীংববু শেল হান্না এডভান্স পীরগা নীংবা লাইনীং আর্থ য়াওদবা লাইনীংনিদা"।

সোমদদি পৌ নল্লম্বা মফমদু পৌ শৎস্ত্রে মীয়ামসু হূপচিন্নখ্রে ঙুং ঙুং ঙংলদুনা লাইশঙদু তম্লা। ঙসাইমখৈ লাইন্দা লেপচরম্বদুসু লেপহৌদা লাইনুংদা চঙননবা লাইবক য়েংবা য়ারম্বদুসু কায়রে। ওম্থোক্রা ব্বারৌনা, পেন্দনা খোয়শাওনবা তোম্বীসনা দেবী ইমাগী লাইবুং থাদোক্তুনা লমজাওরোমদা থোরকই। মা নীংবা কায়না হনগদৌরি।

নোংঙান্দ্রি, লাইবুংগী ব্বাংমদা মৈ খরদি থাল্লি অদুবু মদুনা শক শা উবা ফংনা ঙানবদি নত্তে। মীদি অতৎ অখম লৈতনা লাক্লরি অদুবু, লমজাওদুদি মৈ ইমম মমই। লমজাও মচীদুদা অমম্বদুদা খেংনাংপাম্বী অমগী মখোঙদা থল্লম্বা মাগী গাড়ী স্কুটরদু লৌগে হায়দুনা তোম্বীসনা চঙলকই। গাড়ী মনাক্তু য়ৌবদা কনানো অমা লেপ্তুনা লৈবা উই। নর্কশিল্লগা উরকই, নুপী অমনি। মাদি ফনেক মপান্নাইবা অমা শেৎলি ফিঙৌ অমনা মকোকখুম্না ইল্লি, অঙাওবীদুম মাল্লি। নুপীদু ইহন হন্দোক্তুনা লেপ্তুনা লৈ। মতৌদুদা হাইফেৎ য়েংশিল্লুই। নুপীদুনা হায়রকই, "নঙ বর পুংফম চানা দেবী ইমাগী নির্মল্য লৌবা চঙলুবদু ফংলরিরোইনে" ?

তোম্বীসনা স্বায় লাওই ! মাদি করম হায়না খঙলিবা নত্তে, নুপীসিবু লাইতোংব-জাৎলা মাগী মপূক্লীং করম হায়না উবা ঙম্লিবনো। মা চৎলগে খল্লম্বনি অদুবু অঙকপা অমনা মা তৌফম খঙদনা লেপ্তুনা লৈরমই। নুপীদুনা মখা তারকই, "কদায় নথমোই শেংনা লুপা অনী চৎপী অমা ঐঙোন্দা পীয়ুনে, ঐ নঙগী অব্বাবদু পুবিগেনে"।

তোম্বীসনা তশেংনসু ৱারবনি, পু থাং ঙমদমখৈ ৱারবনি, কনানসু মাগী অৱাবদু শরুক য়াবিদে। অসুক ৱারবা মতমসিদা অৱাবদু পুবিগে হায়রকপসিদা তশেংনা পুদা পুবিগদবা মাল্লি। লাইদা কৎননবা পৈশা অচোইবা য়াম্না হাপ্লকই। তোম্বীসনানা ফুরিৎখাওদা হূমদুনা অহানবা থেংনবা পৈশা ময়েক অদু লৌখৎলগা শুঙ্কৎলবা মী অমগুম নুপীদুদা পীরমই। মদু তাপ লৌরগা নুপীদুনা হায়রকই, "ঐনা হায়রিবসে তাশিল্লুনহৈ, লাইবু লাইশঙদা লৈৱ্রো। ময়াম্না লাইশঙদা বব নিবা চঙনরিবসে অরেম্বনিনে। লাই কদায়দা লৈ হায়বদো ঐ খঙই, নঙ খঙব্রা ঐনা হায়রিবসে। হৌজিক বরগী পুংফমসিদা লৈ মনা অমত্তং নপৃক্লীং শেংনা কৎলুনহৈ মফমসিদগী সুম মদুনিনহৈ ইমাগী চরন নির্মল্য হায়বদো, ভাব তাব্রা" ?

নুপীদুগী চোয়রোন্দুদা পাখোঙ অমা য়াওবগুমই। পীখিবা শেল ময়েক অদু ফিজিদা কিশিল্লগা মানা হায়রকই, "নঙগী অৱাবদো ঐনা পুবিরবনি নয়ূমদদুম চৎলো"।

মসি হায়রম্লগা খোংনাং পাম্বীদুগী ৱাংমদা অমম্বদুদা নুপীদু চঙখিদুনা অদুম উখিদ্রে। য়াম্না লাংতক্লরম্বা তোম্বীসনাগী মপৃক্লীংদু ইয়াং য়াংবা অমা ফাওরকই। য়ূমদা থুনা চৎলো হায়বা নুপীদুগী ৱাফমদু নত্তবা মাগী অতৈ লম্বী লৈতে অদুনা মা পম্থুরমদ্রে। য়ূমলোমদা থুনা গাডী থৌবক্লমই। মপৃক্লীংদা দেবী ইমাগী শক্তম অমা লাকশিন্নবা হোৎনৈ অদুবু, ঙাইহাক্কী মমাঙদা উখিবী নুপীদুগী ফিভমদুনা ইখন খঞ্জিনবগুম তৌই। মপৃক্লীংদা নীংই, "হে ঈশ্বব ! ঐনা য়ূম য়ৌদ্রিফাওবতদি অঙাং অনাবীদু শিহনবিরমগনুকো"।

নোংঙানফাৎত্রি ! মচেগী ময়ূমদু য়ৌরে। ময়াম লাংতক্লনা ঙাইনরমই। তোম্বীসনানা গাড়ী থৌজিল্লকপদু তাবদা মচেদু মাঙ্গোন্দা চেম্থোরক্লমই। মানা চৎলুরিবদু মায় পাক্লক্তবদু তমগে খন্দুনা গাড়ীদু ঙাকশিন্নবা হোৎনরিঙৈদা মাদি ইমুংদা চেনশিনখ্রে তোম্বীসনানা হায়গদবা মেলহৌনবদু নংহৌদ্রে। অনাবী অঙাংদুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা হায়রুরে, "ইবেম্মা মাম্মতোম্বীসনা লাক্লে"। অনাবী অঙাংদুদি দেবীগী সিন্দুর লৌনি চৎখিবা মাগী মাম্ম লাক্লে তাবদা তূমদুনা লৈরম্বদু মমীৎ পাঙলদুনা ঙাইঙমদনা লৈদুনা য়েংলকই। অঙাংদুনা মপৃক্লীং হবাওবা উরিবদুদি সিন্দুরদু পুরক্লে খনবদুননি। তৌরিবা মতৌদুদা দেবী ইমাগী সিন্দুব ফংলক্লে হায়রুবা য়াবা নৎত্রে। মঙোন্দা থম্লিবা থাজবদু তোম্বীসনা মাঙহনবা

পামদ্রে। মাগী থমোই কায়জরবসু ময়ামগী পেলহন্নবদি তৌবা তাই। মা য়াম্না নুংঙাইবা শারগা লান ঙমদুনা হল্লক্লবা লাঞ্জিংপুরেন অমগী শক্তম অমা উৎলগা অনাবী অঙাংদুগী মনাক্তা চঙশিল্লকই। অঙাংদুগী মমীৎ অদুনা মরোল লোম্দুনা হংলি, "মাম্ম, ঐবু হিংহল্লু, ঐ হিংবা পামই"। তোম্বীসনানা ফাজিনবা য়াওদ্রবা খোম্থোক্তুদা কৌরকই, "ইবেম্মা মাম্ম লাকএ"। অদুদগী ফুরিৎখাওদগী দেবী ইমাগী লাইবুঙ মনাক্কী পোৎফমদুদগী লৈরকপা সিন্দুর ময়োমদু পুথোক্তুনা অঙাংদুগী মরায়বক্তা নম্বীদুনা মখোল থোক্লা শোল্লি, "হে দেবী ইমা! নঙদি মফম পূম্বদা শীনবা থুংনা লৈ হায়, নঙদি পূম্নমক উরিনি ঐনা তৌরিবসে, নশূগী থৱায় পাঙ্গল হাপ্পীয়ু নিজরিয়ে"।

গোরাবা মাইবনা হায়বা দেবীগী চরন সিন্দুর বরগী পুংফমদা লৌবদু ইনুং ঙান্দ্রিবৈঙদা মরায়বক্তা নম্বা ঙল্লবদি থৱায় অমুক ফংজবা য়াগনি হায়বদু অঙাং অনাবদুনা মাগী লাইবক্তা সিন্দুরদু হেক নল্লকপদা থুংলে হায়না খনখ্রে। তোম্বীসনাদদি মরাল অমবু পোকচৈ মরমদি, সিন্দুরদু দেবী ইমাগী চরন্দগী লৌরকপা সিন্দুর হায়বদুদি নত্তে। অদুবু, মদুদি মাতনা খঙই। অঙাংদুদি চাদবতনা শোনবা হৌনবমখৈ শোল্লবনি। ময়াম্না মাগী অরোইবা মতমদু ঙাইদুনা হোরেন হয়েং খঙদ্রবনি। ঙরাং অহিং মিশেন খাঙদুনা দেবীগী লাইবুঙদা লৈরুবা তোম্বীসনা তূম্নিংবা অমা ফাওরকই অদুনা ময়ূমলোমদা হল্লকই। য়ূম হেক য়ৌবগা থুনা ফমুংদা চঙদুনা তূমখ্রে।

নুংথিল নুমিৎয়ুংবা মতুংনি।

তোম্বীসনা তূম্বদগী হৌদোরকই। মাগী নুপীনা হায়রকই, "হৌগৎপিরো নুমিৎ তাদৌরে মায় মীৎ তাথোক পিরো চাক্কা অমত্তা চাররোইদ্রাও? য়েংও অনাবদুগী পাও অমা পুরকইয়ে অমুক্তা থোকপিরকও"।

তোম্বীসনা অনাবগী ৱা তাবা পেল্লে। ঙাইহাক তূম্লুবদুসু তূম্বা হেক্তা থুগাই মাগী খোয়দৌ থীৎপা অমা ফাওরকই, হায়রকই, "শিরে হায়বা নৎত্রো, অদো ফরে কৈদৌরগে"?

মাগী নুপীনা খুল্লকই, "কৈনো শিদেয়ে, দেবী ইমাগী চরন সিন্দুর নম্লুবদগী মশা কনখৎলক্তুনা ঙসিদি চাক চারে হায়রে, শৌদুনা মপান ইপান থোকপা ঙল্লেদুম হায়রিয়ে"।

# লম লৈমা

খুলগী লুহোংবা অমা য়াওরুদুনা চাবা থকপা য়াওরুরগা ব্রানরদুনা থবক শূনরবা ময়াম খোল্লাগী মনুংদা তূমথনপ্রে। ইমোবীসু তূম্লুরে, মীকপ খংথোক থোকই!

করিনো কনাগুম্বা অমনা খোল্লাগী থোঙদু খোংতুনা মখোল অমা থোকহল্লি। চীংগী লমদমনি শা কৈদি ইরে লৈনবজাংনি। ইমোবী হৌগৎলে থাঙজৌ অমা পায়রদুনা খম্থবা হৌই। ওইবা য়াবসি করিনো!

ঙসাই মপান্দা মৈ তীকপগী মুখুৎতনা থম্বা মৈফমদুদা কৈগুম্বা শা অমা লাক্তুনা মৈ য়াইররিবা জাৎলা। কৈদি য়াম্মা নিংথম গল্লি হায়নৈ। থোঙ হাংদোক্তুনা য়েংলবদি খঙবদি য়ারবনি অদুবু কৈ নৎত্রগা শওম ওইরম্লবদি থোঙ হেক হাংদোক্লুবদা শরাক তমগে হোৎচিল্লক্লবদি করি তৌবা তাই। খোল্লাদুগী মনুংদা তুমিন্নরিবা অতৈ লোইনা ইশি শিনা তূম্লরি। ইমোবী তূমথবা ইয়া য়াদে। মফমদুসু কয়া কন্না খঙবা মফম নৎত্রি লাকপা নুমিৎ মরিনিদা ঙায়বি। নহানতা বিলামাতি, নূঙ লৈঙোইগী গাড়ী অমদা তোংলদুনা লাকখি ইমোবী পংলাপ লাপ্তুবা চীংগী লমদম অসিদা। হৈবীরোক হায়বা খুঙ্গংসিদগী নোংপোকপাংনা চীংলম্বী অমা কাখৎলগা লৈবা পাঙদেম কৌবা লমকাঙ চীংমীশিংগী খুল অসিদনি। লমদমদুদা নৌনা তারকপা খুলদুগী চার্চ অমা শানবা থবক্তা যুগালি অমা ওইনা থবক শূরগা শেল তান্নবা লাকখিবনি। মফমসিদা খোল্লা শারগা থবক শূগদৌরিবনি। মাদা নত্তে অতোপ্পা থবকশূবা মিস্ত্রি, যূগালি, ময়াম অমগা লোয়নননি। খুল অদু খুন্নৌনি। নুংশিনদবা অতোপ্পা কাঙলুপ অমনা মখোয়গী খুলদু মৈ থাবিবনি হায়। অদুদগীদি মখোয় লোইনা পুন্না খুল হোংলক্তুনা মফমসিদা তাররিবনি। সরকাবনা তেংবাং পীরকপা জিজ্ঞ ঙাক্তনা য়ূমথক কুপ্তুনা পাঙদেম খুনৌদু পূম্লং লংই। খুন্দুদা লাকপা কুইদ্রিবনিনা মী ইখঙ খঙনদ্রি অদুনা থৌনা ফদোক্তুনা থোঙ হেক হাংদোক্লদবসু নীংজিং মাঙজিংনৈ। ইমোবীনা খঙনরিবা হায়ববু খুন্দুগী লৈশাবী নামচোং কৌবী

অমখকনি। মানা অয়ুক অয়ুক্তা লাক্লগা ঈশিং খোংদগী ঈশিং হোনবী, কোল লীক ফেঙদোকপি।

মপান্দা কনানো অমনা থোঙদা খোৎপসিদি লেপত্রি, মরক মরক্তা অদুম খোৎলি। ইমোবীনা ঙক্লিবদি খোল্লা মনুংদুদা অসুক য়াম্না তূন্নিবা ময়ামসি কনাসু মীকপ থোক্তে।

মৈনা তুম্না চাকখ্রবা মতুংদা থবায়দা হিংহৌবা ওইনা হকচাংদা থোংবা ফিদগী হেন্না অমত্তসু কলহৌদ্রবা খুঞ্জা ময়াম্না নৌনা শেমগৎপদা ঙায়রিবা খুন্দুগী য়ুম্লে কৈরেদু ওম্ছোক্লা জুগোৎ চাদ্রবা মওং অমনি। ইমোবী তৌফম খঙদনা থোঙ অদু হাংদনা হীপথরে। মপান্দা নাহে নাহেনা থোঙদা খোৎপদুদি মরক মরক্তা অদুম তৌরি। ইমোবী ফম্না কুইনা তূমথরুরে। মীকপ খংথোক থোকই। পংলাপ লাপ্তবা মফম অমদা নুপী অমগী খোঞ্জেলনা ঈশৈ শকপা অমা তারকই। নহান খুলসিদা অহানবা থুংবদা খুল্লাকপা পাও তিল্লম্না হায়বদু নীংশিংলকই। মখোয়গী খুন্নৌসি অহিংদা য়াম্না তম্নে। মফমদুদা থাবলগী মঙান্দা লমলৈমা থোকই। থাবলগী মঙান্দা থোক্তুনা নুংশিবা ঈশৈ শকই হায়। তশেংনা লমলৈমা থোকপা জাৎলা ? নৎত্রবদি মৈনুংদগী থবায় খুবাক্তা হাপ্তুনা চেন্নরকপা খুঞ্জা কনানা নোংয়ায় ইতু য়ৌরবসিদা মচীন্দা ঈশৈ ঙংনীংগদগে। পূম্নমক উচি মখুন্দা লোইনা চঙনখ্রবনি। কনাসু হৌগৎনবা মতম নত্তবনি।

তাঞ্জাদুদা ঙসাই থোঙদা খোৎতুনা খোংলম্বদু অমুক্কা খোংলকই। হন্দকমুক্তি খঙলে মদু হূই নত্তনা করিসু নত্তে। মখোয়সু উচিকা তানবা মতমদা পী পী খোংই। ইমোবী পম্বদনা থোঙ হাংলমই। থোঙ হেক হাংবগা হূই অমা মমৈ ফেৎ ফেৎ হাইরদুনা ইমোবীদা চোংশিল্লকই। ইমোবী খংপ্রেক খংই। অদুদগী মচীন্দা লাওরকই, "হায় ব্রেকী"।

ব্রেকী মপুগা উনবা ফংবদা হরাওজবগী মপা লৈখিদ্রে। চোংখৎ চোংখৎতুনা মচীন্দা করি করিনো লোল্লদুনা পেন্দবা কয়াগী ব্রাকৎলকপা ওইনা মপুদা শ্রু শ্রু নৈদুনা ওইনরকই। মতৌদুদা খোল্লা মনুংদুদা তুন্নিবা খরগী মীকপ থোকহল্লকখি। অপাবীনা হংলকই, ইমোবী কৈনো কৈদৌরে ? ইমোবীনা খুল্লকই, য়েংউনহৈ ব্রেকী লাকএ। মানা করম হায়না থিদুনা ঐখোয়সিদা লৈ হায়বা খঙলিবনো য়েংউনহৈ।

ঙাইহাক অমদি লৈমিন্নরিবা খোল্লাগী মরুপশিংদু ইমোবীগী হূইনা মপুগী খোঙ্গুন লীদুনা লাকপগী ৱারীদুদা য়ৌ য়ৌ ৱারী শানরম্লবসু নুংথিলদা ৱানা থবক শূনরুবনিনা মখোয়দি অদুম তূমথনগ্রে, ইমোবীতনি তূম্বা চঙদ্রিবা।

ব্লেকী ইমোবীগী হূইনি। মানা ওম্থোক্লা নুংশিনা লোয়নজবনি। ইমোবীনা ময়ূমদু শো লোনশিল্লম্লগা থবক শূবা লাক্লমদাইদুদা য়ুম্লোন্নবদা লৈবা লৈকায়গী ইমুং অমদা চাক খবা থাবিনবা শিন্নবম্বনি। থবক মফমদা লৈতবসু য়াদবনি। অদুবু অসুক লাপগ্নবা মফমসিদা হূইসিনা কবম হাযনা মাবু থিদুনা লাকইবনো, ইমোবী নুংঙাইবা অমগা চমম্লবা অমগা পুল্লে। মীনা হায়নবদু তশেংনা থোক্লে, হূইদি মনম নম্লগা হুরানবা ফাওবা খোঙ্গুল লীবা ঙমই হায়বদো।

ব্লেকীদু মবুক ইশীং শীংলি, পীজনিঙাইসু অমত্তা লৈতে। ঙসাই লুহোংফমদা চাক চানরুবনা চফুদসু চাক মক অমত্তা তাদে। তৌফম খঙদ্রবা ইমোবীনা ব্লেকীগী মশা পূম্বা শিং শিং নানবীরমই। ব্লেকী মমীং উইথদুনা হীপথরকই। হবাওবগা মা লোংনা য়াম্না হীপকল্লি। ইমোবীনা ব্লেকীগী মথবাক্তুদা তপ্না তপ্না নাল্লদুনা ৱাখল তৌরকপা হৌই। চাক থোংগৎপা ওইথোক্কদ্রা? মদু ওইথোক্কদবা মান্দে। কা মনুংদু লালটেন অমা ঙানবা নত্তনা ইমম মমই। মদুদা পোং চৈ থিরগা থোংথাকপা ওইথোক্তে। ঈশিংসু মবীক অমত্তা লৈতে ইমুংদুদা। ঈশিং খোংসু শূক শুনা মম্লমগনি। হৌজিক কনাগী যূমদা চঙদুনা হূইগী ওইনবা চাক চখোম অমত্তবু ফংগদগে হায়বসিনি। খুনসিদা খঙনরিবদি খুল্লাকপা পাওতিল্লমতনি। ইমোবী পাওতিল্লমগী ময়ূমদা চঙবা নত্তনা অতৈ উপাই লৈতে। খোল্লাগী থোঙদু ঙাশিল্লম্লগা ইমোবী থোবকই। মাগী হূইদুসু মাগী মতুং ইন্দুনা চৎলি।

মহৌশাগী ফজবতনা মপুংফানা শন্দোকপা মফম অমনি। ৱাওবি ৱাওবিবা থাবলগী মঙাল অমসু শন্দোক্লি। থাবলগী মঙান্দুদা উবা ফংই চীংযাঙদুনা লম্বীদু থেক্কোই থেক্কোই চীংখাবোমদগী কাখৎলকইবদু। নাক য়েৎতা অচীকপগী অচীকপা মক্তনি, উৱা চপ চপ লেপ্তুনা লৈবি। ইমান মান্ননা শাবা য়ূমশিংদু অঙানবদবু খবা খন্দোকপা ঙম্বনি, অমম্বদদি কনানা কনাগী য়ূমনো খন্দোকপা ঙম্বগী ৱা লৈতে। অমবোমদা অহিং অহিং খুৎলাই পায়দুনা খুন ঙাকপা নহা মযাম অমা কোয়না

খুন থুংনা চংলি হায়। মখোয়দু থেংনবদা ব্রা ঙাঙনবা নংগদবা মান্দে। মখোয়দু অমাঙ অতা নংখ্রবা খোয়শাওনরবা মত্তনি। ইমোবী তৌফম খঙদ্রদুনা হঞ্জিল্লক্তুনা ব্লেকীবু কোল্লগা খোল্লাগী থোঙজিন্দা ঙাইহাকপু তূমথরুরমালে। মীকপ খংপোক থোকই!

খুনগী মনুংদা কনানো নুপীগী খোঞ্জেলনা শকপা চীংমীগী শৈশক নত্তবা সিনেমাগী ঈশিং শৈশক অমা নুংশিংনা হুমদুনা পুদুনা লাকই। মতমদু নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরে। ইমোবী ব্লেকীবু পীজনবা চাক থোঙ্গংলগে খল্লে। হৌগংতুনা ঈশিং খোংদগী ঈশিং খরা শোক্লুনবা কুমথরকই। হূইদুসু ইন্নরি। চীকখ্রবা মতমদুদা ঈশিং খোংদুদা নুপী অমা ঈশিং শোক্তুনা লৈরমই। লমলৈমা কা হায়বদু ওইরিদ্রা ইমোবী ঙাইহাক চমম্লে। ব্লেকীগা লোয়নবদুদা পূক্লীংদি লুমই। নুপীদু ঈশিং পুদুনা কারকই, মচীন্দা ঈশৈ ঙংলি নিঙঙাইবা লৈতনা অৱা অনা অমত্তা চঙদমখে। চফু অদু মকোক্তা থোনগংলগা ঙল্লবা চীংচেপ্তুদা কারকই।

ইমোবীনা হান্না কৌরুই, হৈমা নামচোং নংত্রা?

নুপীদু হাইফেংতি পাখংলপ তৌরুই। অদুগা হন্থরগা খুন্নকই, "মানি তূম্বা য়াদেদা তাদা। অহিং চুপ্পা ফি শাদুনা লেল্লুবনি, নোংঙাল্লে হায়দুনা ঈশিং হোনবা থোরকইবনি"।

ইমোবীনা হংই, নঙনা ফি শারিবদু নোংঙাল্লগা তৌবা য়াদ্রা, অহিংদি তূমগদবনি।

মানা খুন্নকই, ফি পূম্বা লোইনা মৈ চাকপদা য়াওখ্রে অদুনা ফি খরা শাদবা য়াদবনি, শেংনা ইন্নবা অমত্তা লৈত্রে।

- নঙলা অহিং ঈশৈ শকপদো?

-- মানি, ঐ ইস্কালদা লৈদুনা ঈশৈ তম্লমই। টেপ অমসু লৈরম্বনি মদুবু মৈনা চাকপদা য়াওখ্রে।

মা অদুম চংখরে। মানি লমলৈমগী শত্তম লৌরিবা নুপীদো, নোংয়ায়দসু নমচোং ঈশৈ শকখিবা জাৎনি খ্বাঙগী ফি শারদুনা ময়াম্না তূম্নখিবা মতমদুদা।

মায় মীং তাববা মতুংদা চাক হান্না থাঙ্গংলে ব্লেকীসু চাজবা ফংনবা। মা মপুগী নাক্তা তূম্লি। অতৈদি কনাসু হৌগংনদ্রি, অদুবু ইমোবী চাক থোঙ্গংতবা য়াদ্রে।

মাগী ব্রেকীদি চরা কয়া হেন্দুনা লাক্লবনি। য়েক্লবনা পল্লোন তরেৎ কোয়খ্রবা খুঙ্গং কয়া ফাওদুনা মপুগী খোঙ্গুল লীরক্লি মাগী ব্রেকীনা। হান্নদগী শরুক চাম্মা হেন্না নুংশিবা হেনগৎখ্রে। অদুবু, কুইনা চারক্তুবা ব্রেকীদো ঙা অমা করি অমা পীজনবা ফাওবা লৈতে। ইঙ্খাংদি মুসুরী হৱাইগা ঙারী ফাওবা থাক্তবা লফু ইরোনবগনি।

# ঈপাক্তা তিনখিদ্রবী ঈচেল অনী

লুহোংবা থিল্লক্কনি হায়দুনা মীয়াম্মা ঙাইনৈ সড়ক্কি নাকন অনীদা লেপ্পুনা। মীনা হীয়াংথাং বরদু ঙায়খ্রে। লুহোংবা অমা থিল্লকপদা অসুক যাম্না য়েংনরিবসি তোপ তোপ্পা মওং খরদি লৈরম্বা তায়। ময়াম্মা অমুক হায়নরকই লুহোংবা থিনবা নত্তে লুহোংনবা বর লাকপনি। ময়াম্মা য়েংনরিবদি অতৈগী নৎলমদ্রে! বর অদুনা লুহোংগদৌরিবসি হন্দক্তা শঙ্গাবা শান্নবুঙ অচৌবগী কাঙশঙদুদনি। কন্যা অনীনা বরদুদা কোয়দুনা লৈ হূক্কদৌরি। থায়না চৎনরম্বা নুপী লোনবা হায়বদুদি নুপী অহল অমা হান্ন লৌরগা কুইনা লৈরগা অতোম্বী অমা অমুক থিরকই কা হায়নৈ। অদুবু চাউখৎপা যুগসিদদি মথং মথং লুহোংবা ব্রাননবনি হায়দুনা অমুক্তদা নুপী অনী লুহোংবা অমা কন্না চৎনখৎলকই। থবক চিন্নরকপদগীরা, নিপা মশিং হন্থরকপদগীরা, লাইরিক লাইশু হৈনরবা চাউখৎলবা যুগসিদা ইতিহাস কন্না হঞ্জিন্নরকইবা থৌদৌ অমদি নুপী লোনবনি। নুপীশিংসু অদুম য়ানৈ। নুপী অনীমক অদুম লৈনি হায় করিমত্তা ইকায়বা লৈনদে। নিপাদুসু করিমত্তা ইকায় হেক কায়দবদৌনা অদুম অনীমক লৌনি হায়রি। মমা মপাশিংসু মাগী মাগী মচাদুনা নুপী অহল ওইদুনা লৈ হূকহনবীযু হায়নবু ব্রানোম্লে হায়রি। অহল অতোম্বী লেপ্লবসি হান্না চেনবদুনা অহল, কোন্না চেনবদুনা অতোম্বীনি হায়রি। চেল্লবনি হায়দুনা অনীমক চোংশিন্দুনা নিপাদুদা ওঙনি হায়রকপদুদা নুপী অনীমক্না অমগীসু নত্তবা অমগীসু নত্তবা ময়ূম অমা থিবদা কাংশঙসি ব্রায়রগা লুহোংফান অমদা ফল্লিবা নিপাসিদা নুপী অহলনা মাঙ থারগা অতোম্বীনা তুং ইল্লদুনা তরেৎলক কোয়রগা লৈ হূক্কদৌরিবনি হায়রি। লুহোংফমগী অকোয়বদু ফত্তনুংদ থোরকপদা য়াই হায়দুনা হন্দ্রেদ ফোরটি ফোরদুম চলাইখ্রে হায়রি। লুহোংবগী বার্ত্তোন্দি চাক্কৌবগীসু হাপই হায়রি। চাক্কৌবদি নুমিৎ তোঙানহল্লি। অহলদুগী চাক্কৌবনা নোংমা হাল্লি, অতোম্বীদুগী চাক্কৌবনা নোংমা চোম্থরগা লেপই। অশেঙবা ওইরিদ্রা খঙদে ময়াম্মা কন্নবু হায়নরকই অতোম্বী ওইগদৌরিবদুগী লুহোংবদি চাক্কৌবগী বার্ত্তোন্দা নত্তনা ষষ্ঠিগীসু বার্ত্তোন হাপই হায়রি। কুম্মৈ কুম্মৈ ঙাক্তনি, লৈবাক্কী কুম্মৈনি। কৈথেল ময়ায় ফাওদুনা বর লাক্কদৌরি লেন্নরদুনা।

মী ফনা য়াম্না কন্যা ওইগদৌরিবা অনীদুগী ৱাবিদবা য়াওদে। কনা অমনা হায়নৈ নুপী অমা লোয়নবসু কদায়নো হায়রবসিদা অনী কাইয়ে মমা থৌরানী উরনি। করম্বা শীঙনবনো মখোয়গীসে, অহল লমনশিংদুসু খীৎ হৃকমনখ্রে। মখোয়না হীকথোংইবনা করিগীনো ? মথং মথং।

তাঞ্জাসিদা নোংসু লাংকপ-লাংকপ তারকই। ঙরাং নহান্দগী নোং ময়ায় ওইরপ চুদুনা লৈরকপনি। উ-ৱা, শোরোক লমজাও পূম্বা চোৎলি। অদুমক্তদা ময়াম ছাটিন তুপ্লদুনা য়েংই বব লাকপা। অরাপ্পদা বাঝায় বেঙ্কুন মখোন্দি তাববনি অদুবু ইযৌ য়ৌশিল্লক্তে। নোংদি নুংশীৎ অমগা লোয়ননা কনখৎলকই। নোংচুপ হারম পাংবদগী তমগী পাক্লবা লমহাং তম্না। লাইওইরবা কৈথেলগী খোংনাং পাম্বীদু হাই হুন্নি নুংশীৎকি ইপোমদা। সোবোক চিদাইদা তিংলিবা ইলেক্ট্রিক মরী, টেলিফোন মরী, হাইদবা অমত্তা যাওদ্রে। কৈথেল মযাদা চৎলম্বা মীওই খূদিংমক অনকপা দুকান, হোটেল অমদি শঙ অমদা হেক্তা চঙদুনা নোং থূপ্লরকই। সহবগী মযায ওইবপ্লা ফল্লিবা মীয়ামগী হোটেলদসু নোংথূপ্লা চঙনবকপা কাঙবুনা হূপচিন্নরকই।

অয়ুক নুংথিল নুমিদাংৱাইরম, খাক্তমখৈ মীনা চঙথোক চঙশিন তৌদুনা অতৎ অখম লৈতবা হোটেলনি মীয়ামগী হোটেল। নহাশিংনা পাম্নববা অলু অঙৌবা, চানা, মঙ্গল, বোবা মিক্সচব অঙৌবা, অথোংবা ইয়াও য়াওই। মমলসু চৎনবা যাবা মমলদা লৌই। মযাম্না পাম্নৈ মীয়ামগী হোটেল। নোংনা খরা খরা চুবা হৌবকপদুদা গৌরো, ইনাও অমদি সনামতুমসু ওনশিন্নবী মী মরিগী ফম্ফম ওইবা ফান অমদা মায়োক্লনা ফম্লদুনা অচা অথক খরা চাবর্স্বনি। শাবা য়াবা ৱারী বন্দ তৌবগী, গাড়ী ওফিসনচিংবা মৈ খাবগী, মীশি মীনাগী মেট্রিক পরীক্ষা সেন্তবদা নোট তৌবগী, ৱাফম কয়া খন্নবা য়াবা খন্নরবা মতুংদা নিপা অমখক্লা লুহোংঝান্দা ফমহল্লগা নুপী অনীনা তুংথা মাঙথা কোয়দুনা লৈ হূক্কদৌরি হাযবা ৱাফম য়ৌশিল্লকপদা ঙায়রি। নোং নুংশিংতু কনখৎলকপগী ৱানি। মীনা হূপচিল্লকপা, ফম্ফমনা লৈনরক্তবদগী নিপা অনী অমসু মখোয়গী ফম্ফম নাকন নাকন্দা খরা নপকে হায়দুনা ফমথরকই। শারমইবা ৱারীদুদা মখোয়সু য়াওশিল্লকই।

গৌরোনা হায়রিবনা ঙসিগী বর অসিনা তৌরিবদুদি অতৈ নিপাশিংসি উশীৎতবগী ৱানি। নিপানা নুপীবু শান্নপোৎ কুম খনবা নৎত্রা ? ময়াম্না জেন্দর

ইক্বেলিটি, ফেমিনিজম, ৱুইমেন লিবরেসনগী ৱা অসুক য়াম্না ঙাঙনরবা যুগসিদা নিপা হায়বা জাৎসিবু মীনা নোক্ননবা নৎত্রা বর অসিনা তৌবিবসে। ইনাওগা সনা মতুমগা ৱাফমদু পংয়েৎ য়েৎলুদে। অদুবু টেবলদুদা ফমজিল্লকইবা নিপা খবা মীযায় চল্লবা অদুনা য়াওশিল্লকই। ইনাও ঐনা খরা হল্লমগনি ইনাও হেক্তো হায়জরগে, ঙসিগী ৱাফমসি ময়াম্না খঙদবা অমসু য়াওরি। মানা হায়রকই, নিপা অসি মুন্না খঙবা মী অমনি। যেংবদা কর্মযুগ তারি হায়। অশিবা দষা 'মাবোক' হাযবদু তাই। মদু থৈদোক্লবা লুহোংবা অমা পাঙথোক্লগদি কোকই হায়দুনা মানা খঙনজবা নুপী অমা চেল্লুবনি। লুহোংনবগী নুমিৎ হেক লেপ্লবগা অতোপ্পা নুপী অমদু মথন্তা লাকচবনি। মাসু নিপাদুদা লৈনি হাযজিল্লকপনি। তৌবগীবুদি নিপাদুগা হান্ননা মরী অদুম লৈনরম্বা জাৎনি। ইনাওনা হায়জিল্লকই, কর্মযুগ হায়ববু দবল কর্মযুগ তারেনে মাদি। কুইনা পুন্সিবা তারেনে। অমা লুহোংলগা অশিবা কোক্কনি হাযববনিনা অনী লুহোংলবদি পুবা হেক্তো পুন্সিবগী ৱানিনে।

সনামতুম্না তপ্না হায়বকই, — লৈবাক কুম্মৈ ওইহল্লিবসিদি নুপী অকোনবা মথন্তা চেঞ্জবকপদুনা নৎত্রা? ঐনা হাযদি নিপাদুনা মা পামদ্রে অতোপ্পা অমা লৌবগে হাযদুনা লুহোংবগী তাবিখ ফাওবা লেপ্ররবমক্তদা মানা ঐবুসু লৌদবা যাদে হাযবির্বসিবু নুপীসিবু কয়াম হোঙলবজাৎনো।

ইনাওনা ওক্তুনা খুল্লকই, মদুদি নুপীপিদা পিদানা পুবে। হোরায় খায়বা অমসু অনী অহুমবু লোনবা যাওবা অদুগা ঐখোয়গুম্বা অমসু থিদনা অদুক মরৈথোকই।

ঙাইহাক মগাম নোকই। ঙসাইদগী তুমিন্না লৈবকপা খবা নহা অমা টেবলদুদা ফর্মজিল্লকইবদু হন্দক্তি মর্চান কাঙথোবক্লে। মানা হাযবকই, — যুগসি কবিগীনো খঙদে নিপা অমনা নুপী অমা চেন্দুনা লুহোংগনি হাযনা হেক তৌবগা নুপী অতোপ্পা অমসু লৈনি হাযদুনা হেক্তো লাক্কনা লৈবাক ৱাথোক ওইনবসি যাম্না তোযনা থোক্লে। মসি যুগসিদা হৌবল্লিবা নহাশিংসি মপুকচেল শেংদবগী খুদম্নি। মখোয়না নুপী অনী অহুমদা লুহোংগনি হাযদুনা থাজবা পীরে। অমম্বা বেষ্টোবাগী কা কয়াদা ওন ওন্দুনা পুশিল্লুবে। মমান্নবগী মযূমদা চঙদুনা কযাবক উন্নবে। অদুগা নুপী অমা হেক চেনবনি। অদুদদি উশীৎ থৌওইদে হাযনা খনবা মায়থীহৌববী নুপীদুনা মাসু মানা থোকপা অমা তৌদুনা চেনশিন্নরকইবনি। মখোয় চপ মান্নমা মরাল

লৈবা ঙাক্তনি অদুনা সুকশাও শাওনদ্রিবনি। নুপীশিংসিসু অদুম লৈমিন্নজগে হেক্তা হায়বনি। কনানো অমনা অমাঙ অতাদু ফজনা মুন্না তাকপিরবদি অকোনবদা লাকইবা নুপীশিংসি কনবিবা য়ানি। অদুবু ময়ামদি হীকথোংই, ইনশিল্লি কুম্মৈ য়েংনবা।

মীয়ায় চনবা অহন্দুনা য়াওশিল্লকই, তৌবগীবুদি খরা লৈবাকমচা তাবা মী য়াওনরবদি অসুক চাওবা অরানবসি তৌদনবা ব্রাফম পুথোক্লরকই, খাইদোক্লবসু য়াওখ্রে।

মানা ব্রারী লীরকই, — সহর মনুংসিমক্তা থোকখিবনি। নিপা অমনা মাগা হান্না নুংশিনদুনা লুহোংসি ব্রাশক্লখিবী নুপী অদু হুন্দোক্লদুনা অতোপ্পা খঙনবা কুইদ্রিবী নুপী অমা চেল্লগা লুহোংনবা নুমিৎ লেপখি। লুহোংফমদু নিপা ময়ূমদা ওইনা হোঙই। লুহোংবা লৈ কোয়বা লোইদুনা লৈ হুক্লরবা মতুংদা অতোপ্পা নুপী অমনা মশানা লৈ লেংদুনা পুরক্লগা হূক্কনি হায়না চঙশিল্লকখি। লৈকায়গী নুপীশিংনা খান্নবা হোৎনরুবদা নুপীদুনা লৈ হূক্লবদি শূমাঙদুদা হূ থক্তুনা শিনি হায়দুনা তৌরক্লবদা উপাই লৈতদুনা অকোনবগী নুপীদুসু লৈ হূকহন্দুনা লৌশিনবা তারমই। তাঞ্জাদুদা বরগী মমান্নবা খরা ভাব তাবা য়াওরমদুনা নিপাদু চিংখৎলগা মফমদুদগী পুথোকখিদুনা বর থিবা খঙনদবদগী অকোনবগী নুপীদু লৈপরেং পায়রদুনা অহিংচুপ্পা তূমদনা নিপাদু হেক লাক্লগা লৈ হূক্কনি হায়দুনা ঙাইখৈ ঙাইবগা নোং ঙাল্লক্লে। ব্রাফমদু তানরক্তুনা নুপীদুনা য়াম্মা বেবহার তৌজবা নিপা অমা লাক্তুনা নুপীদু থেমদুনা পুখ্রগা ময়ূমদা থিনবিদুনা নিপা অমদা নুপী অনীনা লৈ হূকপা হায়দুদি থোকখিদ্রে। হৌজিক্তি নুপীদু নুংঙাইনা থবকমচা অমা তৌজদুনা গাড়ীমচা অমকা থৌজদুনা নরক্কী পুন্সিদুদগী শৎহৌবগী ব্রারিনি।

ব্রারীদুসু নুংঙাইখৎলকই। সোমদা বরদুসু কৈথেল ময়ায় য়ৌশিল্লক্লে। নোংদি খরা লেপখ্রে, অদুবু নুংশিৎতি লেপত্রি। কৈথেল ময়ায় ফাওবনিনা সনাখোংনাং পাম্বী মখোঙদা লৈরিবা কৈথেল লাইরেম্মগী খুভমদুদা বরদু খুরুমহন্নবা গাড়ীদগী কুমথরকই।

ময়াম কায়দুনা চেম্ফোরকই। প্রোক প্রেক স্বাই স্বাই। খোংনাং মশাদু কন্না হাই হুল্লি। চাওরবা খোংনাং মশা অমনা তেক্তুনা মীয়াম লোমদা মরক্তুদা

তেকথরকপনি। ফিঙৌ শেৎপা ময়ামসু কায়দুনা চেন্নে। শোক্নে শোক্নে হায়নরকই। বরদু উশা অতেকপনা ফৃথরকপদা শোকখ্রে হায়। মফম মরাং অমত্তা খঙহৌদে। বর অদু চৎখ্রে অদুবু নুপী অনীনা লৈ পরেং পায়দুনা মাবু হূক্কনি ঙাইহিবা মফমদুদা নত্তে ডাক্তর খানাদনি ডাক্তর খানাদা! হোটেল মনুংদা লৈরম্বা ময়ামসু মপান্দা চেম্থোক্লখ্রে। পৈশা পীরমদবসু ফনা য়াম্না য়াওখ্রে।

নোংঙাল্লে। মী কয়া হৱাচাবা চৎনৈ। অঙনবা অযুক্কী খবর য়োনফম হান্নগুম মীয়াম্না খবর লৈনৈ।

খবর লামায় অহানবদা হাপ্লকইঃ নুপী অনী অমুক্তদা লৈ হূকহন্দুনা লৌনি হায়না যাত্রা তৌরুরবা বর অমা খোংনাংগী মশা অতেকপা অমা নোং নুংশিৎতা তারকপদা মকোক্তা তাদুনা লায়কন্নবা ঙমদনা শিরে। অতোম্বী ওইনা লৈ হূক্কনি হায়না তৌরম্বী নুপীদুদি মশানা বরদুগী লুখ্রবীনি হায়না য়াজদুনা পুঙৌ ফনেক শেৎতুনা নিপা ময়ূমদা মখোঙনা থোংনা লাকখ্রে।

# অরোইবা ৱারী

নিংথমথাগী নুমিৎনি।

নুংশা হেক থোবকপগা নুংশাদু ফংবা মফমদা থোক থোক্কুনা ইমুংগী মীপুম্বা নুংশা যাইনবা থোক্লবকই। ইংখ্রবা তাঞ্জাদুদা থোঙ্গাল্লোমদগী মখোঙ অনী পানবী গাডী মচা অমা থৌজিল্লক্কুনা নুপী অমা চঙলক্কুনা গাডী অদু মমাঙ শঙ্গোযগী গাডী দা নপ্পা থল্লগা, খুৎ মোজাদু লৌথোক-লৌথোক্লগা তপ্পা তপ্পা শূমাঙ লানশিল্লক্কুনা চঙশিল্লকই। শূমাঙদা নুংশা যাইদুনা ফম্লিবা সনাযাইমনা মমাযদা যৈশিল্লকপা নুংশাগী মঙান্দু খুৎ খন্দুনা যেংলগা মথন্তা মপৃক্লীংদা হাযজবকই, "হৈমা! সিদি বীনাসখিনিনা, কদোমদগীনো মানা তৌবকইসিদি"।

বীনাসখি নোংমখক যূমসিদা লাকখি অতিথী অমা ওইনা মদুগী মতৃং তাবদা চহী কযাগী মতুংদা ঙসি অমুক লাক্লিবসিনি। ফনা মুন্না খঙনববসু সনাযাইমা ঙসিদি বীনাসখিগা কযা মায ওনশিন্ননীংদে। মদুগী মবম কযা লৈ। অবং অবাক্কী ফিজোলনা নম্মা লৈতেংজবদুনা বীনাসখি নিপা অমগী গাডী মনীংদা নপ্পা সোবোক্তা কবিগুম্বা কান্দা উবা ফংখি। সনাযাইমনা অদুবু থৌওইনা উশিন্নদনা লাকখি। থৈদোক্কুনতা লৈবকপনি। ঙসিদি মায মায ওনশিন্নবে। ইকোই হেক কোইদনা ঙাংলকই:— অঙাংশিং অমত্তা উদেনা, অঙাংগী পোৎ খবা পুবকপনি।

সনাযাইমনা মযূমদা চঙলক্কুনা লেপ্পলববা মীনিকো খন্দুনা তঙাইযদনা হবাও হবাও তৌবা মালহল্লগা খুমই, "ইবেমা লাও কবি খর্বক্কিনো ঙস্তানা"?

সনাযাইমনা বীনাসখিবু ইমুংদা চঙদুনা ফমহান্নংদ্রে। কোক হেক থাদোকখ্রগে খন্দুনা মনাক্তা লৈবম্বা মোবা অমা সুমাঙ মাচদা থাবগা ফমহল্লি।অদুদগী মাগী নুপী কৌথোক্কুনা উনহল্লগা ইমুংদা অদুম চঙখ্রে। বীনাসখি সনাযাইমগী নুপীগা বাবী শাবদুনা লৈমিন্নহৌবে।

সনাযাইমা নুংশা যাইনীংবনি অদুবু, নুপীদুগা কযা মায ওনশিন্ননীংদবদগী ইংখ্রবা ইমুংদুদা চঙলকইবনি! অইংবদু খাঙননবা কম্পোব অমা ইনশিল্লগা ফমুংদা ফমথবমই, অমদি ৱাখল অমদা তাওথবকই।

নোংমগী য়াচঙবা মতমদা তুফক তফাই চল্লবা নিংথমথাগী হৈনীংদ্রবা নুমিৎ অমদা সনায়াইমাগী মরুপ ইন্দ্রসেন লাকখি। মা মথন্তা নৎলমদ্রে নুপী অমা পুদুনা লাকপা ওইরম্লে। মানা কুইনা খঙনজরকপা নুপীনি। ইন্দ্রসেন নুপীদু চেল্লকপনি। সনায়াইমগীদা থৈররিবনি। সনায়াইমগী অহল লমন্না হরাও হরাও তৌরদুনা শরেং থোংবা মথেনকা তৌহন্দুনা ইন্দ্রসেন্না চেল্লকইবা নুপী অদু ওকপিখি। মাবু কয়াদা নুংশিনা য়ূমসিনা ওকপিখিবা লক্ষ্মী চঙলকপনি খন্নখি। ইন্দ্রসেনগী কন্যা ওইগদৌরিবনি। ইমুংগী অঙাং নুবীশিংনা ইনম্মা হায়বা মিংগৌনা কৌদুনা ওকখিবনি। সনায়াইমগী অহল লমন্না বীনাসখিবু ওম্হোক্লা লক্ষ্মী চেল্লি ইমুং নুংঙাইনি হায়নকা হায়খিবনি। ইন্দ্রসেনগা মাগা লুহোংদুনা মতৈ মনাও ওইখ্রবনি। সনায়াইমা ইপন পম্থদনা মপান্দা লাইরিক তম্বা চৎলুবে মাগা উন্নখিদবা কুইখ্রবনি। কুইনা উদ্রবা ঙসিদি য়ূমসিদা লাকইবনি। নোংমা মানা লাকখিবদুগা ঙসি লাক্লিবসিগা খেন্নে।

সনায়াইমগী ৱাখল কায়রমই। মাগী নুপী মপান্দগী ইমুংদা চঙলকই অদুগা হায়বকই, "যাম্বুংগা উন্নগে হায়রিয়ে বীনাসখিনা"।

সনাযাইমা খুমই, "ঐগা উন্ননবগী মবম লৈতেনা, নঙগা ঙাঙনবা য়াবা ঙাঙনখ্রো অদুগা কোক হেক থাদোকখ্রো ঐ মাগা উন্ননীংদে"।

মাগী নুপীনা খুমলকই, "কৈনোদা মীগী য়ূমদা লাক্লগবু অদুম হায়না তৌবনুদা, সম্বা ফত্রবসু য়াম্বুংগী মরুপ অমগী নুপী নৎত্রানে"।

সনায়াইমনা খূম্লকই, "মদু হৌখ্রবা ৱানি ঐগী মরুপ ইন্দ্রসেন শিখ্রে মানা অতোপ্পদা ময়ূম পানখ্রে মা অনৌবা পুন্সি অমদা হিংবা হৌখ্রে ঐদি হৌখ্রবা ৱাবী ময়াম অমুক কোৎথোকউবা পামদে নীংশিংদবা পামই, নঙনা থেমদুনা খবা থাদোকখোনে"।

মতৈ মনাও ঙাইহাক ঙাঙনরবা মতুংদা সনায়াইমা মপান্দা থোরকপনা চুমগদমাল্লে খন্দুনা থোবক্লুনা নুপীদুগী মনাক্তা ফমথরকই। বীনাসখিদি ফনা হোংলম্লে মাগী ইকায় থীগনবা লেমজবা নুপী অমা ওইবদু নৎলমদে। ইচঙ থৌনা লৈবা উই মরু মকৌ লুকপী নুপী অমা ইওই ওইদ্রে। ইথৌ হেক থৌওইদনা মানা হায়রকই, "য়াম্বুং, থৌদোক ৱাথোক তাক্লসি নৎত্রবদি ঐখোয় লোইনা

তৎনখিদৌরে হন্দক পঞ্চমিদা নচানিপাগী লুগুন থাংবা অমা পাঙথোকপিগে হায়দুনা লেপই, ঐদি বার্তোন তৌরক্কনিকো লাকপিদবা য়াদেকো"।

সনায়াইমা তন্না খুমই, "হোয় হোয় নঙ কৈদৌবা লাকপনো করি হায়গে"?

"সুম ঙন্তানা থবক অমা চৎলুবনি অদুগা নহানমখৈ চঙগে চঙগে খন্দুনা লৈবনি তাঞ্জা অমা ইচা চাদবা ঙসিদি তাঞ্জা অমা চায় হায়দুনা সুম চঙলকপনি" বীনাসখিনা খুল্লকই, অদুদগী মানা মখা তারকই, "য়াম্বুং, ঐখোয়গী হসবেগুদুনসু য়াম্বুংবুসু খঙননীংই হায় নোংমা পুদুনা লাকচগে খল্লি"।

ব্রাদু লোইবা ঙাইঙমদনা সনায়াইমনা তাপ লাক্কুনা খুল্লকই, "হুম, হুম, লাক্কনু ঐ মাগা খঙনবগী মথৌ তাদে, খঙসু খঙননীংদে নঙসু নথৌ অমা নয়ূম অমা পাল্লিবনি মদুদা মায় ওনশিল্লু নঙগা ঐখোয়গী ইমুংগগী ব্রারীদি লোইশ্রবনি মল্লবনি মদু নীংশিংদবনা চুমগনি"।

ইচঙ থৌনা চঙলকইবী মশাদা নাচুংবা অমত্তা ফাওজদবী তোররিংবী নুপী অমা ফুম্বংনহনখি সনায়াইমগী পাওখুমদুনা। খুল্লকইবা পাওখুমদু ফনা কল্লবা চৈনা অমনি তোকপা য়ারবনি অদুবু সনায়াইমা মখা শমথরকই, "য়েংও, ইবেমা মীওইবসি ওইজবা অদুম থিবনি, ঐসু অদুমঙায়"। নঙ ঐগী মরুপকি নুপী অমা ওইরিঙৈদা ঐনা নঙবু বেবহার তৌনীংই মরমদি নঙ ঐগী মরুপকি নুপীনি মাগী শাগৈগী মৌনি। ঙসিদি মা শিখ্রে, নঙসু ফীরোয় ফাওবা লোইবা ঙাইঙমদনা নিপা অমদা অমুক ওঙশিল্লে অতোম্বীনি হায়নসু তায়। নঙ ঐগী মীৎয়েংদা ঐগী অদুঙৈগী মরুপকি নুপী অমা ওইরম্বগী শক্তমদুদি নৎত্রবনি, ঐ নঙগসু উন্নবা পামদে মদুগী ব্রারী অদু কাওখ্রো অদুগা ঙসিগীসিনা অরোইবা ব্রারী ওইসি"।

বীনাসখি কপখিবগুম তৌই মখোল হাইফেৎ থোক্লা সনায়াইমা মতৌদুদা নুংশিবদি লায়রদুনা অহোয়ননা য়েংনীংদবা ফাওরকই। মাবু ইন্দ্রসেন্না কয়াদা লুনা তৌখিবা। মা উদ্রবদি লৈবা ঙমদে হায়, মাগী ব্রাখন্দা তৌই মাগী ব্রারীদা লী মাগী ব্রাদা ঙাঙই "ঐখোয় বীনা" হায়না হন্না হন্না পল্লদুনা। মদুগী বীনাদুনা মাবু অদুক লুনা তৌজরম্বা নিপাদু হেক শিবগা ফীরোয় য়ৌবা নংদনা মপামদা হনগ্রগা অতোপ্পা নিপাদা ওঙশিনবা সনায়াইমা নুপীদুবু য়াম্না ব্রারৌই অদুবু কৈসু তৌবসু য়ারোই

মী মীগী অপাম্বনি। অদুবু তৎখ্রবা ৱারীদু মপা ইচা চাদনা শমজিনবা পাল্লিবী নুপীদুগী ৱাখল্দু সনায়াইমা শৌগৎনীংদে।

কোম্ব্রোং লোমদগী ইঙ্গ্লাং য়োনবী মালতী চঙলকই। মা মরক মরক্তা ইঙ্গ্লাং নাপী পুরদুনা য়ুমদা হেক হেক থাববনি। মাদি মাঙ্গোন দাবি মপান্দা মাগী পোৎ অদু থারদুনা ঙাঙবা হৌরকই, "ইঙ্গ্লাং পুরকইয়ে খরা লৌবিয়ো ইবেমশিজ খামেনশিনবা, কোবী, আলু অবেরচাইবী ফজবা য়াওরিযে"।

ইমুংদগী সনায়াইমগী নুপী থোরক্তুনা থুমোক্তগী ইঙ্গ্লাং নাপী য়েংই। কপ্লন্বী বীনাসখিসু মশাবু ফাজিঞ্জরগা হঞ্জিন্দুনা লৈখ্রে। সনায়াইমসু ঙাঙম্বদু চপ লেপই।

ইঙ্গ্লাং য়োনবীদুনা হায়রকই, "ঐ হয়েংগা হংচীৎকা লাকপা ঙল্লোই ঐখোয় মহোয় মপাগী চহীগী দিন হংচীৎ তারি লাইদা লাইরুক অমত্তং কৎকে হায়দুনা তৌরি অদুনা ইংখোলগী পোৎ চৈ মখৈ লোইনা হেক্তুনা য়োন্নবা পুরক্লবনি, খরা য়াম্না লৌবিয়ু ইচে হোঙনা পীরমগে"।

সনায়াইমনা ঙাইহাক্কী মমাঙদা ঙাঙনরম্বা ময়ামদু থৈদোকখিবা য়াননবা ইঙ্গ্লাং য়োনবীদুদা ওনশিল্লমই, "ইতৈমা, তাদগী দিন চহী খৃদিংগী শোয়দনা অদুম কৎলিব্রা"?

ইঙ্গ্লাং যোনবীদুনা খুল্লকই, "কৎতদি কৈনো! ইচা অনী পোক্তুনা অৱা অনা থিদনা চফু উয়ান্দগী হৌদোকমিন্নবকপনি লাইবক থীদুনা মা লৈখিদর্বনি হিংহৌরিবা মাগী নুপী ঐ লৈরিসিদি মাগী দিন অমা কৰি অমা ঐনা কৎপীদ্রবদি কৈদৌর্ননি মাগী নুপী ওইনা হিংহৌরিবা ঐসি মদু তৌনবা লৈবিবা নৎত্রা"?

বোবাদা পুরকপা আলুদু লৈমায়দা হৈদোক্লগা অমুক মাগী ফৈজাদু কম্প্রোক্তুনা লৈমায়দা থারগা ফমথরদুনা মচীন্দা অমুক ঙাঙথবকই, "ইতৈমানা লুখ্রা ওইরকইবসি চহী কুনমাথোই শুবদগীনিনহৈ। ইচা অনী লুকমায় পাল্লগা থাক্লকইবনিনে মীনোক মীশা মরকসিদা। চহী হুম্ফু তানখৎলক্লর্বনি ইশূকা ময়াম অমা লৈরপোৎনিদা ঙসিদি। ঐদা নত্তে লুকমায় পানবী নুপী লুখ্রা ময়াম অমা য়াওরিবনি। ইচা পোকথোক্লগা নিপা শিখ্রে হায়দুনা য়োক্লমদবা য়াপোৎ নত্তেনে ঐখোয় ময়াম মরক্তা মচাশিং ডাক্তর ওইহনবা নুপী কয়া অমা য়াওরিপোৎনিনে। মপা লৈত্রগা কৈদৌরগে মমা ঐখোয় লৈরিসিদি খুৎতেকপা মীৎ তাঙবসু নত্তবদা"।

পোৎয়োনবীদুনা ব্রেঙ ব্রেঙ ঙাঙলদুনা পোৎ হাবা লোইরগা অমুক ঙাঙ ঙাঙদুনা থোকখি। ঙাইহাক্তংদি বীনাসখিগী ব্রা কাওরুই খংনীং নীংশিংলকই। মা ফম্লম্বদগী হৌগৎলক্লে। সনাযাইমগী নুপীনা থিন্দোকখি অদুগা মচীন্দা হায়খি, "মরক মরক্তা লম্বী লমদাং থোকপদা হেক চঙলকউকো"। সনায়াইমদি ব্রা অমত্তা হায়খিদে। মাগী মরুপকি নুপী ওইবম্বনি ঙসিদি অতোপ্পদা ওঙখ্রে মাগী মরুপ্তুগী নুংশিবা মচেৎ অমত্তা মঙোন্দা লৈবমদমালে খল্লুবদা মাগী থমোইদা য়াম্না ব্রাহৌই। লৈখিদ্রবা মাগী চহীগী দিন কৎপিরমগদ্রা মদু কৎপিরক্লবা হিংহৌবিবী নুপীদি অতোপ্পা অমদা ওঙখ্রে ফীরোয় ফাওবা নংদনা। অঙনবা অয়ুক্তা পৃক্লীং খোয়বাঙ খোযশাওননা হৌবদু খরা কোক্লনবা সুম লৈকায় সোরোক মচিদা হোটেলদা মীয়াম তিন্দুনা লৈবদু মদুদুম য়াওকুগে হায়না সনায়াইমনা পৈশা অচোইবা খবা পাযরদুনা থোরকই। সোরোক মচীন্দা লৈকায়মচা লেঙমান্নবা মোহোবী মখুৎতা চা গ্লাস অমা পাযবদুনা লেপ্তুনা লৈরমই। মাবু উবদা লাওরকই, "সনাযাইমা চা পাযবগ্রা অমত্তা পায়রলাওনে লৈবাক্কী বাজনীতিগী ব্রারী খবসু তৌশি লাওনে"। সনায়াইমা মোহোবীগী মনাক্তা চঙলকই। মোহোরীনা হৌদোকবই, "বীনাসখিদু নখোযদা চঙনি হায়না চঙখিবদাই"। বীনাসখিদু মখোয়গা ওফিস পুনবনি অদুনা খঙনবনি।

সনাযাইমনা খুমই, উং লাক্লমই, ঐ মা লাকহন্নিংদে, কৈদৌবা চঙলকইবনো খঙদে মা ঐগী মকুপ্পা লৌরম্বনি অদুগা কযা তৌ ঙমইনো ঐগী মকুপ্তু শিখিবগী ফীবোয় য়ৌদ্রিঙৈদা অতোপ্পা অমদা চেনখ্রবনি ফবে অদুসু ওইজবসন্নুনে, অদুগা ঐখোয়দা কুইরবা মতুংদা ঙসি লাক্লগা মাগী নিপাদু পুবগা লাক্কেকা হায়নহৈ যাম তৌঙমইনহৈ। ঐনা খঙননিঙদে লাক্লনু হায়খ্রবনি।

মোহোরীনা চাগী গ্লাস অদুদা চাদু অমুক্তং চিংলগা তপথনা হায়রকই, "ভাই নঙনা হাযরিবদু চুমদি চুমই, অদুবু নঙনা খল্লুদবা ব্রাফম অমসু লৈ, নহা ওইমা লুখ্রা ওইরগা তরামচাতিনবা ওফিস অমদা থবক তৌবা মদুসু মীনোক মীশা খাঙদুনা লৈবা হায়বসি ওহ্মোক্লা ব্রাখ্রবা পোৎ অমনি। মীনোক চাওবা ময়ামদুদগী মীনু চঙলক্তনবা পাম্বে অমদি নিপা অমগী মরুম থুপ্পা লৈবা হায়বসিনি। মদু খাঙবা খরা কন্দবা অশোনবী নুপী অমদি ময়ূম অমুক পানবা তাই, বীনাসখিসু মদুমক্রি।

তেল্লবা মীওইবগী পুক্সিদা শিগ্নবা নিপা অমগী ৱাখন্দা উংদুনা লৈগদৌ শরুক মপাং অমা থিবসিসু ফংত্রনে ?

সনায়াইমা তুমিন্না লৈ। হোটেল মনুংদগী ময়াম অমনা সনায়াইমবু কৌশিল্লকই ভোট ময়াগী বাজনীতিগী ৱারী ঙাক্তনি। নুপী থাগৎসি হায়নরি। ৱারী ময়ামদগী মনুংদা নুপীগী পাঙ্গল হাপ্পগী ৱাফম অমা কন্না খন্নরকই। নুপীনা লৈঙাক চুপ্পী পায়হন্নীংবসু হৌদোক্লরকই। নুপী মীরেপ শৌগৎতুনা য়েংশি হায়নরকই। সনায়াইমনা খল্লি, “ৱাফম ময়ামসিবু ময়াম্না তশেংনা পান্নবজাৎলা নৎত্রগা নুপী ভোটর ময়াম খোম্লবা লৌ ওইরিদ্রা। সনায়াইমাগী ওইনদি ৱাফমদু খন্ননবা মতম খরা চঙখিগদৌ মাল্লি।

# আম্মানা আম্মাবু শকখঙবা

ধনচন্দ্রগী পুন্সিদা অয়ুকসিদা ফাংনরিবা থবক ময়ামসি লেংবগী লোইবা নাইরোই। থক্লনবা ঈশিং লুমখৎপা, ইরুমায়থজবা, ধুপ থাউমৈ কৎপা, চা লোনখৎপা, হৌখিবা অহিংদা চাখিবা পুখম তেক্কোৎ ময়াম ফেঙবা, চাগা পানবা অচাপোৎ খরা হৌবা নৎত্রগা অহৌবা ওইনা হোটোন্দগী লৈরুবা, চা শেম্বা লোইরগা য়াহৌদ্রিবা অঙাংশিং হৌদোকপিবা, মখোয়বু মমায় মমীৎ তাহনবা, অকোন অহানগী খৎনবদু খামদোকপিবা, ব্রেকফাষ্ট হাওতে হায়দুনা থাবাগী হোটেন্দগী তল লৈবা থোকউরগা হঞ্জিল্লকপদা চাদু ইংলম্লে হায়দুনা নিংঙাই তৌরক্তনবা চাদু মৈথক্তা অমুক থাঙ্গৎপা, অঙাং অতোম্বীদুনা পূং তরেৎ মখায় নংনবা স্কুল কাগদবদু ফিরোল শেৎচিনবিবা, স্কুলগী টিফিন পুননবা টিফিনগা ঈশিংগা থৌরাং তৌবিবা, লোইফাৎত্রিঙৈদা ভান লাকপনা হাঞ্জিল্লকপা, অদুদগীদি অঙাংদু পম্বদনা হেক থাদোকখিবগা অঙাং মমা সাহেবতু নুংশিনা মশা নোমদুনা মতম চঙনা হৌদোকপিবা, অদুদগী কায়নথঙদা লেঙখৎক্রবদা মায় মীৎ তানবা ঈশিং শারমই-শারমদে, টোয়লেটতা পুশিনখিনবা খবরদু রেডি তৌরমদে হায়দুনা ঈশৌ লাংখৎলকপদা মচা নুপী অহন্দুনা তানীংদে হায়রুবগী লাওখৎনরকপদা খৎনবদু খাম্বা।

মচাশিংকা অমত্তা মনাক নকউ য়াপোৎ নত্তে পুরা অঙাংমচানি সোনিয়া। মফম চানা উৎলুফম ইরৈমক লৈত্রবসু ঙরাং অহিং চিন্বান্দা মায়থোঙদা য়েকখিবা, শঙখিবা, ঙৌরবা কুচুগী মথক্তা চূননা শঙলবা মেকঅপতুনা পুল্লং হেক লংখিবদু ইকোকপু কোক্ত্রি। পারবা গাউন অমনা কুপ্লবা হকচাংদু লেঙঙম শাঙমদা য়ূমদু থক থক থক হেক নীকপমখৈ ঈশৌ লাংখৎলকপদুদি অকোয়বদা লৈবা কাঙবুনা নাকোঙদা লশিং মেন্দুনা খাঙনরিবনি। অরাংথঙগী ধর্ম্মসিংদু মশাগী লমহুন নুংশিৎ অমা অদুক লৈজবতনি অদুদা ধনচন্দ্রগী নুপীনা লেপ্তুনা চাং নাইনা ঈশৌ লাংবা মায়োক্লবদগী ব্রাখলসু ইচোই চোইবা অমসু য়ওরকই হায়দুনা নহানদি রাঞ্চি য়ৌগ্রে হায়রি। লমদমসিগী ডাক্তর অমত্তনা লাইওঙদু খঙবা ঙমদে হায়রি। মখা থংবগী

বহাদুরদি য়ুমগা ইংখোলগা থংনবদা য়োল্লল্লগা ময়ুম হোংখ্রে। মখোয়দি অব্বাবা কোক্লুখ্রে অদুবু, য়ুম হোংবা ওমজদবা অতৈদি অব্বা মৈশা লাংদুনা লেল্লি।

ধনচন্দ্রদদি মাগী য়ুম্বুবীবু ইশাও শাওজদে। লুনা তৌথোকই, পংপেন্দা পেম্থোকই,পংনুংদা নুংশিরুই। তশেংনা নুংশিবা হায়বসি মাগীসি ওইবা তাই মীনবুদি আধামোরা হায়জরবসু। নুংঙাইবা হায়বদুদি পূক্লীংগীনি। মশা মশাগী ইন্দ্রি, কায়াৎ থব্বায়, হকচাংদা ফাওবা ঈথিল অমনি। মীনা মপাম্থোংদা উবিবদু নত্তে। তৌবগীবুদি নিপা অমনা মাগী নুপী অমগী মফমদা পাংবা মতেংবু মদুগী ঙমখৈ অমা লৈবা হৌনব্রা? তৌরিবমখৈ ব্রাৎলবনি। ধনচন্দ্রনা সোনিয়াগী শকফমদা ঙাওর্জাখবনি। ঙসি মচানা নাওরোল অহুম কারফাওবদা সোনিয়াগী হান্নগী শকফম অমদি কুচু মাঙখিনি হায়দুনা পাখৎচনা শেন্নজরিবনি। থবক্কা অমত্তা শৃহনপোৎ নত্তে। মখুৎতা হামদুনা পীজরিবনি। হয়িং খেনফমদা পোকপী লাইবক ফবীনি। থবক শৃদনা অহাও অথুম য়াম্না চাবগী অদুক খরা নোয় পেনবগী ব্রানি। ব্লড প্রেসরনা খরা কন্না লৈবদগী ডাক্তরগদি ইথা থানবা য়াদবগী ব্রানি।

ধনচন্দ্রনা সোনিয়াদা য়েংজ য়েংজদুনা হায়জে, "ঐদি নুপীসি নোয় পেনবনা হেন্না পামই। য়েংবদা কল্লক হেক পেল্লি, নুপীদা ঙারোয় শাবান তাবসিদি নুংশীৎনা হুম্বদা পাইখিদৌ মাল্লি"।

কাশী গয়ারোমদগী থোরক্লম্বা কিথুম পুবা অমদগী নহা ওইনা তগৎ তগৎ তেক্লা লৈনবা গুলি ময়াম অমা লৈদুনা চারিবনি সোনিয়া। মাগী নিপানা মাবু থাগৎপদ্দা খুল্লকই, "ইবুঙো ঐদি সুম হায়না সুম লৈশাবীমচা মান্দুনা লৈদৌরবনে মদুগী হিদাক চাবিসি উদ্রে"।

অগাং স্কুল কানখ্রে। ওফিস খবা খেঙনা কারগে খল্লদুনা ধনচন্দ্রনা সোনিয়াবু চিংশিন্দুনা ডাইনিং টেবলদা ফমহল্লগা মঙোন্দা ঙাথহল্লগা হায়, "সোনী ঐ চাক ইনরিরক্কে নঙ নখুৎকা পায়রনু, য়েংও হাওদোইজাৎনি চকহব্রাই অনৌবা কাংশোইগা যেন্দেম ইরোম্বগনি, ঙারৌসু য়াওরিপোৎনি"।

সোনিয়ানা নুংশি হৈতনা খুল্লকই, "মদুগী ইঙ্খাংদুদি নঙ হেক চাও"।

ককথৎলবা শমদুগী শাইরোমদা তারকইবা তেস্তক তৌবা শমদু তপ্পা নুংশিনা হাইগৎপিরগা ধনচন্দ্রনা হায়রমই, "ঐনা অসুক থব্বায় য়াওনা থোংলগা নঙনা চারোই হায়রিববু কবিগীনোনে"?

*সোনিয়ানা খুল্লকই, “নঙনা ঐবু হৱাই, মনা মশীং পীজদুনা জেলদা লৈহনবদু* ঙায়রে, জেলফাওবদা হাপ্তা অমদা ঙা, শা, অনী অহুম্লক্তুম পীজে হায়। অদুগা নঙনা ঐবু খুন্নুংগী ইঙ্খাং ময়াম অমা পীজদুনা শিবা ঙাইহল্লি নৎত্রা” ?

ধনচন্দ্রনা মশমদু নাম্থু নাম্থরদুনা হংই, নঙবু কবি চানীংগেনে” ?

সোনিয়ানা শক লিখৎনা খুম্লমকই, “ঐ নঙগী চেঙ হৱাই চাবীবা মীতা মানব্রো ! ইপামদা লৈরিঙৈদদি ননভেজ য়াওদবা নুমিৎ অমা যাওদে। নঙনা ঐবু ফজনা থাকপা ঙম্লোইদৌ ওইরদি ঐবু লৌরমইবসি ওৎননবা ওইবা তারেনে। নঙনা খঙদবগী ৱানি গোভর্নবগী সেক্রেটরি ওইরিবা ঙামখোজাম হাওকিপ আই এ এস সিমক ঐবু মেরিয়েজ তৌগে হায়না হায়রমইবনি। ঐনা নঙবু নুংশিকদুনা নঙোন্দা ওঙলুবদগী দষা তাবিবসিনি। ঙসিদি ঐবু পামজরম্বা ওইফসার মযামদুগী মমাঙদা ঐ চাং তারে”।

নিপা অমা ওইনা ঙসাইনা শাওবা যারবনি অদুবু ধনচন্দ্র মোমোন নোক্তুনা লৈ। মা খঙই ইঙ্খাং হাওরক্তুদুনা তৌরকইবা নিঙঙাইনি। মামক্লি অঙাং ওইবিঙৈদা মাগী মাম্মগীদা নিঙঙোল চাক্কৌবা চৎপদা মাই মাম্মদা লোন্না ওক ওইনা তৌবিরমউ হায়না পাওমৈন্নে হাযদুনা মথন্তা মশাগী মগুন শৈথাজবদা য়াম্না পোঙনা হায়রিপোৎনি। মাই মাম্মদুনা মমৌ নুপীনা পেন্ননবা ওক খরা লৌকদুনা থন্লমই হায়রিবা নুপীদুনি।

ওফিসতি থেঙখ্রে অদুবু, ধনচন্দ্র মাগী নুপীবু যাম্না নুংশিবমই। লাইফদিগুম মীগী মতেং লৌদ্রবদি হিংবা ঙমদ্রবী, অহাওবতা চানীংবী, ফজবতা শেৎনীংবী, শৃবা নোম্বদা কতন নুপী মাবু হেন্না হেন্নদুম নুংশিরুই। ধনচন্দ্র ফি হোঙ্গৎখ্রে অদুগা সাইকল ইম্থোক্তুনা থোরকই। গাডী থাক্ফমগী “তনৌবী মিট হোটেল” তম্না তনচৎ চৎলি। চৎনা চৎনা নীংশিংলকই মাগা সোনিয়াগা করম্না মতৈ মনাও ওইরকখিবা।

হৌনা হৌনা নোক্কনবী, মরমচাদনা কপচেৎপী, মীবু কয়া থৌ ৱা শাদবী, লমকেৎ লমহাইবী, শকহেনবী লিন্দাওবী সোনিয়া শেল মবাং কায়না পায়বা নিপা কয়াগী মপাং হোং হোংদুনা ওইবী, অমম্বা রেষ্টুরেন্টকি কাবু খোয়দাজবী, মপা মমানা ফংহনবীবা ঙমদ্রবসু মীগী মরক্তা চাদুনা চাউখৎপা সমাজগী চাকচা লোনচৎতা লাইমিং লৌজরকপী নুপীনি। সবকারগী ওফিস অমদা কেরানীনিমচা

অমা ওইজবা ধনচন্দ্রগুম্বনা মনাকফাও নক্কুবা ঙম্বা নত্তে। অদুবু, অহাওবা ঙাগী মথেল মরক্তা চম্ফুৎকিসু চন্নফম ইরৈ লৈতবা নত্তে। ধনচন্দ্রগুম্বা চম্ফুৎ অমা ঙাথোংবগী মথেল মরক্তা সোনিয়ানা কয়া লুনা লৌবিরম্বা নত্তে। শেঞ্জাও পায়বা ওফিসার, ইঞ্জিনিয়ার কয়াদু ফনা লৈজরবসু সোনিয়া ধনচন্দ্রগী মফমদা চঙজবা তাখি। যূমপান্খ্রবদি মৌ ওইদুনা নুংঙাইবা অমত্তা য়াওবা ফংলরোই খন্দুনা ফনা কুইনা যূম পান্দদুনা লৈরকপনি। নোংমা সোনিয়া শেঞ্জাও পায়বা মীওই খরগা অয়ুক ঙস্তাদগী চীংয়া-তময়াদা প্রকৃতিগী ফজবা য়াওবা কোয়রুবনি। অদুবু, নুমিৎ অদুদি মতম্না থেঙদোকখি, মা নিপা অমদদি চেন্দবা ইয়া য়াদ্রে। মদু য়ৌশিল্লকপদদি মাগী মপাং অমত্তা ওইসি য়াদদুনা মীমাঙ ফম্বা তারক্লবদা ধনচন্দ্র নীংশিংলক্তুনা ঙা থোংবা চাজনীংবী সোনিযা চম্ফুৎ চাবদা মতারে কমদৌনি। নৎত্রগা মপাম চাকসু চাদা মবাচাকসু চাদা, কহামাঙ, খুজাই কায় তাদৌবি। নিপা ওইবগী লিংজেন শির্বাশ, চঙঙ চঙ, ধনচন্দ্রনা সোনিয়া চেনখি। নুপী ময়ূম্না শাওজিন্নদুনা লুহোংবসু হোঙখিদ্রে, আউনপোৎসু তম্লক্ক্রে, নিপা ময়ূমদা হোঙখি। ধনচন্দ্রনা মরম ওকপা নিপা ওইদুনা মথক্তা লাঙখৎচদুনা যূম পাঞ্জরকপদা ঙসি মচা নাওরোল অহুম কারে। অদুবু, সোনিয়া অদুঙৈগী পুন্সিদু ইকাও কাওথোক্তনা মমা অমা ইওই ওইনীংদ্রে মা তোর্বারিংবী সোনিয়াদু অদুম হোংদে।

ধনচন্দ্র তনৌবীগী হোটেল য়ৌরে।

চন্দোন ও চন্না ও মুগা ফনেক শেৎলদুনা লৈ নাচোম অমা চিল্লিবী হোটেল চঙফমগী শেল লৌশিনফমদা ফম্লিবী তনৌবী ধনচন্দ্রনা লাকপা উবদা হায়নবকা নাইদনা অঙৌবা ময়োমদু তম্লবা হায়খ্রে। ময়োমদু পুথোবকইবা নিপাদুদা তনৌবীনা হংই, মথীক্তা কলেজাগা খাপ্লেদনা? তীলহৌ মোরোক অতেকপা শুরেকো? অদুদগী পৈশা লৌশিল্লগা তনৌবীনা শোম্বাংননা হায়হৌই, "মবায়বক ফৈদকো তাদগী ইনম্মদো, মন্নানা লুনা তৌবীবা হাযবসি নুপী খরতগী মরায়বক্তা তম্লকপনি"। মাবুসু থাগৎপগুম তৌবদুদা ধনচন্দ্র পূক্লীংদা হবাওজৈ। যূম য়ৌরে। জুরি তাফমদা সাইকলদু থাম্লগা ইমুংদা চঙলকই। ফমুংদা হীপ্লিবী মাগী নুপীবু উরকই। চানীংবা ইঙ্খাংনা হাওই, নুংশিবা মশক্লা ফজৈ হায়বদুনি। সোনিয়ানা নীংথিনা লৈতেংলবা মোরেগী অহকপা চীংশুগী ফমুং ফমজাওদুদা হী পুনা লৈবদু

লাইমচামুক ফজনা উরুরে। মনাক্তা ফমথরগা তপ্না নানবিদুনা থেমদুনা নৌদুনা হৌদোকই অদুগা চাকশঙদা পুবগা চাক চামিন্নে ফমিন্নরদুনা। অঙৌবা ময়োমদু হাংদোক্লুনা ওস্থোক্না চনীং তানা য়োৎলি। ধনচন্দ্রনা পোঙজরকই মাগী নুপীবু মানা নুংঙাইহনবা ঙল্লে। অমদুদি হন্নকা য়েংদনা হূক্লি কীৎ কীৎ নল্লদুনা।

ধনচন্দ্রনা খল্লকই, "নুপীসি মাই নিপাগী হকচাং তঙ্খায়নি হায়নৈ। আত্মা অমত্তা ওইমিন্নবনিসু হাযনৈ। ঐ শূরি, নোম্লি, ইথৌ তৌরি, ইমুং পুরি, নুপীবু নুংঙাইহন্নবা হোৎনরি। অমত্তং ৱাৎলিবা হাযববু ঐগী হকচাং তঙ্খায় ওইরিবীসিগী আত্মানা ঐগী আত্মাগা নকশিন্নবকপা নুমিৎ অদুতা মঙায়বে।

# লোইশিনবিরমদ্রবা ব্রায়েনগী কাতি

বুদ্ধী ঙসাই অয়ুক্তগীনি য়ুমদগী থোরক্লিবা। ইব্রা ব্রাদনা য়ুমদো থিবা ফংলে। হাইফেৎ য়াইমরপ ওইনা ইনাক খুনবা ইমুং অমনি য়োৎকি গেট পাল্লি। লৈকোল, পুখ্রি, হৈকোল, শূমাঙ মাঙ্গোল মরাং কায়না লৈবা ইমুংনি। বুদ্ধী অসিগুম্বা য়ুমশিংদা ফনা য়াম্না চঙখ্রে। চঙখিবশিংদুদি কুম্মৈ-ফীয়োঙ, ধর্ম্ম-কর্ম্ম কয়াদা থবক শূবা খুদোংচাবা ফংবদগী থবক শূবা চঙখিবা ঙাক্তনি। অসুম্না থবকশূবা চঙবদা অচৌ-অশাং কয়া অমা খঙনরক্লবনি। নোংথোম্বম লৈরক্কী ধনঞ্জয় হায়বা আই জি পি ওইরম্বদুগী ইমুংদা থোকপা শোরাৎ, লুহোংবা, নাহূৎপা, লুকুম্থাংবা থৌবম পূম্নমক্তা ধনঞ্জয় মশানা বুদ্ধীবু মান্দোবখনবা, বামোন নেকপা, কোর্ফূ ফেঙবা, কোল লীক ব্রায়বা পূম্নমক শিন্নদুনা লাকখি। ঙসি লাক্লিবা থবকসিসু মপুসিনা লুহোংবা অমা পাঙথোকপগীদমক্তা মাগী শূমাঙদা মান্দোব অমা খর্নবিনবা নেকপনি।

লৈকায়সিদা মীতোপ কয়া অমা ভাড়াদা লৈনরি। কনানা উশূবা, কনানা চেকশূবা কনানা য়োৎ থাঙশূবা, কয়া অমনি। মসিগী লৈকায়সিদনি বুদ্ধীনা হং হংদুনা থিদুনা য়ুমসিদা চঙলকইবসে। মনুংদা কনা লৈবগে হায়দুনা মানা কৌবদা কনানো অমা খুম্লকই, অদুবু থোঙদি পাক হাংদোরক্তে। থোঙদু হাংদোকপা ঙাইরমই বুদ্ধী।

বুদ্ধী নংজবা মী অমনি। মহাক লাইর্বিক্তি হৈজবনি অদুবু চূনবা শিনফম অমত্তা ফংদবা, মরায়বক চুমদবা নহা অমনি। মদুমক্লা মাবু নীংবদি কায়হন্দে। মা শূরগা চাজবা মীনি, অদুগা নাইতোম্নি। হন্দক্তা মরৈকায়দা ব্রাফক শাবনা শিনফম ওইবা, মীগী শূমাঙদা কর্ম্ম থোকপদা ব্রানা মান্দোব খনবগী থবকসু তৌরিবা ব্রাশঙলিংবা য়ুমজাওনা মাগী কারবারদা চিংশিনবিদুনা ব্রাগী শিনশঙ শরুক য়াবা ফংজরে। কনাগুম্বনা মশূমাঙদা শোরাৎ-ফীরোয়, লুহোং কৈহোঙবদা মান্দোব খনবগী থবক তৌবীয়ু হায়না নেক্লরবদা ব্রাশঙমপু য়ুমজাওনা বুদ্ধীবু শীন লাঙবা অমা ওইনা হেক হেক থাবি। অতৈ মতমদনা ব্রাগী ফক শাদুনা মথৌ অদুম চিঞ্জবনি। চুম্না

শেন থোকপা থবকমচা খবা অসি হোৎনজবতা নত্তনা লৈবাক্কী সেবাসু অদুম মতৌজে। লৈকায়গী থৌবম থৌদাংদা, মীশি মীনাদা, অৱা-অনাদা মাঙজিন থানা চোংথোক্কুনা অদুম যাওই। লৈকাযগী শীংলুপ্তা চনবা ইমুং মনুংগী মীশি মীনা থোকপদা শিংযেন খোম্বগী থবকসু মাগীনি। বুদ্ধীনা ঙসি য়ূমসিদা লাক্লিবসিসু শূমাঙসিদা লুহোংবগী মান্দোব অমা খনবগী নাপ ওনবা লাকপনি।

য়ূমদু থোঙ হাংদোবকই। হংনবদা খঙলে য়ুম্মুদু ঙন্তানা চৎথোকখিরম্লে। নিপা মচা অমা য়ূম শঙলমই। মঙোন্দা বুদ্ধীনা লাকপগী মরমদু তাক্লমই। মাগী মথৌ পাঙথোক্লগা লোইরে হায়না বুদ্ধীনা অঙাংদুবু পায়হল্লগা ফীতা পুথোক্কুনা মান্দোবতুগী পাকপা চাওবগী মওংদু নাপ লৌবে। মাগী তৌগদবা মথৌদু লোইরে। চৎপা যারে হায়দুনা পো চৈ পায়রম্বশিংদু লোইশিনবা হৌরকপদা ঙাযরি মনাক নকপা অদুৱাইদা কনানো খরনা করিনো খরা হৌনা হৌনা ঙাঙনবা অমা তারকই, যৌ যৌ খৎনরকই, যাম্না কনখৎনবকই, হাৎলু হাৎলু হায়নবকই। সোমদা শূমাঙদা মান্দোব খনবগী নাপ ওনবগী থবকসু লোইশিল্লক্লবা বুদ্ধীনা তৌর্নবিবদু করিনো খঙনীং লকই। ভাডাগী য়ূম ওইনা তৌবা কোল্লুপ অমদনি য়াম্না লাওনবিবদো। শূমাঙদুদা লৈরিবা অঙাংদুদা হংবদা ঙবাং নহান্দগী কোল্লুপ্তুদা নুপী অমা ফাম্লে হায়দুনা খৎনদুনতা লৈ হাযনা ইশম-শম্না খুম্লকই।

ভাড়াগী কোল্লুপ অর্দুদি মীনা ফীঙৌ ফৌখ্রে। মতৌদুদদি মাসু চঙদুনা যাওকবে। মীরমগী কাঙবু ঙাক্তা ওইনা তৌই। য়ূমজাওদুগী মচি মচিদা কাতৃপ কাতৃপ নাইনা ময়াম লৈনৈ। শাড়ী শেৎপী নুপী ময়াম অমা, লুঙ্গি শেৎপা নিপা কয়া অমা, অঙাংশিংসু কপ্না লাওনরি। বুদ্ধীনা ৱাফমদু করিনো খঙনীংদুনা মীয়াম তিনবদা য়াওরিবা নিপা অমদা মবমদু হংলমই।

নিপাদুনা খুম্লকই, – ঐখোয়গীসিদা ফক্লাং ৱাই তৈবা, রংকাসু তৌবা মিস্ত্রি নীরঞ্জন হায়বা অমা লৈ। মাগীদা নিপা অমা হেক হেক লাক্কুনা লৈবনি। নহান মানা থবকশূবা চৎখ্রিঙৈদা মাগীদা লাকপা নিপামচাদুনা মাগী নুপীদু চেন্দুনা পুবিখ্রে। ঙসি মখোয় অনীমক ফাদুনা পুরক্কুনা কা মনুংদা থম্লি। নিশাবন্দ কাঙবুনা নুপীদু মরু কোক্লগা কন্যা কৎকনি হায়না সেক্রেটরি কৌবা চৎনখি।

বুদ্ধী ৱারীদু তাবদা ওস্থোক্লা হৈনদবা অমা পোকই। মা অসিগুম্বা ৱারী খরা মমাঙদা তাখ্রে। নুপী নিপা কয়া ফা ফারগা নুপীদুনা মরু কোকপিরগা লৈবাক মমাঙদা খোঙ্গোইনবিরগা মতুংদা অমুক নিপাদুগা কন্যা কৎপা। মাগী নুংদা ৱাহং কয়া অমা হৌরকই। নুপী অমবু ফনমক মরাল লৈজরবসু লৈবাক মমাঙদা মরু কোক্তুনা খোঙ্গোইনবীবা চুম্বা ? মাগী অশেংবা মপুরোইবদুগী মৱা অমত্তংসু তাফম থোক্ত্রা ? ঙসিগী নুপীদুগী মচানুপী অমসু লৈ হায়রি, মাগী ইজ্জৎতি শোক্তনবা তৌফম থোক্ত্রা ? মরাল অমা লৈরে হায়বগীদমক চৈরাক পীববু নুপীগী সংস্থান্না ঙমফম থোকপ্রা, লৈবাক্কী চৎনপথাপ পূম্বা অমত্তা চৎনদ্রবরা ? নুপী অদু কন্যা কৎলুরবদি মতুং তারকপদা নিপাদুগী মচা খরা অমুক পোক্লকপদি শোয়দ্রে। মদু থিংবা চুমদ্রা ? নুপী অমগা নিপা অমগা লুহোংবিবা ঙম্বগী শক্তিসি লৈবাক্কী আইন্দা হাপ্লা মেরিয়েজ রেজিষ্ট্রেসন ওফিসার নৎত্রগা লাইনীং লম্বী অমগী মখাদা লাইশোন তীনশোন হৈরবা লাইনীং পুরেন, শাস্ত্র খঙবা ব্রাহ্মন পুরিৎ, মুল্লা, পাষ্টরনচিংবা অখন্নবা মীওইশিংতনা পায়রম্বদু তোক্তুনা নুপীগী সংস্থানগী সেক্রেটরিনা শক্তিদু কৈদৌঙৈদগী পায়বা হৌখিবনো কন্যা কৎপা হায়বা আইন্দা য়াওদবা লুহোংবা মখন্দো ?

চফু কায়রগা ক্লাক্লা হরাওই হায়বগুম ময়ামদি ঙাইনরি, কুম্মৈদু মপুং ফাহল্লিংই। হন্না য়েংবদা মীচঙ অমত্তা লৈজদ্রবী নুপী অমা নিপা ঙাংনরমই হায়বগী মরান্দা তৌই তৌদেসু থিদনা লৈবাক মমাঙদা ফি মুনবিদুনা, মশমদু কাতিনা চপ চপ চপ্তুনা, মমায়দা ময়াম চঙদুনা তিন শীৎচিনবিদুনা, শুমজীৎনা কন কন্দুনা, মীওইবা অমা ওইবগী থৱায়দুদং খাক্লগা মশাগী নুপী অমা ওইবগী ইকায়খুম্নবা পূম্বা মরোই মরাং তাকহল্লগা, নিপাদুসু ওৎপা য়াবমখৈ ওৎলগা তৌনীংঙাই লৈত্রবা কান্দা পুথোরক্তুনা লৈপরেং অমমম হূক্লহল্লগা পোজ কয়াদা ফোটো নম্লবা মতুংদা খবরদা অমুকসু ফোঙলক্কদৌরিবনি। অদুক য়াম্না তিল্লিবা মীওই পূম্বা তৌরিবদু চুমদে তৌনুসি হায়না হায়নরকপা অমত্তা য়াওনদে।

নিশাবন্দগী সেক্রেটরী লাক্লে লাক্লে হায়দুনা ময়াম নিন্নরকই। মথীক নেম্লপ তৌবী, মশা নোয় পেল্লবী লেংঙম শাঙমদবী নুপী অমা মখুৎতা কাতি অমা পায়রদুনা লাকই। লাক্লিবা মাগী পান্দম, থাংলিবা মাগী খোঙথাং, "লৈরমউদো খঙগনি ঐগী ইতীক" হায়বগী মওংনি।

মানা লাওরকই, "কদায় লমচৎ নাইদবা নাইদবী অনীদো, মখোয়গুম্বা কয়া কয়া মবেমা ঐগী খুৎতা কেনখ্রবনি খঙদ্রিযে, লাঙ্গোল কমপ্লেক্সকি অফাওবা-অফাওবী শারম্বা ময়ামদু নেমখ্রিবসি মবেমা ঐগী খুৎতনি উশিৎতা শারিয়ে। মখোয়না মীরমদগী লাক্কুনা শৈদাংঙরগা মীগী মরৈকায়সিদা মরুম্বী মকোন শারিনে, মসিদবু অঙাং অমত্তা ব্রাবকপা য়াখিদ্রো"।

অঙাং নুপীমচা অমনা চেনশিন্দুনা নুপীদুগী মখোঙদা কোন্দুনা কপ্পুনা করিনো হায়জরকই। ময়াম্না হায়নরকই, ওক্তবীদুগী মচানিনে মসিমসু খরা লৈরগা মরাইনা হৌজরক্লনি।

মচাগুম্বী নুপীমচাদুনা অদুক নুংশিনা হায়জরিবা তাননবা নাকোংকা পানপোৎ নৎত্রে। নুপীদুদি থাক য়াম্না ব্রাংখৎখ্রে। অদুগুম্বী অঙাং অমনা ঙাঙবকাদি তাবা ফংপোৎ নৎত্রে। কোল্লিবা মখুৎ মচাদু ফৎ কন্থৎতুনা হন্দোকখি। মাগা লোযনবকপী নুপী অমনা মবাল লৈজদবী অঙাংদুগী মখজাদা শেৎ শেৎ থাজিনবী। ওম্থোকপা শা ঙাগী মতৌনি। নুপীদু হেক লাকপগা মাগী মথৌ পাঙথোক্তে, ব্রাজাও ঙাঙথরকই, — হৈ! হৌজিক কানগী শেঞ্জাবা যুগসিদা পুলিসসু, ওফিসারসু, জজসু লোইনা শিরবনিনহৈ। ঐখোয়নি নুপীননিনে নুপী লান হৌখিবদো। নিপামখোঁদি মকোক অমত্তা য়াওদ্রবনিনহৈ। ঐখোয নুপীনা ঙসিদি ব্রায়েন কাতি পায়রবনি, হেরা উশীৎতবা শারদুনা।

ময়াম্না ঙাইনরিবসে অতৈ নত্তে নুপীখুৎকি চেয়ারমেন ইমা অমুসনা কৈথেল কাখ্রে কৌরুনি হায়না চৎনখি লাক্ত্রি হায়দুনা ঙাইনরিবনি। সেক্রেটরিদুনা লাওবি, ইমা অমুসনা লাক্লনি। খঙগনি ওক্তবীদো মফি মুন্দুনা ঙৌরোক ঙৌনা মীমাঙ ফমহনগদবনি, অদুগা মশমদু চবৎ চবৎ চপকদবনি।

বুদ্ধী ব্রাফমদু তাবদা কিবা ফাওই, মা হন্না হন্না তাখ্রে। খববদা হাপ্পুনা য়াওরকপদগী পাখ্রে। নিশাবন্দনা নুপী মরুকোকপা, মশমদা খোঙউপ, শুমজিৎ পুনশিনবিদুনা লৈবাক মমাঙদা পুংজাও থীন্দুনা পুবীবা। অদুগা নিপাগা চৎমিন্নরমই, ফমিন্নরমই লৈমিন্নরমই হায়দুনা কন্যা কৎপা হায়বদু পাঙথোকই হায়বনচিংবা। বুদ্ধী তাবদা ব্রারবা পাও অমসু তাখি। মাগা য়ূমশাবদা যুগালি ওইমিন্নরম্বী মংহিদেনগী মালিকাসু নোংমা মদুগী দযাদু তাহনখি হায়, নুপীগী

সংস্থান অমনা। বুদ্ধীনা মথন্তা শাজিল্লি, মালিকাগী নীংদু য়েবা অমংবা নোং মাল্লবা শম ময়াম অদু। থবক শূবা মতমদা মাগা লেংথৈনবদা শংব্রে, খামেলা য়েনশিনগা তিন্নরগা ফৃৎলবা চেংহীগী মনমদু য়েল্লকপদো মাগী মশমদগী। কয়াদা নুংশি হৈখিদ্রবনো ? মালিকানা কয়াম লানখিদুনবু মাগী মীচংদা জিব অমণ্ডা লেপখিদবা। মালিকাগী শন্নাং ময়ামদো নুংশিহৈতনা ককপীখি হায়য়ে কাতি পায়রিবা তমথীবা মখূৎ পাপী অদুনা। মাবু কয়াম অরানবা তৌদবা মীনো কাতি পায়খিবা মীদো ? কনাগী ব্বারেপ্পা মঙোন্দা মদুগী দণ্ডিদু পীখিবনো ? বুদ্ধী যাম্না ব্বারৌখি কাতি পায়বীদুগী মথন্তা। অদুবু, মাগুম্বা মীমচা অমনা করিদি তৌবা ঙল্লি। মদুগী ব্বারীদুনা থমোই শোকহনখিবা খজিক খজিক ফরকপদা ঙায়রি। ঙসিদি বুদ্ধী মমীৎনা শংশঙ উগদৌরি, মনানা তশেংনা তাদৌরি খনবা হৌবকই অদুদি ঙসিগী ইকায়বা নংগদবা পংকুই কুইদ্রবী নুপী অসি ইকায়বসিদগী কনবা ঙমগদ্রা ? বুদ্ধী য়াম্না কন্না কন্নিংই। অদুদদি করি উপাই লৈ। ইমা অমুসনা হায়বী অদুদা হায়জরগা মচানুপীগী য়েংদুনা নুপীদুগী ইজ্জৎ কল্লু য়াগদ্রা ? যাগদবা মান্দে। মখোয়না কনাবুসু ঙাকপিখিদ্রি। মখোয় ঙাকপিবা হৈতে মীঙোন্দা অব্বাবা পীবদনি হৈবা। মীগী ময়ূম মৈ থাবা, নুপীগী মরু কোকপা, কন্যা কৎপা, লৈকায়দগী তাম্বোকপা, ফাইন তৌবা। লৈবকসি ব্বায়েন লৈতবগুমই, ব্বায়েনশঙ লিংদবগুমই, চৎন পথাপ শোম্ভবকপংগুম তৌই, মসিরা কলি হায়বদো খল্লকই বুদ্ধী।

নোংমা সভা মমাঙদা দ্রৌপদিগী ফি মুনবীখি। অদুবু দ্রৌপদিগী ফি চিংখিবা খুৎ অদু নিপাদ্নি, নুপী নত্তে। নুপীগী অব্বাবা খঙবিনবা মফমদুদা নুপী অমত্তা য়াওখিদে। নুপীদুনা ঈশ্বর কৌদুনা কপখি। ঈশ্বরনা মাগী ইকায়খুম্নবা ঙাকপিখি। ঙসিদি লৈবাক মমাঙদা নুপী অমগী ফি মুনবিগদৌরিবা মরু কোক্কদৌবির্বাস নুপীননি। লাইবক থীবিদুনা ফনা কপ লাওজরবসু ঈশ্বর লাক্লরোই। যুগসি আইন মীনা শাই, ব্বায়েনসু মীনা তৌই। নোংমা খংচিং লাইরেম্মনা মাগী ব্বায়েন কাতিনা লৈবাক্কী অচুম অরান ব্বায়েনবিরমই হায়। অদুবু হৈমন শিংমল্লবা মীওইববু উবদা য়েংনীংদদুনা মাগী ব্বায়েন্নবা কাতি অদু মফম চানা শিন্নবিরমদনা, লোইশিনবিরমদনা হুন্দোক্তুনা থম্বীরম্লগা ব্বারৌদুনা পাইখি মচা মনাইশিংদা পুকমেন পাওমেন্নবা খুদোংচাবা অমত্তা পীরমদনা। ব্বায়েন চৈরাক করামচাওরবা

মীওইবগী মখুৎতা তাহৌই। অচুম অবান ওন্দুনা কক্লস্বা কাতি অদু পায়ফম থোক্তবা খূৎ খরনা পায় পায়দুনা শিজিন্নরি। নুপীবু লৈবাক মমাঙদা খোঙ্গোইনবগী খুৎলাই ওইনা, লৈবাক্কী চৎনপথাপকি মায়োক্তা ব্রায়েন কাতিগী মথৌ তৌহল্লি।

বুদ্ধী খন্থদুনা লৈবা মতম নৎত্রে। মানা নীংশিংলকপসি নোংথোম্বম লৈরক্কী ধনঞ্জয় সাহেবনি। মাতনদি নুপীসি লৈবাক মমাঙদা খোঙ্গোইনবীবদগী কর্নবিবা ঙমনি। নুংশীৎকি মাঙ থানা মাগী গাড়ীমচাদু থৌদুনা মীৎনা কুপ্পদা ধনঞ্জয় সাহেবকি ময়ূম য়ৌরমই।

সাহেব অদো মখূৎনা থাঙজৌ অমা পায়রদুনা লৈকোল শেংদুনা লৈরমই। মানা লুনা তৌজবা বুদ্ধীবু উবদা সাহেবনা হান্না হায়রকই, — বুদ্ধী নঙ লাকপা ফরেদা। লাওনহৈ আতোরগুলাবশিংসে লোইনা তীন তারেনহৈ। অমুক্তা মশা থাদোক্কুনা হিদাক কাপথোকশি লাওহৈ।

বুদ্ধীনা ধনঞ্জযগী মখুৎতগী থাঙদু লৌদুনা লৈ মখোং শোম্বা হৌই। থবক শূনা শূনা মাগী ব্রারী পূম্বদু লীরমই। মানা মসিমসু হায়রমই পম্থদনা থবক পায়খৎপা নত্তুবদি নুপী অমা লৈবাক মমাঙদা খোঙ্গোইনখিবনা হাল্লনি।

ধনঞ্জয় ইমুংদা চঙখ্রে। মা ফোন তৌরি। হৌনা হৌনা ঙাঙর্নাব। বুদ্ধীনা লৈকোল শেংলি অদুগা লাইনীংই, হে ঈশ্বর পূম্নমক নঙদি উবনিকো। মানা অমুক্কসু খম্থে, মানা তৌবা ঙম্বসি সি খক্তনি, সি মঙায়। পৃংখায় অমরোম হৌখ্রে।

ধনঞ্জয় ইমুংদগী থোবকই। সে সে নঙনা হাযবদো তৌরবনি। সিটি কন্ট্রোলগী পেট্রোলিং স্কাডনা নুপীদুগা নিপাদুগা ফারবনি। ষ্টেশন্দা মখোয় লৈবে। মখাতবদি আইনগী মতুং ইন্না মরাইনা তৌজবনি, য়াবেদনা ?

বুদ্ধী হোয়সু হায়দে, মাইসু হাযদে, মনাক্তা লৈরম্বা তিলহাৎ হীদাক থন্না হাপ্পবা পম্পতু তাপ পায়রগা মরাল লৈজদ্রবা অতোরগুলাপ্পু অমাঙ-অতা থোকহল্লিবা তীন পূম্নমক্তু মরু ফংনা মাঙথ্রসনু মতাগুম মতীক হেক ফুদোক্লদুনা ফিৎ-ফিৎ কাপ্পী।

# অচুম্বা ঙাঙবা হৌরকইবরা

ঙসি ছট পূজানি। বিহারদগী লাকপা মীওইনা নম্না খুরুম্নবা ইংখ্রবা মতমসিদা তুরেন্দা কুমথদুনা নুমিৎনা থোরকপা ঙাইরগা নুমিৎপু পূজা তৌবনি। মৈতৈরোন ওষ্ছোক্না শেংনা থোকখ্রবা কমলকিশোর প্রসাদতা হংলুবদা খুম্লকই, “মসিগী পূজাসি ফজনা তৌরবদি নীংবসি হেক্তা থুংবনিনে”। ভক্ত কয়ানা দণ্ডবৎ তৌ তৌদুনা তোর্বান্দা পূজাগী মফম শেম্লিবা মফমদু তানা মখ্বাঙদা ফি মতৎ অমত্তং কুপ্লদুনা লাক্লে। চৎলম্বা কনানা দণ্ডবৎ তৌদুনা চৎলিবা ভক্তাশিংদুদা মখোঙ শোক্না খুরুম্লে। মখোয় ঈশ্বর চঙনা ফংলবা মীগুম ময়াম্না লৌনরি। লাই তোংলবী মাইবী অমগুম ঈশ্বর অমদি মীগী মবক্তা পাও ফাওদোক ফাওজিন তৌবিবা ঙম্বা কাঙবুনি খন্নরিবনি। উমং লাই লাইমাঙ ফম্বদা লৈবাক কাংখোং চাইগনি হায়না ফাওরকপদা অতাবা কাঙবুনা ইমা মাইবী কনবিরম্মু কনবিরম্মু শোন্নবগুম্বজাৎনি। লাইনা তমখ্রবা ওইরবদি ভক্তশিং নৎত্রগা মাইবীনা খেৎপা ঙমগদ্রা ? ঙমই হায়নৈ মরমদি লাইগা খ্বাইদগী নক্নবা মীনি মখোয়সি।

অদুঙৈদা মযাম্না কয়া কন্না খুরুম্নদবা লাই, নীংবগী থবকসু কনখৎনরকই। লাইগী থবক্তা থব্বায় য়াম্না য়াওজরম্বী প্রভাবতী ময়াম্না ছট পূজা চৎলুসি হৌনরকপদা য়াবক্লে। মাসু তায় ছট পূজাগী ৱারী, নীংলবদি হেক্তা থুংই হায়নর্বিবা পূজাদুনি। লৈকাযদা ঞ্চ ইস্ত্রি তকপা বিহারগী ধোবী গুরুচরনগী নুপী তাড়কানা হৌবা লাকখিবনি চীংখৈনা ফীদুপ হুনবা মতমদা, “ইচে প্রভাবতী, ছট পূজা চৎলুসি”। খরায় অমদা য়ুবী, চু, লফোয় চেঙ থোইদিং খোইক থাউমৈ অচাকপা অমসু মচিদা য়াওরি মদু মকো ক্তা থোনগৎলদুনা অরংবা শাড়ি শেৎলদুনা শমখাইফমদা সিন্দুর ঙাঙনা চিংলদুনা নীংবা থুংনবা পূজা কৎপা চৎনবা হৌবা লাক্লি। মা চৎসি য়াদ্রে অতৈ লাই খুরুম্না কয়া চৎলম্বদুসু চৎখিদ্রে। মীওইবনা তৌবা ঙম্বসি য়াম্না হেক্তিল্লকই অদুগা লাইগী ৱায়েন্দি তপই। অতপ্পা ৱায়েন হাযবসি কান্নদ্রবা ৱায়েন্নি। মীনা ৱারগা লাইদা চঙজৈ লাইগী মূর্ত্তিদু উকরগা পূক্নীংদি লাকশিনবা ঙমই। নুংশিবা ধুপ অমদি লৈনমসু য়াম্না নমই মদুনা পূক্নীংদা নুংঙাইবসু ফাওহল্লি।

করিগীসু ফাওরোই, মৈফূ মনাক্তা নক্লবদি য়াইরুদ্রবসু মৈশাদু ফংই অদুগুম্না লাইশঙ মনাক নক্লবদি ঈশ্বরগী মনিন খরা ফংবা মশানা তাবনি। মদুনা মীনম্বা ভাঙনিঙঙোই, হিংসা তৌনিঙঙোই, তৌহে নৎত্রগা তৌহৈদে হায়বা লোনচৎনা ইশাবু পুনশিঞ্জদুনা মাঙনা তাক্লবা ব্বাখল কয়াদগী ইশাবু কঞ্জবা ঙমগনি। অদুবু, মীওইবগী তৌঙম্বসি লাইশঙ লাইশঙদা উপদ্রবা ময়াম অমসু অদুম চত্থবকই। নহানতনি, রাস শান্নরিবদু লিলা লোইশিল্লমদনা বোম্না পান্দুনা শিখিবদো। মীরোনবী নুপী অমগী মবুক্লুংগী মচা ফাওবা পোক্ত্রিঙৈদা বোম মচেৎনা পান্দুনা শোকহনম্ভ্রবনি। শ্রীশ্রী জগন্নাথকী মূর্ত্তিদা কনানো অমনা মখুৎ থুদেক্লমই হায়। অঙ্গো চীং মখোঙদা লাৎলিবা বৈকুন্ঠনাথকী লাইশঙ অদু কনানো খরনা মৈ থাদোক্লল্লেসু হায়খি। কালিমাইগী মূর্ত্তিদু পূজারিনা অয়ুক থোঙ হাংদোরকপদা তুদুনা লৈরমইসু হায়। লৈবাক্কী অমঙ্গলগী মশক্তি হায়না মীয়াম পূম্বা খুরুম্লে। থোঙ্গান্দা মোমবতী কৎথোক্লে লমলাইদা চবান থানৈ। অদুবু, লাইনা পীবিবা ইঙ্গিৎতু প্রভাবতীদা ইপান পন্দবগুম তৌই। মা তাড়কানা হৌবা লাক্লবফাওবদা ছুট পূজা চৎখিদ্রে। প্রভাবতী ইমুংদগী মপান থোকখিদরে।

ইকুই কুইদ্রিবা ব্বানি সুরজীৎ শিবরাত্রিগীদমক্তা শূমাঙদা মহাদেব পূজা কৎননবা লুপা ৫ পুদুনা দুকান্দগী ধুপ মোমবতী লৈবা থোকখির্বনি অযুক্তগী ব্রত কৎচরদুনা শিব পূজা তৌনবনি। মমানা পান্না তাঙ্গা য়াৎলদুনা হৈক্লক শেমহৌবি। লৈকায়গী খুম্ফম পালা অমা লৈবদু শকপা লাক্কদৌরি তৃনাথকী ঈশৈ। লৈকায়দা লাওনবা অমা তারকখি। নোংমৈগী মখোল খবা থোকখি। দুকান্দা ধুপ মোমবতী লৈবা থোকখিবা সুরজীৎ ইপা পাখৎনা চেনশিল্লকই মমাগী মনাক্তা মতুংদা তান্নরকই নোংমৈ পায়বা কমান্দো। মমামক্কী মমাঙদা মশূমাঙদা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখিরমই। প্রভাবতী মদু কাওবা লৈতে। শিদুনা তাদুনা লৈববা মচাদুগী মনাক্তা নোংমৈ অমা অদুগা পৈশা মপুন অমগা থমদুনা ফোটো নম্বীরে। মথংগী নুমিৎতা খবরদা হাপ্লকই, “সুবজীৎ লালহৌবনি, কমান্দোগা কাপ্নবদা গুলিনা পান্দুনা শিবনি মঙোন্দগী কাপ্পা য়ারিবা একে রাইফল অমগা মরু পরেং অমগা শেল চবুন অমগা ফংলে, মদু মানা যূম যূমদা চঙদুনা খায়রুরগা পায়রম্বনি, কমান্দোনা হুকথেংননা ফাবনি”। প্রভাবতী কপখিদে মীরকসু তিনখিদ্রে, সুমাঙ মতোনগী

মহাদেবগী মন্দিরসু ইশোঙ শোঙজিনখ্রে চহী অমা হৌখ্রে শিবরাত্রি তৌখিদ্রে তৃনাথকী ঈশৈ শকখিদ্রে মচা সুরজীৎসু লাকখিদ্রে লাইশঙ লাইশঙদা লৈবাক্কী অমঙ্গল ওইবা খুদম কয়া পীরকপা মঙোন্দদি চঙখিদ্রে, নুমিৎ থাবান কাওথোকখ্রে ঙসি ছট পূজা লাক্লে তড়াকানসু হায়খি, ইচে মসিগী পূজাসিদি হেক্তা নীংবা থুংবনি"। কুইনা নোকখিদ্রবা প্রভাবতী খিৎতংদি মোমোন নোকখি মরমদি মানা থাজৈ মোমোন নোকপা হায়বসি শেল তিংদবনি ময়াম মোমোন নোকপা মীনোক অমনা অমদা য়েন্নগদবনি কপ্পদগী মদুনা য়াম্না ফৈ।

নুমিদাংব্রাইরমগী মতম্নি। লৈরক্কুদা গাড়ী ময়াম অমা থৌজিল্লকই মীনা চীক্ল া চায়না ঙম্লদে। হংনবদা খঙলে সোরোক মচীন্দা লমজাওমথক্তা লেপ্তুনা লৈজবা শগোল মমা মচা অমা লৈবনি। কমান্দোগী গাড়ীনা মচাদু তকখায়দুনা শিদুনা তারে শগোল মমাদুদি হন্দোকপা তৌদনা শিদুনা তারবা মচাদু লেক্কুনা লৈখ্রে কনাসু তাম্থোকপা ঙমদ্রে। অদুদদি গাডী ময়ামদু চৎপা য়াদদুনা লম্বীদুদা ফাওরকপনি। মিউনিসিপালিটিগী মীওইনা শগোল মমাদু চৈনা কন্দুনা তাম্থোক্লবা পাও পীখ্রে হায়রি।

প্রভাবতী থোক্লকই কোম্থোং ব্রাংমদা। মচা শিবগী মৈচাক খাঙলিবা মমাদু চৈনা কন্দুনা তাম্থোক্কনি। তাবদা মা য়াম্না ব্রারৌই। মা য়েংনীংদে য়েংবা ঙমগদবা মান্দে যূমদা চঙদুনা তুমিন্না তাশিন্দুনা লৈ। ঙস্তানা ফমুংদা চঙই চাক্না অমত্তা লামদ্রে।

নোংঙাল্লে। খবব য়োনবনা খবর পাও চে ঙস্তানা য়েল্লম্লবনি নীতিগীদি কয়াবু থৌওইনা পারুদে মীশি মীনাগী পাওনা মকোক থংবা পাও-চে। অদুবু, ঙসিদি প্রভাবতীনা কুপ্না পাদুনা য়েংই। মচা সুরজীৎকি হাক্তক্তদি অশিবা মশাদুগী মনাক্তা নোংমৈ অমদি শেল মপুন ফংই হায়খিবদো ঙবাংগী শগোলমচা অশিবদুগী ফোটোসু হাপ্লকই। অদুবু কনাগুম্বা অমা হেক হাৎপগা অন্দরগ্রাইগু য়াওবনি নোংমৈ ফংই হায়বদো ঙসিদি মখোয়না হাৎতোকপিরবা শগোলমচাদুগী মনাক্তা নোংমৈ অমদি শেল মপুন ফংই অন্দরগ্রাউণ্ড য়াওরম্বনি হায়বদুদি হায়রক্তে। মখোয় অচুম্বা ঙাঙবা হৌরসনু প্রভাবতীনা মপুংক্লিংদা নীংলকই।

# ঈশিং খুয়া অমা

মানসি রেল স্টেসন যৌবকপদু নুমিৎ য়ুংবা মতুংনি। রেলদু তপ্পদি নত্তে অদুবু, চহী মতম কুইনা মবম থাদোক্লম্লবা মী অমনা মযুম যৌনীংর্বাসি তমফম খঙদে। নুংশা অঙকপা ফংনা শাই। চা, তল, অথুম অহাও, হৈ-বা শান্নপোৎ যোনবশিংনা লাওবি মাগী পোৎ লৈবনবা, রেল গাড়ীদু অমুক চেনবা হৌদ্রিঙৈদা যোলহৌনবনি। চিল্লবা মীযাম মবক্তুদা ইনখৎলকপা মতমগী অৱা অনা খঙদ্রিবা পুন্সি হায়বদুনা থন্না যাওবিবা নুপীমচা মযাম অমনা ঈশিং পুন সুবাহী পাযবদুনা থোঙনাও মনাক মনাক্তা চঙদুনা মীশিংদা ঈশিং থক্লুবাও, ঈশিং হৈবক্কে, অইংবা ঈশিং থকউ হাযনা শঙ্গু শঙ্গু লেপ্লবি। ইবাবোতকা ধনবীবগা অমনা অমদা যেংনদুনা হাযনৈ, "ঈশিং ফাওবা যোল্লেদকো"। ধনবীবনা খুম্লকই, "লৈদুনা লৈবর্বাদ মিনবেল ৱাটব ওইনা লৈবনা ফৈ, ঐ মখাদা কুমদুনা মিনবেল বাটব থিকগে"। ধনবীবনা মখাদা কুমথখ্রবদা ইবাবোত থোঙনাও মযাদা চঙশিন্দুনা মপান্দা লৈশাবী মচা মযাম্না মখুৎতা ইশাযফু পাযবদুনা শঙ্গু শঙ্গু চৎলিবদু যেংই, যাওশঙগী শেল মুনবদুম মাল্লি। মখোয ঘাগবা শেৎলি মঙক্তা চুন্নি অমমম যাম্ববদুনা শাববা নুংশা অদুদা স্টেশন্দা থাদুনা লৈবিবা রেল গাড়ীদুদা ওমশিন্দুনা লৈবি। নুপীমচা অমনা মপান্দগী মঙোন্দা ঈশিং থকউ হাযবকই। মীসু ফনা যাম্না থক্লে। ইবাবোর্তাত ঈশিং গোল্লিবোই নীংলুবনি অদুবু, মদু নৎলমদ্রে। মখোয অচৎ অওক্কি ঈখৌবাংবা কোক্লুবা মীগী সেবা তৌবিবজাৎনি। রেল স্টেশনগী চে'ব চন্দান মবক্তুদা মীগী সেবা তৌনাংবা মীসু ফনা যাম্না চোংথবকই, মখোয নুপী ঙাক্তান তশেংনসু পকচৈ।মখোয মীযামদা ঈশিং দান তৌবি। ইবাবোতসু ঈশিং লৌদুনা থক্লমই। মদুদা অতোপ্পা নুপীমচা খবাসু চঙশিল্লক্তুনা মঙোন্দগীসু ঈশিং খবা থকউ হাযববি। মখোয় অনী অহুমদগী খবা খবা লৌবগা থকপদা ইবাবোত পুক পীক থল্লমই।

ট্রেন থাবে। ধনবীবসু মখুৎতা ৱাটব বোতল অমা পাযবদুনা কাখৎলক্লে। মাদি লৈশাবীমচা শিংদুগী ঈশিং সেবাদু লৌহৌদ্রে। ঈশিংগী ৱাফমদুদা খঞ্জিল্লুবদা ইবাবোত কাওবা যাদবা ৱাবী অমা নীংশিংলকই।

লক্লৌগী তালকোতোরা খঙ্গংদনি। মফম অদু নোংমা লক্লৌদা লৈবা মতম অমদা মতম লেন্নবগী খোঙনা পংচৎতা চৎপদা য়ৌরুবনি। মপূক্লীংদা নুংঙাইবা অমা ফাওখি। মফমদু য়ৌবদা সহরগী শক্তমদু মাঙখ্রগা খুঙ্গংগী শক্তম অমা ওল্লকই। মী অয়াম্বা শিনমী ঙাক্তা ওইনা তৌই। লৌবুক লমহাংঙ ঙাক্তনি লম্বীদি তনান তনাল্লি। জোৱার, বাজরা, রাগী খাওখিবগী অকংবা মপৈ মপৈ লৌবুক মচি মচিদা পৈদুনা লৈ। গধা খরাসু মনাক্কুদা শগুপ শায়রি। মৈ থাননবা শম্থী মপাক মপাক ফক্লংদা কংননবা নপ্তুনা লৈরি। মখোঙ অহুম পানবী টেম্পো খরগা মোটোর সাইকল খরা মবক মরক্তা চেল্লি। খোংনাংগী মখোঙ কয়াদা নিপা কয়া শঙ্গু শঙ্গু হপ্তুনা তাস শান্নদুনা লৈরি। গাড়ী অইনবীদা শেম্বা পোৎফম কয়াসু ইন ইন্দুনা লাক্লি। ময়াম পূম্নমক অমগা অমগা য়াম্না চান্না চিন্নবগী মওং অমা উই। ইরাবোতকি থমোইদা উরিবা মীওই পুম্বা ইমা ইচা ওইবগী মতৌ অমা উবদা ওন্থোক্লা পূক্লীং লুমজরমই। তাঞ্জাদুদা ঈশিং কন্না খৌরাংলক্লমই। ঈশিং পংব্রাৎ ব্রাৎপা নক্তে গুহা খরা অদুম লৈনৈ। নুপী খরসু ঈশিং শোকপা চৎনৈ। গুহাদা বালতিন থাদরগা চিংখৎতুনা শোক্লবিবা ঈশিংদু খরা লৌরগা থকপসু ময়াবনি অদুবু, ইবাবোত অকোয়বগী ইমাইচা ওইবা মতৌদুদা যুম অমদা চঙদুনা ঈশিং লৌদুনা থক্লিংলমই। খৌরাংবা মী অমদা ঈশিং ফংহন্দুনা খৌরাংবা কোকহনবসি খ্বায়দগী চাওবা দাননি হায়না মফম পুম্বদা লৌনবনি। ইরাবোত যুম অমদা চঙলকখি। অঙাঙবা মচুগী খাপরানা যুমথক কুপ্পা যুম অমনি শম্বলকা অমত্তা খাদে মালংনি। থৌরীনা লোনবা চারপাই অমা শুমাংদা থাদুনা লৈ। থোঙজিন্দা নুপী অমা লেপ্তুনা মানা চঙলকপদু য়েংদুনা লৈ। ইরাবোতনা মাগী থমোইদা তাম্না ওঙখ্রবী মচে অমগী যুমদা মতম কুইববগী তুংদা লাকপগুম মোমোন নোক্লদুনা ইকোই কোইদনা চঙশিল্লগা হিন্দি লোন্না হায়রুই, "দিদি, থোরা পানী পিলা দো"।

ইরাবোতনা খল্লুই ব্রাফমদু তাবদা মাবু শূমাঙগী চাবপাইদু থাদুনা ফমহল্লগা পুন্দা য়োকপা অইংবা ঈশিং থুনা লৌথোক্লদুনা লড়ু অমগসু পীজদুনা ঈখৌরাংবদু কোকচবা ফংগনি। উত্তরপ্রদেশকি ইমুং অমদা কনাগুম্বনা ঈশিং থক্কে হায়রুরবদি ঈশিং ঙাক্তা ইতিং তিংনা পীথকপা চৎনদে। ঈশিংগা লোয়ননা অথুম অহাও খরসু লোয়নগদবনি। অথুম অহাও অমত্তা পীজনবা লৈতবা ওইরগনা চিনি চামচ

অমা খুবাক্তা হাপ্তুনা পীবগা ঈশিং পীথক্লে, মদুবু জল পান হায়না হাযনৈ। অতিথী অমনা ঈশিং খরা থকপিগ্নবদি ঈশ্বরমক্লা চঙনা লাক্কুনা মাগী সেবাদু লৌবিগ্রবনি খন্নরিবনি। অদুবু, তালকোতোরা খুঙ্গংগী মচে অদুদি ইরাবোতনা ঈশিং খুয়া অমত্তা থক্কে হায়রুবদা শূক্তোক্কুনা চিংনবা মীযেং অমনা য়েংদুনা পাওখুম অমত্তা পীবক্তে। ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরগা হাযরকই, "কৌন হো তুম, কহাসে আযেহো, তুম হিন্দু হো য়া মুসলমান"?

ইরাবোত ঙাইহাক ঙকচানদনা য়েংদুনা খুন্ফম খঙদনা লৈকই। মাবু য়েংবদা মুসলমান অমা মাল্লুরবরা মদুসু ওইবস্বা য়াই মা মতমদুদা কোই কোক্তবা নুমিৎ মরি মঙানি শুরবনি। মাগীসি মুসলমান ওইরবদি ঈশিং পীথক্লোই হায়বিমালে। মদু হায়না হংবগী মহুৎতা চৎপিখ্রো হায়না তাম্হোকপিরকপনা হেন্নদুম ফবস্নজাৎনি হায়না ইরাবোতনা খল্লি। ঈশিং খুয়া অমা থকপা ফংনবা নুপী অদুদা মা হিন্দুনি মুসলমান নত্তে হায়না থাজহনবা তাই, মদুতদা ঈশিংদু ফংদৌবি। নুপী অদুদা মা মুসলমান নত্তে হায়না থাজহন্নবা প্রমান লৈতে অদুনা ঈশিং খুয়া অমা থকপা ফংনবা মা মুসলমান নত্তে উৎতুনা মতম মাঙহনবগী মথৌসু তাদে। ব্রাহৈ খবা মচীন্দগী থোকখি, "বস, ঠিক হৈ ঠিক হৈ" অদুদগী লমজা ওবোমদা থোবকখি। নুপীদুনা লাওহৌবগুম তৌই, "দেখো, সুনো, রুক জাও" মমায ঙাঙলবা ইরাবোত নুপীদুগী ব্রাহৈদু তাশিন্নদনা থোক্লকই। কনানা খঙবনো মখোয অদুক য়ানদবনি হায়বসে। মখা তাবদি মসিসু ওইবা যাই, মুসলিম অমা হিন্দু অমগী যূমদা নিপা অমত্তা লৈতবা মতমদা নুপী অমখক্তং লৈবা মতমদা তাল্লক যেংদুনা চঙলম্লে। অদুদগীদি হিন্দু অমনা মুসলিম অমদা অমনা অমুক অমদা মৈবীকপীদগী মৈজাওবী অমা থোক্কুনা মীশি মানাবু থোক্কুনা লৈবাক ঈরাং হৌবা ওইথোক্তবা নত্তে। মদু নুপীদুনা হেক লাওবদা থোক্কদবনি। কানক্রুক মপৈ অমা পৈদুনা লৈবদা মৈখেৎ মরু অমা হেক খেৎলবদি মৈজাও অমা মীৎনা কুপ্পদা হৌবক্কনি। অদুবু নুপীদু লাওদি লাওদ্রে লেপ্তুনা লৈহৌই। ইবাবোত মপূক্লীংদা লাই নীংখি, ফত্ত নুংদা থোকহনবিনুকো। ঈশিং খুয়া অমা নিরুবগী মহৈ ওইনা ঈখেংদি তাহন্নিংদে। মাগী মরমদম থাদোক্লককপা কুইস্রে। মরমদমদদি অদুক লৈপাকমচা তাদবা মওংদা চৎলক্কদবা মান্দে, ঈশিং খুয়া অমত্তা থক্কে হায়না চঙলকপা মী অমদা। অমরোমদা

হোটেন্দা পোফমদা ঈশিং খিন খিন্দুনা অদুম লৈনৈ, হায়দ্রবসু চঙ চঙদুনা থক্লে। হিন্দুরা মুসলমানলা থিরগা ইচা মীচা নাইবগী থোইদোকপা চৎনবা লৈতে।

মতম শাংনা রেল অমদি বস তোংদুনা লাকপা ইরাবোতকা ধনবীবগা উচিন নাচিন্না মরমদম য়ৌরক্লে, বস অদু অরোইবা থাফমদা থারে, ময়াম কুমথনরে। কুইনা বস তোংলকপা চাফম থকফম খঙদনা অহিংসু ফমদুনা অদুক খবা উইদুনা লেল্লকখিবা ইবাবোত কোক চীকপা অমা ফাওরকই। মদু কোক্লবা মাগী বেগ মনুংদগী কোক চীকপগী গুলি অমা পুথোরক্লুনা মদু যোৎনবা ঈশিং য়াউম অমা পামই। ধনবীরগী বেগতা ব্রাটর বোটলদি য়াওখিবনি অদুবু মরমদম য়ৌবক্লবা ইবাবোতনা অকোয়বদা উবিবা পুম্বা মমা মচা ওইবা ঙাক্তা ওইনা মপূক্লীংদা ফাওজদুনা মখাদা কুমদুনা থক্লে খল্লকই। মরমদমগী মমা মচাশিংগা ব্রারী শানদবা কুইরে অদুনা মখাদা কুমথদুনা কোইয়েং য়েংলকই। হেক মীৎয়েং তারিবা মফমদুদা চাওববা অযেকপা লাই অমা থেৎলিবদুদা মীৎফম তারমই। মদুদা লৈশাবীমচা অহুমখক্লা মকোক্তা সনাবুন অমদি তেক ঈশিং অথনবা ফৈজাশাদুনা কোক্তা থোনগৎলগা হরাওনা নোক্লুনা চৎলি নাকন্দা চীংগোন অমগী লোক্তা লুরবা ঈপাক অমা লৈহল্লি মদুদা মমিং থাবি স্বজলধাবা। অকবা অশেংবা ঈশিং প্রজাদা ফংহনবগী পান্দমদা সবকারনা পাযখৎপা য়াইফা থৌবাঙ অমা ওইবা তাই। ইবাবোত পূক্লীংদা নুংঙাইবা অমা ফাওই। কুইনা উদ্রবা মাগী মবমদু অদুঙৈদদি লৈতৌদবা খুদোং চাবা ঙসিদি মীয়ামদা লাওথোক্লুনা খঙহল্লবা অশেংবা ঈশিং ফংহন্নবগী থৌবম স্বজলধাবা খল্লুবদা কুইনা মহাও তংদ্রবা মবমদমগী ঈশিং মহাও তংনীংলমই, ওম্বোক্লা হাওখ্রর্বনি অতৈগী লমদৌনা অয়াকপা নত্তে লৈহীংনম্বা নত্তে। ঙসিদি অদুগুম্বা ঈশিংদু সবকাবনসু মীৎয়েং চঙবিববনিনা হেন্না মচু তাবল্লগনি তীঞ্জেন লায়চেন লৈরল্লরোই ইরাবোত মনাক্তা লৈরিবা গাড়ী থাফমগী হোটেন্দু উবমই। হোটেন্দুগী শেল লৌশিনফমদা নুপী অমা ফল্লি। নাতোন নম্বা মশাদি নোয় পেনবা ফনেক শেৎপী মমায়দা চন্দোন চন্না থিল্লিবী লমদমসিগী নুপীনি। নুপীদু উবদা ইরাবোত মপূক্লীংদা পোঙজবা অমা ফাওই, মামক্কী মচে মনেমশিংদু কয়াদা মানখ্রবনো মখোয়গী মনমদা তোংদুনা চাওরক্লবনি। ইরাবোতনা পোঙজনা মামক্কী ময়ূম মক্তা চঙলকপদৌনা হোটেন্দুদা খোঙ থাংজিল্লকমই। মী

ফনা য়াম্না চাবা থকপা তৌনরি। নুপীদুনা ইরাবোতা য়েংলকই, মামক্কী হেক পোকমিন্নবা থংনবা মচেদুবু হাইফেৎ মানবগুম উরমই, হায়রমই, "ইচে মনিপুর থাদোক্লুবা কুইরে, ইরমদমসি য়ৌবদা হেক নে তাই, গুলি অমত্তা য়োৎকে তৌবনি ঈশিং গ্লাস অমত্তা পীয়ু"।

শেৎলিবা ফিজোল, থিল্লিবা চন্দোন অমদি নাতোন নম্লপ তৌবী ইচে মানবীদুনা শৌ শৌ লাওনা খুন্নকই," লৈতে লৈতে ঈশিংকা লৈতে, সে মিনরেল ৱাটর বোটলসি লৈবগা হেক থকউ লুপা তবাদনি সে হায়রদুনা মিনরেল বোটলদু লাম্থোরক্লুনা টেবলদা থাং লাওবা মখোল অমা থোকহন্দুনা থমই।

# ইপু শজিকোলায়গী মশূ

কুইনা অমুক লাইরিক তম্নুদ্রবা মতুংদা করিম ঙসি স্কুল কারে। সর্বব শিক্ষা অভিয়ান হায়দুনা সরকারনা মীপুম তিংনা লাইরিক হৈহন্নবগী পান্দমদা লৈকায় লৈকাযদা লাইবিক তম্ফমশঙ লিংদুনা লাইরিক তমহৌদবা কয়া কয়া চিংথোক চিংথোক্তুনা লাইরিক তমহল্লি। চঠী ফনা য়ান্নবা কয়াসু ইবা পাবা হৈনীংবগী মযাইনা থেঙলবসু থেঙনা লাইরিক তম্বা লাক্লরি। করিমসু মযামদুগী মনুংদা অমনি চঠীদি তরানিপানবু শুরবনি।

কবিম থম্বৌনা জিরিবামদা থবক তারিঙৈ মতমদা থেংনরকপা অঙাং অমনি। পাঙল খুল্লক ওইনা তৌবা ইসলামাবাদ হায়বা খরা মনুং চঙশিন্না তাবা মফর্মান। মফমদুগী সরকারগী স্কুল অমদা থম্বৌ ওঝা ওইদুনা মতম শাংনা লৈরকই। মৈতৈ, পাঙল বেঙ্গোলি কনাগী ট্রাইবেলশিং লোইনা ইশু শুনা তম্বা স্কুল অদুগী মনাক নকপা যূম অমদা লৈদুনা মতম শাংনা লৈরকপদা থেংনরকপনি করিম। অঙাং ওইরিঙৈদা মমা মপা কায়নখ্রগা মাগী কনাসু লৈহৌদ্রবদা লৈকায়না য়েংবিদুনা লৈজরকপনি। অদুবু, ইনাকখুনবা তরানা লায়রবা অমা শৌগৎপা ঙমদে হায়বদুনি খুঙ্গংদুগী ইনাক কৈরাক খুনবা কয়ানা ফনা তৌদুনসু কবিমদু শৌগৎপিবা ঙমদে। মা হিংবদা পাবকপদগী লৈকাযনসু করম্না মা হিংজবা ঙমগদগে খন্নবদা ওঝা থম্বৌ হায়দুনা খঙনরবা অরা অন। কয়াদা লৈকায়দা ব্রাতান্নফম ওইরক্লবা লৈকাযগী গরাও-কুম্মৈ, লুহোঙ-কৈহোঙবা, ইদ-মুহরম কয়াদা চীংথবা লৈতনা লৈথক্লবা মঙোন্দা তানদুনা অঙাংদুগী করি তৌবা য়াবগে খন্নবকপদা ওঝা থম্বৌনা মাগী থবক-ইনখাং, চাক-ঈশিং থোং থাকপদা, ঈশিং-মায়শিং হোনবদা মতেং পাংহন্দুনা মনাক্তা থম্লকপদগী থবক পোত্থারদুনা যূমদা থোবকপদা পুথোরক্তুনা থম্বৌগী যূমগী মী অমা ওইদুনা লৈরে। মা স্কুল কাদুনা ইবা পাবা ফংওবদি হৈরক্লবনি। ওঝা থম্বৌগী যূমদা শঙ্গোয়দা খাদুনা কা অমা শেম্বীদুনা মা যুম্নুগী মরী মতা অমা ওইনা লৈবা হৌরে।

অদুগৈ জিরিদা লৈরিগৈদদি কয়াবু তাংজ ফরমদে। অদুবু, ইম্ফালদা লাক্লগা সহরগী য়ুম্নে কৈরে মরক্তা করিমগী থবক পংব্রাৎ ব্রাৎত্রে। লৈকায়গী চাক চানবগী কোন ফেঙবা, পাখোন চৎপা, ঈরম নালা শেংদোকপিবা, শম্বল তেকথবা শেমজিন শাজিনবিবা, অদুতা নত্তনা করিম্না কুইনা ওঝা থম্বৌগী থোং থাকপা তৌরকপদগী চাক ঈশিং থোংবা য়াম্না খুৎলোয়রকই অদুনা লৈকায়গী নহাশিংগী চাক চানবদা শা, ঙা থোংবগী মতাংদদি লৈকায়দুগী ফরবা চাকথোংবা পূজারি অমসু ওইরক্রে। মাগী শা, ঙা খুৎথোংসি অতৈনা থোংবগা মান্নদে হায়দুনা য়াওশঙ, দুর্গাপূজা কয়াগী চাকচা হৈজানবদা থবক য়াম্না কুঙশিল্লকই। লৈকায়গী ফরবা তেংবাংবা অমা ওইনা করিম হিংবগী মহাও খঙলক্রে। অদুনা ইসলামাবাদতা লৈরিগৈদা স্কুল কারকপদু ঙসি মখা তমনীংলকই মরমদি লাইরিক খরা হৈত্রবদি মা সিদা লৈবা য়ারোই। মঙোন্দা থবক শিন্নবদা চেদা ইদুনা কয়া অমা শিন্নরকই, মদু পাবদা মাগী খ্বায়দগী খুদোংচাদবা অমা ওইরকই। মদুমক্লনি মানা লাইরিক খরগা হেন্না হৈনীংলকইবা। অমরোমদা মতাংসু য়াম্না চাবা অমনা লৈকায়সিদা সর্বব শিক্ষা অভিয়ান হায়বা থৌরমসি হৌরকপসিনি। ইবা পানবা লাইরিক চে চাং পুম্বা লেম্না পীবতা নত্তনা নুমিৎ য়ুংবা মতুংদসু চরা ব্রালহন্দুনা চাক্লসু পীজে। অদুদদি করিম মাগী ওঝা থম্বৌদা লাইরিক তম্বা কারুগে হায়রুবনি। অদুদা ওঝা থম্বৌনা কয়াদা হরাওনা য়াবীরকই অদুনা ঙরাং নহান্দগী অনৌবা ফীজোল হোংহন্দুনা স্কুল চৎহন্নবা শেম শাখ্রে।

করিম ঙসিদগী স্কুল কাদৌরে অদুনা ইমুংগী থবক ইনখাং ফনা য়াম্না লোইশিল্লম্লে। ঙরাং শঙাইয়ুম্ফমদা ওঝাগী পাখোন চৎলুই। মদুদা লৈকায় পোৎফম অমদা লমখুনু জুরা অমা মখোঙ পুন্দুনা য়োল্লমই। মদু করিম্না লৈরকখি। লমখুনু অনীখক্তু মখোঙ পুনশিল্লগা মাগী কাদুগী কাচিন্দা য়েন্দায় অমনা উপ্তুনা থস্লি। মদুদা করিম্না চেঙ খরা থাবমই। হোরেন নুংথিলদি স্কুল হল্লক্লগা মদুগা শগুলাইগা থোংবগী ইঞ্চাং মথেন ওম্বোকখ্রগদবনি। মসিগী মথেলসি অব্রাংথঙ চাওবনা অমুক্তা পীজৌ হায়দুনা হায়রক্লিবসি কুইরবনি মতা অমা ইচা চাদনা লৈরকপনি। লৌবুক্তা লাং থাক্তুনা লমখুনু য়াম্না ফায়। অদুবু, মৈতৈ খুল্লকসিদদি লমখুনুসি মপা মপুশিংগী থব্রায়না ওনবনি হায়দুনা লমখুনু কাপ্পুরবদি ব্রা থোক্রে। ওঝা থম্বৌসু

নীতিগী সুমাঙদা লমখুনুনা চারনবা চেঙ ফৌ থাবিবনি। অদুনা তান চাবা ঙাইরকপদা য়োল্লম্বা থেংনদুনা লৈদুনা পুবকখিবনি। ইমুংগী মী অতৈ পংতা তাহনবা য়াপোৎ নত্তে, ব্রা থোক্লবক্কদৌইনি। হোবেন্দি চাক চানবগী মথেল ওম্থোকখ্রগদবনি, শেম্লগা ইয়াম যাম্লবু থোক্লোই, অরাংথঙ চাওবদুনা মবোন অমা মবুক চাওবনে খাবৈ অনী ফানা থুংনবোই।

স্কুল য়ৌবে। ময়াম ফান্দা লোইনা ফমই। মযেক ইবা তম্বদি নহান্না হৌখ্রবজাৎনি। ওঝানা অদুম যাওশিল্লু হৈবক্কনি হায়। ঙসিদি ওঝানা ব্রাবী লীবকপদু মুন্না তাশিলহৌরগা মদু চেদা অমুক ইথোকপগী মতাংদুম ওইবমই।

ওঝানা লীবকইবা ব্রাবীদু শন্দ্রেম্বীগী চৈশ্রাগী ব্রাবীনি। করিম যাম্না মুন্না তাশিল্লি। শন্দ্রেম্বীগী থব্রায়না লমখুনু ওন্দুনা কোইপাই পাইবা মতাংদু য়ৌবকই। লমখুনুদুনা মাগী ব্রাকৎ অদু কনাদা লীগনি সুম খল্লকপদা মদু তাবিগদবা ধর্ম্ম লৈবা থিবকপদা পাঙন শজিকফানবা ইপু শজিক্লোযদুনা খ্বাযদগী অব্রা অনা খঙবীগদবা ধর্ম্ম লৈবা মীনি খঙলদুনা মানা শজিক ফাল্লিঙৈদা তেবাপাম্বী অমগী মশাদা তোংদুনা খোংলকই:

কুক্রু কু কু খাঙমৈতৎ, হাদা নিংথৌ তুকাওবা
কবম্না কাওবু কাওবনো, ইচা নিংথৌ শোক্কনি
ইনিংথৌদা হঙ্গৎলু, তবাই তবাই লৌববা
নখুৎতা পাযবা থাঙ্গোল মাঙহনগে
শমু মবাই তাহনগে, শগোল মবাই তাহনগে
কুক্রু কু কু খাঙমৈতৎ

ইপু শজিক্লোযদুনা নিংথৌদা লমখুনুদুগী মবোন্দু তম্লদুনা অব্রাবা তাবব' লমখুনু ওল্লবা থব্রাযদুগী পাখোল্লোয ওইখি। ওঝাদুনা মখা লীথবকই, "যেংউ লমখুনুদুনা মাগী অব্রাবদা তেংবাংবীবক্কদবা ব্রাকৎপা যাবা মীসি অতৈদা চৎতদুনা পাঙন শজিকফানবা অমদা ওইনা থমোইগী অব্রাবা পাওদমখি অব্রাবা কোকপিনবা, অদুনা অঙাংশা শা উচেক নুংশিগদবনি, মখোযবু হাৎপিবোইদবনিকো"।

ময়াম লোইনা উং হাযনা খুমই কবিমসু খুম্বা যাওখি। করিম পাখংমচা অমা ফাবক্লবনি, অঙাং নৎত্রে, ব্রাবীদু তাশিল্লুবদা ব্রাখল খনবা হৌবকই। ছুটি থাবদুনা

য়ূমদা হল্লকই। ওঝানা হায়বা ৱারীদু মাগী মপূক্লীংদা কন্না মমি তাখি। উচেকসিবু ৱা ঙাঙবা ঙম্বরা? ঙমদে। অদু ওইরবদি উচেক মরোল খঙবা মী লৈরমগদ্রা? লৈরম্বা য়াই। লমখুনু অমনা চাচা শজিকফানবা অমদা ৱাকৎলিবদু মীরোন ঙাঙবা নৎলমদবা য়াই, ইপু শজিক্লোয়দুনা লমখুনুগী মরোন খঙলম্বা তাই অদুননি লমখুনুদুনা মঙোন্দা লাক্লগা ৱাকৎলিবদো। মানা লমখুনুবু লুনা তৌরম্বা তাই অদুননি মঙোন্দা ওইনরিবদো। অসুক য়াম্বা মী ময়ামদুদদি চঙদ্রগা পাঙন শজিকফানবা মঙোন্দা চঙদুনা ওইনরিবনি।

করিম লমখুনু ফনা য়াম্না হাৎতুনা ইঙ্গাং ওইনা চাখ্রে। মৈতৈ ইমুংদা লৈদুনা ফনা য়াম্নসু উবক্লবনি মাগী ওঝা থম্বৌনা লমখুনুগী চাননবা শূমাঙ মতোন্দা চেঙ হৱাই থাবদো। কয়াবু খল্লুদে অসুক য়াম্না উবফাওবা। মঙোন্দদি লমখুনু অমা হায়বসি ইঙ্গাং মথেন ওইনা নত্তনা র্কারিবু ওইগদগে। অদুবু, স্কুলগী ওঝানা তাকপনি ঙসিদি। করিম মথন্তা পোঙজবা অমা ফাওরকই, শন্দ্রেম্বীনা ওনবা লমখুনুদুনা ৱাকৎখিবদো পাঙন শজিক ফানবা অমর্দানিকো মা মশামক ইপু শজিক্লোয়দুগী মচা মশূনি।

য়ূম য়ৌরে।

ইমুং মনুংগী ময়াম্না হংনরকই, "স্কুল কমদৌই"? মানা খুমই, "যাম নুংঙাইবো"।

ওঝা থম্বৌগী নুপী মমা ইবেম্মদুনা হায়রকই, "তমউ তমউ ওঝানা হায়র্বসি লাইবাওনিকো। অফবা মী ওইগে হায়রর্বদি ওঝানা হায়বা ইনগদর্বনিকো"। মামা ইবেম্মনা হায়রিবা ৱাফমদু করিমদা ৱাখল অমা খলহল্লকই। অহল লমনা কয়ানা অফবা ৱা কয়া তাকপদা মানা কযা ৱা ওইনা লৌখিদে। লৈকায়গী ফুনগনখ্রবা চাওমু গুণ্ডাদু নীংশিংলকই ইসলামাবাদতা লৈহৌবদো। মানা হায়বা ৱাদু ফাওবা লৌখিদবা করিমদু ঙসি নৌনা কারকপা স্কুলদা ওঝানা তাকপা পারা অদুদি পূক্লীংদা হকচিন্না মমি তারকই। খল্লকই ওঝানা তাকপা পারানিকো মদু মানা য়াম্না কন্না ইন্নিংবা ফাওরকই।

মাগী কা মনুংদা চঙলকই করিম। কাচিন্দা য়েন্দায়দা উপ্তুনা লৈবিবা মখোঙ পুন্দুনা য়োক্লিবা লমখুনু জুরা অদুদা চঙশিন্দুনা য়েংই। মা ঙসিদি ওঝানা তাকপা

পাবাদু ফারুবদগী মপা মপুনা চৎলন্বা অফবা লমচৎ চৎনীংবা ফাওরকই। মকোই চোম্বা, টুপী উপ্পা, লুঙ্গি শেৎপা নাকন্দা বোরাখাও য়ানবা, মখুৎতা থাঙ্গোন পায়বা ইপু শজিক্লোয়দু মমীৎতা শংশঙ উরকই। অদুদগী মা চুমথ্রিং চঙদুনা যেন্দায়দা উপ্তুনা লৈরিবা মখোঙ পুনশিনবিরবা লমখুনু অনীদু লৌখৎলুবে। কবিমদদি মখোয় ব্রাকৎলক্তে খঙই কাসাইগী মখুৎতা তারবা মখোয়গী কবি ব্রাকৎ লৈফম থোকই। ফনা ব্রাকৎলবসু মাদি লৌশিনফম খঙলোই। ইপু শজিক্লোয়দুনা লমখুনু মবোল খঙবগুম মাদি খঙদে। অদুবু, মখোঙ পুন্দুনা লৈবা লমখুনু অমগী ব্রাকৎপু থাদোকপিয়ু হায়বা নত্তনা করিবু ওইগদগে জীব পুম্বা হিংবা পামই। মখোয় অনী নুমিৎ নিনি শুবে মখোঙ পুন্দুনা লৈবকইবা শিবা ঙাইদুনা নহান পোৎফমদুদসু মখোয় মখোঙ পুনশিন্দুনা থম্বীরম্বনি।

করিম লমখুনু অনীদু পুদুনা কনা উদ্রিবঁদা ওঝা থম্বৌগী লোইশিনবা ঙমদনা লৈরিবা চেক্কি ছাদ হৈদুনা শাবা য়ূমদুগী ছাদ মথক্তা লমখুনু অনীদু মাগী নোংমাইজিং নুমিৎকি সেকেণ্ড হেণ্ড মার্কেটগী লৈবকপা অচৌবা মোজাফুরিৎ মানা লীৎলিবদুগী ফিনুংদা লোৎশিন্দুনা তাল্লক অমা যেংলগা মমা ইবেম্মদুনা পোলাংখোক্তগী ফি লোকশিন্দুনা লৈবিঙৈদা থুনা কাবকই অদুগা লমখুনু অনীদু ছাদ অদুদগী থিন্দোক্তুনা লৈবিবা যোৎ অদুদা তোংহল্লমই। মখোয় হৌনদুনা পাইখিবমই করিম্না য়েংদুনা লৈহৌই অদুবু মমা ইবেম্মদুনা কৌবকপদা খংপ্রেক খংই উখ্রবা জৎলা হায়না কিবা ফাওরকই অদুবু নত্তমালে মখাদগী লাওবকই, "হৈ ছাদ মথক্তা ফৌবিবা ফি ময়ামদু লোকশিল্লকউ, থুনা কুমথবকউ, নঙ অদুদা কৈদৌবিনো"।

# মমিং ওনখ্রবী

মীয়াম অমা ফাদুনা পুথোরকপদগী ঙসি মেজিস্ট্রেটকি কোর্ট অসি চরাংনদুনা ইনিন নিল্লি। পুলিসশিংনা শা ষণ হোইবগুম হোইরদুনা কোর্ট মনুং অদুদা হোইজিল্লকই। মেজিস্ট্রেট অদুদি থোবক্তে, মাগী কা মনুংদা অদুম মথৌ শূবি। ফাদুনা পুরক্লিবশিংদু নুপীনা মশিং য়ামই। উকিলশিংসু মবক্তুদা কোয়চৎ চৎলি। মখোয়না চঙদুনা মেজিস্ট্রেটতা হায়জকবদগী ফারক্লিবা পুন্বা লোইনা ফাইন তৌদুনা থাদোক্লনি হায়রি। অদুদদি বেঞ্চ ক্লার্ক অদুনা অমমমতা কৌদুনা মিং ইশিল্লগা ফাইন খোমগৎপা মথং মথং হৌখ্রে। কোর্টকি গ্রেড ফোর পিয়োন ওইরিবা গুনমনীনা মখুৎতা চে মপুন অমা পাযবদুনা পাব পারগা মিং কৌবগী থবক হৌরকই। মী খূদিংদুদগী ফাইন অদু লৌশিল্লগা থীব থীরদুনা মানা খোমগৎলি। অদুদগীদি য়ৌবকই ইন্দ্রানীগী মমিং। ফাদুনা পুবকপা মযামদুদগী র্জদ্দা ক্কা শায়রদুনা ইথৌ থৌওইদনা হাযবকই, "ঐদি জেলদা ওইনা থাজিনবিবো, পৈশাকা অমত্তা য়াওরক্তে"।

গুনমনীদি মাগী মথৌ তৌর্বনি। মী খূদিংগী মমায়সু কয়া মুন্না যেংলুদে। অদুবু, হন্দক্তি ইচঙ থৌবী নুপী অমনা খুল্লকইবা মতৌদুদা যেংখৎলুবদা মীৎ চানবমই। অদুদগীদি ঙাইহাক চঙক্লরুবগা হাযবকই,"ফবে অদো সোইদি তৌশিল্লো"।

মীয়াম অমা ইনিন নিন্না লৈবস্বদুদা উকিলশিংনা মথং মথং হংনবকই, "কবি ওফেন্সনো, করি তৌকবগীনো"। পুথোবক্লিবা পুলিসশিংদুনা খুম্মরকই, "লমজাও মপান্দা পেট্রোল যোল্লস্বগীনি পুলিস এক্ট অমদি এক্সপ্লোসিভ এক্টকি মখাদা ফার্বনি"।

মযামদু ফাইন ওইনা লুপা য়াঙ্খে য়াঙ্খে তৌবগা মথং মথং থাদোকপা হৌখ্রে। ফাইন পীবা ঙমদবী ইন্দ্রানীদি মেজিস্ট্রটকি মনাক্তা পুশিল্লি। কা মনুংদা মেজিস্ট্রেটনা হংলকই, "নঙবু পৈশা অমত্তা যাওদ্রাও, লুপা কুম্থ্রা নিফু ফাইন থীবা ঙমদবগী জেলদা চঙগদ্রো, কোর্টতা কনা খঙনবা লৈবগে থীরুচোনে"। অদুদগীদি মেজিস্ট্রেটনা ইন্দ্রানীবু পুবগা পৈশা থিবদা মতেং পাংনবা গুনমনীদা শিন্নরকই। জজগী য়াথং মতুং ইন্না গুনমনীনা ইন্দ্রানীবু পুরগা কোর্টকি মপান্দা থোরকই।

নুপী অদু পুরগা গুনমনীনা হোটেল তানা পুরকই। চৎনা চৎনা গুনমনীনা হায়রকই, " ইবেতোন নঙগা কুইনা উনবা ফংদ্রবা ঙসি থাজদনা উনরেদো ঐ চা অমত্তা লৈগে পৈশাগী ৱারুনু নঙগী ফাইন্দু ঐ লৈরিসিদি। নঙ নমিংসু ওল্লম্মেনা ইন্দ্রানী কাইনা কনানা থোল্লিবা"?

নুপীদুগী মমায়দা খজিক্তা ইকায়বগী মওং অমত্তা উৎতনা খুন্নকই, "কৈকান্নদবদা নঙগী পৈশা তিংনবনি, ঐ জেলদা ওইনা লৈথোক্কেদা"।

হোটেলদু কেশ কারকপা মী, উকিল, অহল, অঙাং শুনা তিল্লি। ময়াম চাবা থকপা তৌনরি, ৱাবী শারি অমনা অমদা কয়া হন্না য়েংনদে। গুনমনীনা নুপীদু পুরগা ফান অমদা ফমহল্লগা চানা থক্লবা খরা পুথোরক্লবা হায়খ্রে অদুগা মাগা মায় ওনশিন্নদুনা ফমথরগা হায়রকই, "নঙ নোংমা শাওদুনা চৎখিবদগী অদুম হল্লকখিদ্রেনা। ঐনা হায়বসু অদুম তাখিদ্রে অদুদগীদি ঐখোয়নি চান্ননা কায়নখ্রে, নৎত্রা? নঙনা তৌরক্লিবসিনা করম হায়ননো"?

ঐ পেট্রোল খরা খরা য়োনবনি, ঐগী শিনফাম্ন। অদুবু কমান্দো চন্দালশিংদো মখোয়গী শেল শরুক হুনবদা করিমত্তা কান্নপোৎ নত্তে। মমল ফনা হেন্না য়োন দুনসু অদুম তেবি মেরি তাদুনা তোকপা জাৎনি। ঙসিসু মখোয়দা শেল হুনবা ঙমদবা ময়ামনি মখোয়না ফাজিল্লিবা। ঐগী থাও লিটর তবা মসু ফাজিনখ্রবনি। মদু গোবেন মখোযনা য়োন্দুনা অমুক শেল তান্দোইনি, মহা পাপীশিংদো"।

চাগা বোবা অশাবগা পুথোরক্লে। মদু পায়খৎলসি হাযদুনা পাযখৎনরে। অদুদগীদি গুনমনীনা মখা তারকই, "ঐখোযনিগী মঙানি চাক্কৌবা ফাওবা তৌদ্রিঙৈদা নঙ শা ওদুনা অদুম চৎখিবা নৎত্রা ? ঐগী ইরাল হায়ববু ঐ সবকারগী থবকসু তৌদনা তৌই হায়জিন্দুনা নঙবু নমথাক তৌই হাযবদু নৎত্রা। ঐনা নঙোন্দা ফনা শেংদোকখি ঐ থবক তৌনবা শীন্নবা লোইখ্রে খরা ঙাইনবগী ৱানি অদুবু নঙদি থেম্নবা য়াখিদে। মী থাদুনা কৌহল্লুবা ফাওবা ইকায়বা পীদুনা থারকখি। ঐদি ইকায়বগা নংবনে পাঙ্গল অমত্তা থোকপা ঙমখিদে। বাজীসু মথং চষীদা অদুম লৈখিদ্রে। ঙসিদি ঐ থবকমচা অমা তৌদুনা নঙগা উনরিবসিনি ঙসিদি থাজরব্রা"?

নুপীদুনা ৱা ককথৎতুনা খুন্নকই, "মসিগী ৱাসি তোক্লসিদা"।

গুনমনীগী মমাঙদা ফন্নিবী নুপীদু মাগী ইবেতোন্দুমক্তি, মমিং ওল্লম্বগী ব্রাদনি। ঙসিনা মা লমজাও মপান্দা পেট্রোল য়োনবী ওইরবনি। মাগী ইহাঙ হাঙদুনা লৈরবা মচেনা পোকপা অঙাং খরা য়োকপিদুনা লৈরিবা য়ুমদুদা করিগুম্বা লাক্লবদি কমদৌবা হায়না ঙাইহাক খম্বুকই। ইবেতোন্না চৎখিবদগী মা ঙসিসু অমুক য়ুম পান্দ্রি। মমাঙদা ফন্নিবী নুপীদু মাগা লুহোংপ্লবী নুপীনিকো খল্লুবদা জ্ঞান মাঙই। ব্রারী লাইবিক্তা ইরম্বা ব্রারীগুম ঙসিমক মাবু পুদুনা য়ুমদা চঙখ্রবদি কমদৌবা, খম্বরকই। চহীদি তরানিথোই হৌখিরম্লে অদুবু গুনমনীদদি ঙবাংতা থোকখিবগুম খল্লি। ইবেতোন শক-চুদা নীংথিবীনি, থাবল চোংফমদা, লীলা তৌফমদা, লাই হবাওবগী লমথোকপদা লম্বী সোরোক্তা ময়ামগী শোন্নবা মিং ওইরমই। শক হেনবগী হৌনবা থোয়চৎনবা লমচৎ চেল্লি, পাখং কয়ানা তান্নরমই। মা লাইরিক লাইশুকাদি কয়া হৈতবীনি। সরাকারগী থবক তৌবা শেল থোকপা নিপা নৎত্রদি য়ুম পাল্লোই হায়বদগী গুনমনী কন্না থবক থিবা মতম্নি। অদুবু হোবেন হয়েং খঙদবা থবক অদু ঙাইনরবদি মীগী ওইাখবনা হানবা তাবে হায়দুনা থবক ফংলে হায়দুনা হায়জিন্নবগা চেন্দুনা লুহোংবনি। অদুবু, কুইদে অশেংবর্দুদি অদুম খঙনবকই। মানা হেক ঙমইববু মদু হেক খঙলকপগা মপামদা অদুম চের্নখি। লুহোংবগী বার্ত্তোন্দা মঙানি চাক্লৌবগী বার্ত্তোনসু হাপখিবনি অদুবু, চাক্লৌবদু কৌখিদ্রে লুহোংবগী পুন্সিদু অদুম মখা তাখিদ্রে। থা খবা লৈববা মতুংদা আউনপোৎসু লৌথোকখ্রে। মা কদায়দা লৈখ্রে হায়বা অদুম খঙখিদ্রে। মমান্নবশিংনা কদায় কদায়দনো উনৈ হায়বা য়াওখি অদুবু, গুনমনী থবক অমা ফংদ্রিমখৈ মাগী মনাক্তা চৎলরোই হায়দুনা চৎখিদ্রে। চহী মরি হৌখ্রবা মতুংদা গুনমনী থবক ফংদুনা কোর্টতা গ্রেড ফোর পিয়োন অমা ওইবে। মতমদুদসু মানা ইবেতোনবু থিবা চৎলুই। অদুবু, মা য়ুম থাদোক্লুনা চৎখ্রে হায়না ইমুং মনুংনা হায়রকপদগী ঙসি চহী তরনিথোই হৌখ্রে, ইতিহাস ওনখ্রে। গুনমনীসু অমুক অতোপ্পা অমগা লুহোংবগী ব্রাখল তৌখিদ্রে। অদুগা ঙসি ইবেতোন্দু মায়হিং কাবদুনা ইন্দ্রানী হায়না মিং ওল্লদুনা লম্বেল চিদাইদা পেট্রোল য়োনবী ওইরুবদগী পুলিসশিংগা শেল য়ানদদুনা ফাবদগী কোর্ট কাবরুবীনি। গুনমনীনা মাবু পুবগা পুন্সি অমা হৌবগী মঙ অমা মঙলুই। অদুবু, মাগী ব্রাখলদু কায়রে।

চাবা থকপা লোইরে।

কুইনা ফমথবা য়াবা নত্তে নুপীদু পুদুনা কোর্টতা চঙদবা য়াদে অদুনা হোটেল অদু থাদোক্তুনা কোর্টলোমদা চঙলকই। মাগী ফাইন শরুক লুপা য়াঙ্খ্রেদু গুনমনীনা পুথোক্তুনা পীরে অদুগা চে-চাং সোই তৌবা লোইরগা মাবু পুরগা মপান্দা থোরকই। অদুগা থিন্দোকপা ওইনা কোর্টকি থোঙ্গান্দা য়ৌরকই। গুনমীনা, মানা করমহায়না ইন্দ্রানী ওইরম্লিবনো হায়বসি য়াম্না খঙনীংলকই। মবম অদুমক্তা চৎনা চৎনা হংলুই। মানা ইরায় লায়না খুন্নকই, "মদু খঙলগা নঙ কৈদৌনগেইগে" মদুগী মমাঙদা ঐ আব্দুল কবিম এম এল এ গী বিবি বেগম সহিদা ওইনা ফনা কুইনা লৈবমই। মদুগী মতুংদা হৈরোক্কী ফৈজাও থিকাদাবনা ইন্দ্রানী হায়না মিং থোনবিদুনা মাগী মপাং ফনা শাংনা ওইরুরে, মদু লোইখ্রে। ঙসিদি ঐগী অনৌবা মিং অমা অমুক থোন্দ্রিবনিনা ইন্দ্রাগী হাযনা অদুম কৌবি। তম্বা ঙমদে মথং অমুক অনৌবা মিং অমা কনাগুম্বনা থোনবিগদৌবিব্রা। নঙগা ঐগগী ব্রারীদুদি য়াম্না লিরেদা। নঙ সবকাবগী থবক অম' পীকচরবস্ তঙ তানা তৌরি, ঐদি লমজাও সোবোক চিদাইদা থাও যোনবীনি। যায়নবা তেবসিং থিবা কোযনা চৎপা, য়োনবদা ফাবদনবা পুলিস কমান্দো শিং যানবা চৎপা তারকপা ঙসিদি ইন্দ্রনীনি। ঐগী চিববা মতমদা নঙনা চোংথোকপিবক্তুনা ঐবু জেলদা চঙলমগদবদগী নাম্থোকহল্লে। ঐ লাইশক ফৈ অদুবু ঐ অমুক ইবেতোন ওইনবগা ইতীক লৈব্রে। ঐ ইবেতোন্দু নংত্রে, ঐ চৎলগে।

কোর্টকি থোঙ্গান্দা খম্লম্বা ওটো রিক্সো অমদা চঙদুনা নুপীদু কাখৎকে তৌই। গুনমনীনা মাবু খামই, হাযনীংবনি, "মদু লোইনা কাওখ্রো, নঙনা চৎখিবদগী চহী তবাগা নিথোই'গ ইহাঙ হাঙনা লৌবিবা ঐগী যুমদুদা লৈব্লসি লাওনে"। অদুবু, মদু খায়বা ঙমখিদে মাদি ওটো বিক্সোদা কাখৎখ্রে। মাদি পৈশা অমত্তস্ যাওখিদবনি ভাড়া পীনিঙাই লৈবোই। অদুনা গুনমনীনা ফুবিৎ খাওদগী লুপা চামা চৎপী অমা শৎলগা পীরমই। লৌ যাদবদুদা মখুংতা কীং নমদুনা পীরমই, "সে ভাডা ওইনৌ"।

গাড়ী থৌবা হৌখে মৈখুনা লৈচিন থাহল্লদুনা। মাগী মমায়দু লুকগদুনা গুনমনীদা য়েংলক্তনবা লোৎপগুম তৌই। ইবেতোন্দু ব্রা অমত্তা হায়রমদে, লৈফমসু তাক্লমদে। গাড়ী অদুদা তোংদুনা চৎখ্রে।

# মপাং কায়নরবা অহিং অমা

য়াচঙবা ! সন্ধ্যা হায়না মিঙ্গৌবী মোং হাদবী অসে মথৌ মঙম পাঙবা হৌরকই অঙানববু লাকশিল্লদুনা মাগী মায়াবী শক্তিনা, ঈখেংগুম্না ঙাঙহনখ্রে নোংচুপ আতিয়াসে। অমম্বনা তপ্না তপ্না খুদুম চনখ্রে। মদুবু উবদা উচেক ব্রায়াশিংসু, শা-ঙাশিংসু মচাশিংবু লোইশিন খমজিল্লদুনা অমম্বনা খুদুম চনশিল্লক্লবা মালেম লৈকোয় পৃংসিদা তুম্পক তুম্পক পাখৎপা অমগা য়াওনা য়েংদুনা লৈরি। থাসু ঙসিদি থোক্লক্ত্রে, মাসু লোৎখ্রমালে শৃকশুনা মল্লে। শোরমপী অমা হোল্লকই বীরচন্দ্র ! শাগন চীকপগী লায়নানা কুমপূরবা, তৃম্বা য়াদবা হায়বসিনা কুইরক্লুনা অহিং মীশেন খাঙলক্লিবা, অব্রা-অনা শরুক য়ামিন্নবদা মামক্কি নুপী ফাওবনা থৌওইবীরক্লবদগী অব্রা অনা খাঙবদা হৈনরবা বীরচন্দ্র লাংতক্লবা হৌরে ! নুমিৎ ময়ূম চঙখরে !

বীরচন্দ্র মশামক তোপ তুনা নাবা নত্তে, চাবা থকপা অদুম ময়ারি অদুবু, অহিং হেক য়ৌবগা শাগন চীকপা হৌই উরোন উরোন হেক তুম্নবগা মঙ হা কা ইচোই চোই চীকপা নাবনা খাঙফম খঙদনা নাহেদুনা লেল্লি, তুমথবা অদুম য়াদদুনা অহিং মীশেন খাঙদুনা নোংঙানবা ঙাইবা তাই। ইনুংনা ঙাল্লক্লবদি শাগন চীকপসু অদুম কোকখি অদুবু, অহিং চুপ্পা তুমদবনা হকচাংসি তোল হাইনৈ। অমম্বনা মাগী য়েক্লবা ওইরে। অহিং কয়া কয়া হৌখ্রে অহানবদদি মাগী নুপী অঙাংশিংসু খবা খরা সেবা তৌবীরমই অদুবু, য়াম্না কুইশিল্লক্লবসিদদি মখোয়সু লায়থোক্লক্কে। মানা পামই মপাং অমা, মাগী নাক্তা কনাগুম্বা অমা অদুবু মী মপাং অমা হায়বসি তাঙই। মামক্কী নুপীমকসু মাগী মপুং ফাবা মপাং অমা ওইবীয়ু য়াবক্ত্রে। মাগী তৎনা থানবা য়াদবা মপাং হায়ববু মাগী অনাবসিতা ঙাযরে। মাদদি অহিং অমত্তা থানসি হায়বা য়াবা কৌবা লৈত্রে। কুইনা মপাং অমা ওইনা মাগা লেনমিন্নরকপদগী মাগা লেনমিন্নবা হৈনরে, য়েৎলোমদা য়াতাদুনা, ঈশিং অশাবা য়ৈদুনা শোর শান্নদুনা মাগা লৈমিন্নবা তাই। মাগা পাক্লা কায়নবা য়াগদবা মান্দ্রে।

অহিং অসি থেঙজিল্লকই।

বীরচন্দ্র ফমুংদা ঙস্তানা চঙই। ঙরাং মাগী নুপীনা উনা শীংনানা শেম্বা আয়ুর্ব্বেদগী হিদাক্কি হায়দুনা লীক্কি অমা পুরকখিবনি। মদু তূম্লমদাইদা থক্লগা খরনা চীকপা মফমদুদা তৈরগা লাইগী নাম শোল্লদুনা শোর শাংনা শাংনা হোল্লবদি চীকপা হম্থরক্তুনা তূম্বা য়াগনি হায়রি। হিদাক মচন্দু পাদুনা য়েংবদা আলকোহোলগী চাং য়াম্না ৱাংনা য়াওই। বীরচন্দ্র যু থক্লোই হায়না খাঙদুনা লাকপনি অদুনা হিদাক্তা যু য়াওবা পূম্নমক চাদদুনা লাকপনি। অদুনা মাগী নুপী উদ্রিঙৈদা লংথোকশ্রবনি। মানা পাম্বা হিদাক্তি মাগী অৱাবদা মপাং ওইবীযু হায়বনি অদুগা মানা যু হাপ্তুনা শুংবা মচুদুদা উবদা নুংপান ওল্লবা মহীদুবু থকউকাসু হায়রি, মা য়াম্না ৱারৌই। মা হিদাক কয়া তৈখ্রে কয়া অমসু চাখ্রে চাহৈ থকহৈদবা কয়া অমসু য়াওখ্রে শাগৈ জাৎ তাগদবা পোৎ ফাওবনি। নাবদা ফরগা লোইরেকো হায়দুনা তৌহৈ তৌহৈদবা থিখিদ্রবনি যুদদি থক্লোই হায়দুনা খাঙদুনা লাক্কি। অদুবু, মাবু থাদোক্লোই হায়রিবা অনাবসি তানবা ঙম্বগী ৱা লৈখিদ্রে, মানা ঙমদুনা লাকশ্রবনি। মানা হায়রকপগুম তৌই অহিং অহিং, “হৈ অপঙবা ! নঙনা নপান ফরিঙৈ অতোংবা চাবা ফংলনি খল্লবা কয়ানা নঙগা অদুক নপাং ওইবা শাবগী ৱানিনে নঙনা মরায় চারথরক্লবা মতমদা কনাসু ননাক নক্লিং লোইদবনি, ঐতনি নঙগী নপাং, ঐদি নঙবু থাদোক্লোই নঙনা হিংলিমখৈ”।

বীরচন্দ্র মীৎকি কক্লা অমত্তা উইশিনবা য়াদে। শাগনগী চীকপা নাবদু খরা খরা কনখৎলকই। উপ্পী নুংঙাইতে, লোংই য়াদে, চেপ্লগী অদুমঙায় হুকচাংদা শাগৎলকই। ইমুংগী ময়ামদি তূম্লখ্রে, ইমুংদু ইচীক চীক্লবনি। উ চারিবা শূম খরনা ট্রীক ট্রীক লাওবা মখোল থোকহনবদুনা মরোন অমা কনখৎলকই তাঞ্জাদুদা শাগন চীকহনবা ঙম্বা মাদি মতম অমা ফনা থবক কনখৎলকই লূ তোংদা চঙলদুনা অমাংবী তান্নদুনা, হোরী বান্দোং য়াল্লদুনা, ক্লাক মাঙজোং চোংলদুনা।

বীরচন্দ্র হৌগৎলদুনা থার্মো ফ্লাসতা অশৌবা ঈশিং হাপ্তুনা থমখিবদু মখুম লৈথোক্তুনা ঈশিং অশাবা হাপ্লবা বেগতা হাল্লে। মদুনা শাগন অচীকপা মপাদুদা য়ৈরবকান্দতা খরা খাঙফম খঙই। কাওথোক্লবা হোৎনবা শাজেনসু মা য়াম্না হৈনরে। তূম্বা য়াদবগী ৱারী অমনি।

বিদর্ভ লৈবাক্তা নিংথৌ অমা হাইনা হুম্লা পাল্লমই। করিমত্তা ব্রাৎত্রবা নিংথৌরেলদুগী অব্রাবা হায়ববু মা তূম্বা য়াদবগী লায়নানা নাদুনা লৈবাক কয়া কয়াদগী মাইবা মায়চৌ কয়ানা য়েংবদা কোকপা ঙমদ্রবনি। নোংমদি মমা মপা লৈত্রবী নুপীমচা অমনা নিংথৌগী তূম্বা য়াদবদু য়াহন্নবা মা মতেং পাংবা ঙমগনি হায়রকপদা নিংথৌদুনা উশীৎতবনি হায়দুনা নুপীমচা অদু কৈশুমশঙদা থম্বীরমই। মতম কুইনা হৌশ্লবদা নোংমা, নিংথৌনা য়াচঙবা মতমদা নুপীমচাদু কৈশুমশঙদা, করম্না লেল্লিবগে য়েংবা লাকখি। নুপীমচাদুনা কৈশুমশঙ মনুংদুদা লাই থাউমৈ কৎলদুনা লাই নীংদুনা ফনা কুইনা লৈরমই। নিংথৌদুনা চঙলক্তুনা হংলমই। নুপীমচাদুনা ইংনা তপ্না খুম্মকখি, "হে নিংথৌ, পূক্লীংদা অচাওরম, য়েক্লা ব্রাখল, ইথন্তগী নুংঙাইবা য়েংবা, তৌবিমল খঙদবা, জীববু হিংসা তৌনীংবা পূম্নমক থাদোক্তুনা ঈশ্বরদা চঙজৌ নঙ শোয়দনা তূম্বা য়াগনি, কৈশুমশঙদা লৈরবসু ঐ তূম্বা যাদবা লৈতে ঐদি অব্রা অনা অমত্তা লৈতে, ঐ য়াম্না নুংঙাইবি"।

অঙাংদুনা ঙাঙলিবা অদু নিংথৌদুনা তূম্বা য়াদ্রবা অহিং খরদা নীংশিংলকই অদুদগীদি নারবা মীনা হিদাক চানীংদবা হৌনবরা ? মা লাইনীংবা হৌবকই সন্ধ্যাগী য়াচঙবদা ধুপ থাউমৈ কৎলদুনা। মা তপ্না তপ্না তূম্বা যারকই। মমৈদা মানা নুপীমচাদুবু ইমা হায়না কৌরদুনা দেবী পূজা কৎখি।

বীরচন্দ্র ব্রাখল অমা লাকই। ঙরাং মাগী নুপীনা লৈরকই হায়বা হিদাক মহীদূ মানা মনীংথোঙগী ব্রাংমদা পৈরিবা চে মকুম মকাই হুন্দোকফমদুদা লংশিনখিবনি। মদু থিনীংবা ফাওরকই। বেট্রি কাপ্লদুনা মনীংথোঙ হাংলদুনা অমোৎ অকায মবক্তু ওৎ ওৎতুনা থিরমই। মমৈদা ফংলে উচীন নাচিন্না উচিনা লৈবাক হনবা মরক্তুদা তাশিন্দুনা লৈরমই। মদু পুদুনা ইমুংদা চঙলক্লে। অমুক্তং লাইবক কৎতুনা খুকমই লঙজখিবা মরালদু ঙাকপিয়ু হায়দুনা অদুদগীদি মখুমদু হাংদোক্তুনা লাইগী মিংলেন শোল্লকই। লাই কযা নীংদবা মাদি শোনবা য়াবা লাই অমত্তবু নীংশিংদে। অদুবু অমদি নীংশিংলকই, শিবরাত্রিদা গঙ্গা ঙান্থক থাঙ্গৎতুনা শোনবা লাইশোন জয় শিবশম্ভু অদুদগী মনমদু শন্দোরকই চিনিচম্প্রাসু হাইফেৎ নমই হৈনীং অমুনবা মনমসু নমই। ঈশিং খৌরাংবা মতম ওইনসু তৌই লীক্লি অদু তঙ্খায় অমা থক্তোকখি থবক শেৎ কায় তুদুম খ্যাও চুংই। মথংদি খুবাক ময়ায়দা হৈদুনা খরা লৌরগা

শাগন্দা তৈদুনা নোইরমই হৈনীং অমুনবা মনম নম্বা মহীদো অদুদগী ঈশিং অশাবগী বেগ অদু য়ৈরকই। মাগী মচীন্দা শোল্লকই লাইগী মিংলেন শোনফমবু ইখণ্ড খণ্ডদে নহানমখৈ তৌদবনা অদুবু, শিবরাত্রিদা গঙ্গাঙাম্বুক লাইবক কৎতুনা খুরুম্বা শিব শম্ভু! শোল্লমই। শিব শঙ্করগী মিং শোল্লুবদগী নীংশিংলকই লাইগা হিংচাবগা নাকপাক অমমম ওইদুনা সমুদ্র নৈখিবদো। সমুদ্র নৈরুবদা হূ থোক্লকই। শিবশঙ্কর মহাদেবনা সংসারগী য়াইফনবগীদমক্তা হূ অদু থকখি অদুগা য়োৎশিনবা তৌদনা মখৌরীদা থমই। হূগী মৈশানা কাথেক্কুনা মখৌবীদু হীগোক মচু কাখি অদুনা মাবু নিলকণ্ঠ হায়বা মিংথোলদা খণ্ডনরকখি। সংসার পূম্বগী অৱা অনা কন্নবা মহাদেবনা হূ থক্কুনা হূগী চৈনা খাঙখিবদি তমদুনা লোইররোই, মদুগা য়েংনরুরবদি শাগন খবা চীকপদি করিসু নত্তে। মহাদেবগী শক্তমদু মমীৎতা উরকই। বীরচন্দ্রনা জয় শিব শম্ভু হায়না শোল্লি। কোক মনুংদা উং উং লাওনা হাইফেৎ উংবা হৌরকই, ঈশিং অশাবা হীগা য়ৈবদুনা শাগনগী চীকপদু খরা শাফবগুম তৌই মা তূমথনবা হোৎনরমই।

বীরচন্দ্র মীকপ থোকই মাগী নুপীনা হৌদোরকপনি, "করিনো ঙসিদি উতুপ তাবদৌনা তাখ্রে, অঙাংশিংনদি তূমসনু নহানমখৈ তূম্বা য়াদে হায়বদো হায়না হাযবনি অদুবু, ঐদি চিংনবক্কুনা হৌদোরকপনি, হৌগৎলো নুংশা থোকএ"।

তশেংবনি কয়াদা নুংঙাইনা তূম্মুরবনো। শাগন চীকপা মপাংদু ঙবাং অহিংসিমদি কায়নরে। মাগা মপাং ওইদুনা নোংমগী নুমিদাংৱাইরম অমত্তা কায়নখিদবদু ঙবাং অহিংদি কায়নরম্বদুদা ঙকপা অমা ফাওই বীরচন্দ্র। লাংতক্লবসু ফাওই, কায়নবগী কাযনবা নাখৈ অমা শেংলবদি ফদৌনি অদুবু কনানা খঙবনো হোরেন অমুক ফূঙ ফাওরকপসু লাইনা তম্বা অমা লৈবম্মনি।

# ইনুংনা ঙান্দ্রিঙৈদা

মোবাইলফোন্না কৌরকপগী মখোলনা সুরচন্দ্রগী তূম্বা কায়হনখি। পায়খৎলুবদা ঙাঙলকই, চন্দ্র নৎত্রা, ঐ য়াংশৈনি। ঐখোয়দা নঙ হৌজিকমক লাক্কবা য়াদ্রে, য়াম্না থুরে আর্জেন্ট! ঐগী অব্রাবসি নঙনা কোক্লঙাই ওইবীয়ু। টেলিফোন থমখ্রে। য়াংশৈনি, নহানমখৈদি টেলিফোন্দা ব্রা ঙাঙবদা পাক্লা থমউ য়াদবনি ঙসিদি কোথদুনা ঙাঙবা তোকখ্রে, থমখ্রে। ঐবু লাক্কবা যাদে হায়রিবসি মাগী ময়ূম খোংশাই ভেঙ হায়বদুদনি। মতমসি পূং নোংয়ায় মতুং পূং ২ তারে, নোংঙানগদবদি পুংকুই কুইদ্রবনি। কালেনগী মতম ওইবগা অহিংগী মতম তেল্লি, তূমশীৎ ফাদ্রিবা মতম্মি অদুবু, সুরচন্দ্র চৎলগে হায়নদি লেপ্লে। চৎতবা য়াবা নত্তে, মাদি সঙ্গ পঙ্গ অদুক হাক্লা লৈজবা নত্তে। চীংদা চীংমী মশেন য়ূম মৈ থানবা, হাৎন-শুনবা অমদা চীক্লা পাঞ্জরম্বা য়াংশৈখোয়গী খুন অদু তুম্না চাক্কুনা লৈফম লৈতদুনা লাঞ্জেন্নরকপদা সুরচন্দ্রগী শঙ্গোয়দা থাদুনা ফনা কুইনা লৈবল্লবা য়াংশৈনি। ঙসিদি মখোয় ময়াম লম লৈদুনা খোংশাই ভেঙ খুনৌ ওইনা তাখিবা কুইদ্রিবনি। ময়ূম মৈ থাবিবদগী মিহুন চেঙ্গুম চেঙ্গার্নখিদুনা মপুংফানা হগ্গুদ্রিবনি ঙসি মানা কৌরকইবা মতৌসি অচম্বা ব্রাফম মান্দে, র্কবি ওইবা য়াবগে শাজিনবদা সুবচন্দ্রগী জ্ঞান অমা ইমাঙ মাঙই।

ফি হোংদুনা সুরচন্দ্র কাব থৌদোরকই। ইমুং মনুংনা ঙল্লি চৎখিনু হায়বদুগী মায়োক্তা মা খোরক্কুনা লমজাও য়ৌবে।

থেঙনা তূম্বা কাঙবুদি তূম্নখিবা কুইদ্রিবা মতম্মি। মতমদু চীকই। মতম শ্নমদদি নোং ঙাল্লমদাই মতমসি তম্নরাই থোকই হায়দুনা কিনরম্বনি, ঙসিদি মীনা কিরিবসে, লাই নত্তে, মীবুনি। লম্বী সড়ক ঙাক্লবা লৈরিবা মী, লৈবাক ঙাক্লবা লৈরিবা মী, মীয়াম্বু নুংঙাইবা পূন্সি অমা ফংহনগনি হায়দুনা কৎথোক্লবা মী, মী মী য়ামখ্রে। মখোয় অহিংগী মতমদা পাঙ্গল শক্তি হেনগৎলি, অঙানবা মতমদদি কয়া কন্না মথি ফোংলক্তে। থায়নগী ধর্ম্মশাস্ত্রদা য়াওবা নিশাচরগী ব্রারীদুমক্লি। অহিংগী মতমদা মখোয পাঙ্গল কনখৎলি। অসিগুম্বা নিশাচরশিংগী লমদম্মি

অহিংগী মতম মখোয়গী পাঙ্গল কনখৎপা মতম্নি। অসিগুম্বা নিশাচরশিংগী মতম ওইরিবা অহিংসিদা লম্বী সড়ক পূম্বা ইতাক তাকই। লম্বেল ঙাকপা কাঙবু থেংনগনি হায়দুনা কনাসু ইনুংনা ঙান্দ্রিঙৈদা থোক্লদবা মতম্নি। মতমসি অহিং ওইরি। লম্বেল ঙাকপা কাঙবু খুৎলায় পায়বা অঙম্বশিংদু অমত্তা থেংনদ্রে। খুৎলৌ পল্লৌদনা খোংশাই ভেঙগী খুনগী থোঙ্গান য়ৌশিল্লক্লে। য়োৎকি পৌরোন অমনা কাঙফৈ ওইরদুনা থোঙ অদু লোল্লি অদুগা মী অমনা লেপ্তুনা লৈবা উই। খুন ঙাকপা কাঙবু ওইরম্বা য়াই। খুনগী থোঙ ময়াদু য়ৌশিল্লকপদা খঙলে য়াংশৈনি মশম মনাকা ইফা ফারদুনা লেপ্তুনা লৈরি। কিগনখ্রবা মী অসিনা নোংয়ায় মতুংসিদা খুনগী থোঙ্গান্দা লেপ্তুনা লৈরম্বদু উবদা হেন্না ঙকখ্রে। গাড়ীগী মৈঙান্দা উবদা য়াংশৈসি হীয়াঙ অথৌবা কা হায়বদু ওইবমগদবা মাল্লি মশমকাসু ইফা ফারে ইরাও রাওরদুনা ফীরাঙ মরাক তাইবা অমা ইল্লদুনা মমীৎকাসু ইরং লংখৎলদুনা। খোংশাই ভেঙগী মনাক হেক নক্লবগা হূই ময়াম অমনা চীক্কদবগী ঙংদুনা ওমশিল্লকপনি, ঙসিদি উদ্রে। খুন অদু ইচীক চীকই। খুনগী থোঙ অদু কনানসু ঙাক্কে। লমজঙগী নাকন ওইরপ্লা ইংলিসনা ইরি, নুংদাংরাইরম পূং ৭ তগী অয়ুক পূং ৫ ফাওবা খুন্দা মীতোপ চঙবা য়াদে। কার অদু নাকন্দা থম্লে অদুগা য়াংশৈনা পুবদুনা য়োৎকি কাঙফৈদু লীৎলগা সুরচন্দ্র খুন্দুদা চঙলকই। তৌরিবা মতৌদু করিনো করি তৌববনো ইহং হংদনা সুরচন্দ্র য়াংশৈগী মতুং ইন্দুনা লাকই। অমম্বা মরক্লুদা নৌনা তাবা খুন অদুগী পাকখন খাংপোক ওইনা তৌবা য়ুমশিংদু তুম্পক তুম্পক বুন্দুনা লৈবগুম তৌরি। মখোয় অনী য়ুম মনুংদা চঙমিন্নরকই। নোংঙাল্লমদাইদুদা যাংশৈগী নুপী অঙাংপূম্বা অমত্তা তুমদনা লৈরমই। সুরচন্দ্রনা চঙলকপা উবদা মখোয় তিঙক তিঙক য়েংলকই অদুগা য়াংশৈগী নুপীনা হায়রকই, "তাদা ইচানুপী হেল্লমসি চাউ থকউ অমত্তা য়াদে কপ্তুনতা লৈরে ঐখোয় তৌফম খঙদ্রে"।

সুরচন্দ্র ভাব অমত্তা তাদে ইমুংদা থোক্লিবদু অঙাংদু নাবা ওইবগনা নোং ঙাল্লগা ডাক্তরদা পুরগা লোইরে।

য়াংশৈনা হায়রকই, "ঐখোয় খুনগী চীফনা খুন্দা হূই অমত্তা থম্লররোইশি হায়না হায়দুনা খুনগী হূই লোইনা হাৎখ্রে, হয়েং ঐখোয়গী হূই লৌবা লাক্কনি হায়"।

সুরচন্দ্র ভাব তারে, হূই অদু মচানুপীনা কদায়দগীনো অমদগী পুরক্কুনা লোইখিবনি খুনগী ব্বারেপ অদুনা মচানুপীদুগী অনা লোয়নবা মরম ওইরবনি। মচানুপীদুগী অব্বাবা কোক্কবা উপাই অমদি তৌনীংই।

য়াংশৈনা তকশি শোল্লদুনা হায়রকই, "নহান ঐখোয় খুনগী হূই অমনা মৈতৈ খুল্লক্তা চৎতুনা মী অমা চীক্কুবনি অদুদগীদি খুনগী মিতিং ফমদুনা ব্বা লেপ্লবনি, হূই পূম্বা অমত্তা লোইনরনুসি হায়নম্রে"।

খুন্দু মৈ ইমম মমই ব্বাখলসু ইপীক পীকশিল্লি। নোং ঙাল্লবদি হূইদু ফাবা লাক্লনি লৈকায়গী নহারোলশিংনা মখুৎতা থাঙ তেন পায়রদুনা। নোংঙানগদবদি কুইদ্রে। অঙাংদুগী য়েংদুনা হূইদু কনবা তাই। বোইপু হায়না মিং থোল্লদুনা মচানুপী হেল্লমগী মপাংনি। মাদি কনাদসু চীক্কু বা লৈত্রি অদুমক্তদা ঙমই হায়দুনা হাৎপিগদৌরিবনি নুংশি হৈতনা খুদোংচাবা লৌরদুনা শা চাবা কাঙবুদুনা। সুরচন্দ্র নীংশিংলি, য়াংশৈগী ঙানু লোইবদু লৌবুক্তা থাদোকখিবদা বোইপু থাদুনা হোইগৎলুচো হাযবদা চেনখিদুনা ঙানু হোইগৎপদা কান্নখ্রবা মী অমা লৈবমুক কান্নবা হেল্লম্মা কায়ননীংদে। ঙসি নোংমা নিনিসি খুনগী হূই পূম্বা মপুশিংনা মশানা খঙনা খুনগী নহারোলশিংদা শিন্নদুনা হূইশা ওষ্থোকখ্রবনি। ঙরাংকাদি হূইশা লৈবা লাকপা কাঙবুশিংনা হীয়াংথাং বরদু ঙায়খি হায়। য়াংশৈখোয়গী বোয়পুদি শিংবনিনা ফাবা ঙমদবদগী নোং ঙানবা মতমদা ফাবা লাক্কে হায়রম্লবনি। ঙসি বোইপুগী পালি তারি। মদু নৌরিবী হেল্লমগী মফমদদি খাঙঙমদবনি। মা নোং ঙালহন্নিংদে।

মোমবতী অমা থাল্লিবদু নক্লা পুশিন্দুনা চাবা থকপা পূম্বা লেপখ্রবী ফমুংদা যাম্ফক তানা হীপ্লিবী হেল্লমগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা সুবচন্দ্রনা য়েংই। সুরচন্দ্রবু উবদা মমীৎতু অমুক্তং পাঙথোরক্তুনা য়েংলকই। সুরচন্দ্রগী নুংদা তীং লাওনা পাল্লি মাগী মীৎয়েংদুনা। মাবু কনবিয়ু হায়না হায়রকপা মাল্লি মরোন থোকপগুম তৌই মাগী মীৎয়েংদো। ঘড়িদা য়েংই, পূং অহুম মখায় তারে। কালেনগী তেল্লবা অহিংদু লোইশিল্লক্লে। সুবচন্দ্রনা য়াংশৈদা য়েংদুনা হায়রকই, "হৈ ফৌ রোরা অহাঙবা অমা পুথোরকউ"। বোইপু হেল্লমগী ফমুং কাঙখা মখাদা তূল্লি, য়াংশৈদা কৌথোকহল্লমই। মাগী মচীন পুনশিল্লে মখোঙসু পুনশিল্লে নমদুনা ফারগা অদুদগীদি মখোয় অনী চঙদুনা বোইপু বোরাদা হাঞ্জিল্লে, মচীন অদু খরা কোম্লপ পুল্লে।

মদু উরুবদা অঙাং অদু ফ্রীং ফ্রীং চোংদুনা কপ্লকই। সুরচন্দ্রনা হায়রমই, "হৈ হেল্লম কাকা লৈরিবসি উদ্রা কপকনু, ইচাগী হূইবু মখোয়না শোকপা য়াব্রো, নোং ঙান্দ্রিশুঁদা মখোয় লাক্লিশুঁদা নঙগী বোপুসে কাকাগীদা পুদুনা থম্বীগে, মী উদনবা বোরাদা হাপ্তুনা পুদবা য়াদবনি, কপকনু"।

অঙাংদু কপ্লদি তোকপ্রে মমীৎ মনা চপ য়ুংখৎতুনা লৈহৌই। পম্থনবা মতম লৈতে মী য়াহৌনরক্লনি মী খঙহনবা য়াবা নত্তে।

বোরাদু নাকন অমা মানা পায়রে, মচি অমদনা য়াংশৈনা পায়হল্লে মপোৎ থন্না য়াওরবা বোরাদু থাংদোরক্লে। খুনগী থোঙ্গাল ব্রাংমদা থাদুনা লৈরিবা কারদুগী মনীংদু হাংদোক্লে অদুগা বোরা মপোৎ অদু হাপচিল্লে অদুগা মখুমদু কোম্না খুমদুনা পম্থদনা গাড়ী অদু থৌরক্লে ময়ূম মায়কৈ তম্না।

হৌজিক নোং ঙান্দ্রি মপুংফানা, অদুবু লম্বীদা হব্রাচাবা মী চৎনবদি হৌরে। হেল্লমদি নোং ঙালহন্নিখিদবনি অদুবু, নোং ঙাল্লক্তবা য়ারোই। নোংঙাল্লমদাইগী অইংবা নুংশিৎ অমা লিরি লিরি হুল্লকই।

# ডাইরিদা ইরম্বা পুৱারী

চহী অদুদা পায়বা ঐগী ডাইরিদু থবাক্কী ফুরিৎখাওদা হাপ্পা য়াবা য়াম্না পীকপা ওইরুবনা চেনা অমদা থৌদোকপুম্বা ইশিনবা কোন্নখিদে। অয়ুক্তগী হৌনা হিসাব শৃদুনা মরুওইবা থৌদোক কয়া অমা ইশিল্লুবদগী ইফম অমত্তা লৈরক্কুবা মতমদা থৌদোক অদু থোক্লকপনি অদুদদি মথংগী নুমিৎকি চেনাদা ইশিল্লুবসু য়াদবনা ডাইবিদুদদি চলহৌদ্রে। অতোপ্পা চেনা অমদা ইবা তাই নৎত্রবদি কাওথোকখিবা য়াই।

ঐ হিংবা ঙম্নবা থবক মচা অমা তৌজে, অতৈ থবক নত্তে, রেডিওগী এনাউন্সরনি। অতৈ লোয়শঙদা থবক তৌবা মীওইশিংদি খরা থেঙনা থবক কারবসু যাই খরা ঙন্নসু অদুম মহল্লকই। অদুবু, ঐনা তৌরুরিবা থবক অসিদি পুংশীং চাদবা য়াদে, মীকুপ নাহুম শেন্নদবা য়াদে, মতম শোয়বা য়াদে। অয়ুক্কী মতমদা মীনা য়াহৌনদ্রিঙৈদা য়ুমদগী খোঙনা থোরকই অদুগা প্রপ প্রপ চৎপা হৌই ষ্টুডিও য়ৌনবা। হেক য়ৌবগা চুমদ্রিং চঙশিন্দুনা লাওথোকপা হৌই মতম্না য়ৌরক্লবদা রেকোর্ড খোংই বন্দে মাতরম, ইংবাজী অমদি হিন্দিদা পাও, বন্দনা মথং মথং। ঐগী মরুপ মপাং কয়া অমা তৃম্ববদগী হৌগৎলমখিরোই। মখোয়না অদুঙৈদা হায়খি, "টায়গর হিলদগী নুমিৎ থোরকপা, কন্যাকুমারীদা নুমিৎ তাখিবা য়েংবগী পেনবা নাইদে। হোয়, য়েংববু হৈরবদি নীংথিজবদি মফমসিদসু মরাং কায়না লৈ। চীংখৈনা ফীদুপ হুনবা, নোংমাইজীং চীংদোন্দগী নুমিৎনা লীৎখৎলকপা মখোয় উখিদ্রি, মবমদি মখোয়না মীকপ থোক্লকপদা নুমিৎতি হান্ননা থোক্লুনা লৈরমই হায়। ঐগী মরুপ সুরেশকি নুপীগী মমিং উষা কৌই। ঐনা নোংমদি হংখি, "নঙগী নুপীগী মমিং উষা কৌই, করি হায়রিবনো খঙব্রা। মা খঙদবগুম তৌই। ঐনা হায়খি, সংস্কৃত লোন্নি, অয়ুক হায়বনি। মানা হংলকখি, "অদু কৈদৌরবা" ? হু কৈসু তৌদে, নঙনা ইনুং ঙানবা উদে হায়বদু ঐ ঙকই। নঙ উষাগা মায়োক্ল দুনা লৈরিবদুদি। মানা খুল্লর্কখি, "নঙগীদু পক্ত্রে তোক্লো"।

অয়ুক দিয়ুটি তাবা ঐখোযনবু ইনুং ঙানবগী ফজবা শক্তম খঙবা ঙমদ্রবদি কনানা খঙবিগনি। অয়ুক্কী ফজবা থাবদা কবি কয়া মহাকবী ওইনখ্রবনি। বিশ্বকবী

রবীন্দ্রনাথনা অয়ুকপু খোয়দাজখি। অদুবু, অয়ুক্কী ফজবা কুইনা য়েংদুনা লেন্নবা মতমদি লৈতে। পম্থদনা চঙখিবা তাই ষ্টুডিওগী কা মনুংদা চীক্লবা কাখূদুদা মাঙদনা মাইক্রোফোন। মদুদা লাওখি কয়ারক "আকাশবাণী ইম্ফাল", "বন্দে মাতরম" নুংশিরবা শহানাইগী শুর অমা খোংলকই বিসমিল্লা খানা খোংবা শহনাই রাগ যোগীয়া। কয়া মেঙখ্রবা নুংহীক্লবা খোম্থোক্লো ভারতকি পরম্পরাদা লুহোংবা মতমদা খোংবা যন্ত্র অদো। কন্যা অমা অরংবা শাড়ীনা লৈতেং তৌদুনা দলাইথক্তা য়াম্বা মরিগী লেংথক্তা চৎলিবা মপাম লমদম থাদোক্তুনা থাউমৈ পরেংনা ঙালহল্লবা নৌনা লৈতেংলবা মঙ লৈবাক অমদা শঙ্গাই অমদা অনৌবীগী ফীজোল খোল্লদুনা। মসিনি ঐগী নোংমগী পূক্লীংদা ফাওরিবা শক্লোন খরা।

ঙসিদি নুমিৎ য়ুংবা মতুংদসু দিউটি তাগদৌরি ঐগীনা ইপোক নুমিৎনি ফেব্রুৱারীগী তাং ১৪ নি। কনানা মপোক নুমিৎসি নুংঙাইবা ফোঙদোক্লে অদুবু, মী-পোংনা লৈজদবনে অঙাং নুপীনা মরোল অমা হায়না তানবা য়াদবনে অমরোমদা লন্নাইগী ওইনা নংজবনে শেল অরেম্বদা চৎহন্নিংদবনে ঐগী ইপোক নুমিৎকা অঙাংশিংদা খঙহঞ্জদে। ঐ পোথবা ফাওবদি পামখিবনি অদুবু দিউটিদি নুংথিলদসু তাহল্লকই। ঐ য়াবা তাই, মসিনা ঐগী থবক্তি মসিনা ঐবু অমদি ইমুং মনুংবু থাকপিরিবনি। থবক চেকশিন্দবা য়াদে। হন্দক লাক্লিবা ষ্টেশন ডাইরেক্টর কেরলা মচা অসে মহা হিংচাবনি, খীৎতং হেক শোয়বদা অদুম সসপেন্দ। নহান সাইখোহেন কিপগেন্দু অদুক য়ু খরা থকচবগী ৱাদনি থবক্তি য়াম্না ফাবনি অদুবু খীৎতং থেঙনা কারকই হায়দুনা সসপেন্দ তৌবিখ্রে।

অয়ুক্কি দিউটি লোইরে। চাক চারক্ত্রিবনিনা য়ূমদা অমুক তনহন হল্লুবা তাই। গাড়ীমচা অমত্তা তোংগে হায়বদি খল্লবনি অদুবু ঙমদে অদুনা খোঙনা রিক্সানা ঙম্নবা থবক কাবা তাই কিলোমিটর অনীমুক্তনি পংলাপ লাপ্পা নত্তে। অয়ুক অঙনবদগী খোঙনা থোরকপনি। লম্বীদসু করিমত্তা চারক্তে। পুক্তা চাঙাং খরা নত্তনা বস্তু অমত্তা তারক্তে। খোঙথাং খূদিং লৱাই লেম্ফুদা ফূঙ ফুঙ কারকই নুংদগী মৈগী চীং পোকখায়রকপদৌনা। থক্তা নুংশিৎ হাইগৎলকই কুইরক্লবদি লমহুন নুংশিৎ অমা লৈজবদু কাঙলকপদি শোয়দে অদুদদি ওয়থংবা খুনীংথৌদা

তিন থাক্লগা খোয়দৌদা ফাথদুনা খোঙথাং অথুবী থাংলকই য়ূমদবু য়ৌরগা লোইরে। য়ূম য়ৌবগা চাক চারগা মরাইনা নেমজখিনি।

ইঙ্গ্লাংদি ঐনা পামজবা অমদুম মওইরমই য়োংচাক্লে, কৌখানে, লোক্লেনে, হৱাইমুবীগা আলু অঙাঙবগা ইরোম্বনি য়াইপল বোরানি। ফি কা হোংবা নংবা নংত্রে, চুমদ্রিং চাকশঙদা। অঙাং মমাদি ইরাং পুরদুনা অঙাংগা লোয়ননা ভেলেন্টাইন ডেগা মরী লৈননা ফল্লিবা মেলা চংকনি হায়দুনা শেম শাদুনা লৈরম্লে। মখোয় চংখ্রে। চাক চাবদু লোইরবদুদি ঙাইহাক্তং শাংদোক্লিংলকই। পূং অমা নংনবা অমুক ষ্টুডিও য়ৌগদবনি।

মীকপ খংথোক থোকই। ঐ স্বায় লাওই! ঘড়িদা যেংই পূং অমা তাগদবা মিনিট তরা মঙাদা ঙায়বেনা। হৈমা কর্মদৌনি! অঙাংশিং লৈরবদি মখোয়না হৌদোরক্কদবনি, মখোয় লৈতদুনা তৌরিবনি। ঐ ফৃবিৎ লীৎশিন লীৎশিন্না সোরোকলোমদা চেম্থোরকই। শোর ফুনগৎলদুনা। কপ্লিংবা ফাওরকই, চৈরকই, মরাল লৈজদবী অঙাং মমাদো, "মাবু ঙসি নংত্রবদি মেলাদু চংনবা মতম লৈত্রব্রা ইরাং পুবা শারদুনা পূং অমগী মতুংদা চংপা য়াদবজাংলা"।

রিক্সা অমা তনফা ফাদুনা তোংখংলি, "রেডিও ষ্টেশন, খঙঙব্রা, থুবো"।

খোঙঙুপকা তোংবা নঙদ্রে মচুকা মল্লবা হৱাই সেম্দলদুনি ওইজসনু য়ৌবগা লোইরে। মীনা চীক্লা চাযনা ঙমদ্রবা গাডী মরক অদুদা লম্বীগী চিদাইদা রিক্সা অদু চংপা হৌরমই। রিক্সা থৌবদুদা চৈরমই, "হৈ থুনা থৌনহৈ"।

ঐ হিংনা হিংনা শিরবগুম্বনি। হেক নংদবদা লৈবাক কুম্মৈ ওইরে অদুম সসপেন্দ। অসুক য়াম্বা ইমুংমনুংসি মসিনা শাশি ঙাশি পুনরিবনি।

মখোল অমা থোকখি, পোকখায়বা মখোলনি! নঙ্গল্লোমদগী কাপ্লকপা ওইনা তৌই উফুলনা লৈচিন থায়। থবাক্তা মারগা য়েংই, থবাক্তুদি ফাওদে ঐঙোন্দা নত্তমালে লৈদুনা যেংই কদোমদনো। অতৈ নংলমদ্রে রিক্সা অমা ঐনা তোংলিবসি টায়ার পোকখায়রে। ইসঃ নোংমৈ গুলিদি নংলমদ্রে। হৌজিক করি তৌবা তাই রিক্সাদগী চোংথরকই।

নহা অমা স্কুটর তোংদুনা থৌরকই। ঐনা মাবু খাম্লে মমাঙদা থংলদুনা। ফুনগংলবা খৌনাওদগী হায়দোকখি, "ইবুঙো ইয়াম্ববু অমুক্তা পোকপিয়ুবা ইয়াম্বা নঙোন্দা চঙজরিবসিনি, নঙনা কনবিগে হায়রবদি ঙমই"।

নিপামচা অদুদি ফত্ত নুংদা থোক্লবোই নীংদুনা ঙক্নুনা হংলকই, "কৈদৌরে" ? হান্না স্কুটর মনীংদুদা কাখৎলে, "ইবুঙো, ইয়াম্বা এনাউন্সর ওইবনি ইয়াম্ববু রেডিও ষ্টেশন ফাওবদা থিনবিয়ু। পূং অমগী প্রোগ্রাম লাওথোক্কদৌরিবনি, তাগদবা মিনিট মঙাদা ঙায়রে"।

গাড়ী অদু নুংশিৎকি মাঙ থাদুনা থৌরমই। ঐ মীৎ উইশিল্লে, "কালিমাই ইম্মা ইবেমা নচা মঙ্গল ওইজগেকো"।

মীৎনা কুপ্পদা রেডিও ষ্টেশন য়ৌরে। ঙমজবী থাদুনা চেনশিল্লমই ষ্টুডিও তম্না। ময়াম লোইনা ঐগীদমক্তা ব্রাবিরমই। পম্বুদে মাইক্রোফোন মমাঙদা, শোর অমুক্তং হোন্দোকই, মৈ অঙাঙবা ঙাল্লকই। ঐনা নুংদগী হোল্লুকপা শোর মপীদু ফাথবগা লাওথোকখি, "আকাশবাণী ইম্ফাল হৌজিক নুংথিলগী পূং অমা তারকপগা লোয়ননা অনীশুবা অধিবেশন অমুক হাংদোকচরি, শন্দোকচরিবা। মিটর...।

থৌবম হৌখ্রে। হৌজিক্তদা খল্লকই, কনবিরকখিবা নিপামচাদু মমিংসু হংহৌদে, গাড়ীগী নম্বরসু উহৌদে, থেঙ্ক যু হাযবা ফাওবা হায়হৌদে। বিক্সা অদুসু ঐবু ফনা শাংনদি পুবিরক্লবনি ঐ তোংনা তোংনা টারায়সু পোকখায়বনি। ভাড়া খজিক্তসু পীহৌদে।

ব্রারী অসি চহী কুম্থ্রা মঙা শুবল্লে।

# নিপা থৌদাং উৎপা নুমিৎ

নুমিদাংৱাই হেক য়ৌরবদি মী কয়া কয়া থোক্লরকই কৈথেলগী অকোয়বদা পোফম মমাঙদা থাবা ফান্দা ফমদুনা অচা অথক চাদুনা ৱারী ৱাতাই শাদুনা ওমশিন্নদুনা খুন্দিন্নদুনা লৈনৈ মদুনা হোরেন কৈথেল কায়দ্রিফাওবা ওমদুনা লৈদৌবিবনি। মযামদুগী মনুংদা নিমাইসু অমনি। মাগী মথৌ হায়ববু নোংঙানবগা থোবক্লগা লম্বী চিদাইদা লেপ্লা মাগা সঙ্গ ওইবা ইনাওচা, মঙ্গি, বীরমনীখোয় থোবকপা ঙাইবা অদুগা হৌনদুনা তুবেন ৱাংমগী খুন্দা চঙদুনা য়ুনা চরা ৱাল্লুবা অসুম্না অতোপ্পা অমগা অমুক হৌনা চঙ চঙদুনা পানৈ পানৈ থক্লুবগা য়ূমদা হঞ্জিন্দুনা মাগী নুপীনা থোংদুনা থেন্দুনা থম্লবা চাক চাদুনা তৃম্বমখৈ তৃম্লবগা নুংথিল নুমিদাংৱাইরমদা অমুক লমজাওদা থোবকপনি।

নিমাই বি ই পাস তৌদুনা এড হোক্তা সবকারগী এস ও অমা ওইনা মতম খরা থবক পুরুববনি। মানা থবক তৌরিঙৈদুদা মনিশঙগা লুহোংখিবনি। মনিশংসু ইঞ্জিনিয়ারদনি হাযদুনা ওঙলকখিবনি। অদুবু, লুহোংবা মতুং পংকুই কুইদনা সবকাবনা ডাওন সাইজিং হাযদুনা এড হোক্কি থবকমখৈ লৌথোকপদা য়াওখিবা নিমাইগী ফীভম শোকখি। মা কঙাওনবা নীংবা কায়বা মী অমা ওনখ্রে। নিপা অমা ওইনা পোক্লরগা নিপা থোকপা ঙমদবা মাযথীবা মী অমা ওইবে।

থবক লৈতবা মীদি মতম লেনবদা যাম্না ৱায়। মাগী খবচ পৃম্বা মাগা নুপীদগী লৌবনি। মাগী নুপী মনিশং সরকারগী থবকমচা অমা তৌবীনি অদুনা মাগী নুপীনা থাকপনি। নিপা অমা ওইনা ফনা পোক্লুববসু ফমজা চাবা য়ানবা লাইনা মাগী নুপী শেঙ্খোকপী অমা ফংহনবনি। কৈথেলদা হেক থোরকপগা মাগী লেপফমসি কৈথেল লাইবেম্মগী খুভম বোরোই মখোঙ অসিনি। মাগী নুপীনা ওফিস কৃম্লকপা, লম্বীগী লাইন চেনবা ওটো রিক্সোদা তোংলক্লুনা কৈথেলগী বেরোই মখোঙদা খামহল্লগা কুমথবকই অদুগা নিমাইনা লেপ্লুনা ঙাইদুনা লৈ। হেক কুমথরকপদা মখুৎ তিংথোক্লুনা নিদুনা পৈশা খবা লৌহৌরগা অমুক য়ু থক্লুনা লৈহৌই অদুগা কৈথেল কায়নখ্রবা মতমদা হঞ্জিল্লি চাক লাম্লবা মতমদা, মাগী নুপীনা থোং থাকপা

লোইরম্লনি হায়বা মতমদুদা। মখোয়গী থবক হঞ্জিন্নবা হায় কোর্টতা কেশ তৌরি। মদু ঙল্লক্তুনা অমুক্তং থবক হঞ্জিনবা মা ঙাইরি।

হয়িংগী খেনফমদা পোল্লক্লবা নিমাইনি ঙসিসু ঙসাইদগী ঙাইরকপদু মাগী নুপী ওফিস হল্লক্লে। ওটো রিক্সোদুদগী কুমথববু ঙাইবা ঙমদে, মখুৎ তিংথোক্তুনা চেনশিল্লি। কনাগুম্বা অমদা মদু করিসু হরাওনিঙাই লৈতে অদুবু, মনিশঙদি শাওদে মোং হাদনা মীমান্নদ্রবা মাগী নিপাদুদা বেগতগী লৌথোক্তুনা লুপা তরাচৎপী অমা পীরে। নিপা কৌবনিনা নিমাইসু হায়জিল্লি, "হৈ থুনা হঞ্জিনখোকো, ঐ চাক য়াম্না লাম্লবজাৎনি"।

মনিশঙনা লোয়শঙ অমা কারুবগী তনান তনান্না শেৎ চাদুনা হঞ্জিল্লকপদুদা মোৎতাই চুদাইনববা মানা কাসু হুকুম তৌরুরিয়ে। অদুবু, মাগী নুপীদো কয়া ৱা ওইনা লৌদে, হন্না য়েংলমদনা কৈথেল পোৎলক্তা চঙখ্রে। নিমাইনা থোং ৱাংমদা চৎখ্রে। মাগী নুপীদগী লৌহৌবা পৈশাদু লোইথোক্লুনবনি।

সন্ধ্যাদু য়াচঙলে, অমম্বনা অকোয়বদু লাঙ্গোয় চনখ্রে। কৈথেল লৃকমায় মপা মপাদা লৈকায় ক্লবনা থানবিবা ইলেক্ট্রিক্কি মখোঙ পানবা থাংমৈ পরেংনা অদুঙৈগী পোদোনগী মহূৎ শিনখ্রে।

নিমাইনা থোং ৱাংমদগী হল্লকপদা পূম্মম মল্লে। কৈথেলদি কাযদ্রি। কৈথেল লাইরেম্মাগী খুভম বোবোই মখোঙদু মীনা পঙনা চঙনদে অদুবু নিমাইগীদি মদুদা ফম্ফম ওই মানা ঙাইখি মথং মথং ইমোবা, মঙ্গি, সনাতোম্বা, উপেন। লৈকায়গী মী শিবগী পোৎলোইবা অমকা লাকর্পাস মখোয় য়াম্না নুংঙাইজে। য়ুম্বুনা খবচ পীনমক্ট অদুনা পোৎলোইবদুগী মৈতান্না ৱাখৈরবা মতুংদা থোং ৱাংমদা চৎতুনা অমুক্তা ফমথৈ অপুইকগী মশাইকোন্দা নিশাবন্দনা যৌঙমদবা লৈমকোন্দুনা ময়াই কাববী শুম্মাৎযাই পূর্বা মঙীদুনা মপু লাক্লে হায়দুনা ঙাইদুনা লৈরম্না তাঞ্জা কয়াদা।

ঙসিদি মাঙ্গখোয থোরক্লরোই। মখোয় লৈবকমচাগী মী লৈতবা অমা য়াওবদু পোৎলোইনবা চৎখ্রে নিমাইদি য়াওহৌদ্রে। কৈথেলসু কায়গদবা পংকুই কুইশিল্লক্লে। কাঙসু কল্লি তুমীৎসু য়াম্না চীকই নিমাই ঙসিদি মপুং ইফা ফাদনা হঞ্জিনবদা তারে। মা ঙন্না হঞ্জিন্নিংদবনি। মাগী নুপী ঈশৌ য়াম্না লাংই থীনা থীনা মথীবোঙ পন্দুনা চৈ মীরেম্নী হায়দুনা তুহৎপি নিপা ওইনা পোল্লবগী পাঙ্গল থৌনা

পূম্বা লোইনা মপুংফানা তোইদুনা মাঙখ্রে। মদু খাঙবা ঙম্মবনি মানা য়ু থক্লিবসে। য়ু থকপা ফত্তে মা খঙই, থকপা তোক্লগে হন্না হন্না খনখি অদুবু য়ু ঙাওদবা য়াদে মরমদি ঙাওদবা মতমদা, মাগী নুপীগী মমাঙদা লেপ্পা ঙমদে। খন্দুনতা লাকপনি, নোংমা লুপা চামা চনিদং মাগী নুপীগী মখুৎতা হেক হাপ্পা ঙম্বদা মাঙখিবা নিপা ওইবগী পাঙ্গল থৌনা পূম্বা অমুক হঞ্জিল্লক্কনি। অদুবু, কদায়দগী পৈশানো মঙোন্দা লাক্কদবা মাদি নুপীগী মরল চাবদা মীরেম ওল্লবনি। তাঞ্জাদুদা বোরোই কেল্লকই, মাগী মকোক্তা তারকই, অদুদগী লৈমায়দা নাপীথক্তা তাখি। নিমাই ঙসিদি মরৈসি ইপঙ পঙই। মা খঙই, অপুইরুসু অফবা অশেংবা হিদাক থম্বা ঙমদ্রে অদুনা সর্ফ থাকপা হিদাকমনা হাইবা মহীদুনি। ঙাওবদি প্রলয়নি পূক্তা তাইনবকই। লুপা তরাগী দাগ অদুনা কংনা শাদিংদা চিংখিবদুনা ওইবা তাই নুংপান ওনবা অমা তৌরক্লিবসে। নিমাইনা বোরোই খুল্লগা চারগে লেপ্লে। অদুগৈদা অঙাং ওইরিগৈদা কয়া কয়া খুন্দুনা চাদুনতা লাক্লবনি স্কুল হাপ থাবা মতমদা, চাক লাম্বা মতমদা, লাইওইরবা বোরোই পাম্বীদো।

ফুরিৎ খাওদগী মৈখেৎ লৌথোক্লুনা বোরোই মখোঙদা অমম্বা মরক্কুদা মাদুনা থিরমই। অমা অনী খুন্দুনা ফুরিৎখাওদা হাপচিল্লে। অমত্তং কক চীকপবু মমীৎ মনাকা ইশিং শিংই। বোরোই অমা চারদুনা নিমাই ময়ূমদা চঙলক্লুনা মাঙ্গোন্দা কারকপদা মাগী নুপীনা ঈশৌ লাংদুনা য়ূমদু দোল মোল হাইদুনা লৈরম্লে। চাক্কা অমত্তা থোংদ্রি। অঙাং মচানিপা অমা লৈবদুসু ইঙাও ঙাওরে। মতৌদুদা নিমাইনা হংবা ঙম্বগী ব্রা লৈতে। ফমুংগী মোম্পাক ফিদক হুগৎলি ফিয়ান খোক্তগী ফি ময়াম লৈমায়দা তাবি। নিমাইনা মচানিপা বোয়দু কৌথোক্লুনা তপ্না হংই। মচানিপানা হায়রকই, "ইমাগী পৈশা লুপা চাতরেৎ মকোন ওইনা থম্বা অমা বেগতা হাপ্তুনা পুরকপা অমা মাঙখ্রে অদুনা পংচৈদা চৈ চাক্কা অমত্তা থোংদে, ঐদি চাক লাম্মে"।

মচানা চাক লাম্মে হায়বদু তাবদা মপা ওইরুবনা নিমাই নুংঙাইতবা ফাওরকই। কৈথেলদগী খুল্লকপা বোরোয় অমা মচাদা পীরমই। নিমাই তৌফম খঙদনা লৈরমই। মকোক্তু ঙাওফিং ঙাওফিংদি অদুম তৌরি। চাক লাল্লবা বোয়দু বোরোয় য়াওরিব্রা হংলকই। নিমাইনা খল্লি মপা অমা ওইনা নোংমতসু মচাগী কবোক

হেৎবোক অমত্তসু পীবা ঙমদ্রবনি, ঙসি চাক থোংদ্রবা য়ূমসিদা লাল্লবা মচানিপাগী বোরোই ফাওবদি পীবা ঙম্বা য়াইনা।

নিমাইনা মাগী নুপীগী মোন ময়াদা লৈবা বেট্রিদু লৌথোক্লে অদুগা কাপ কাপ্তুনা কোম্থোঙ লোমদা থোরকই। মানা চৎলিবদু বোরোই মখোঙদনি বোরোই খুনবা, মচানিপাদা পীনবা। মাগী নুপীনা লাওহৌই, "নঙ বেট্রিদু হেক পুশিল্লক্তবদা ঐ কৈদৌগে য়েংউ"।

কৈথেল কায়খিরল্লে! ইচীক চীকই! নিমাইনা বোরোয় মখোঙদুদা চঙত্রিঙৈদা কৈথেল লাইরেম্মদা খুরুমজে, "ইমা ইবেম্মা, নচাবু নিপা থৌদাং উৎননবা খুদোংচাবা অমত্তদি পীবিয়ু কৈদৌবগে, নুপীনা মরোল অমা ঈশৌ লাংবনে"।

বোরোই খরা কেল্লমই। বেট্রিদু কাপ্তুনা বোরোই খুন্নবা লৈমায়দা পাকথদুনা লৈদুনা য়েংলকই। নিমাই মমীৎপু থাজরমদে। লুপা চাম্মা চৎপী মপুন অমা কোনশিন্দুনা তাদুনা লৈরল্লে। মদু তপ্পা খুনগৎতুনা ফাক্তোক্তুনা য়েংই চাম্মা চৎপী তরেৎখক্লি। মা জ্ঞান তারকই, ঙসাইব্রাই মাগী নুপীনা বেগ হাংদোক্তুনা মঙোন্দা লুপা খরা পীবদুদা নাম্থদুনা তাহৌবা জাৎনি। মমশিল্লক্লবা অদুগা মীনা কয়া চঙনদবসু ওইরদুদা অচৎ অওক কনামত্তনা থেংনহৌদদুনা লৈরম্বা জাৎনি।

নিমাই নিপা থৌদাং উৎনীংলক্লে অদুনা পম্থদনা য়ূমদা চঙলক্লমই। পৈশা মাঙখিবদগী মকোক্কা শঙবায়মুক চাওরবী চাক থোংগনি খঙদ্রবী নুপীদুগী মখুৎতা চাম্মা চৎপী তরেৎকি মকোন্দু হাপ্পিরমই।

মদু উবদা নুপীদুনা মচীন্দা হায়মা হায়না খোম্থোক অমা থোকই। য়ুঙাওবা মাগী নিপাদুনা মাগী মাঙখিবা পৈশা মকোন্দু পায়রম্বা উবদা হুরানবা হায়না চৈনীংলুবজাৎনি। অদুবু, মাগী মমায়দু য়েংলুরগা য়ুথকপা মাগী মমীৎ অদু কয়া নুংশিখ্রে। মদুনা মরোল লোনবগুম তৌই, "ঐ নিপানি"।

শেল মকোন মঙোন্দগী মাঙলুরবদু মখুৎতা অমুক ফংলবদা মরোল থোক্রবী নুপী অমগুম লেপ্পিবী মনিশঙদা নিমাইনা হায়রকই, "পৈশাদু ঐনা লৌবনি হায়না নঙ খন্দ্রানে, খল্লিদা, নৎত্রানে? নঙনা চাক থোংলমদবা অঙাংনা চাক লাম্মে হায়রকপদুদা অঙাং পীজনবা বোরোই খুনগে থোক্লবনি, অদুদা বোরোই মখোঙদা তারম্বনি। নঙগী নরল নঙোন্দা শিন্নরবনি নঙ পেল্লোকো। চাক থোলুরো ঐদি

নঙনা পীজবনি, পীজগেবা পীজরোইরা ননীংনি অদুবু অঙাংদি চাক য়াম্লা লাম্মে, ঙসাই অয়ুক্তগী করিমত্তা চারমখিবোই”।

নিমাই নহানমখৈ মাগী নুপীদগী নিবর্তনি, ঙসিদি পীবা ঙম্বা নুমিৎনি মাগী নুপীনা হ্বাওবদু উবদা হাযফম খঙদনা নুংঙাইবা অমা ফাওরক্লমই লৌশিনবদগী পীথোকপনা নুংঙাইবা হেল্লি হাযবসি মা ঙসিতমক খঙই। মা লমজাও সোবোক্তা অমুক থোক্লগে খল্লে অদুনা মাগী নুপীনা লুনা তৌজবা মাগী বেট্রিদু মখুৎতা কীং নমদুনা পীশিল্লগা ব্রাই শংনা অমম্বদুদা কোম্থোং তম্লা থোবকই। মানা তৌবা যাবা অমত্তা লৈতে, সোবোক্তা লেপ্তুনা মঙ্গিখোয পোৎলোইবা চৎখিবদু হল্লকপা ঙাইকগে খল্লকই।

শৃমাঙ মতোন য়ৌবকপা অদুব্রাইদা মাগী নুপীনা মাবু খাম্বগুম তৌবকই। ঙকই! নোংমতসু মানা খাম্বা তৌখিদ্রি ঈশৌ লাংবতনি, চৈবর্তনি অদুবু ঙসিদি তশেংনা খাল্লে, “কদাযদা অমুক চৎলিবনো, সে ঐ চাক থুনা থোংগে নঙ নখোঙ নখুৎ হামদোক্কুনা ঙাইহাক্তসু পোত্থাও। মীৎনা কুপ্পদা ঐ চাক লোইগে, কবি ইঙ্গুাং চানীংই” ?

# মী মশক খঙবা নুমিৎ

ইংলবা নুংশিৎনা লিরি-লিরি হুম্বা, মেঙলবা হৈনম-লৈনম্মা নাকল-নাকল্দগী হুমজিল্লকপা, উ-ৱা পূম্নমকসু অনৌবা য়েন্নিং চোংবা, পূক্লীংদা অৱা-অনাগী ৱাখল চেন্দবা, নুংঙাইবতনা খল্লবা, নুংওন ৱাখল পোকহন্দুনা উচেক-ৱায়াশিংনা ঈশৈ শকপা, নীংথিজরবা অয়ুক অসিদা ইন্দোবর্ম্মা রোদ হায়না খঙনরবা লম্বীসিদা উৎ মচুগী ফজখ্রবা কার অমা মখা পাংনা থৌথরকই। মনুংদনা ডাক্তর নবীনগা মাগী নুপী প্রীয়াগা য়াওরি। মখোয় অনীসি পুন্না অসুম্নকা চৎমিন্নবসি য়াম্না তাঙনা ফংই। ডাক্তর অমগী পুন্সিদা ছুটি নুমিৎ হায়বা লৈতে। অয়ুক-নুংথিলগা, নুংদাংৱাইরমগসু খেন্নবা লৈতে। মীরক্তা তিনবসু য়াম্না ৱাংলি। ডাক্তরগী নুপী ওইরুবা প্রীয়াসু য়াম্না নাইতোম তাবা পুন্সি অমা অদুম ওইবনি। মাগী হকচাং তঙ্খায় শারিবা মাগী নিপাদি মথৌ চিন্দুনতা লৈ। মখোয়গী অঙাং য়াওশিল্লকই। মদুনদুম অমুক হেন্না মখোয়'নি লাপথোক্লনবগী মরমদুম ওইরকই। অদুবু মখোয় অনী য়াম্না চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবদি মাল্লি।

অমরোমদা প্রীয়াদি লৈকায় থৌ, নীংথৌ-থৌ অমতহেক চিংথদে। চন্দোন-চবা নীংথিনা থিল্লদুনা, শমজিদা লৈ নাচোম অমা থেৎলদুনা, তরু-তরু তনান-তনান, নোকফেৎ নোকফেৎকা তৌদুনা দেব-কর্ম্ম চৎননবা থোরকপদুদি নুংঙায় যাইফনা লৈবগী মমি ফজনা তাই। লমদা থাগী লৈকায়গী শরোয় খাঙবদকাসি খ্বাংচেৎ-ও, কোকশেৎ-ও, মকোক্তা য়াংকোক্কা থোঙ্গৎলদুনা চপ-চানা অদুম্মক য়াওথোকই।

থবক-কা খর শংবা, কারিগুম্বা নুমিত্তা প্রীয়ানা খল্লি— "ঐখোয়গী পুন্সি অসিবু করিগুম্বা নুমিত্তা ঐখোয অনীতগী ওইনা নোংফাদোক্কা লেনবা হায়বদু ফংলরোইদবজাংলা"? ডাক্তর নবীনসু মতৈ-মনাওদং গাড়ীদকা তোংদুনা খরা লাপ্পা মফম অমদকা চংলগা, চাক্কা চারগা নুমিৎ তারমদাইদকা ময়ূমদা হল্লকপকাদু পামদুনা মরক মরক্তকাদি মখোয়নি ৱারিবুদি শানৈ। অদুবু তাঞ্জা-মেঞ্জা ইচা হেক চাদে। নীংবু নীংলবদি থোক্লবা অমা লাকই হায়গুম্মদনা ঙসিদি মখোয়'নি

অঙাংকাদু ঙস্তানা মবোকখোয়দা থিন্দোক্লুরগা কোয়রুরসি হায়দুনা অতৈ কনামত্তা য়াওদনা খোঙচৎ অমদা মথৌ পুন্বা থাদোক্লমলগা লমকোয়বা চৎলিবনি।

কদোমদা চৎসিগে হায়দুনা অৱাং, নোংপোক, নোংচুপ খন্নরবা মতুংদা প্রীয়ানা মাগী মমান্নবী অমা পল্লেললোমদা ওঙখিবদগী ফন কুইনা উনখিদ্রবা মরুপতুগী ময়ূমদা ওইনা চৎলুরসি হায়না য়ানরদুনা হাইথরক্লিবনি। ফন শাংনা থৌথরক্লবফাওবা মখোয়'নি ৱা অমত্তা ঙাংনদে। প্রীয়াদু য়াম্না ৱারৌরে। মপুরোইবনা ৱা হৌদোরক্ত্রিমখৈ মা তুমীন্না লৈশিল্লি। নবীন্না মরোল অমা ৱা হৌদোকফম খঙদে। চৈরক্তুদা নবীনগী মোবাইল খীংলকই। অনাবা অমগী কুপথ-কুপথ, পেৎথ-পেৎথ ফনা কুইনা ৱারি শানরবা মতুংদা থমখ্রে। কুইদে ফোন অমমুক লাকই। নবীন্না, হংলকইবা ৱাহং কয়াদুগী পাওখুম হৌনা-হৌনা পীরদুনা গাড়ী থৌরি। প্রীয়াদি ৱারৌরন্বদগী মপূক্লীং নুংশিবা অমদুম য়াওরক্লে। ঙসি তাঙনা ফংবা মাগী মপুরোইবগী মনাক্তা নক্লা লোয়নজনীংবগী মঙ অদুদি কায়খ্রে। মাগী মপুরোইবগী মফমদা মাগী মফম মচেৎ অমফাও লৈত্রবগুম খল্লক্লে। পূম্নমক অনাবগী ওইখ্রে। অনাবগী ৱাকৎতং তানবা মী ওইখ্রে। প্রীয়া ময়ূমদদুম হন্নিংলক্লে। মাগী নিপাদি মতমদুদসু ফোনদা হৌনা হৌনা নোক্লদুনা, ফাগীকা মতেক মতেক তৌরদুনা অতোপ্পা অনাবা অমগা ফনা শাংনা ৱারি শানরবা মতুংদা "থল্লগে", "হোরেন নুংথিল কোয়থোরক্কে"কা হায়রগা লোইশিল্লি।

ফোনদু হেক মুৎথৎপগা ডাক্তর নবীন প্রীয়ারোমদা য়েংথোক্লুবদদি মাসু মীনিনা জ্ঞান খংতা তাই। ঙসি মাগী নুপীবু নুংঙাইহনগদৌরিবনি হায়দুনা পুদুনা লাক্লগা মীতোপকা ৱারি শাদুনা, ডাক্তরগা অনাবগগী সংসার অমদা পুশিন্দুনা মাবুদুম ৱাহনবদুদা মথন্তা মরাল য়াম্না লৈবদৌনা ফাওজরে। হৌজিক্তা ৱা ঙাংবা হৌরকই:- কৈনো তুমীন্না সুম লৈরিবসিবো? ঙসিগী ঐখোয়গী খোঙচৎসিবু ইনুং-নুংঙাইত্রবরো নঙবো?

— "নঙনবু ঐনা ৱা ঙাংনবা মতম পীখিবরনে" ? ঙসাইদগী নঙদি লেপ্তুনা মীগা ৱারি শান্নদুনা লৈবা নৎত্রো? ঐগদি চুম্না সুম ফমিন্নবগী ৱানি।

— সোরি, সোরি, আই এম সো সোরি। সে মোবাইসি সুইটচ ওফ তৌরগেসে।

"আই এম সোরি" কা হায়বা তৌশিন্নবা চৎনবীসি প্রীয়া পামদে। মদু অচৌ-অশাং মরক্তা ঙাংনবা লোন্নি। মতৈ মনাওগী নৎতে। ব্বারৌবনা ফুনগৎলবী প্রীয়াদু হান্নদগী হেন্না তপথনা হায়রকই:- নঙগী থবক য়াম্না চিনবা ওইরগদি কৈদৌবগী চৎসি হায়রিনো ? গাড়ী মমায় লৈরো, য়ূমদা হল্লসি হায়সু য়াই। নঙসু নঙগী অচিনবা নথৌদু চৎখিবা য়ারেদনা; ঐসু অঙাংশিংদু লৌশিল্লুরগা য়ূমদা লৈগে। থবকসু য়াম্না লৈহৌরি। অয়ুকসিদা ফ্না শাংনা কোয়রুরে; য়াবেদা; য়াম নুংঙাইরে।

ডাক্তর নবীন ইকায়বা অমা পোক্লুকই। মা মাগী নুপীগী থম্মোয় নুংঙাইতনবা তৌখ্রে। মাবু করিগুম্বা অমত্তহেক নুংঙাইহন্দনা থৌবাল কৈখেল য়ৌদুনা লৈবল্লে। গাড়ীদু হোটেল অমগী মমাং ওইরপ্না থৌজিন্দুনা খান্নগা তপ্না হায়রকইঃ "অশাবা অমত্তা থর্কাখিসি"? প্রীয়া খুমদ্রে। অমুকসু তপথবগা হায়রকই:- নঙ ঐঙোন্দা য়াম্না শাওবমাল্লে। চুমই, ঐ য়াম্না লানখ্রে প্রীয়া! শাওরনু; সে; কুমথরকও ...।

ডাক্তর অমগী মীচং সঙ্গসি মফমসিদসু ব্বাৎলমদরে। হোটেল মমাঙদা লেপ্তুনা লৈরম্বা নুপা অমনা "তামো নমস্তে" হায়দুনা মখুৎ জুর তৌদুনা চঙশিল্লকই। ডাক্তর নবীন কৌবক্লিবা মীদুদা ওনশিন্দুনা ব্বারি শাবা হৌখ্রে। প্রীয়াদি ব্বারৌবতা মহেল্লকই থম্মোয়দা। মশানা য়াদবী নুপী অমা নম হাদুনা গাড়ী তোংহল্লকপগুম মচীন্দু পোমথোক্লদুনা, গাড়ীদগী কুমথরকই। মা ইম্ফাল ওন্দুনা লাকপা বস অমদা কাখৎলগা ময়ূম য়ৌখ্রগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্লে। মা নুংঙাইবা ঙমদ্রে।

নিপাদুনা য়াম্না হৌনবা খঙবা খোঙ্থোক্তা হায়বকইঃ- "তামোগী লমনদি ঐনা পুন্সি চুপ্পা অমা কাওজররোইদবনি। তামো নৎলমদ্রদবু ঐগী ইচাগী অনৌবা মপোক অমা পোক্তুনা ঙসি ওইরিবা ফিভমসি ওইরমগদ্রা? ঐগী ইফমদদি তামোসে ইচম চম্বা ডাক্তব অমা নৎতে। ঈশ্বব অমনা মীগী শক্তমদা পোক্লকপনি।

– হেরা, হেরা, নহোয়না নুংশিদুনা তৌরিনিদা ...। চাওরম্মনি। মাদি কমদৌখ্রে?

– স্বাইদদি থবক লৈবসু ঙম্মোইদবনিনা বেঙ্গলোরদা ওইনা কম্পনী অমদা থবক মচা অমা তৌখ্রে তামো।

– এ: য়াম্না চাওরম্মজাৎনিনা ...।

নিপাদু ওঙ্থোক্লা মীচঙ-মীথোক ফখ্রে। প্রীয়াদা থোক ওনশিন্দুনাঃ "ইতৈমা

নৎত্রো? ঙসিগী ব্রেক ফাষ্টতি ঐনা ওফর তৌজবা তারে। থংনবগী হোটেল খরা চাওবা অসিদা লেংশিনসি।” হোয় মায়কা হায়নবগী তাঞ্জাকা পীরমদনা মাঙ থাদুনা হেক্তুমক চৎখৎখ্রে। ৱারী শানা-শানা ব্রেকফাষ্ট চামীন্নরিঙৈদুদা নুপাদুনা হৌদোরকই, ইতৈমা! তামোগা ইতৈমগা কোয়রুবদা খ্বাইদগী নুংঙাইগদবা মফম অমা লৈরে। লৌশি পাৎ মনুং শীৎলিয়ে। মদু পাঙনা ফংবা খুদোংচাবা নৎতে। ঙাসু য়াম্না হোঙবনি। মফমদু চিংব ওইনা ঐসু য়াওরসু যাওজগে।

নবীন্না তনখুম খুমই, “ঙসিদি নহোয় ভাবীগা ঐখোয়’নি হং হংদুনা অদুম চৎলগেদা, নখোয়দা অমুক য়েৎলবোই।

নিপাদুগা কায়নরবা মতুংদা গাড়ীদু অমুক মখা পাংনা হাইথবে। অচৎ-অওক্তা অহুম মরিবক হংলবা মতুংদা উচিন নাচিন্না হাইজিনফমদু যৌরে। পাৎ য়ৌনবা চংলিবা লম্বেলদুনা অমুক্তোইবা অকুৎ-অতোংনা ঙহাক্তুফাও ইংনা ফম্বা য়াদে। উফুলনসু মবোল অমা লম্বীকা উদে। নাকল অনীদুসু শম্বল্লে তিংখংনা কুঙনা হৌবি। ফন নক্না থৌজিল্লবা ফাওবা পাৎতুদি ইকং কংনা উই। মীসু অমত্তা উদে। অচীকপা পাৎয়াগী লম্বীনি। ঙা লৈরুনি হায়দুনা চঙলকপা খোঙজংনি। ঙাবুদি ইম্ফালগী কৈথেলদনা হেন্না ফংলম্বসু য়ারিপোৎনি। অদুবু মাগী ৱাবৌবিবা নুপীদু ঈশিৎলগা ঙা ফাবা কা হায়বদু য়েংহল্লগা হরাওজনবা হায়দুনা চংলবইর্বনি। খবা তাম্না ইঞ্জিন্না ঈশিং চিংবগী মখোল অমদি তারক্লে। খজিক্তুংগা চঙশিল্লগদি মী ফনয়াম্বা অমসু পুন্দুনা লৈবা উরে। প্রীযা মথ্বায় খবা নুংঙাইনা উই। শোম্বাংননা হায়বকইঃ ঙাতোন ফাব্রা য়েংসিকো। পেঙবাকাসু ফায হায়দায পাৎতদি ?

নবীন্না খুমই, ঙাতোন পেঙবাদা নৎতেসে; কনাগী উকাবী অচৌবা, পোবোম অচৌবা অমত্তা থাররোইদবনি। থেংনবা লোইনা লৈগেসে, লৈদা-লৈরমসনু।

খজিক্তুংগা নকশিল্লগদি মীয়ামদু কনাগুম্বা অমনা মনীংলোমদগী তান্নরকপগুম মখোয়গী গাড়ী তম্না হোৎচিল্লকপদু উরে। নবীন্না চেকশিন থৌবাং ওইনা গাডীদু খরা তপথরে। খ্বাইদগী মমাঙ থংনা চেল্লক্লিবা নিপাদু উবদা অকিবগী মশক্লি। কুচুসু অমুবা হায়বদুগী মপংনি। চেল্লক্লিবা মীয়ামদুদগী মানা ফনা নীংথিনা ৱাংবা হেল্লি। নোয় চাওবগী মতাংদুমদি হায়বগী কান্নদ্রে। য়েৎথংবা শেগাদুদা পোৎ অমসু য়েপ্লি। শেৎলিবা খুদৈদু নৎতনা মশাদা ফি থোংদে। ঈশিৎপা য়াওরুবা

ওইবন্নবতাই মখোঙ-মখুৎতুদি লৈখোম ঙাক্তা পুমতৈ তৈরে। শোরারেন্দগী অখাক-অরাও হৈথরকপগী খোনফমদা লাওরকইঃ ইচা শিরে! ঐগী ইচা শিরে ...। গাড়ী মমায় লৈয়ু। ইচাবু ডাক্তোরদা পুবীয়ু। থুরো; থুরোনে...।

নবীন কুমথরে। হংই, কৈদৌনরগে? কনা কৈদৌরগে?

খরা নহা ওইবা নাৎ-পু খরা তাবা নুপামচা অমনা চেনশিল্লক্লগা হায়রকই, পাবুং অঙাংসে ময়াদা উকাবী অহিংবা অমা চোংশিনখ্রে। লৌথোকপা ঙমদ্রে। পাবুংগী গাড়ীসিদা হোসপিটাল ফাওবদা পুবীরমউ।

মপাদুদি ইচা শিরে, ইচা শিরে, হায়দুনা মখোঙদু ধঙ-ধঙ থিন্দুনা লাওরি। নুপী অমনা খরা লাপ্পা "ইচাগী মথ্বায় অমুক্তা কনবীয়ো" হায়দুনা কপ কপতুনা চেল্লক্লি। মমা ওইবা তাই।

প্রীয়াসু কুমথরে। ফুজিল্লক্লিবা মীয়ামদু থৎলগা লাক্লিবসি ডাক্তবনি হায়দুনা ময়ামদুবু খবা মখৈ তপথহল্লে। অঙাংদুদি মুশুক মুশিল্লে। মখোয় ময়াম চঙদুনা উকাবীদু লৌথোক্লবা হোৎনবমাল্লে ময়াদগী ঈ ওরো ওরো তারে। ডাক্তব নবীন্না মপাদুদগী অঙাংদু লৌরে। মশাদুদা ফি মচেৎ অমত্তসু পক্তে। চহী অমা খরা হেনবা এনীকাদি শুফাৎত্রিবা মাল্লি। গাড়ীদা য়াওবা অথু অকায়গী লায়েংনবা উপুদু লৌথকম্নগা ফোবসেপ পুথোক্লুনা অঙাংদুগী ময়া মনুংদা লৈবিবা উকাবীদু লৌথোক্ল বা হোৎনবা হৌখ্রে নবীন্না। মতমদু ফাওবা ঙাদুদি হিংলমলি। মশোং পানবা ঙানিনা ইশায লাযনা চিংথোকপদি য়াদ্রদুনা মচেৎ মচেৎ চপথৎলগা লৌথোক্লবা হোৎনবদা ফনা কুইনা চঙখ্রে। ঙাদুবুদি লৌথোক্লে অদুবু অঙাংদুদি স্বব হোদ্রে, লেঙ-ওৎখিদ্রে, কপখিদ্রে। ঙসাইমখৈ হিংচাবদৌনা লাও-খোংলম্বা মপাদু স্বর মপী মরক মবক্তা হোল্লগা ডাক্তরদুনা করি হায়বক্তদৌরিনো হায়দুনা মচাদুদা মুন্না যেংদুনা লৈ। মমাদুসু কপখিদ্রে। নুপী খরনা খবা লাপ্পা পুথোক্লগা শেন্নদুনা লৈখ্রে।

ডাক্তর নবীন্না মাগী খোংগ্রাও ফুবিংখাওদগী রুমাল ঙৌবোক ঙৌবা অমা লৌথোবক্লগা অঙাংদুগী ঈ তৈববা মচীনবান্দু শৎ-শৎ তৈথোক্লগা মনাতোন্দু মখুৎ নাম্মনা মেনশিল্লগা অঙাংদুগী মচীন্দা মাগী মচীন্দুনা উপশিল্লগা কন্না কন্না স্বর কামশিনবা হৌরক্লে। মথবাক্তা অমুক মেৎলি, মনঙ্গন্দা অমুক ফুই, স্বর অমুক কামশিল্লি তৌদুনা ফনা কুইনা হোৎনরবা মতুংদা অঙাংদু কপলক্লে। নুপীমচাদু

হিংলে। হীদাক অমগা কাপ্লে অদুগা চে অমদা মখোয়না লৈননবা হীদাক খরগা ইরে। গাড়ীদা য়াওবা মিনরেল ৱাটরদু প্রীয়ানা পুথোরক্তুনা মচীন হায়ফেৎ তেংথোক্লগা মখুৎ মশা হামদোক্লে। সিগুম্বা "মীপোক-মীহিংবা ঙম্বা" নিপাসি মাগী নিপানিকো খল্লুবদা প্রীয়াসে ঙসিদি য়াম্না চাওথোকচরে। য়ূমদা থুনা য়ৌরগা মাগী সেবা অমুক্তং পেন্না তৌনীংলক্লে। খিত্তং হেক চোম্থবদা অঙাংদুদি শুকশোয় শোয়দনা শিরবনি। করিগুম্বা ডাক্তর খানাদা কনাগুম্বনা পুবীরম্বা থোক্লবসু অঙাংদুদি হিংলবোই। প্রীয়া ঙা লৈদ্রবসু য়ারে। ঙসিগী খোঙচৎ অসিদি অঙকপা, নুংঙায়বা, অপেনবনা পীক থনখ্রে। গাড়ী মমায় লৈবা য়াবা খজিক্তং পাকপা মফম অমা য়েংলগা মমায় লৈথোক্লগা থৌদোকখ্রসি হায়না য়ানরদুনা মমাঙলোমদা গাড়ীদু অমুক খরগা মখাতানা থৌজিল্লে। অঙাংদুগী মপাদু মখুৎ হাইর হাইরদুনা গাড়ীদু খাম্বগী মওংদা অমুক চেল্লক্লে। খরা লাপতক্লা মমাদুসু অঙাং পোরদুনা ইন্নরক্লি। খরা নকশিল্লক্লবদুদা উরে, মপাদুগী মখুৎতা কাংখল অশংবা শেগায়বা অমনা য়োম্বা ময়োম অমা পায়রি। ঙসাইদৌনা লাও খোংদে। য়াম্না হায়বা ইনবা অঙাংমচা অমদৌনা তপথরক্লবা গাড়ীদুগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা প্রীয়াগী মখুৎতা ময়োমদু শিন্নররে। মচুম ওরো ওরো তাবা মযোমদু ভাব মেন অমত্তা তাদন' লৌশিল্লগা গাড়ীগী খোঙ থম্ফমদুদা হাপচিল্লে প্রীয়ানা উবকই। ঙা অহিংবা খরা ফরৎ ফরৎ চোংলকই মনুংদুদা। অঙাং মপাদু ডাক্তর নবীন্না ফল্লিবা নাকন্দুদা হুৎ লৈশিনখ্রগা খামদুনা লৈরবা কারদুগী মমাং ওইরপ্না খোংনাং পাম্বী অমা য়াম্থৎলগা লৈমায়দা হাইথরকপদৌনা খুদৈদু নৎতনা ফি থোংদ্রবা হকচাংদু "বোম" লাওনা হাইথরক্তুনা দন্দবৎ তৌদুনা লৈখ্রে। ডাক্তরসু প্রীয়াসু কুমথবে। তৌহৈদে, তৌহৈদে হায়দুনা নবীন্না মাবু হৌগৎপীরে। মতাই ওইরপ্না লেপ্নগা মখুৎ অনীদু ৱাংলপ্না জুর তৌদুনা থাঙ্গৎলগা ৱাদি ঙাংদনা মপী ঈরা চেন্দুনা লেপহৌরে। মমাদুসু মখুৎ অনীদু মমাংদা থাথরগা কন্না পায়শিন্নরগা লেপ্তুনা লৈহৌই য়াম্না হৌনবা খঙবা উৎতুনা। মমায় লৈরগা গাড়ীদু থৌদোরক্লে। হাইজিনফমদু য়ৌরকপদুদা খংপ্রেক খংনা প্রীয়ানা হায়রকইঃ "য়ূমলোমদনিকো"।

নবীন্না হংইঃ কৈনো? চৎলরোইদ্রো ?

কদাইদৈনোদা! ফুরিৎসু খোংগ্রাওদুসু ঈ-ও, লৈখোম-ও পুমলোই লোইরে। হৌজিকমক ঈশিংদা তীংদুনা থমহৌদ্রবদি কোক্লরোই। ঙাতেক-ঙানৌসিসু পৎখ্রনি। মোরোক তঙ্খায়গা থোংগে অঙাংশিংসু য়াওদ্রিঙৈসিদা।

ব্বা অমত্তুহেক ঙাংদমখে গাড়ীদু ওইরোমদা ফৎ লৈখৎলকই।

অসুক কুইবসি প্রীয়ানা নবীনগী মমায়দা থৌওইনা অমুক্তা য়েংলুদে। অদুবু ঙসিদি গাড়ী মনুংদা ফম্না ফম্না কার থৌরিবা মপুরোয়ববু চেপথ-চেপথ য়েংদুনা লৈখ্রে। অসুক মগুণ লৈশ্রবা মাগী নিপাসি মানা মশক খঙবা ঙন্নমদ্রেদনা! মাদি "মীওইবা" হায়বদুগী ওইখ্রবনি, মা মথন্তগী ওইবা য়াবা মী নৎত্রে হায়বদো ঙসিতা খঙলকই। মশাদু হুমাং মরিক মরিক কাবকই। বেগতগী রুমাল লৌথোক্লে। মা মশাগী হুমাংদুদি নপথোক্তুদনা গাড়ী থৌরিবা মপুরোয়বগী মমায়দা নাম্থোকপীরুরি। ওম্থোক্লা চাওবা ওপবেসন অমা তৌখ্রে। মা য়াম্না ব্বারম্মনি। ঐনা গাড়ীসি থৌবা হৈরম্মসু ফদৌবা। কৈনোমতং পীজনিঙঙাইসু লৈতে। খংনীং নীংশিংলকই, ঙসাই থাও হানফমদা অচোইবা হন্নিংঙাই লৈতে হায়দুনা মিঠাই অনীখক হল্লকপদো। অমা লৌথোক্তুনা খোক্লগা তপ্না মপুরোয়বগী ময়াদা ইনবীবম্মী। ডাক্তর নবীন ওম্থোক্লা অর্থ লৈনা নোকফেৎ তৌনা প্রীয়াদা য়েংলকই।

# মঙ্গল সুত্র অমগী লীচিং

নহান্দগী নুমিৎ হুয়্মি চুপ্পা বস অমুক তোং ট্রেন অমুক তোং তৌদুনা শাংখ্রবা লম্বেল অমা মথন্তা লাকখিবা ইনাওতোন্না থুংলিবা মফমসি মথুরানি। মাগী অঙাং ওইরিঙৈদগী তিন্নরকপা লৈকায়গী মরুপ কানহায়গী মনাক্তা লাক্লিবনি। কানহায়দি ময়ূমদকা থোরক্তবা চহী তরুকপু হেল্লবনি। মাদি মথুরা রিফাইনরিদা থবক অমকা ফংদুনা লমদুগী নুপী অমকা লৌরগা মচা নিপা অমকাসু পোক্তুনা নুংঙাইনা লৈখ্রবনি। ইথা থাজদনা ইনাওতোন্না পোৎয়োম ও থায়োম ও মাগী ময়ূমদুদা ফোং হেক ফাওরকপদুর্দি কানহায়দি নুংঙাইবনা লোইবে। মতমদু মাগী নুপীদু মপামদা বিশ্বকর্ম্মা পূজা য়াওরুনি হায়দুনা মচা পুদুনা চৎখি হায়দুনা লৈরমদে। মানা কোয়রাঙ লাঙদুনা চানববু হোৎনবনে, তুম্নববু শেম্বনে মাগী মরুপ অরিবদুগী পেন্ননবা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনখ্রে। হয়েংদি মাগী নুপী মপাম বল্লভপুর হায়বদুদা মখোয অনী চৎলগা অঙাংশিং লৌশিল্লুরসি খন্নরে। অয়ুক ঙন্তানা হৌগৎতুনা মখোয়নি বল্লভপুবগী দমক্তা খোঙশাল্লে। লমশাং লাকপগী অরাবদু হপ্তিন্দ্রিঙৈদা অমুক বসকা তোংদুনা চৎপদু ইনাওতোন্দি ইপামবু পামদ্রবনি অদুবু, অনৌবা লম অমদা কোযবদুদি পাক ফংবা য়াবা নত্তেকো খন্দুনা লাকখিবনি। লিরি লিবি শীৎপা নুংশিৎ মরক্তুদা মখোয় অনী ব্রারী মতৎ মতৎ শাদুনা চৎলি। ইনাওতোন্দি উইনীংবা ফাওই অদুনা মবক মবক্তা হোযনে, উং হায়বদগী ইহেন হেন্দে। ঙাইহাকপু তুমথোক্লরমালে ইনাওতোন অমুক মীৎ শিংলকই। দেহাতি লোন্দাদা খরসু চবাঙনবা অদুগা ফীজোল নানবা মীকাদি কযা তোংদবা বস অদু সহব থাদোক্তুনা খুঙ্গংগী মফম ওইনা তৌবা মফমলোমদা চেনবা হৌরক্লে।

ঙাইহাক তুমিন্না লৈনরুরবা মতুংদুদা কানহাযনা ব্রা ঙাঙবা হৌরকই, "ভাই থা অমা অনী লৈথোকপা য়াবা নৎত্রো? ঐগীসু ছুটি য়াম্না তুংশিন্দুনা লৈবপোৎনি, হন্দক্তি খরা শাংনা লৌথোক্লে। হন্দক্তি কুম্ভ মেলা এলাহাবাদকি ত্রিবেনী সঙ্গমদা তারি চহী তবাগী মনুংদা অমুক্তনি থোক্লিবা মসি য়েংনীংদ্রো অতৈ কোয়বা য়াবা

লমসু য়াম্না লৈনে। নঙগী য়ূমদা কুন্দুনা লৈরগা শেল তাল্লগা লোইরে হায়বদুনা য়াপোৎ নত্তেনে। অদো নথন্তা লাক্তৌ শরুক অনৌবীদুসু পুরকপা য়াদ্রাও"?

ঙরাংসু কানহায়না হংগ্রবনি মদু লৈথোক্লবা ফনা হোৎনবনি, অদুবু ঙসিদি খুমদবা য়াদ্রদুনা তেন্না খুমই, "মদু থুপচিনখ্রবা ব্লারীনি তোক্লসি"।

কৈনো নঙনা হায়রিসিবো?

ইনাওতোন্না মমায়দু শূকথরগা খুন্নকই, "খাইদোক্লখ্রে, চুম্না খাইদোক্লবা নত্তে. মমা মপানা অতোপ্পা নিপা অমদা লুহোংহনখ্রে"।

কানহায় করি হায়গদোইনো খঙদদুনা চঙক্লদুনা লৈ। মানা মখা তারকই, "কোর্টতা পুথোরকপদা মা মশানা য়াদে কা হায়না জবান পীরিপোৎনিনে। নুমিৎকা থানদুনা মানা নুংদাংব্লাইরমদা মথন্তা ময়ূমদগী থোরক্তুনা চেল্লগা"।

কানহায়না খংশাও শাওরকই, "হেরা নখোয়নি মরী লৈনরিবসি চহী মরি মঙা শুরল্লনি। মশাদু লৌবা ফংহৌদ্রবসু মথ্বায়দু লৌবা য়াদ্রো, ঐ লৈরম্মদি খঙদৌনি"।

ইনাওতোন মখোন নিক্লপ তৌখি। মদু য়ৌরকপদুদদি কানহায় খঙই মাগী মরুপ্তুগী শোকখিবা থমোইদু মানা ফনা ঙাঙদুনসু মপূক্লীং থৌগৎপা ঙল্লরোই। পুং নিপান চঙনা লেপ্তুনা চৎলিবা খোঙচৎ অদুগী পুন্থুংফম বল্লভপুর য়ৌরদুনা বস অদু খাল্লে।

বল্লভপুর চাউখৎপা সমাজদগী খরা খীৎ লাপ্না লৈজবা, শনম মিনম কয়া তাদবা, ঈংনা চীক্লা চম্না লেনজবা পুন্সিদা থাজবা থম্বা, থবক্লা পুন্সি ওইবা, মীপুম খূদিংমক ইমুং মনুং অমগুম চান্ন চিন্ননা লৈবা, খুনগী মুখিয়া অমগী লীচিং মখাদা থকশী খাশি নাইনা য়ুল্লিং খুল্লিংবা, ঈশ্বরবু থাজবা অরাপ্পা খুঙ্গং অমনি। মফমদু কানহায়গীদি নুপী মপামনি। লৌবুক্লা পাক শন্না শন্দোকখি। লৌরীদগী খজিক্তমক হেন্না চাওবা উফুল থাংখ্রবা লম্বী অমগী মতুং ইন্না বস থাফমদগী চঙলকপদুনা খুনগী খুঞ্জিন্দু য়ৌশিল্লকই।

মশা মরেং ফল্লবা, চাওখ্রবা লাইওইরবা খোংনাং পাম্বী অমা হৌরিবদুগী মখোঙদা খিন্দুনা লৈরিবা লাইগী মন্দির অমগী মমাঙদা মচু মচুগী ফি শেৎপা মী ময়াম অমা ফীঙৌ ফৌখ্রে। মনাক্তা অঙাং মচা খরসু শান্নপোৎকা পায়দুনা চেন

চেন্দুনা শান্নবা উই। মীয়ায চল্লবী নুপী খবদি থব্রায় য়াওনা চেস্থোক চেনশিন তৌরি। লমশাং লাকপগী তুফক তুফাই চল্লবা ইনাওতোন্দো খরা তেকখৎপগুম তৌই ময়ামদু উবদুদা। চৈবক্তুদা কানহায়না মীরক খায়দুনা চঙখ্রগা মাগী নুপীদুগা লোয়নদুনা থোবক্লে। ইনাওতোনসু নুপীদুগা নমস্তে তৌনৈ অদুবু ইকোই কোইদুনা ব্রবীকাদি শানদে। মখোয়গী মচানিপাদুদি মমান্নবশিংদুগা লম্পাক্তা চেন্দুনা শান্নখি হায়।

কানহাযনা থোইদোক্লা থৌ ব্রা শাদনা হায়রকই, "ভাই সিদা ময়াম তিল্লিসি লুহোংগদৌবিবনিনহৈ, অমত্তা নত্তে কন্যা তবা শুমালে, মখোয়গী বব ওইগদবশিংদো লাক্কদবা য়াওরিমালে ঙাইনরিমালে"।

ইনাওতোন্না খুল্লকই, "অমুক্তদা হোঙদোইরা? ফনবু ফৈনে শেল য়াম্না তিংদনবা"।

কানহাযনা হাযবকই, নঙ অমুক্তা উবমখিবোইদা, বব ওইগদৌরিবশিংসি অনেকপা ঙাক্তনি। মখোযগী মথৌ হায়ববু নুপীশিং অসিদা লৈ পবেং অমমম হূকপিবগা, মঙ্গলসুত্র অমা মঙকশমদা শিজিনবিবগা লাইবক্কী শম খাযফমদা সিন্দুব অমুক্তং তৈবীবগা লোইরে। মদুগীদমক্তা নিপাশিং অদুনা নুপী মযুমদগী মমল খরা লৌগদৌবিবনি। মদুগী মখাদি নুপীদু মীয়াম খঙনা নিপা অমদা লুহোংলবী মৌ ওইবে হায়না মশানা যাজবদুনা নাইতোম হিংনবা লম্বী থিখ্রদৌনি। অতৈ অতৈ লুহোংবদদি লুহোংবা লোইরগা কন্যাদু ববগী মযুমদা পুদুনা চৎখিদনা, অদুবু মখোযশিংসিগী মবাযবক্তদি অদুগুম্বা লাইবক ফবদু তল্লমদে। নিপাশিং অসিনা লুহোংলবী কন্যাশিংসি অমুক হন্না থিবক্লবোই।

ইনাওতোন্দি তশেংনা ঙকখি, "মখোয়শিংসিবু লৈশাবী ঙাক্তা নৎত্রনে? তশেং তশেংনা মপা চানবা নিপা অমমম থিবগা যূম পানবদি য়াদবজাৎলা"?

কানহায়না খুল্লকই, "দহেজ পীদনদি কনাগী নিপানা লৌবীয়ু য়াদোইনো, পৈশা পায়দনা যূম পানবা য়াপোৎ নত্তেনে"।

ইনাওতোন্না শংগৎতুনা ঙংলকই, "অদু ওইরগনা লৈশা লৈশানা অদুম লৈবদি য়াদ্রো"?

কানহায়না খুল্লকই, "মদু য়াদবা মরম অমা লৈ। সিব্রাইগী নুপীশিংসিদি অচৌ অশাংগী য়ূমদা চৎলগা শূ নোম্লগা শেল তান্নবা ঙাক্তনি। লৈশাবীশিংসি মীগী

ময়ূমদা চৎতুনা থবক শূবা চৎপা য়াদে। মখোয়সি মৌ হায়বা ফমদু ফংলবতদা থবক ফংগদৌরিবনি। মৌ হায়বা শক্তমদু চেন্নবা শমখায়ফমদা সিন্দুর নমদুনা মঙ্গলসুত্র শিদুনা সড়ক্তা চৎপা য়াননবগীদমক্তদি নিপা খরনা ঙকশমদা লৈ হূকপিবা তাবনিনে"।

ইনাওতোন খনবদা জ্ঞান মন্মী চমম্লে খল্লি, মসিবু পাপলা পুন্য তৌবিবরা। চৈরক্তুদা কানহায়গা মাগী নুপীদুগা মীরক্তা চঙখি মা মথন্তা লেপ্তুনা লৈহৌই। মুখিয়াদুনা মশামক্কি মরল পুথোক্তুনা য়েল্লিবনি হায়দুনা অথুম অহাও যেল্লকই। চহী খূদিংগী অসুম্না মুখিয়াদুনা শীল্লগা বিশ্বকর্ম্মা মতমসিদা লুহোংবগী থৌরমসি পাঙথোকই হায়। বরগী শক্তম্লাংলম্বাশিংদুনা মথৌ লোইরবদা খরানা মীরক্তুদা লৈবসু য়াওই খরানা চৎনখ্রে। মখোয় বরগী ফীজোনকা শেৎপিপোৎ নত্তে।

কানহায়না মনমগন্দা পোপ লাওনা ফুরকপদা ইনাওতোন খংপ্রেক খংই। মাগী নুপীদুনা মখুৎও মশাও করি করিনো খবা হায়রি ইনাওতোন লৌফম খঙদে। কানহায়না ইনাওতোন্দা কীৎ হেক্তা নমই, "ভাই নঙ মহৈমক ওইনি, নুপীমচা অমগী পুন্সিসে অমুক্তা কনবিরমউ"।

ইনাওতোন করিনো ভাব মেন অমত্তা তাদে। মানা হায়রকপদগী খঙবদি নুপীমচা অমা ফি শেৎলু হায়বা য়াদদুনা থেম্নরিঙৈদা মাগী বর শাগদবা নিপাদু শাওদুনা চৎখ্রে। মাদি মৌ ওইবা ফংহৌদ্রে অদুনা ইনাওতোন্না ঙসাইগী বর শাবা ময়াম্না পাঙথোকখিবা থৌরমশিংদু নুপীমচাদুগীদমক্তা অমুক্তা পাঙথোকপিরমউ, অসিনি। ইনাওতোন পীশুম শুক্কৎলগা খঙশাও শাওরকই, "হৈ নাপ চাদবা ব্রানিদা তানীংদেদা"।

জ্ঞান ঙাইহাক মাঙদুনা করি তৌশিগে খনবা নংহৌদ্রিঙৈদা নুপীমচা অমা মমায়কাদু ফিনা পুমখুম খুমজিল্লগা নুপী খরনা ইল্লি চিংই তৌরদুনা মীরক্তু খায়দুনা পুশিল্লক্লগা মখুৎতা লৈ পরেং অমা পায়হল্লগা ইনাওতোনগী ঙকশমদা হূকখ্রে। ইনাওতোন চিং লাওই, হুমাং কারকই মশা পুম্বা। কানহায়গী নুপীনা পুখম অমদা লৈ পবেং, মঙ্গলসুত্র, সিন্দুর হাপ্তুনা পুশিল্লকই। হেল্লোইনা চেল্লবা অনম অহা চুরবা মী অমগুম ভাবমেন অমত্তা তাদনা ঙসাই বর অমনা পাঙথোকখিবা থৌরম পরেংদু মথং মথং পাঙথোকখ্রে। অরোইবগী মখুৎ ওয়না মমায়দা চিংথরিবা ফিদু

খজিত্তুং হাইগৎলগা মখুৎ য়েৎনা লাইবক্কী শমখায়ফমদা ঙাংশঙ ঙাঙবা সিন্দুর নম্বগী মতাংদুদা ইনাওতোন্না নুপীমচাদুগী ওন্থোক্লা চমখ্রবা, পাপ অমত্তা চেন্দবা মমায়দু হাইফেৎতং উহৌই। লৈচিন থাংবা আতিয়াদা লৈচিন মরক্তগী থা মচেৎ অমা মীৎথোবকপগুমই ওন্থোক্লা মেঙই। নুপীমচাদুনসু য়েংখৎলকপা মপা চানরুদুনা মখোয়নি অমুক্তং মীৎচানরুরগা অদুম লুকথখ্রে। শৎ নোম্বুরক্তুনা ইনাওতোনগী খুয়া উফুল লৌদুনা মকোক্তা হাপ্লগা ও খোংদুনা কপথোকখ্রে। মা ইনাওতোনগী মখোঙদু মখুৎ অনী চঙদুনা চেৎনা কোল্লগা থাদোকউ হায়বা য়াখিদ্রে। মৈনা ফবী নুপী মরি মঙা হোৎচিল্লক্তুনা ওন্থোক্লা তাথী তাওইনা তৌদুনা নমদুনা নুপীমচাদুবু চিংদুনা পুখ্রে। মখোয়গুম্বী অমনা মৌ ওইনবগীদমক্তদি অদুব্রাইদগী পংহেন হেন্না ফংনীংঙাই ওইদে। কুম্মেদু লোইরদুনা কানহায়গী নুপী ময়ূমদা লেক্লুনবা লাক্লে। ফনা লাপ্পা লাক্লফাওবা ইনাওতোনগী কন্যাদুনা কপ্পদু তারি। অহল অমনা শেকৌ শেকৌ তৌদুনা চঙশিল্লক্লগা লুপা চনিখক দহেজ ওইনা পীরকপদু মখুৎ ওয়দুনা চেৎনা পায়দুনা লাকপদু অমুক্তং মখুৎ তিংথোক্তুনা য়েংই ইনাওতোন্না।

নুমিদাং অদু ইনাওতোন মীৎকী কক্লা অমত্তা উইশিনখিদ্রে। মাগী পুন্সিগী চেনা মথং মথং হাইদোরকই। ঙসি লুহোংলবীগী মিংথোল ফংলবী নুপীশিংদো মমা মপাশিংনা লুহোংবা লোইরবা মতুংদা ময়ূম ময়ূমদা পুদুনা চৎনখি। মমা মপাশিংদুনা মখোয়গী পুন্সিদা তোন্দুনা লৈরবা লমন কোক্লে খন্দুনা ব্রাই শংনা চৎনখি। মাগী পুন্সিদি করি ওইরবা ? রাশীগা মাগা লৈনরম্বা মরী, মতম থানদুনা চেল্লগা মাবু ফাবনি হায়না ইরায় লায়না মখোয় অনীগী চহী মঙা তরুক চুপ্পা শাগৎলকপা ফুড়াদু গ্রোংলাওনা ইন্থদুনা থুগাইবা মরাল অমত্তসু লৈতবা মাবু জেলদা য়ৌহনবা। মাদা নত্তনা মমা মপাসু ইকাইবা নংবা। ইকাইবা অমদি লাকচখিবদগী খাঙফম খঙদবদগী চাওখ্রবা মাগী কাববারদু মনাও নিপা অঙাংদুদা থাদোক্লম্লগা মথুরা তান্না যুগ থৈরকপা, রাশীনা মাবু কাওখায়রম্লগা অতোপ্পা নিপাদা ওঙখিবা। ইনাওতোন শোর ফুনগৎলকই মখৌনাও ইকং কংই। মা ঈশিং খজিত্তং থক্লীংবনি অদুবু মীগী ময়ুমসিদা কদায়দগী ঈশিংনো। তঙাইফদনা মনাক্তা

নাখোক্তুনা তূন্নিবা কানহায়দু হৌদোক্লে। তূন্নুবগী জ্ঞান তাবোই তাদবোই হংলকই,
"কৈদৌরে ভাই, তূম্বা য়াদ্রব্রো ? হৈনদ্রব্রা" ?

ইনাওতোন্না খুমই, "হুম নত্তে, ঈশিং খজিক্তং পামইনে"।

— তেবল মথক্তা লৈরিসিদি, ঙসাইনা ঐখোয় নুপীনা থল্লম্লবনিনে।

ঈশিং খরা থকচিল্লে, কানহায়সু মমীৎ হাইফেৎ শিংলে। তপ্না ইনাওতোন্না হায়রকই, "ঙসাইগী নুপীমচাদু হৌজিক কদাইদা লৈরম্মি" ?

কানহায়না খুম্লকই, "ময়ূমদা লৈসু ঙায়দনা, মমা মপাসু লৈত্রবা ওইরমাল্লে মাগী মাম্মনা য়োকই হায়। ঙসাই নঙোন্দা বর ওইবীবগী মমল ওইনা লুপা চনি পীরকপা অহন্দু নুপীমচাদুগী মাম্মনি"।

ইনাওতোন্না হায়রকই, "অমা খঙদে অমা খঙদে, মা ঐগী লুহোংদুনা লৌরবী মৌনি, ঐগী নুপীনি। ঐনা নিপা অমা ওইরগা মা পুদনা লাকইবসি চুল্লা ? মাবু নম হাদুনা ঐগী ইমাঙদা চিংদুনা পুখিবদা ঐনা তুমিন্না লৈহৌরিবসি ময়াম মমাঙদুদা ঐগী পাঙদবা উৎখিবা নৎত্রা ? ঐ য়াম্না নীংঙম্মক্লেনে।

কানহায়না লোংনা হৌগৎলকই, "কৈনো নঙনা হায়রিবসি নুপীমচাদু লৌশিল্লসি হায়বৈ ব্বারা" ?

ইনাওতোন্না খুমই, "উম মদুমক্তুনি, নঙ হৌগৎলো"।

কানহায়না নোংয়ায়চবুক অদুগা ব্বা খরা হায়রকই, মদুদি মরায়বক্তুদা থম্বাল শাৎপনি। লমদমসিদা নুপীমচা অমা পোক্লকপদা মাগী মরায়বক্তুগীদমক্তা মী পূম্নমক্লা তেংথানৈ। কনানসু পাঙ্গল থোক্লা তেংবাংবীবদি ঙম্নদে। ঐনা লৌরিবা নুপী অসে মুখিয়াসিগী মচানুপীনি। ঐখোয়গী রিফাইনবিদুগী মেনেজরদুগা মুখিয়াসিগা য়াম্না লুনা তিন্নৈ। ঐগী লুহোংবসি মখোয়না শীনবিবনি ঐনা ঙসি রিফাইনরিদা থবক ফংলিবসিসু মুখিয়াসিগী দহেজনি। অতৈ অতৈ পোৎ-চৈকাসু য়াম্না পীরকখ্রপোৎনিনহৈ। কনা কনাগুম্বী লাইরিক হৈবী নুপী খরসু মওং চাবা নিপাগা হায়না শীংনদুনা দহেজ পীনদুনা লুহোংখিবা খরসু লৈখ্রে। অতৈদি ঙসাইগীদু ঙাক্তনি।

কানহায়না মখা তারকই, “বল্লভপুরগী নুপীশিংসে ঐনা খঙবনি। মখোয ধর্ম্ম লৈবী, সেবা লাংবাকা ওন্থোক্লা ফবী ঙাক্তনি। ঈশ্বরনা মখোয়গী মরাইবক খিৎতং থীনা শারকপগী ব্বানি”।

ইনাওতোন ঙসিদি মাগী নুং দা নহানমখৈ তূমদুনা লৈরম্বা নিপাদু মথি ফোংলক্লে, পৃথিবী পুম্বা শীংননীংবা অমা ফাওরক্লে। মা নোং ঙাল্লকপা ওন্থোক্লা ব্বানা ঙাইরে।

নোং ঙাল্লকপদদি অঙকপগী মথক্তা অঙকপা অমদুম থোকখ্রে। খুঙ্গংদুগী মী পূম্নমক ইনাওতোনগী ফিরেপ্তুদা পেঞ্জখিবনা পূমনিন নিনখ্রে। খ্বাইদগী হেন্না পেল্লিবদি মুখিয়া অহন্দুনি। মানা ইনাওতোনগী নিপা থোকপা থৌদৌদুদা ওন্থোক্লা পেঞ্জখ্রে। মশামক চৎতুনা নুপীমচাদু লৌরুরগা মাগী ময়ূমদা থমখ্রে। মথংগী অয়ুক্তা বরগী মনাক্তা কন্যাদু মাগী ময়ূমদগী থিনগনি হায়না লাওথোকখ্রে। মশাগী লন পুথোক্তুনা খুন পূম্বা চাক খাঙখ্রে। ঙসিদি বল্লভপুর অঙকপা নুংঙাইবতনা পীক থনখ্রে। চরাংনবা ইবাং মরক্তুদা তূম্বা হীপ্পা কাওনখ্রে। মথংগী অয়ুক্তু লাক্লে। ইনাওতোনগা মাগী লুহোংবী নুপীদুগা বল্লভপুরগী নুপী নিপা কয়ানা মথুবা তানা থিন্নবা কোয়রাঙ লাঙনখ্রে। পূম্নমক্লা বর কন্যা অনীগী মঙ্গলগীদমক্তা লুপা চান্দি অমমম দান থাদরদুনা অশিৰ্ব্বাদ পীনখ্রে। বস অদু চেনবা হৌখ্রে। মযায় ওইরপ্পা অনীফম্বী ফম্ফম অমদা বব কন্যা অনীগী ফম্ফম শেম্বীবে। কানহায়গা মাগী নুপীগনা নিপা ময়ূম ওইরে। মখোয় মথুরা তম্না থিল্লিৰনি। সেপ্তেম্বর থা ওইনা তৌরগসু অইংবা নুংশিৎ শীৎলি অয়ুক্তদি। শাড়ী অপাবা অমা শেৎলদুনা মাগী মনাক্তা ফল্লিবী কন্যাদু ইংলমগদবা মাল্লি। ইনাওতোন্না মাগী বেগতুগী মনুংদর্গী শাল অমা লৌথোক্লগা নুপীদুগী মনমগন্দা ইনশিনবীরমই। মায়খুম মনুংদুদগী মা খজিক্তং মোমোন নোক্লকই। লোনসু লিসু তিন্নদবী নুপীদুনা মমীৎনা ফোঙদোরকই, “মা য়াম্না পেল্লে”। ইনাওতোন্না মবুক্তা লেপ্পী “ঐ মাবু য়াম্না লুনা তৌনি, ঙন্মিমখৈ মাবু নুংঙাইহনগনি”। মাগী ঙকশমদা ইনাওতোন্না নহান শিবিখিবা মঙ্গল সুত্রদু শিবি। মাগী শম্বুন্দা য়েৎলিবা জাতিকুপী পরেংদুদগী অমুক অমুক নুংশীৎনা হুন্লকপগী মনমদুনা ইনাওতোনবু ব্বাখল ওন্থোক্লা খলহল্লে। মাদি নুপীমচাসিগী মমায়দু ফজনা অমুক্তসু উদ্রি। ঙসাই কানহায়না মাগী মমিং

হায়খিবদুসু কাওখ্রে। অমুক্তসু শকখঙনদ্রিবা নুপীমচাসিনা কমদৌনা অসুক থাজবা থমদুনা পুক্নিগী ওইনা মনাক্তা লৈগে হাযদুনা লাক্লিবা। মানদি করি খল্লমগনি, করি তৌবীরক্কদগে লম্বীদকা হুন্দোকপিবমগদ্রা হায়না মিপাইরিদ্রা। থাজবা হায়বদুতনা মপাঙ্গল ওইজরদুনা মাগী মঙকশমদা মঙ্গল সুত্র শিবিখিবা শকখঙদবা অমগী মনাক্তা মাগী অরোইবা পুন্সিদা লেল্লুরনি হায়দুনা লাক্লি। কন্যাদু তুম্লিংলমাল্লে মঙোন্দা তপ্না ঙাথরকই ওন্থোক্লা নে তানা মমীৎতু উইশিন্দুনা তূমখ্রে। শম্বুনগী জাতিকুপী মনমদু ওন্থোক্লা মনীং তম্না শন্দোরকই। ইনাওতোন মঙ লৈবাক অমদা তাওরকই।

বস অদুনা মাঙলোমদা চেল্লি।



## Dr. Chongtham Narendra Singh

**Dr. Chongtham Narendra Singh** is a professional lawyer and a law teacher He is also a freelance and creative writer He has published numerons original and translation words

**Original :**

i) Thongkhong Keithel, 1984, Manipuri shortstory
ii) Shamu Mayai Kangkra Nganthak 1987, Manipuri shortstory,
iii) Shayokshang, 1991 Manipuri shortstory
iv) Shanjenthong gi wakat, 1994 Manipuri shortstory
v) Leihao Leiren Thibada, 2004 Manipuri shortstory
vi) Naoshumi, 1985, Manipuri Novel
vii) Aingi Mityenda, 2008, Lega Easays

**Tranlation :**

i) Manipuri translation of Manohar malgon kar's "The men who killed Gandhi (English), 1997
ii) Manipuri translation of R K Narayan's shortstory collection Lawley Road (English), 2008
iii) English translation of Chongtham Onghi Subadani's Poetry book Pari Nangbu Kanano (Manipuri), 2004,
iv) English translation of Jamini Devi's, Manipuri Sanskri Amasung Meitei Nupi (Manipuri), 2009
v) Manipuri translation of Dhananjcy Bairagi's Novel Jai Jayanti (Bengali) 2009,
vi) Manipuri translation of Meera Didi Se Puchho National Women Commission publication (Hindi) 2008

**Research Pilot Study :**

Complaints of women (An Analysis of complaint cases filed before the Manipur Women Commission, 2009